ঐহু-মৈলংগী সংগ্রহ

# নৈন-ৱারেং খোমজিনবা




মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি
ইম্ফাল

# ꯅꯩꯅ-ꯕ꯭ꯔꯥꯔꯦꯡ ꯈꯣꯝꯖꯤꯟꯕ

# নৈন-ব্রারেং খোমজিনবা

# ꯅꯩꯅ–ꯋꯥꯔꯦꯡ ꯈꯣꯝꯖꯤꯟꯕ

# নৈন-ৱারেং খোমজিনবা


এসঐচ. প্রহলাদ শর্ম্ম

*চিয়ারমেন*

অহৈবম কৃতমালা সিংহ

*জেনেরেল এদিটর*

চোংথাম নন্দা দেবী

*জয়েন্ট এদিটর*







মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি

মণিপুর হিন্দী পরিষদ কমপ্লেক্স

এসেমব্লী রোড, ইম্ফাল -১




# নৈন-ৱারেং খোমজিনবা

# Neina-Wareng Khomginba

A collection of Manipuri criticism/Essay Edited by A. Kritmala Singh and published by Manipuri Literary Society, Imphal, Manipur Hindi Parishad complex, Assembly Road, Imphal-1.

First Edition : Sept., 2005

Price : Rs. 90/-



অহানবা থোকবা : সেপ্টেম্বর, ২০০৫ ইং

কোপী মশীং : ৮০০

অকোঙবা অমসুং
ফংফম থোকপা : মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল

মমল : লুপা ৯০/- (মরিকুতরা)

নম্ফম : পুথিবা প্রেস (কম্পুটরাইজড), খুরাই লম্লোং বজার

লাইরিক ফংফম : মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি
মণিপুর হিন্দী পরিষদ কমপ্লেক্স
এসেম্ব্লী রোড, ইম্ফাল-৭৯৫ ০০১

# সোসোইটিগী মায়কৈদগী ৱাহৈ খরদং

মতম কয়াগী মমাঙদগী হৌনা সোসাইটিসিনা লাইরিক কয়া পুথোক্লুনা লাক্লি। সোসাইটিসিনা শিন্দুনা হৌখিবা চহীশিংদা পাঙথোকপ্রবা তোঙান-তোঙানবা সেমিনার খরগী কোপীশিং লৈশিল্লক্লুবা অমদি সেমিনার পেপর অসিবু পাম্না মীওইশিংনা হেন্না পাম্না মথীং য়াম্লকপা উবদগী চোয়ন-চোয়না লৈবা কোপী কয়াসিবু পূলপ পুন্সিন্দুনা লাইরিক ওইনা থম্নবগীদমক খন্নদুনা লাইরিক ওইনা পুথোকচবনি।

লমদমসিগী পূৱারীগা শাগোন্নদুনা লৈজরক্লবা অরিবা লোল অমদি ইনাতকী ওইবা চংনা-লোলচং কয়া অসি হৌজিক্কী সমাজদা খণ্ডহন্নবা অমদি অৱাংবা থাক্তা পুথোক্লুনা থম্নবা হোংনবিরক্লিবা লাইওইপ্রবা ওঝা-গুরু কয়াগী খুৎইশিং অসি ঙসিগী মীরোলসিদা কয়াদা য়াম্না মমল য়াম্লে হায়না লৌফম থোকই। অদুগা অমরোমদা অমুক য়েংলগা হৌজিক্কী মতমসিদা অতোপ্পা লোল অমদগী লোল অমদা হন্দোক্লুনা ঐখোয়গী ওইবা ইমারোলদা হন্দোক্লুনা হান্না খণ্ডলমদ্রবা লোলবু ঐখোয় পুন্না খণ্ডমিন্নবগী খুদোংচাবা কয়াবু পিবিরিবা খণ্ড-হৈরবা ওঝাশিংগী খুৎইসিসু মমল য়াম্লবা খুৎইনি হায়জনীংই। মরমশিংসিদগীনি সোসাইটিসিনা খোমজিনবা লাইরিক ওইনা পুথোকচরিবা।

মমাঙদা সোসাইটিসিনা পুন্না লাইরিক কুন্নমঙা ফোঙপ্লে। ৱারী মচাগী লাইরিক তরেৎ, শৈরেংগী লাইরিক তরামঙা, ড্রামাগী লাইরিক অনী অমসুং উপন্যাসকী লাইরিক অমনি।

হন্দক সোসাইটিসিনা খোমজিন্দুনা পুথোকচরিবা লাইরিক অসিগী মমিং নৈন-ৱারেং খোমজিনবা হায়না মিংথোনবা লাইরিকসি সোসাইটিগী ইদিটোরিয়েল বোর্দনা খোমজিনবিরকপদগী সোসাইটিসিনা ফোঙদোকপা কুনতরক্লকশুবা নৈন-ৱারেংগী লাইরিক ওইনা মীয়ামদা পুথোকচবনি। লাইরিক অসিনা ঙসিগী তুংগী মীরোলনা থিজিন খোৎচিনবগী লমদা হোংনরক্লিবা অসিদা হেন্না মপুংফাবা পীরগনি হায়না খঞ্জে। লাইরিক অসিবু পাবিরিবশিংদা সোসাইটিসিনা শিন্নজরি।

থিংবাইজম শরৎচন্দ্র
*জেনেরেল সেক্রেটরি*
মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি
ইম্ফাল॥

ইম্ফাল,
সেপ্টেম্বর, ২০০৫ ইং

# হায়জনীংবা খরা

মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালনা শীনজদুনা মমাঙদা তৌজখিবা সেমিনার পেপর খরবু অমুক নৌনা পুখোক্রবা হোংনজখি । অসুম্না চোইনা লৈবা কয়াদু পুল্লপ পুনশিন্দুনা থক্নবী পান্দম অমগী মখাদা হন্দকী ৱারেং লাইরিকসি পুখোকচবনি । মমাঙদসু সোসাইটি অসিনা লাইরিক খরসু পুখোকচখরে ।

ঐখোয়গী জাতিসি চহী কয়াদগী ইশাগী শাংলবা ইতিহাস লৈজরক্রবা অমসুনি, অনৌবা সাহিত্যদা ফজবা কয়া লৈবগুম, অরিবা সাহিত্যদসু ফজবা নীংখিবা কয়া মরাং কায়না লৈরি । ঙসিগী মীরোলনা খঙবা থীজিনবা মতম ওইরে হায়না খল্লি । লাই ওইখরবা অহল-লমনশিংনা হীরম খুদিংমক্তা অমত্তা ৱাংতনা থম্নীরম্মী । মদুসু ঐখোয়না শীজিন্নবা ৱাংপা অমদি খওইদবদগী অরেম্বদা মাংখিবনি । ঐখোয় মৈতৈ ওইনা পোক্লপা মৈতৈগী মরমদা করিমত্তা খঙদ্রবদি হিংলুবগী অর্থ লৈরিবরা ।

মতাংসিদা পনজনিংবদি শৈরেংগী লমদা মমিং পনবা য়াৱরবা কবি অমগী সেমিনার পেপরসু হাপচরি । লাইরিক অসিনা হৌরক্লিবা মীরোলশিং অমদি খিজিল-খোংচিনবগী লমদা চঙশিল্লক্লিবশিংদা খরদং ওইরবসু কানবা ফংলবদি, অৱাবা কয়া খাঙদুনা হোংনজমলগী মহৈ য়াল্লে হায়না লৌজগনি । অদুগা, করিগুম্বা অককুবা অমগী মখাদা হোংনজখিবনা ৱারেংসিবু ইবিরিবশিংদা অমুক নৌহৌনা মতম পীজদুনা শেমদোক-শেমজিনগী মতম পিজখিবা ঙমখিদরে, মসিগীদমক অইবশিংনা লান্না লৌবিরোই ।

ৱারেং লাইরিক অসিবু পুখোকপদা মপুং ফাহনবিরিবা অহল-লমনশিং, মিং ওইনা পঞ্জরবদা এল. কালাচান্দ সিংহ, য়ুম্লাম তম্ফজাউ, মোইরাংথেম নরেন্দ্র, সাইরেম নীলবীর, এল. কুঞ্জমোহন সিংহ অমদি মশাগী অচীনবা কয়া লৈরবসু হোংনবিদুনা ৱারেং লাইরিকসিবু মপুং ফাহনবিরিবা ডা. ওয়নাম ইবোচাউবা সিংহ, লোংজম জয়চন্দ্র, ডা. পোলেম নবচন্দ্র, ডা. আই. এস. কাঙজম, কে. হেমচন্দ্র, ডা. নহাকপম অরুনা, বি.এস. রাজকুমারনচিংববু পুন্সিগী ওইনা শিংবা ঙল্লরোইদবা লমন অমা তোনশিনজরে । মতম খুদিংমক্তা ঈশ্বরনা চানবিসনু । অসিগুম্বা থবকসিদা এদিটোরিয়েল বোর্দনা মতেং কয়া পাংবিরকপদগী থবকশিংসি ঙমজখিবনি । লাইরিক্সি ফোঙবসিদা শেলনা পাঙলনা মতেং পাঙবিরকপা পুম্নমকপু কাউফম থোকতে, কাউসু কাউজরোই ।

অরোইবদা হায়জনিংবা অমনা য়ারিবখৈ অইবশিংগী ৱাখল-মীৎয়েং কায়দনা থম্লবা হোংনজখি । অদুবু শোইদবা কাউদবা ঙমদবা মীওইবনিনা কবিগুম্বা অশোই-অঙাম য়াওববসু ঙাকপিগনি । বনালগী মতাংদা খরা খেন্নবা য়াওরবসু ৱবেংশিংসিগী অইবশিংনা থম্নীরকপা অদুমক য়ারিবমখৈ কায়দনা থম্লবা হোংনজবনি ।

লাইরিকসিবু পুখোক্রবা হোংনবদা অৱা-অনা কয়া খাঙদুনা অচৌবা থৌদাং লৌবিরিবা পৃথিবা প্রেস কম্পুটরাইজ, লমলোং বজার, ইম্ফালগী মীওইশিংবুসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি ।

এদিটর

অহৈবম কৃতমালা সিংহ

# হীরম লমায়

# মীতৈ অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈগী শৈহেক শৈদা

শ্রীলোইতোঙবম কালাচান্দ সিংহ

মথক্তা পনজরিবা হীরম অসিদা খন্ন-নৈনবদা কান্নবা মচাক কয়ামরুম লৈরি-মদুদি খুন্নুং ঈশৈ কদায়বু কৌবগে হংবা তারবদি—অহানবদা খুন্নুং হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থ মনুং মপানগী খঙবা য়াবা শব্দার্থ খায়দোক্লুনা য়েংসি—মদুদি খুন + মনুং - খুন্নুং । খুন হায়বদি লম লৈপাক । নুং হায়বদি মনুং অসিনচিংবা ... । মসিদা কনা কনাগুম্বনা হায়বদি থিজিনবা ৱাংলিবা কনাগুম্বনা মপুকথোকনা শেম শাবা মানবা থাইনগী পুয়া, পুরাণ লাইনিক-লাইসু উত্তুনা তাকপা ঙমদবসিংনা হায়নবা য়াওই- মদুদি খুন্নুং ঈশৈ হায়বদি খুল্লক- ইরক্তা শকনরকপা অরিবা ঈশৈনি, মমৈথংদা খুলং ঈশৈ কৌখিবনি হায়রি । মসি চুমদবসু নত্তে অচুম্বসুময়াওরি তৌইগুম্বসুং শেংনা ভাব তানা খঙবদি ঙমদে চিংনবা পোকই । মরম অসিনা চিংনরিবা অসি শেংদোকনবা ইরেং পুৱারী কৌবা পুযা মৈতৈ ইনাংকী লাই হরাওবদা থাইনা শকনবম্বগী মরিক চুমনা ইখ্রবা পুয়াগী মতুংইন্না খরদং ইজরক্কে ।

খুন্নুংগী অর্থ মথক্তসু পনজখ্রে, মসি নত্তবা মনুংগী ওইবা অর্থ অমা লৈরি মদুনি খুন হায়বদি মালেম তাইবঙ পানবা, নুং=মনুং, কনাগী মনুংদা লৈবা খুননো ? হায়বদি মালেম লৈশমলোন—ইরেং পুৱারীগী মতুংইন্না হায়রবদা অতিংকোক গুরুসিদবগী পুকনুংদা লৈবা খুন **মালেম তাইবঙপান পৃম্বা** মসিগা মরী লৈনবা অশম্বা ৱারী ঃ-

**মালেম - লৈশেম্বা**

অতিংকোক গুরুসিদবনা লৈবক শেমগে নিঙলকলে মচানুপা অতিয়াসিদববু কৌথোক্লুনা হংই । নঙগী নপা কনানো ? মচা অতিয়া সিদবনা খুমলকই - **ইপাদি নঙনে** মদুদা গুরু অতিংকোকনা হায়খি - তোনা নঙনা ইপাবু মশক খঙলবদি নঙ লৈপাক শেম্মুরো শিন্নরকই মদুগী **অসিপা** কৌই।

অতিয়ানা মাগী নুংসা সোরবু তাংপল ওইনা ফমদুনা নুংসাসোর য়েংলোমদগী **অসিপাবু** ও ! লাও হায়না কৌথোক্লুনা ঈশিং তরং তাওথোকলে।

নিংসা ওয়রোমদগী কুনচিল তুথোকপা ইনথোরকলে । অদুগী তুংদা অতিয়ানা লৈবাক অসিবু করমনা শেমশিবনো হায়দুনা নুংবংনা লৈরিঙৈদা মপুকনিংদা ৱাখল অমা নীংশিংলক্লে । ঐনা তৌরিবা অসিদি ওইরোই গুরু তাম্না কারগে হায়দুনা গুরুগী নাক তান্না কাখিরমই ।

অতিয়াবু গুরুনা কৈদৌবা লাকপনো হংলমই । মদুদা অতিয়ানা খুমজখি—**গুরুনা লৈপাক শেম্মু হায়বা অদুবু ঐহাকনা নুংপঙলে** গুরুগী শক উরবসু উদ্রবসু য়ামনা কিরে । গুরুগী মতীক খজিক্তা খঙজনিংই, তাকপিয়ু হায়না খুরুমলে । মদুদা গুরুনা হায় **ঐগী ইতিকপু খঙনিংলবদি য়েংউ** হায়দুনা ময়া কাথোরকই । গুরুনা ময়া কাথোরকপদা অতিয়া সিদবনা গুরুগী মবুক মনুংদা লৈরিবা খিবিক অদু উবে ।

মদু উবদা অতিয়া সিদবনা হকনা কিরে, খুমজিনবিবো হায়জরক্লুনা, গুরুনা ময়া হেক উমসিনবদা গুরুগী মপুক মনুংদা লৈরিবা খিবিক অদু লৌথোক্লে হায়দুনা গুরুগী মপুক মনুংদা হুনচিনখ্রে । অসাইগী মপুক মনুংদগী অদু খিবিকপু হোইদোক্লে নিঙদুনা হোইরৌ ঈশৈ শকই—

**আ ... হোই হে, হোইরৌ, হোইরৌ, হোইরৌ নাক সে.... এ ।**

হোইরৌ অসি শক্লুনা হোইদোরকলে, মদুদগী ঈশৈ অসিবু হোইরৌ ঈশৈ কৌই । মসি খুন্নুং ঈশৈ অহানবনি । হোইদোরকপা অদুবু তারদুনা গুরুনা মতোমতগী মপুক মনুংদা য়েংশিনখিবদা অতিয়া সিদবা লৈরম্না অদু উবে । মদু উবদা গুরুনা অতিয়াগী মপুক্লিং খঙলদুনা য়াবিরগে খল্লদুনা গুরুগী মশক্তা চপ মান্নবা অমা পুথোক্লুনা হান্নগী গুরুগা মায়য়োকননা ফমদুনা লৈরে অদুগা গুরুনা ময়া কাথোরক্লে, গুরুগী মপুক মনুঙদা লৈরিবা খিবিক থোরকপদা গুরুগী মমাঙদা অতোপ্পা গুরু অমা লৈরম্না অদু উরুরে । **হিঃ! ঐখোয়না খঙপা অসিবু নত্তরে** । **গুরুদি অসিদদুম** লৈরে হায়দুনা ঙমনা থোরক্লে । গুরুসিদবনা হাথোরকপা অদুবু য়াবা ঈশৈবু হায়া ঈশৈ কৌই । মসিনা খুন্নুং ঈশৈগী অনীশুবা ঈশৈনি ।

**হায়া ঈশৈ**

**আ...... হাই হে, হায়া,হায়া, হায়া, হায়া, হায়া নকে সে ॥** গুরুগী মবুক মনুংদা লৈরম্না খিবিকনা হাদোরকঙৈগী অশৈ । অশৈ হায়বা ৱাহৈ অসি অনৌবা

লোনদা ঈশৈ কৌখিবনি - ঈশৈ শকপা মীবু অশেবা কৌনরমই । গুরুনা ময়া হেক উমসিনবদা গুরুগী মপুক মনুংদা লৈরিবা খিবিক অদু লৌথোককে হায়না হাদোরকঙৈগী — ঈশৈ —

**হো হোই, হা হা হা, হোই হোই হা হা হা ॥**
**হেরিল লিল্লা হেরিল্লা হেরিল্লা হায়য়ুতে খুল্লাইতে ॥**
**হৈয়া হে হৈয়া হে, অদুবু থোইনা হরাওবা লৈবনেদা ॥**
**হৌ হে হৌ হায়া নকেদা ।**

খুন্নুং ঈশৈগী মথংদা খুলং ঈশৈ থোরকপনি হৌদোকপনি, খুলং ঈশৈ হায়বা অসি করম্বা শৈশক শৈদানো করি মরমদগী খুলং ঈশৈ কৌখিবগে হায়বগী মরমদা খর কুপশিনবা ব্রাখল্লোন নৈনবা মতাং চারে । খুলং ঈশৈবু কন্না-কন্নাগুম্বনা খুলক-ইরক্তা, লৱায় থব্রাইদা পংশক শকনরকপা ঈশৈনি, অব্রাংবা থাক্কী ঈশৈ নত্তে হায়নবা য়াওরি । অদুগা কন্না অমনা থবক শুবা খুলংবদা হায়বদি অমগা অমগা থবক শুবা মতেং পাংনবদা অব্রা পোৎথানবদা শকনরকপা ঈশৈনি, মদুদগী খুলং ঈশৈ কৌবনি নত্রগা খুল্লক ঈশৈনি হায়বদগী খুলং ঈশৈ থোনখিবনি হায়নবা য়াওরি । মসিসু থোইনা লান্দে, খরদি কুপ্না থিজিনবা ব্রাৎপা মাল্লি । মসিগী মরমসু মখাদা পঞ্জরকখিগনি, তৌইগুমসুং থাঙ্গৈশেংনা ব্রাহৈগী হৌরকফমগা কোননা চুমলব্রা হায়বা অদুদি নত্তে, খরা-মখৈদি চুমই হায়বা য়াই । খুলং ঈশৈগী ব্যুৎপতি—**derivation** ব্রাহৈগী হৌরকফম থিরুদনা লমখাঙদগী ভাবনা শাদুনা হায়জিনবা মাল্লি । প্রমাণ পীদবা authority লাইরিক উৎতবগুম উই । মসিগী মতাংদা খুলং ঈশৈ কদাইবু কৌবগে হায়বগা লোয়ন-লোয়ননা মরী মখোং, ব্রাগী-ব্রাখোং থিগৎপা তাই । মদুদি ব্রাহৈশিং অসিগী ভাবার্থ থিগত্তুনা য়েংলগা কদাই ফাওবা চুমবগে নাতৈগা কোন্ননা শোয়দনা থোরক্কনি । শমনা হায়রবদা – অয়াম্বদা খুলং ঈশৈগী শৈরেং অসি নুংশি নুংঙনগী শৈরেং ঙাক্তা ওইনা তৌই । শৈশকনা অব্রাই অখুমদা শক্লরকপনি, হায়বদি নায়ক-নয়িকা (পাখং-লৈশাবী) অনীনা অমনা অমুক শকপা লোইরগা, অমনা অমুক মাগী শৈরেংগী ব্রাখল অদু খুল্লগা (লৌরগা) অমুক শকলকপা হায়বদি অমগী ভাব অদুগী অর্থ খুল্লগা তারগা অমুক শকপা ঈশৈবু-খুলং ঈশৈ কৌই । ব্রাফম অসিদগী খঙলে মদুদি অব্রাই অখুমদা শকনরকপা

ঈশৈবু খুলং ঈশৈ কৌই হায়বা য়ারে। ঈশৈ অসিবু শৌগৎপা প্রমাণ মখাদা পীজরি ইরেংপুৱারী পুয়াগী মতুংইন্না ঃ—

লৈথক লৈখারোন ইরেং পুৱারীদা য়াওরিবা লৈশেমলোনগী মতাংদা অসিপনা মালেম লৈশেমলিঙেদা হারাপা কৌবা নুংশিৎনা মহৌ মহৌ (হন্না-হন্না) লৈবাক চাইখাইরবদা তাইবঙ মপু গুরুনা হারাপাবু থিংননবা গুরুগী খোইদৌদগী মিৎলুলোমদা মৈরিগী মশক ওইনা জুগনি নোংথাং লৈমা পুথোকলে। নুংশিৎ হারাপগী মমাংদা লাক্কুনা লংনররে, জগোই শাররে। মাবু উবদা নুংশিৎ হারাপানা অসুম্না পাওবৌ ঈশৈ শকলকই।

## ঈশৈ

সুলতরংগী মথক্তা মৈরাগী মশককুমনা ঙান্না সান্নরিবী নঙপু পাইমা ওইনা নুংচঙপী তিল্লাং খোইদাপীবু থোকলরে। পেম্মা নঙবু কনানো অসুমনা হংলকপদা লাইরেম্মনা খুমলকই– "হোইতা হে নাহ্পা অপিচা, লৈকু মরুম খোইচোপ্পা লৈরাই মরুম খোইহাইপা, লৈতুম হুন্না পাওসাপা ও। ইপল পুল্লাং কাইরেতা, পুল্লাং লুবোই কাইপপু সিংপিরোই হাইপরা, ইপলনবু হাইপনে সিংলম লো ও.......॥

হারাপানা খুমলকপা ঈশৈ–
ঐদি পেম্মা নংপু হুনতে (দা) লৈপাক সঙতা লৈপি,
কায়ফলতা ফমতুনা ননম্ নুংশা য়াইপি... ।

অসুম্না অৱাই অখুমদা শকনরকপা শৈদাবু খুলং ঈশৈ কৌই। মসি অমরোমদা হায়রগা জাতিগী ওইনা মথং মথং শকনরকপা মতম-মতমগী ফিবম থৌদোক য়েংদুনা, শৈরেং শেমশাদুনা চিনফাদা শকনরকপা ওঝা নাইরুবা নত্তবা, মথং মথং পুথাং কোক- পাথাংকোক শকনরকপা ঈশৈবু খুলং ঈশৈ (অরিবা ঈশৈ) হায়রগা খণ্ডনরকখি। মমৈথংদদি মনিং-মখা তৌনা শকনরকপনা লোন্দা-পুদাসু হৈতবনা মাগী-মাগী অনিংবা অনৌবা লোন্দা অপাম-নুংশিগী শৈরেং কয়া-কয়া হার্পাচিন্দুনা শকনরকপনা অচোপ্পা ঈশৈ ওইনরকলে। তৌইগুম্বগুং পুয়াদা (পুরাণদা) লৈরম্বা অমদি জাতিগী ওইনা লাই হরাওবদা শকনরকপা শৈরেংদি য়ামনা ফজবা, প্রমান-পাছ্থে তৌনা শকপা শৈরেং ওইবনা

মমা-মচা, মনেম-মকু, মচিন-মনাও ফমমিন্নদুনা তারবসু ইকাইবা পোক্তে, মনুং-মপান নাইবা ভাব চেনবা শৈরেং ঈশৈনি । মসিগী খুদম মখাদা পিজরি ঃ—

**হে ইপুং নাহাপা ও ! য়ারৌতকি সঙাইনা মচিনা কেক্রু খোক্তরি । লালহামপুংগী কাফফৈনা মনানা হুমাই সাতরি । তোকফমতকি ঙামুনা খোইজু.... তোম্লোক চিনতরি এ....।** অসিনচিংবা ।

শৈরেং অসিনা খঙহল্লি- মসি নুংশি নুংওনগী ঈশৈনি । মসি তারুবদা তারিবা মীগী মফমদা ইকাইবা পোকহনদে প্রমাণ পাম্বে (উপমা) চাংদমনদুনা শকপনি।

খুলং ঈশৈগী শৈশক-শৈদা (ছন্দ স্বর) কমদৌনা থোকখিবনো – মসি হেক অহৌবমক্তদা স্বর শাংনা শাংনা চিংদুনা অৱাংবা স্ববদা তেংথাবগী মতৌগুম শকপা হৌই । অদুগা মমৈদা স্বর অদু তাররিনি হায়বা তঞ্জাদা ময়েক-ৱাহৈ পূন্না-পূন্না হায়দুনা শকই । খুদম —

**নুপানা শকপা শৈরেং – (১)**
হা...........নুরা ইবেম্মা নুংশিবী, তিল্লাং খোইদাবী,
করিগা পানদর্মসিগে শিঙেল ও !....
শিঙেললক্তগী অথোইবী
লৈরালক্তগী শকহেনবী ॥

অর্থ– তিল্লাং খোইদাবী = পুক্লিংনা পাম্বী ।

(২)

নুপী–

হা শাবী ইবুংঙো নুংশিবা
থংলেন ইমান মচা হায়সি হায়ঙমদা
লেমলৈ ঙানা ৱাঙাংবা,
লাইজা ঈশিংনা পনবগুম
ৱানা খাঙজরিবী ননাওনি ॥ অসিনচিংবা
অর্থ– ইমানমচা = ইকুগী মচা

অসিগুম্বা শৈশক অসি কদাইদগী থোকখিবনো হায়বদা মসিগী মরমদি লমহাং-তুম্মাং অরাপ্পা মফমদগী শকপা হৌরকপনা মরম ওইদুনা স্বর অৱাংবদা শাংনা চিংদুনা শকপা হৌখিবনি হায়বসু মথক্তা পঞ্জখরে । অরাপ্পদা লৈবা মীবু তাহনগে হায়রবদি কৌবগী মতৌগুমনা স্বরশিংনা চিংদুনা শকত্রবদি তাবা ফংদে, অদুগী মতৌগুম্না খুলং ঈশৈগী শৈহেক-শৈদা ওইখিবনি ।

**হৌজিক অমুক অঙাংগী শৈহেক-শৈদাদা নৈনরসি** — থাইনদগী অহল-লমনশিংনা অঙাংশিংদা পাউতাক পিনবা মথং-মথং পাউরৌ ঈশৈ তমবিরকই । মতম-মতমগী মতুং ইন্না অঙাংশিংগী শান্নবদা শকনরকই । করিগুম্বা মতমদা অঙাংনা য়াম্না পীকলিঙৈ-শান্নবা ঙমদ্রিঙৈ, মবোল থোকত্রিঙৈদা মপা মমানা লাইরোল-তিল্লোন ওইনা শক্তুনা তাহল্লি অঙাং ঈরুজবিবা মতমদা হায়বদি নুমিৎ থোরকপা মতমদা শকপা অঙাংগী খুন্নুং ঈশৈ—

(১)

তিং তিং চাউরো, থবীনা কারিঙৈ কাহৌরো ।
সনা মচুম তারো, লুপা মচু তারো !!
তিং তিং চাউরো ॥

চাউরাকপা ভাবার্থ-তিং-তিং চাউবো = পাঙ্গল শক্তি হেনগৎলো, থবীনা কারিঙৈ কাহৌরো = থবী হায়বদি অরংবা নুমিৎ-থানচিংবা গ্রহ-উপগ্রহবু খঙনৈ - নুমিৎনা মথং-মথং কারকপগুম্না নোংম-নোংমগী চাউখৎলো হায়দুনা চোংবনি (মচা ইরুজবিবা মতমদা) সনা মচুম, লুপা মচুম তারো হায়বদি ইনাক-কৈবাক খুনবা সনা-লুপা য়াম্না লৈবা, সম্পত্তি য়াম্না লৈবা ওইহনবিয়ু হায়না নুমিৎ কৌবা লাইদগী বর নিজবনি।

ঈশৈ (২)

**থা থা থাপুংতোন নচা মোরানবী পোবীগে ।**
**পোবী শনম নৱীগে, হৈবোং চরোং অমত্তা থাদবিরকউ ।**
**নথি মরক্তা তাখিনি, নয়ুং মরক্ততা তাখিনি ! আচ্চা !**
**কনানা চাবিগদগে ?**

শৈরেং অসিগী ভাবতি মচা-মশু য়াম্না পাম্বা অহল-লমনশিংনা মচা মশুশিংবু পোরগা নত্তগা পমলগা থা থোরকপা মতমদা অঙাংশিংবু থা য়েংহল্লগা

শকপা খুন্নুং ঈশৈনি । ভাবার্থদি থা কৌবা লাই নঙদি নচা পোক্কে, মীনচিংবা জীব ঐখোয়দি ইচা পোকই, অদুবু নঙনা নচা পামলবদি **নচা মোরানবী পোবীগে, পোবী শনম নম্বীগে** । হায়বদি নচা মোন-মান্না ফিনা কোন্দুনা শাবিগে অদুগা নাহোং শাদুনা পোবীগে। অদুমনদি ওইরগা নচা পোক্লবসু জীব পানবা মীওইবনচিংবা ঐখোয়দা বীর্য (ফম্বী রস পীবা লাইনি) পিবিয়ু হায়দুনা মচা-মশু পামবা মীনা থাদগী ফম্বী নিবনি । অদুগা **হৈবোং চরোং অমত্তা থাদবিরকউ হায়বগী ম্রাখললোনদি ইচা-ইশু য়াম্না পোকহনবিয়ু - নিবনি । নথি মরক্তা তাখিনি নয়ুং মরক্তা তাখিনি, অচ্চা ! কনানা চাবিগদগে ?** হায়বদি ইচা-ইশু অফবা পোকহনবিয়ু, ফত্তবা ইচা-ইশু পামজদে হায়বদি ।

**ঈশৈ (৩)**

**উচি চিচি খাংঙৈ তৎ খরুং মপান খৌশাবা ।**
**শেন্দাং লাকই, ফ্রং ॥**

মথক্কী শৈবেং অসি থাইনদগী অঙাংশিং শানবদা শক্লরকপা ঈশৈনি । মসিগী মশান্নগী মওংদি অঙাংশিংনা মখূৎ নাম্মগী খূনমদা মখূৎ নাম্মা অমগী খূদোম্বীগনা খূজম্বী মথং-মথং চপনরগা মখূৎ নোমদুনা শান্নবদা শকপা ঈশৈনি। মনুংগী ভাবার্থদি অসিনি **উচি চিচি খাংঙৈ তৎ** হায়রিবসি চাবা ফংদ্রবা লাইরবগী মশক উচিনা শিনবনি, চিচি হায়বদি খজিক্তা- খজিক্তা হায়বনি । কৰিগুম্বা চাবা তারবসু য়াম্না চানিংঙাই লৈত্রে, খূবীগা খূদোনবীগা চপ্তুনা খজিক্তা চারে হায়বগী খুদম ওইনা খূনমদা খূবীগা খূন্দোনবীগা চপ্তুনা শান্নবদা উত্তুনা তাক্লিবনি । **খরুং মপান খৌশাবা** হায়বনা মীগী মপোৎ মচৈ হুগে মুনগে হায়না কোইচৎ চত্তুনা থিবা হায়বনি । **শেন্দাং লাকই** হায়বদি শেন তিংনা মপোৎ লাংশিঞ্জরিবা পোৎকী মপু উবদা হুরানবনা চেনখিবা অদুবু হায়বদি থুনা য়াংনা চেনখিববু **ফ্রং** উচেক পাইথোকপগুম চেনখি খঙহনবনি।

**ঈশৈ (৪)**

**তোং তোং তোনতুম্বী চক্রিক নাক্রিক চাব্রাইবী ।**
**লাই মরোল মশীংথি থাতোই তেম্মু তেম্মু**
**মতোন সনা চি চৌ ॥**

মসিসু অঙাংশিংনা শান্নবদা শকনরকপা খুন্নুং ঈশৈনি । কমদৌনা শান্নরকপগে হায়রবদা — অঙাং অনী শান্নবদা অঙাং অমগী মখূৎ অনী খূনমনা মথক থং, খূবাক্না লৈবাক্তা থমলগা অতোপ্পা অঙাং অমনা পুংয়ৈবগী মতৌগুমনা খূনমদা শুরগা শান্নবনি । মসিগী ব্বাখললোন অসি অব্বাংবা থাক্কী মরোননি, লাইনিংবগা মরী লৈনবা য়াম্না লিরবা শৈরেংনি । অঙাংশিংনা শাননবদা অর্থ খঙদনা মথং মথং তারগা শান্নরকপা মরমনা ব্বাহৈ খরা থৈনরকপা উরে । মখাদা ইজরিবা অসুম্না শকনবা য়াওরে মদুগী খুদম ঃ-

ঈশৈ (৫)

তোং তোং তোংদ্রুবী, চক্রিক নাক্রিক চাব্বাইবী
লাইমরোক মশীংথি থাদোই তেম্মু তেম্মু
মতোন সানা চি জৌ ॥

হায়রিবা শৈরেং (৪,৫) অনীসিদা খেন্নরিবা হায়ববু তোনতুম্বী হায়বগী মহুত্তা তোংদ্রুবী অদুগা লাইমরোল হায়বগী মফমদা লাইমরোক হায়বা অসিদনি, অর্থদি অমত্তনি ব্বাহৈ থৈখিবনি । অদুবু ব্যাখা তৌগে হায়রবদি অহানবগী শৈরেং ৩শুবা অসিদা তৌদ্রবদি ভাব চুমনা ফোঙদোকপা ঙমদে । মরম অসিনা ৪শুবা শৈরেংগী ভাবতা ব্যাখা তৌজরে।

তোং তোং হায়বদি পুং য়ৈবগী মখোন্নি তোনতুম্বী হায়বনা পুং য়ৈনবা মতোন তুম্বা চৈবু খঙনগনি, চক্রিক নাক্রিক চাব্বাইবী হায়বনা য়াম্না তোয়না তাল কুংনা য়ৈশিল্লকপা খঙহনবনি । লাই মরোল মশীংথি থাতোই হায়বদি খ্বাইদগী চাউবা লাইদগীনা লাইমচা মশু ফাওবা থাতোই তোইনা তোইনা থাদুনা লৈরবদি কান্নরোই অরুবা মরুওইবা নীংগদবা লাইশক খঙলোই। তেম্মু তেম্মু মান্নহল্লু মান্নহল্লু (সমভাব) পুরকউ । লাই অমত্তনি লেপ্পু অদু ওইরবদি মতোনসনা চি চৌ খ্বাইগী অরোইবা মতোনদা সনা শৌবগুম মমল য়াম্লবা তত্ত্ববিচার অমত্তা ওইরবা য়াইবীরেল সিদবা মপুবু খঙবা ঙমগনি হায়বদি আত্মা তত্ত্ব খঙবা ঙমগনি । অসিনচিংবা.....।

**ঈশৈ (৬)**

**অমাথেক, অনিথেক, পাকথেক, পাকথেক, চামরক,**
**কোনচেং, কাঙঙপম, লম্রাই,পন্দোম, খম ॥**

মথক্কী ঈশৈ অসি মশীং থিবা খূৎথেক্কুনা শাননবদা অঙাং, নুঙাইনবা শকপা শৈরেংদি । মসি হৌজিক্কালদা ময়া শকপা তাখিদ্রে ।

**ঈশৈ (৭)**

**শেবোৎতি কাওনবদ শকপা ঈশৈ ।**
**শে শে শেবোত্তি, লাইশ্রম মচা ভুবণী ।**
**নঙগা ঐগা কাওনবা কনানা ঙমবগে য়েংনসি !**

অসিনচিংবা ..... ।

স্বর জাতিগী মরমদা মখল মরি থোকনা লৈ । সঙ্গীত রত্নাকরদা অসুম্না তাকলি মদুদি আঠিক স্বর অমত্তা ওইবা খুদম (সা) গাথিক স্বর অনীনা ওইবা (সা রে) সামিক স্বর অহুমনা ওইবা (সা রে গ) স্বরান্তর স্ব মরিনা ওইবা(সা রে গ ম) ঔড়ুব স্বর মাঙনা ওইবা (সা রে গ ম প) ষড়ব স্বর তরেৎ ওইবা (সা রে গ ম প ধ) সম্পুর্ণ স্বর তরেৎ ওইবা (সা রে গ ম প ধ নি)

মরম অসি লৈবনা স্বর মঙা শুদ্রবদি কৌবা য়াদে । (ঈশৈ কৌবা য়াদে, চুম্নগী স্বর অহুম-মরিতনা শোন-থিবদি বেদ-মন্ত্রগী উচ্চারন তৌবগুম্বনি ।)

**ঈশৈ (১)**

ঐখোয়গী অঙাংশিংগী থেংনরিবা ঈশৈগী খোললৈ খোন্দা অসি অসুম্না নৈনবা য়াই ।

খোললৈ-খোন্দা ঃ-

সা রে গ প ধ র্সা | র্সা ধ প গপধপ, গরেসা |

| র্সা র্সা | | | | | | | প | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধ | ধ | র্সা | ধ | \| - | প | ধ | প | \| গ | প | ধ | প | \| গ | রে | সা | সা |
| তিং | তিং | চা | ও | রো | থ | বী | না | কা | রি | ঙৈ | - | কা | হৌ | রো | - |

প প
সা সা সা রে | গ প প প | ধ ধ ধ প |
সনা ম চু ম তা রো লু পা ম চু তা রো ॥

শৈরেং অসি শকপা তারগা বিচার তৌবদা ভারতীয় শঙ্গীত শাস্ত্রগী মত য়েংলুরবদি — **দেশকার** হায়বা অদুগী মমি তাই । তালগী মরীদদি মাত্র মরিনা শাবনি ।

## ঈশৈ (২)

খোললৈ-খোন্দা ঃ-

প প
গ গ ধ প | গ বে গ বে | স ধ সা বে | গ গ- গ- গ ॥
থা থা থাবুং তোন - নচা মোবা ন বী পো বি গে পো শন মন বীগে
প র্সা
গ প ধ র্রে | র্সা - র্সা র্সা | র্সা র্বে র্সা র্রে | র্গা ধ পপ গ
(১) হৈ বোং চ বোং অ ম তা থা দ বি রক উ ন থি মব তা
(২) তা খিনি নয়ুং ম ব তা খিনি । আ চ্চা কনা না । চা বি গদ গে ॥

শৈশক অসি ভারতীয় সঙ্গীত শাস্ত্রগী মত য়েংলুরবদি ভুপালী রাগগী মনুং চল্লি ।

## ঈশৈ (৩)

স স গ গ | প প গ গ | গ গ গ প | ধ প প গ |
উ চি চি চি থাং ঙৈ তং খ রুং ম পা ন্ খৌ শা বা -
গ গ গ গ | গ প প - ॥
শে ন্দাং লাক ই - ফ্রং - -

শৈরেং অসি ঈশৈ কৌবা য়াদে, মরমদি স্বর মঙা শুদে ।

## ঈশৈ (৪)

| | | | | | | | | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| প | প | ধধ | ধধ | ম | ম | ম | ম | ম | ম | গ | গ | গ | রে | রে | রে | রে |
| তোং | তোং | তোন | তুম্বী | চ | ক্রি | ক | না | ক্রি | ক | চা | ৰাই | বী | লাই | ম | রো | ল |

| | | | | | | | | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| সা | সা | সা | গ | গ | গ | গ | ম | ম | ম | ম | গ | গ | গ | রে | রে | সা | ধ।। |
| ম | শীং | থি | থা | দোই | ই | তে | ম্মু | তে | ম্মু | - | ম | তো | ল | সা | না | চি | চৌ |

মসি ঈশৈ কৌবা য়াদে স্বর মণ্ডা শুদে । শৈরেং ৫ অমসুং ৬শুবা নোটেসন তৌজদ্রে ।

উচি চিচি হায়বা শৈরেং অসি ঈশৈ মনুং চন্দে, শৈরেং থীবনি । অসি নত্তবা "অমথেক অনীথেক অমসুং শে শে শেবোত্তিনচিংবগী শৈরেংগী স্বর নোটেসন তৌজদ্রে । মীতৈগী খুন্নুং ঈশৈ অমদি খুল্লং ঈশৈ হায়না খণ্ডনরিবা অসিনচিংবা শৈশক্তা রাগ-রাগীনিগী মমিং থেংনজদে । মসি মার্গ সঙ্গীত নত্তে হায়বদি শাস্ত্রীয় সঙ্গীত নত্তে, দেশীয় সঙ্গীতনি হায়বদি মাগী মাগী দেশ-দশতা চৎনরকপা ঈশৈনি । শৈরেংগী মওং স্বরগী খোঙ্হোক্তা মমিং থোন্নরমই মদুদি ঃ-(১) শৈহৌবা (২) হেপলি পাবোৎ (৩) শিকপ লোন (৪) লৈমরোল শৈরোল (৫) কালেন শৈজিং (৬) পাঙ্হোইবী শৈরোল (৭) হেপলী থাঙয়ে (৮) জাৎ শৈশক অসিনচিংবা মমিং থোননৈ ।

# মীতৈ অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈদা লৈরিবা নুংগী ৱাখল্লোন

*য়ুম্নাম তম্ফাজাউ*

ঈপা-ঈপুশিংনা থন্বীরম্বা অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈ অমদি মমা ওইবীশিংনা মচাগী নাউসুম ঈশৈনচিংবশিং অসি অদুক্কী মতিক কিসি চেৎনা থন্বীরম্মী। অসুম ওইবা চেৎলবা কিসি থোকপা হায়বা অসি তরাইবা নত্তে ৱাহৈ অমনা ৱাহঙ্খোক ২/৩ চেলহল্লি । মরম অদুনা ঐনা ঐনা খঙজবা খরদং ইজরিবা মনুংগী ৱাহঙ্খোক অসি মমায় ময়াম লোঙবা ৱাহঙ্খোকশিংগী মরক্তা অমখক্তনি, মপুং ফাদে হায়না ইশামক্লা লৌজে । মরম অদুনা অখণ্ড-অহৈ তিনবীরিবা পুম্নমক্লা অৱাৎপা সৌগৎপিদুনা মপুং ফাহনবীগনি হায়বা ৱাফম চেৎনা থমজগে । মীতৈ অঙাংশিংনা শান্নবদা শকপা পাউরৌ পাউখোঙ ওইবা ৱাহৈগী লীরোন্দি মশীং নাইদে । অদুবু খরদং লৌখৎচরগা মীয়াম্না খন্নবা নুংঙাইননবা থমজবনি । লৌখৎচরিবা খরদংসিদগী অতৈ কয়া কয়াসু থোরক্কুনা হেন্না মপুং ফাবা অমা ওইরবদি ঐনা খরদং হোৎনজরিবা খরসি থোইদোক্লা মহৈ য়াল্লে হায়না খঞ্জগনি।

### ১বা ঈশৈ

ঈপা মচুম তারো,
ঈপু মচুম তারো ।
থাবীনা কারিঙৈ কাহৌরো ।
নুমীৎনা কারিঙৈ কাহৌরো ।
তিং-তিং চাওরো ।
উরুম লৈমা চঙখরো,
নুংসা লৈমা থোরকও ।
হাওরৈবীগী হিংগোন্দা
লসিং পোলাং লৈবনি;
হইনা-য়েন্না সোক্তনি ॥

মথক্কী শৈরোল অসি মমানা অঙাং ঈরুজবীবদা মমানা শৈথাবা ঈশৈনি। ঈশৈ অসিনা তাক্লিবদি ঃ- মীতৈ ঈপা-ঈপুশিংনা নুমিৎকুম মসোং চাউ, থাজগুম মঙান লৈরম্লা, হায়বদি - ব্বাখন লৌশিং চাওনা তিং লৈনা হিংলমবা পুম্সি মরেন অদু মপারী-মমোমশিং অদুদা পাগী পারেপ-পুগী পুরেপ ফংনা তিং লৈবা হিংজবা ঙমজৌ হায়না য়াইফরোন (বর) পীবিবনি । অদুগা মীয়ানগী ধর্ম লৌরুঙৈদগী লৌনম লাংনা কৃপখিবনা ব্বাখন-লৌশিং মাঙদুনা কোয়রৌ মঙানবু লৈচিন্না খনবগুম খন্দুনা লৈরিবদো, মতমগী খোঙলৈনা পুরকপা খমগোল নুংশিৎনা হুমদোকখিদুনা নুংশা মঙান ফংবগুম ব্বাখন লৌশিং ফংজরো হায়না মমা ওইবীনা য়াইফরোন শৈথারি । অদুগা চীংমীশিংনা লৈফম ওইরিবা চীংবু হাওরৈবীগী হিংগোন্দা হায়না পাউরৌ তৌদুনা মায়চৌশিংনা পুয়া লোৎপিরম্মী । পুয়া অদু লামায় থাবা পুয়া নত্তে, লা মশীংদমক থাবা পুয়ানি হায়বগী লোহ্নৈনা লশিং পোলাং হায়না পাউরৌ তৌনা লোৎপিরম্মী । লোৎলিবা পুয়া অদু হুই-য়েনগী লমচৎ ওইবা মীতৈগী য়েক্লবশিংনা ফংখিদনবা হুইনা-য়েন্না শোক্কনি হায়না পাউরৌ তৌরি । অদুগুম্বা লোৎলম্লিবা পুয়া অদুগী মনুংদগী **ব্বাকোকলোন হীলেল থিলেল সালাই অমাইলোন পুকোক্** কৌবা পুয়া অদুমদি ফংবা ঙমদে। হৌজিক চীংদগী পুয়া কয়া ফংলকখিগনি হায়বগী থাজবা থমলি ।

## ২ শুবা ঈশৈ

**লুকোক-লুকোক্ চাং চপ**
**মকু ঝুলি ঝম-ঝম ।**

মথক্কী অঙাংশিংগী ঈশৈ অসিনা তাক্লিবদি - ঙসি লৈপাক অসিদা মতমগী খোঙলৈনা পুরকপা **ইস্কোন** হায়বা সম্প্রদায় অমা নৌনা থোরক্লিবা অসি মরু চপমান্ননা কোকই হায়বগী **লুকোক্-লুকোক্ চাং চপ্** হায়রি । অদুগা ইস্কোন সম্প্রদায় অসিনা ঝুলি অমমম্ ঝম্-ঝম্ লাওনা মখুত্তা পায় হায়বগী **মকু ঝুলি ঝম্-ঝম্** হায়রি । অদুগা মকুঝুলি হায়বগী ব্বাহহ্মোক্তি-মকুনা অমম্নদা হৈনবদৌনা সম্প্রদায় অসি অমম্বা লাইনিংদা তাউবনি । মতমগী খোঙলৈনা লিৎপা য়াদদুনা থোরকপনি, মসিনা মীতৈ ঐখোয়গী মতম খঙহনবিরে হায়বগী হরাওফম থোক্লে ।

**৩ শুবা ঈশৈ**

**তোং-তোং তোংদুম্বা !**
**চক্রিক নাক্রিক চাৱাইবা !**
**থাথোই কৌইদা, তেম্মু-তেম্মু মতোন্ সনা চিজৌ,**
**খৎ থত্তোকও ।**

মথক্কী শৈরোল অসিনা তাক্লিবদি - ঐখোয়গী লৈপাক অসিদা তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপকী মীওইশিং চংলকপনা মশীং হেল্লরগনি হায়বগী **তোং-তোং তোংদুম্বা** হায়রি । অদুগা পিক্লবা লৈপাক অসিদা চক্রিক নাক্রিকনা চিন্না লৈররগনি, চাবসু ঐখোয়গী লৈপাক্কী পোৎথোক ৱায়দুনা চাররগনি হায়বগী **চক্রিক-নাক্রিক চাৱাইবা** হায়রি । মতম অমদা লৈপাক অসিগী চাথোক থোইনা হেন্না থোক্লুনা মীরৈবাক্তা থাদোক্লম্মী হায়বগী **থাথোই কৌইদা** হায়রি । অদুগা ঙসি মীশীং হেনগৎলক্লুনা চীং-মান, লৈতোং-নুংদোং, উমং-ৱামং তেমথোক্লুনা খুন্দা লৈতারকপা মরমনা লম মচেৎ (মতোন) খজিক্তদা মমল সনা ওনখিদুনা চি লাওনা লৈবা লৈপাক ওইরে । মরম অদুনা লৈফম চিল্লক্লে, মীমাং খরা খত্তোকউ হায়বগী **তেম্মু-তেম্মু মতোন সনা চিজৌ, খৎ-খত্তোকও** হায়রি । ৱাফম অসিনা ঐখোয়গী ৱাখনবু চিংসিল্লি ।

**৪ শুবা ঈশৈ**

**হাকুমগী মেরা থাদুদা**
**সনাগী কাকোক্ হাংলম্বা,**
**হাওবা নখোয় করি খুন্নো ?**
**ঙাপ্রুম খুল্লেম্নি ।**

ঈশৈ অসিনা তাক্লিবদি - মেরা থাগী নোংমা পানবা নুমিত্তা লাইনিংথৌ সনামহী লৌখত্তুনা হয়িং খোঙবান ফুরা লাইশঙদা থমদুনা লাৎপা হৌখি । হায়বগী **হাকুমগী মেরা থাদুদা** হায়রি । অদুগা লাইনিংথৌ সনামহী লৌথোকখিবনা মতম খরা লাইনিংথৌ লাৎলম্বা লাইশঙ কা অদু হাংদুনা কোকোক্লা লৈহৌই হায়বগী **সনাগী কাকোক হাংলম্বা** হায়রি । অদুগা সনামহীগী কা হাংনা থনম্লা হাওবদো করি খুন্নো হায়না হংলি । অদুগা ঙাপ্রুম খুল্লেলগী হাওনি হায়না খুমলি ।

হায়বদি - লৈখিদ্রবা য়াংমাসো সৈজানা চিফ মিনিষ্টর ওইবা মতমদা কুম অমগী লাকপা মেরা থাগী নোংমা পানবদা কৈসামথোংদা লাত্তুনা লৈবা লাইনিংথৌ সনামহীবু লৌথোক্তুনা মীতৈশিংগী খূত্তা শিন্নবিদুনা লাৎহল্লমই । য়ংমাসো সৈজা হায়বা অসিগী অহন লমনশিং অদু মমাঙঙৈগী মতমদা ঙাপ্রম খুল্লেন্দা লৈরম্বনি, অদুদগী অপর উখ্রুন্দা লৈখিবনি হায়না অহনশিংনা হায়নরি । ব্লাফম অসিনা সৈজা হায়বা নুপা অসি লাইনা থাবা মীওই অমনি, অদুনা লাইনিংথৌ সনামহীবু মতমগী খোঙলৈনা খূজেং হংলাক পায়দুনা তৌহল্লম্বা মহাক্কী থৌদাংনি হায়না লৌবা চুমগনি ।

**৫ শুবা ঈশৈ**

**ঈপা ঈপু চালাংকোক,**
**সোল সোল সোল্লসে,**
**সোল সোল সবা ।**

মথক্কী ব্লারোলশিং অসি অহন-লমনশিংনা অপীকপা অঙাংশিংবু লোঙনা হিপ্লগা খোঙ অনী সুপচিন্দুনা কোনশিল্লগা খূকউগী মখাদা অঙাং ফমহল্লগা, অঙাং অদুদা **ঈপা হায়য়ু, ঈপু হায়য়ু, চালাংকোক** হায়য়ু হায়হল্লগা অঙাং অদু ব্লাংনা থাঙ্গৎলগা **ঈপা-ঈপু, সোল-সোল সোল্লসে, সোল সবা** হায়না হায়রগা থাঙ্গৎলুবা খোঙদু তপ্লা-তপ্লা থাদদুনা অঙাংশিংবু হ্রাওহনবা মশান্ননি।

মশান্না অসিনা তাক্লিবদি - অঙাংশিং অদুদা নত্তে, ব্লাখন-লৌশিং মপুঙ ফারবা মীতৈ খুন্নাইদা করিনো হায়না থিরক্লবা থম্বীরম্বা মশান্না অমনি। হায়বদি — মীতৈ খুন্নাই অসিনা ঈপা-ঈপুশিংবু মীৎনা উবা লাইনি হায়না নিংজ-শোঞ্জরম্বা অদু মীয়ান ধর্ম্ম লৌখিবদগী পুমকাউ কাউহনখ্রবনি । কাউহনবদা নত্তনা ইমা-ইপা, ঈপুথৌশিং সোল্লুবদা অকনবা চৈরাক পীদুনা নমথখ্রবনি । অসিগুম্বা থৌব্লাই সোক্লবা ব্লাফম অসিবু তুংগী মীরোন্না থিরক্লবা থম্বীরম্বা মশান্ননি ।

মশান্না অসিগী ব্লাহছোকর্তি - ঐখোয় অসি ঈপা-ঈপুশিং অদুনা চা ওইনা লাংওল্লকপনি হায়বগী **ঈপা-ঈপু চালাংকোক** হায়রি । অদুগা মীতৈনা ঈপা-ঈপুশিংবু নিংনা সোন্নরম্বনি সোল্লসে হাযবগী **ঈপা-ঈপু সোল-সোল সোল্লসে**

হায়রি । অদুগা ঈপা-ঈপুবু ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা সোল্লসিবা হায়বগী সোল-সোল সবা হায়না লোম্বে ওইনা য়েক্লবনা খণ্ডনবা হায়রি । মসিনা ঐখোয়গী লাইনিং লম্বীবু তাকপীরে ।

## ৬ শুবা ঈশৈ

## নমা থৌরানী উররনি ।

মথক্কী ৱাফম অসি অঙাংশিংনা উ কাবদা, ঈশিং ঈচেল মপান, পুখ্রি অরুবা মপান্দা শান্নদুনা লৈবা অঙাং অদুদা অহনশিংনা ৱারৎ (ৱারক) মীচৈ ওইনা - হায় অঙাং উদগী তাদুনা নমা থৌরানী উররনি, পুখ্রিদুদা তাদুনা নমা থৌরানী উররনি, ঈশিং ঈচেন্দা তাওথখিদুনা নমা থৌরানী উররনি হায়না অঙাংশিংবু ৱারকপদা চৈবা মীচৈনি ।

মীচৈ অসিনা তাক্লিবদি - ঐখোয় মীতৈনা ইমাবু মীৎনা উবা লাইমক্লি হায়না নিংনরম্মী । অদুবু - লাইবক থীবদি, মীয়ান ধর্ম্ম লৌকঙৈদগী ইমাবু লাইনি হায়না নিংনরম্বা অদু কাউহনশ্রে, দিক্ষা পীরিবা গুরুগী থৌরানী (থাকুবানী) বু লাইনি হায়না ইমা থৌরানী হায়না খুরুমদুনা অপোকপী ইমাগী মহুৎ শিনহনখরে । মরম অদুনা মীতৈগী ৱাঙুলোন্না (দর্শণ) মীওইবগী পুন্সিনা অরোইবা য়াহিপ তারমদাই মতমদা খমনুং কিকোই লৌওনবীনা ঐবু পোকপী পলেম ইমা শাদুনা লাক্লবা মতমদা ইমা হায়না কৌদুনা মপুগী লৈকোন তানফংজে । অদুবু — অরোইবা য়াহিপ তারমদাইদা ঐবু পোকপী ইমা ওইনা উগদবা অদু, গুরুগী থৌরানী ওইনা উরগনি হায়বগী নমা থৌরানী উররনি হায়রি । ৱাফম অসিনা ঙসিগী মীরোন ঐখোয়দা ঐখোয়গী লীচৎ থাহেদে হায়বা পুক্লিংবু চিংশিনলি ।

## ৭ শুবা ঈশৈ

ক্লাক্-ক্লাক্

করি ক্লাক্নো ?

মীয়ান্ ক্লাক্নি ।

করি পাওনো ?

মীয়ান্ পাওনি ।




**চেঙ খুয়া অমত্তা পীয়ো,**
**পীফরোই**
**ঈশিং খুয়া অমত্তা থক্কে,**
**থকফরোই ।**
**য়েৎলোম চৎকে**
**চৎফরোই**
**ওইরম চৎকে**
**চৎফরোই ।**
**নচা খোমদোন মৈরৌবী লৈবরা ?**
**ইচা খোমদোন মৈরৌবী চেৎনা য়াল্লু ।**

মথক্কী ব্বারোল অসিনা তাক্লিবদি - ঐখোয়না তারিবা পাউ, তৌরিবা য়াথং পুন্নমক মীয়ান ক্বাক অচৌবগী পাউনি, য়াথংনি । অদুগা চেঙগী মমনসু লৌবা, য়েল্লি হাযবসু থোকপা চেঙ খূয়া-খূয়া চাবদা ওক্তনা পীরি । অদুগা যূমথোঙ খুদিংগী টৌতি য়ূংলগা খাজনাদি তত্তনা থিহল্লি, ঈশিংদি থকপা ফংদে । গারিদা ঈশিং খবা পুরক্লগা খূয়া-খূয়ামুক য়েল্লি, থকপা কোন্নদে । অদুগা ঈরৈবাক অসিগী লমখৈ পুন্নমক সিফাইনা সম্বল ওইদুনা থিংজিনখিবনা ঙায়োক চফুদা লৈবা মীতৈ ওইনা হিংলি । মীয়ান ক্বাক অচৌবগী য়াথংনা সম্বল লাল্লো হায়দ্রবদি চখোক চঙসিন য়াদ্রে । মরম অদুনা - মীতৈনা মৈ লৌরুবনা মৈতৈ হায়না খঙনরবা ঈপা-ঈপুশিং অদুগী মচা খোমদোন ওইরবা ঐখোযবু ঐখোযগী লীচৎ অরিবা অদুবু চেৎনা য়ান্দুনা খাঙত্ত হায়রি । তাঙাই ফদনা ঈপা-ঈপুশিংগী য়াথং হীক্তোকফদনা খাঙবা তাই ।

৮ শুবা ঈশৈ

ঈমাগীদি নিংথৌ !
সাহেবকীদি কংস্মান্
ময়াংগী চাকোরী ।
ঈমাগীদি নিংথৌ !

মথক্কী শৈথারোন অসিনা তাক্লিবদি - ঐখোয় মীতৈগী য়েক-সলাই ৭, হায়বদি - মঙাঙ, লুব্বাঙ, খুমন, অঙোম, মোইরাং, খা-ঙানবা অমসুং সালাই

লৈসাঙথেম হায়রিবা অসি নিংথৌ ওইরন্না ঙাক্তনি । মঙাঙনা ইম্ফাল কংলাদা, লুৱাঙনা লুৱাঙসঙফম কংলাদা অঙোমনা কোংবা তুরেল ৱাংমা কংলাদা, খুমননা ময়াং ইম্ফাল কংলাদা, মোইৱাংনা লৈকোয়পুঙ কংলাদা, খা-ঙানবনা ৱাংজিং সঙ্গাই য়ুম্ফমদা অমসুং সলাই লৈসাঙথেমনা ৱাঙ্গোই লৈসাঙখোং কংলাদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী । মরম অদুনা ঐখোয় য়েক ৭কী মচা মশু ওইবশিং অসি নিংথৌ মচা ঙাক্তনি হায়বা খঙননবগীদমক মমা ওইবীশিংনা **ইমাগীদি নিংথৌ** হায়না শৈথাবনি । অদুবু মীয়ান লমচৎ-শাজৎ লীচৎনা নমথখিদুনা অতোনবা শাগে অমগুম নীংশিংবা ঙমদনা পথদুনা লৈরে । সাহেবশিংগী কংস্মান্ (পূজারি) ময়াংগী চাকোরী ওইদুনা মীনায়গুম্না হিংলে হায়বগী **সাহেবকীদি পূজারি, ময়াংগীদি চাকোরী** হায়না শৈথারি । ঈশৈ অসিনা ঐখোয় মীতৈশিং অসি নিংথৌ শাগে ঙাক্তনি হায়না খঙজরো যানদুনা লৈরগনু হায়বা তাক্লি ।

৯ শুবা ঈশৈ

**নোম-নোম সগাই তোং**
**চানবা লৈতে তখেন থাঙ**

মথক্কী শৈরোল অসিনা তাক্লিবদি — হৌজিক্কী মতম অসিদা চিঙ্গাক তাঙবগী অৱাবা খম থেংলে, নোম্ন-নোম্না (শুনা-শুনা) চারা পুক থন্দ্রে, সা (হকচাং) কাই অসি শরূ ফংনা য়াঙ কংবনা শরূ অতোঙবা উরে হায়বগী **নোম-নোম সকাই তোং** হায়রি । অদুগা চাবা পুক থল্লক্রবা মতম অসিদদি মী পূম্নমক লৈরক্রে, থাঙনা য়ান্দুনা হাত্তোক্লরে, অমগী মখূত্তগী অমনা মুন্দুনা চানরে হায়বগী **চানবা(চাননবা) লৈতে তখেনথাঙ** হায়বি ।

১০ শুবা ঈশৈ

**উচি-চি খাঙৈতৎ**
**খরুং মপান খৌসাবা !**
**উচি লাবা মৈতৎপা**
**সেন্তাই লাকই ফরং ।**

মথক্কী অঙাংশিংগী মশান্না অসিনা তাকলিবদি-বৃটেনগী সাহেব মচাশিং, খোঙখাও মতৎ অমা খাঙৈতা সেৎপশিংনা উচিনা তৌবগুম্না মালেমগী লৈবাক

অয়াম্বদা লীৎসিন্দুনা চঙলকলগা, লৌনমদুনা লৈবাকশিং লৌদুনা মালেমগী মপু ওইরম্মী। খরুং ফু মানবা মালেম অসিদা লাবা হায়বদু ঐখোয় ওইরে হায়দুনা খৌসাদুনা হাইনা হুম্না পল্লম্মী হায়বগী **উচি-চি খাঙেতৎ-খরুং মপান খৌসাবা, উচি লাবা মৈতৎপা হায়রি** । অসুম্না চহী চা কয়া পাল্লবা তুংদা সেন্তাই (লুপা অতাইবা) থোরকপা মতমদা সাহেব মচাশিং অদু অহীং অমদা খঙহৌদনা ফরং পাইখিনি হায়বগী **সেন্তাই লাকই ফরং** হায়রি । মতাং অসিবু খঙননবা ঈপা-ঈপুশিংগী থনুং লাইমীৎনা উরম্বদো অঙাংশিংদা শান্নহল্লম্বনি । ঐখোয় মীতৈ খুনাইদা মতমগী খোঙলৈ খঙননবা অঙাং শান্নবদা লিরৌ তৌদুনা থম্বিরম্বনি ।

**১১ শুবা ঈশৈ**

**ময়াংসেকপী লৌয়াম্বী !**
**নুংথিল-নুংথিল য়াহিপ্পী !**
**অহীং-অহীং চাক্তাবী !**
**নখোঙ্ কাতি উরে, য়া**

মথক্কী শৈরোল অসিনা তাকলিবদি-ঐখোয়গী লৈপাক অসিদা লৈবা সেকপীবু ময়াং সেকপী হায়রিবা করিগীনো ? মদুদি- সেকপী মহৌশারোনগা ময়াংগী লৌনমগা চাংদমনবনি । মীয়ান গুরু ময়ামনা, পুরোহিত ময়াম্না সেকপীগুম্না নুংথিল-নুংথিল অহীংগী মহুৎসিন্না তুমথোকলগা অহীংদা মখোয়খৈ তানদুনা মীতৈশিংদা করি হায়জিল্লগা লাইদা কৎলু শ্রাদ্ধ চাউনা তৌ হায়জিল্লগা লল-থুম পোৎ-চৈ য়াম্না লৌথোকপা য়াননবা কাতিনা চপ্পগুম্না চপ্তুনা লৌসি হায়না হোৎনরিবা অদু, মীতৈ ঈপা-ঈপুশিং উরে, হায়বগী **ময়াং সেকপী লৌয়াম্বী, নুংথিল-নুংথিল য়াহিপ্পী, অহিং-অহিং চাক্তাবী নখোঙ কাতি উরে -য়া** হায়রি । অসিগুম্বা শৈরোল অসিবু করি হায়রিবনো হায়বা ব্লাহম্বোক পিরগা মীতৈগী যূম্বাল উত্তা তুরগা ব্লাইদা হৌগৎপা মতৌ অসিবু কঞ্জহৌনবা থম্বীরম্বা লীরৌ শৈথানি ।

**১২ শুবা ঈশৈ**

**এক্ক নঃ দুগ নঃ তিন্লো চার নঃ**
**ভুমি বাসি মাগো জাও ।**

**ভেরো বিবি চেঙপাক সু ।**
**কামিনী কোরে লুপা খাও**
**খাও-খাও, লুপা খাও ।**

মথক্কী খুন্নুং মশান্না অসিগী ব্লারোলনা তাকলিবদি-নোংমা -নিনি-হুমনি মরিনি শুরকলে, মঙানি শুরবদি অষ্টি সঞ্চোই (সঞ্চয়) লাকলনি । অদূনা নর্ঙদি নরৈবাক মচানি ভিক্ষা নিরো, শ্রাদ্ধগী পুরোহিত শিংনা পিবা ১৩নিগী বেবাঙ্গা নংনবা ফোলাগী চেঙপাক শুরো । ঈমাবুসু গোত্রদা ওংহন্দুনা ওক্তবী তাহল্লে লোয়ননা লুপা খাউজাউ-খাউজাউ লৌখ্রনি হায়রি । মসিনা ঙসিগী য়ূম্বাল-কৈবালগী শোকচিল্লবা ফিবম অসি কঞ্জহৌনবা ঐখোয় মীতৈনা খুৎ থিন্দুনা তাকপীরি ।

**১৩ শুবা ঈশৈ**

**বাখা তাবা কোইজোম্বা !**
**মীগী ব্লারক উরক চঙগনবা !**
**হমেঙ লাবা কোইজোম্বা !**
**মকোই পং থদংলো ।**

মথক্কী শৈথারোল অসিনা তাকলিবদি-মীয়ান লম্বোইবা হমেঙ লাবদৌনা মকোই চোম্বা শান্তাদাস গোষাইনা মীতৈগী লাইগী লীকলম ইবা পুয়া মৈ থারুবদগী লাইথুং থুংদুনা কংলা যাইকোন্নুংদা থম্বা তৌহৈদবা ব্লাখা চীংদা লৈহনখি । অসুম্না মৈনুংদা হিংবা পুন্সি অমা ওইনা ব্লানা লেল্লকলবদা, নিংথেম পামহৈমগা লোন্না ব্লাতানদুনা চীংউ মায়চৌ খোংনাংথাবা অহনগী মখোঙ পায়না খুরুমদুনা হায়জরবনা, চঙজরকপা মীবু ঙাকপীহৈবা মীতৈ ফুরুপকী লীচৎ ওইবনা মানা চীংউ মায়চৌনা তাক্লখা পুরুকসৌবীদা ঈরুপহন্দুনা লাইথুং কোকহনবিখি । মীয়ান লম্বোইবা মানা শারমচৎ ওইবনা তৌবিমল করিসু খনবা লৈখিদে ।

মীতৈ পুন্নমকপু রামান্দি ধর্ম্মগী থৌরীনা পুন্সিন্দূনা থমলগা, পঙথরকলনা মতমদা কোনুংগী লাইরিক লাইসু পূন্নমক পায়সিন্দুনা মীতৈগী লীখুন মুথৎনবা, লাইরিক লাইসুশিংগী লীকলম থুগাইদুনা মীয়ান মরোল য়ানশিন্দুনা শেমদোকখি । মীতৈগী লাইরোন কয়াগী মরক্তা মীয়ানগী লাইরোন কয়া হাপচিনখি । খুদম ওইনা হায়রবদা- মীতৈ লোলগা মীয়ান লোলগা য়ানশিন্দুনা কালগী সময়

মতমদা- নুংশি প্রেমনা চাকলবদা অসিনচিংবা । অদুগা লাইরোন্দা ওঁ-ক্লীং-শ্লীং দ্রিং দ্রোং-দ্রাং হ-র-স স্বাহা অসিনচিংবা ময়াম অসি থেৎচিন্দুনা মথোঙ মরম খঙহন্দ্রিবা পূন্নমক হমেঙ লাবগী মকোই ফোয়বগুম ফোয়দোক্লুনা হুন্দোকখো হায়রি । অসুম্না তৌরবদদা মীতৈগী অশেংবা লল ফংগনি হায়বসি ঐখোয় মীতৈদা তাকপীরি ।

## ১৪ শুবা ঈশৈ

বু-মৈ-লৌবী-খেরৌবী
হাও-মৈ-তোং-তা-মৈ ।

মথক্কী অঙাংশিংগী খুন্নুং মশান্না অসিনা তাকলিবদি - মহারাজ ভগ্যচন্দ্রনা মীতৈ কৌবস্না ঐখোয়বু মৈতৈ কৌগদবনি হায়না মৈতৈ কৌহনখি। নিংথৌগা মুক্করুবা ঙমদবনা মীতৈশিংনা বু ওইখিদুনা মীতৈ কৌরম্ববু, মৈতৈ হায়বা ব্রাহৈ (মিং) অসি হরাও খেনা লৌখি হাযবগী **হু-মৈ লৌবী- খেরৌবী** হায়বি । অদুগা মীতৈনা মৈ হাযবা ব্রাহৈ অসি লৌদুনা মৈতৈ কৌখিঙৈদগী মাংই-সের্গঙ হাযবা চৈরাক অমনা, চীংমী হাওশিংগা তোঙান- তোঙন তাহন্দুনা য়েলহৌঙৈগী মচীল মনাও ওইনা নুংশিনরকপা চেৎলবা কিসি অদু থদৎনখি। মবম অসি থোকহল্লিবগী মরমদি ঐখোয়না বু ওইদুনা মৈতৈ কৌবদা য়াখিবা অদুগী ভেকচাকনি হায়বগী **হাও-মৈ-তোং-তা-মৈ** হায়রি । মসিনা ঙসি মীতৈনি-মৈতৈনি হাযনা ব্রাবোইবা লৈতনা য়েৎনরিবসিনি।

## ১৫ শুবা ঈশৈ

লাংপ্রৈ মতোন নঙ কনানা চায় ?
সননা চায় ।
সন নঙ করিগী চায় ?
সঙ্গেন্নহা সন সেন্দে ।
সঙ্গেন্নহা নঙ করিগী সন সেন্দে ?
পুজারীনা চাক থোংদে ।
পুজারী নঙ কবিগী চাক থোংদে ?
শীং চোৎলি ।
শীং নঙ করিগী চোৎলি ?

**নোং চুই ।**
**নোং নঙ করিগী চুই ?**
**হঙোই খোংই ।**
**হঙোই নঙ করিগী খোংই ?**
**ইকুমথাগী খোংবনি ।**
**গো-গো-গো ।**

মথক্কী শৈরোল অসিনা তাকলিবদি- তাইবঙ চাদা-নৌদা লাংওনগদবা অদু, মীশিঙ য়ামলকপদগী চাকথুং ফিথুংলরোই হায়দুনা সন মার্কা ওইবা কংগ্রেস সরকারনা ফেমিলি-প্লানিং, য়াইফ যুম্বাল থৌরাং পায়খত্তুনা খুৎসেম (আর্টিফিসেল)না লাংওল্লক্কদবা চাদা-নৌদা থিংই হায়বগী **লাংথ্রে মতোন নঙ কনানা চাই ? সননা চাই** হায়রি । অদুগা সরকারনা তৌরিবা থৌরাং অদু মীয়াম্না য়ানবদুনা তৌরিবনি হায়বগী **সঞ্জেন্নহা সন সেন্দে** হায়রি । অদুগা মীশিংনা তুরেল ঈচাওগুম হেল্লকপনা চাকথুং-ফিথুং ৱাৎলকলে হায়বগী **পুজারী চাক থোংদে** হায়রি । অদুগা চাক থোংনবা চেঙ লৈরক্রুবদি শীংগী মথৌ তারক্লে হায়বগী **শীং চোৎলি** হায়রি । নোংম-নোংমগী মীশিঙ হেল্লকপনা ঈঙাগী নোংখোঙ ফূইনা চুবনা ঈহৌরকপগুমলে হায়বগী **নোং নঙ করিগী চুই ?** হায়রি । অদুগা মতম মাগী খোঙলৈনা লৈরকপদা মীশিঙ য়ামখৎলকপগী ঈচাওনি হায়বগী **হঙোই নঙ করিগী খোংই** হায়রি । মদুগা মতম মাগী খোঙলৈনা পুরকপা মহৈনি হায়বগী **গো-গো-গো** হায়রি ।

**ৱারোই ঃ** – লোইশিল্লকপদা হায়জনীংবদি মতম খোঙলৈ অমদি লাংওল লংদাইনচিংবা পুয়াশিংদা তুংদা থোক্লক্কদবা অমদি থোকখিবা থৌদোক কয়াব লৈবাক নিংথৌগী মমাঙদা পাউখোঙ ওইনা থল্লম্বা ৱাহৈ কয়া য়াওদবা নত্তে । হৌখ্রবা খরা অদুগা লাক্কদবা কয়াদি মফম মতমগী মখা পোনবনা মীয়াম মমাঙদা ফোঙনা হায়দোকপা য়াদবা কয়াসু লৈরি । মীয়াম মমাঙদা থমজরিবা ৱাখল্লোন খরদংসিনা অরোইবনি হায়জবা নৎতে । পূন্না খন্না নৈনমিন্নবা লীক্লম অমত্তং য়াৎচবনি । অচুম্বা অশেংবা পুথোকপিগদবদি খঙ-হৈরবা মীয়ামনি । থমজরিবা শন্নপ্পা ৱারোল খরসিদা অশোয়বা কয়া লৌথোকপিরগা অচুম্বা অফবা কয়া হাপচিনবিরক্কনি হায়না নীংজে ।

# মীতৈ অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈ অমদি মসিগী য়াওল

*ডাঃ ওয়নাম* ইবোচাউবা সিংহ

মীতৈ অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈগী মশক অমদি মসিগী য়াওল নৈনবগীদমক অহানবদা অঙাং অমসুং খুন্নুং ঈশৈ হায়বা ৱাফম অনীসিগী মশক লেপ্পা চঙই। প্রবন্ধ অসিগা মরী লৈননা অঙাং হায়রগা চাউরাক্লা ঈশৈগী মশক-মহাউ খঙলবা অমদি শীজিন্নবা হৈরবা চহী ৪/৫ দগী চহী ১১/১২ ফাওবগী অপিকপা অমদি পুংকক চাউরবা নুপামচা-নুপীমচাশিংবু খঙনগনি । খুন্নুং ঈশৈ হায়রগা খুন্নাই মনুংদা ময়ামগী চৎনবী ওইনা মপূং ফানা শক্লরবা ঈশৈবু খঙনগনি। মতৌ অসুন্না, মীতৈ অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈ হায়বনা মীতৈ খুন্নাই মনুংদা চহী ৪/৫ দগী ১১/১২ ফাওবগী নুপামচা-নুপীমচাশিং মশানা নত্ত্রগা মখোয়গীদমক অহল-লমনশিংনা চৎনবী ওইনা ময়ামগী মান্নবা মওঙদা, মহৌশাগী ওইবা খেন্নবা খরগা লোয়নননা, শকপা নত্ত্রগা থীবা ঈশৈশিং অদুবু খঙনগনি ।

মতাং অসিদা পঞ্জহৌনীংবা ৱাফম অমদি, অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈ হায়বসিদা খুন্নুং ঈশৈ অসি অহলশিংনা সুর য়াওনা শকপা অশেংবা খুন্নুং ঈশৈ (ফোকসোং) গী মশক অদু মতম পূন্নমক্তা ওইদে । অঙাংশিংগী অয়াম্বা খুন্নুং ঈশৈদি চৎনবী ওইবা অখন্নবা তাল-লয় অমদা ঈশৈ গী মশক নকশিন্না শৈরেং থীবগী মশক্নি; শৈরেংগী মশকপু ৱাহৈগী অমদি অর্থগী লৈতেং কয়ামরুম য়াওহন্দুনা অহলশিংনা মশা নান্না শেন্নবা অশেংবা ঈশৈগী মশক অদু নত্ত্রে, অঙাংশিংনা মখোয়গী অচম্বা ৱাফোঙদা চম্না লেংজবা ৱাহৈ-ৱাতা ঙাক্তনা শাগৎপনি । মীৎয়েং অসিদগী অঙাংশিংগী ঈশৈবু, থোইদোক্লা শান্নবগী ঈশৈবু, অঙ্গ্রেজীদা ৱাইম হায়না খঙনৈ । ঐখোয়গী মীতৈলোলদদি ৱাইম অসিগী অর্থদা অঙাংশিংনা শকপা নত্ত্রগা থীবা ঈশৈ মখল অনীমকপু কোনশিন্না অঙাংশিংগী ঈশৈবু ঈশৈ কৌবদা কায়দমাল্লে হায়না খঞ্জে ।

অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈ হায়বসি অঙাংশিংগী খুন্নুংলোল (চিলড্রেন্স ফোকলোর) গী খ্বায়দগী চাউবা শরুক্নি । অঙাংশিংগী খুন্নুংলোনগী লেমহৌরিবা পাউখোং অমদি ফুঙ্গাৱারীগী শরুকশিংদি মখোয়গী খুন্নুং ঈশৈগুম্না অদুক হাক্লা মখল য়ামদে, পাক-চাউদে ।

অঙাংশিংগী খুন্নুংলোন হায়বসিদা শান্নবগী মোটিফনা খ্বায়দগী মপূং ওই। অঙাংশিংনা মখোয়গী থবক-থৌরমশিংগী মনুংদা শান্নববু খ্বায়দগী মক ওইনা খল্লি । থবক-থৌরম কয়াবুসু মখোয়না শান্নবগী মশক্তা লৌই । খুদম ওইনা, ঈরুজবা, অঙাং লৌবা, থেন্বা, লক্লবা, শুন্বা অসিনচিংবদা মখোয়না শান্নবগী মচাক থিনবা হোৎনৈ । শান্নবগী ব্রাখলগী থাক্তা লৈরবা মতমদা মখোয়গী কলপনাগী শাখপ তোয়রকই অমদি কলাগী ব্রাখল য়াকায়রকই । শান্নরকপা মতমদা মখোয়না অশেংবা জগত্তা য়ুম্ফম ওইবা কলপনাগী তোপতোপ্পা জগৎ অমদা তাউবা হৌরকই অমদি মখোয়গী ওইবা জগৎ অমদি মখোয়গী ওইবা জগৎ অসিদা মখোযগী নুংগী ব্রাখল্লোনগী পোখোক ওইবা, ময়ামগী ওইবা যানা নীংথিবা, কলাগী মশক শাফোঙলকই । অসিগুম্লবা কলাগী মশক অমনি অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈ হায়রিবসি ।

অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈগী মহৌশা ওইবা মপূং ওইবা লৈফমদি চহী লোঙ্গা ওইবা অঙাংশিংগী মরক্তনি । পূক্লীং ঈহুল অমদি ব্রাখল্লোন মান্নগনবা চহী লোঙ্গা মান্নবা অঙাং মশেল মরক্তা ঈশৈ মখল-মথেল কয়া মহৌশানা নীংতম্না মকা লাম্না থোক্লকই । ঈশৈ অমদগী ঈশৈ অমা পোকপসু চহী লোঙ্গা মান্নবা অঙাং মশেলগী মরক্তনা অযাম্বা ওই । মসি পূম্নমক ঈমুং-মনুং, য়ুম্লোন-কৈরোন্নবা ঈংখোলনুং অমদি লৈকাই পানবগী মহৌশা ওইবা ফীভমদা ঈমুং-মাঙ্গোল, শূমাঙ-লমপাক্তা অয়ুক, নুংথিল নত্ত্রগা নুমিদাংব্রাইগী মতমদা ওইনীংবা নুমিত্তা ওইনীংবা মশীংদা ওইথোকপা য়াই । পূম্নমক অসিদা অহলশিংগী মীৎয়েং অমদি চৈবাক থোইনা লৈতবা মরম্না অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈ হায়বসি, মপূংদা, চহী লোঙ্গা ওইবা অঙাং মশেল (পীযব গ্রুপ) গী পোৎশক্লি হায়না লৌনৈ ।

অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈ থোক্লবগী লীক্লম (চেনেল) অহুম লৈ ঃ চহী লোঙ্গা শান্নবা মশেল (পীয়ব গ্রুপ) গী অঙাংদগী অঙাং য়ৌবা (চাইল্ড টু চাইল্ড) লীক্লম, অঙাংদগী অহল য়ৌবা (চাইল্ড টু এডল্ট) লীক্লম অমসুং অহলদগী অঙাং য়ৌবা (এডল্ট টু চাইল্ড) লীক্লম । অকোনবগী অহলদগী অঙাং য়ৌবা লীক্লম অসিদা অঙাংগী সংসারগী মরমদা খনবা অহলশিংগী ব্রাখল্লোন্না থৌইনাশিল ওইদুনা খুন্নুং ঈশৈ পোক্লকই । মসিদা অঙাংগীদমক অহলনা ঈশৈ শকপি ।

খুদম ওইনা, অঙাং লৌবা, থেম্না, শুম্বা অমদি অঙাংশিংগা শান্নমিন্নবা অসিনচিংবদা শকপা ঈশৈশিং অহলশিংনা অঙাংশিংগীদমক শর্কপিবনি । ঈশৈ মখল অসিবু মালেমগী অখণ্ড-অহৈশিংনা অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈগী মনুংচন্না লৌনৈ । ঈশৈ মখল অসি থোরকপগী খ্বাইদগী অচৌবা তাঞ্জাদি চহী নৌরিবা লোঙ্গা ওইবা অঙাংশিং শান্নবদা চহী লিরবা অঙাংশিং নক্তগা অহল-লমনশিং য়াওশিনবা মতাংশিংদনি । মসি ওইবগী মপূংওইবা মরমশিংদি অহল ওইবশিংনা মখোয়গী ব্রাখল্লোন খরবু তোপ-তোপ্পা খনগৎলগা অঙাংশিংদা, অঙাং মশানা খণ্ডজরবসু খণ্ডজদ্রবসু, শকহন্নীংবা (খূদম, ক্লাক-ক্লাক), অঙাংশিংদা খুন্নুং ঈশৈগী তোপতোপ্পা মশক-মচু খরা খঙহন্নীংবা (খূদম,নিংথেমগী কীর্ত্তোন্দা/ খূবাক ঈশৈ অমতা/শকচগেনে), অঙাংশিংগী ঈশৈ-পূক্কৈদা অনৌবা মথেলগী অনৌবা মশীং হেনগৎহন্নীংবা খূদম, (হৌদোং ঙ্যাও), অঙাং ওইবগী হৌখ্রবা নুংঙাইববা পুন্সি মতাংদা অঙাংশিংগী মানবা ঈশৈ শক্কুনা অমুক হন্না মতম ঙাইহাক লেন্নীংবা (খূদম, হিদাকফু মচা ভুম্বু-ভুম্বু), অসিনচিংবনি ।

অঙাংদগী অহল য়ৌবা লীক্লম্না থোকহনবা ঈশৈশিংদা অহলশিংগী সংসাবগী মরমদা অঙাংশিংনা খনবা ব্রাখল্লোন্না মচাক ওই । লীক্লম অসিদা অঙাংশিংনা মখোয়গী ঈশৈশিংবু অহলশিংগী ওইবা স্টৈণ্ডার্ডনি হায়না মখোয়না খঞ্জবা পাদম অদুগা চুংশিনহন্নবা হোৎনৈ । মসিদা অঙাংশিংনা অয়াম্বা মতমদা মখোয়দগী চহী মথক থোংবশিং অমদি অহল ওইবশিংগী ঈশৈ-পূক্কৈগী মনুংদগী চাং লেম্বা অমদি মরূ ওইবনি হায়না খঞ্জবা ঈশৈশিংবু খনগৎলি । অসিগুম্বা ঈশৈশিং অসিবু মখোয়না অহলশিংনা য়ারগনি হায়না খঞ্জবা মখোয়গী ওইবা তোপতোপ্পা মওঙ অমদা ফোঙদোকপা মশান্নশিংগা অয়াম্বা মতমদা শাগোন্নহল্লি । খূদম ওইনা, ঔগ্রী হঙ্গেল, লাই হরাউবা, নাউশুম-নাউথেম্বা অসিনচিংবগী মতৌ তমদুনা অঙাংশিংনা শকপা ঈশৈশিং (কে-ক্রে-কে, হৈরাগোইনিদা নচিংবা)।

চহী লোঙ্গা মান্নবা মশেলগী অঙাংদগী অঙাং য়ৌবা লীক্লমদা পূন্নমক অঙাং মশাগী ওই : মখোয়গী মান্নবা মীৎয়েং, মান্নবা ঈহুল অমদি মান্নবা শাজৎকী ওই । মখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা মীশক, পোৎশক, জীব অমদি

প্রকৃতিগী থৌদোক-থৌরমশিংবু মখোয়না মখোয়গী মীৎয়েংদগী শৌগৎলি : মতৌ তম্মী নত্ত্রগা হুল্লি ঃ করেম্নে । অঙাং মখোয় মশেলগী মান্নবা মীৎয়েং অসিদগী মখোয়গী ঈশৈশিং খ্বাইদগী মশীং য়াম্না থোকই । মতৌ অসুম্না, মীতৈ অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈ থোকহনবা লীক্লম অহুমগী মনুংদা অঙাং মশেলগী ওইবা লীক্লম্না খ্বাইদগী চাউবা ভমদাই পুই, মথং ওইবা ভমদাই অঙাংদগী অহল য়ৌবা লীক্লম্না পুই ।

মীতৈ অঙাংশিগী খুন্নুং ঈশৈ অয়াম্বা অঙাং মশানা শেমজবনি । করিগুম্বা মতমদা অহল ওইবশিংনা শকপি-তম্বিবা য়াওরবসু অয়াম্বা ঈশৈশিংদা অঙাং মশেল পূন্না মশান্না কয়া শান্নমিন্নবা মতমদা মখোয়না অমগা-অমগা ব্রাহৈ পাঙথোক-পাঙশিন তৌদুনা শেম্মিন্নখিবা নত্ত্রগা মখোয় অমমম্না মাগী-মাগী শীথোরকপা কলপনাশীল প্রতিভাগী মতেংনা খূদক্কী ওইনা শেমখি-শাখিবা ঈশৈশিংবু অতৈ শান্নমিন্নরিবা অঙাংশিংনা য়ানীংনা মতৌ তম্বদগী ওইখিবনি । অসিগুম্বা ঈশৈশিং অসি অঙাংশিংনা হান্না খঙখি-তাখিবদগী নীংশিংদুনা মান্নবা মওঙদা নত্ত্রগা খরা শেমদোক্লবা মওঙদা হন্না-হন্না শকই অমদি মতৌ অসুন্না মীবোল কয়া লান্না মথংশিংনা চত্থবা চৎনবীগী মশক ওইহল্লি ।

মশান্ন (গেম) হায়বা অখন্নবা থৌরমগা মরী লৈননা মশান্ন অদুগী অখন্নবা তাম্বাগা চুননা শকপা, মথক্কী মখলগী নত্তবা থৌরম নাইদবা মখলগী মীতৈ অঙাংশিংগী খুন্নুং-ঈশৈ কয়ামরুম অমসু লৈ । থৌরমগী মফম-মতম নাইদনা হায়বদি থোকউ-থোকউবা মতাংগী মতুং ঈন্না অকোযবদা থেংনবা তাইবং মী, উচেক ব্রায়া, তীন-কাঙ, লৈ-শুর্নচিংবগী খ্বাইগা মান্নদবা অখন্নবা মতৌ উরগা মখোয়গী মতৌ তম্মীংবা, মখোয়বু লক্লনীংবা, করেম্ননীংবা নত্ত্রগা নোংজু-নুংশিৎ--নুংশাগী নোংম—নোংমগী থোকউ-থোকউবা মতাংদা নোং চুহন্নীংবা, নুংশা শাহননীংবদা, নুংশিৎ শীৎহননীংবা নত্ত্রগা থোকউ—থোকউবা তাঞ্জাগী মতুংইননা ময়াম পূন্না নত্ত্রগা মথন্নতা পংশেম—শেমদুনা শক্লীংবদগী থোক্লকপা চৎনবী ওইবা অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈ কয়ামরুম অমসু লৈ । অসিগুম্বা থৌরম নাইদনা থোকউ — থোকউবা মতুংইন্না শকপা ঈশৈশিং অসি চৎনবী ঈশৈ ওইবদা খরা ব্রানা থোকপা মরম্না, থৌরম নাইবা ঈশৈশিংগা চাংদম্নবদা মশীং হছে ।

মীতৈ অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈশিংবু চাউরাক্লা মখাগী অসুম্না মখল খায়দোকপা য়াই ঃ—




থৌরম নাইবা ঈশৈ (ফংসনেল সোং) হায়রগা করিগুম্বা থবক থৌরম অমগা মরী লৈননা অখন্নবা থবক থৌরম অদুগী তাল্লাগা চুননা শকপা ঈশৈবু খঙনৈ। ঈশৈ মখল অসি শকপদা তপ্পা থুবগী চাং ঈশৈ শাগোন্নরিবা থৌরম অদুগা মরী লৈনৈ। খুদম ওইনা, তোংবা নুংঙাইবা অনেম্বা উশাদা তোংলগা নোম্লগা শান্নবদা অঙাংশিংনা শকপা ঈশৈ -

**নোম নোম শগাইতোং**
**চানবা লৈতে তখেলথাঙ**

হায়বসি তপ্পা নোম্বা হৌগৎলকপদা অঙাংশিংনা ঈশৈগী খোঙথাং তপ্পা শকই, উশা নোম্বগী চাং থুগৎলকপগী মতীক ঈশৈ অসি মথংশিৎনা থুজিন্না শকই।

নঙ্গন্দা অঙাং পোরগা মমা মন্দোন্নচিংবা নাউশুম্বা মতমদা শকপা থা-থা থাবুংতোন গী ঈশৈ অঙাংদা খূৎনা পোপ-পোপ ফুবগী তাম্বাগা চূননা অতপ্পা লয়দা শক্লে । অঙাং ময়াম মখূৎ মথং মথং খূনমদা খূদোনবীগনা চপ-চপ্পুনা লোনখৎনরগা শকপা ঈশৈ চি চি চি খা মৈতৎ খূৎ ময়াম পূন্না নোম্বগী চাংগা মান্ননা ময়াম ওইবা লয়দা শক্লে । অঙাংশিংগী তিংথোকপা খূৎ ময়ামদা খূত্তুম্না থুনা শুবগী তাল মতুংইন্না তোং-তোং তোংক্রুম্বী গী ঈশৈ অথুবা লয়দা থীনৈ ।

মীতৈ অঙাংশিংগী থৌরম নাইবা খুন্নুং ঈশৈশিংদা অঙাংনা শান্নরমদাইগী অমাংবা খন্দোকপগী মতাংদা থীবা ঈশৈশিং অমদি মশান্নশিং শান্নবা মতমদা শকপা নত্তগা থীবা ঈশৈশিং চনবা য়াই । মসিদা অঙাংশিংগীদমক অহল ওইবশিংনা শকপিবা নাউশুম-নাউথেমগী ঈশৈশিং অমদি অঙাংগা শান্নমিন্নবগী থীবা ঈশৈশিংসু চনবা য়াই । অঙাংশিংনা শকচবা ঈশৈ খরগী, খুদম ওইনা, মমিং পল্লবদা অমাংবা, খনবগী ঈশৈশিংগী মনুংদা মৈরৌবী কারৌবী, একসলাই দোস লাই নচিংবা পনবা য়াই । শান্নবগী ঈশৈশিংগী মনুংদা ক্লাক-ক্লাক, কে-ক্রেকে, তন্দন ফাইবোক, থবী ফুকপী মাইরেল ফুকপী, থেঙ্গু নম্বোল, উচি চি-চি, নোম-নোম শাগাইতোং, ব্রু-ব্রু কাটি, নাইন টেন বাসকো হায়বনচিংবা ময়াম পুন্না শকমিন্নবা ঈশৈশিং অমদি সে-সে সেবোত্তি, তোং-তোং তোংক্রুম্বী, ফুলো-ফুলো, এরি দুরি, অমদি উরাউবী শান্নবগী তোঙান-তোঙানবা ঈশৈশিং — উ হায়না তাল্লগা, উদগী চাউবা খোংনাংনি, উরে, ব্বারে, ত্রোং লাউবী ঙাক্রিচৌ, অমথেক অনীথেক, একনং দুকনং, কাংঙবমগী ইবেমচা, ইমাগীদি ইবুংঙো, জহাজ জম-জম, তে-তে তেনব্রা নচিংবা মীচঙ নাইনা শান্নরোয়শিংনা মথং-মথং শক্লবা ঈশৈশিং পনবা য়াই । শান্নবগী ঈশৈশিং অসিনা অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈগী খ্বাইদগী চাউবা শরুক ওই । মশান্নশিং অসিগী মনুংদা অমুক উরাউবী শান্নবনা অঙাংশিংগী ঈশৈ খ্বাইদগী য়াম্না পুথোকই । শান্নবগী ওইবা থৌরম নাইবা ঈশৈশিং অসিদা অঙাংশিংনা শৈশেল্লোন অমদি তাল-লয়গী জ্ঞান নুপামচা-নুপীমচাশিংনা নুংদুম মঙানা খূৎলোকপীগুম 'ফুল-ফুল' শান্নবগী ঈশৈ-ময়েক য়েংবা য়াই ঃ-

ফুল ফুল ফুলতি — এক্কে নতে দোমদি । দেমতি ।
জাম জাম জামতি — এক্কে নতে জলোজামতি ।
সুশোম সুশোম সুশোমতি — এক্কে নতে জসুশোমতি ।
কদম কদম কদমতি — এক্কে নতে জলকদমতি ।
বকুন বকুন বকুনতি — এক্কে নতে জলবকুনতি ।
তাজম তাজম তাজমতি — এক্কে নতে লতাজম ।
মকুজাম মকুজাম মকুজামতি — এক্কে নতে জলমকুজামতি ।
মসবুরা বেঙ্গবুরা সসবুরতি ।
নস্তি গোসাই বাতি গোসাই নস্তি গোসাইতি ।
নস্ত মরিনস্ত নস্তিতি ।
হরি একে, বন্দ্র বাসী, বন্দ্র বাসী, বনসে পাকা, সইতে লেখা,
সাততে, সরুনতে আটে, বজগতি নরে, নবগুরা দনসে,
তন্নজুলা এগাবো, এন্দবুরী বারো, বাতমারি তেরা,
তোসিএতা চৌদো, চৌদিয়েগ পানেরো, পানখেলি সুল্লো,
সুল্লো, সতেদুলি কৌনা ফস্ ।[১]

অহলশিংনা শকপিবা থৌরম নাইবা অঙাংশিংগী খুন্নুং ঈশৈগী মনুংদা চহী অহল ওইবা মচে-মনে, মমা-মবোক্লচিংবনা অঙাং শুম্বদা শকপা থা থা থাবুংতোন নচিংবা অমদি অঙাংগা শান্নমিন্নবদা মখুড়া-মতোল মপা মপুনচিংবা অহলশিংনা থীবা ইপা-ইপু সোন সবা, হৌদোং ঙ্যাও নচিংবা ঈশৈশিং পনবা য়াই ।

থৌরম নাইদবা ঈশৈ (নন ফংসনেল সোং) হায়রগা থোকউ-থোকউবা মতাং-মতাংদা, থবক পাঙথোকপগী তঞ্জা-থুবগা মরী লৈনদনা, শকপা ঈশৈশিংবু খঙনৈ । ঈশৈ মখল অসি মতাং-মতাংগী মতুংইন্না মফম-মতম নাইদনা অঙাং অমনা-অনীনা নত্তগা ময়াম্না ঈশৈ মশাগী ওইবা থোইদোকপা তাল-লয় অমদা হরাও-নুংঙাইনা থী নত্তগা শকই । মখল অসিগী ঈশৈশিংগী মনুংদা অঙাংশিংনা পূন্না শেম-শেমদুনা শকমিন্নবা নাক্ক-থেংবগী ঈশৈ -

[১] হঞ্জবম গৌবচন্দ্র শর্ম্মা, মৈতৈ খুন্নক ঈশৈ (ইম্ফাল : ঙাঙোম ইবোবী সিংহ) লাঃ ২১-২২

য়াম্বা ময়ুম চঙলুসে
নাখা থেংলুসে
ও লৈতে নুংদে হায়গনো
তবেৎ শেঙ্গাওনুংদগী
য়া শেল নীংথিবা
সে লানথোকও ॥
য়া অঙৌবা শগোল তোংববা
নিংথৌবেলগী শগোলদি
মমৈ গে গে লাউবনে ॥
কোংযাংসে নীংথিবে
লৈসু নীংথিবে
শাবীনা লৈবি লৈশন্না
কোংযাং লৈনুংশি ॥[২]

অসিনচিংবা অঙাং-কাঙলুপকী তোঙান-তোঙানবা অঙাংশিংনা চুন-চুনবা যেংদুনা হাপচিন-হাপচিন্দুনা পুন্না (ক্যুম্যুলেটিভ ওইনা) শকপা ঈশৈশিং পনব যাই । ঈশৈ মখল অসিদা যাওশঙ কোয়বগী **মুক্রা লাউনবী** ঈশৈ - **মুক্রা শান্নসিকো, শ্যামরা উরীরৈ** নচিংবসু চনবা য়াই ।

থৌবম নাইদবা অঙাংনা শকচবা লক্রুবগী ঈশৈশিংগী মনুংদা তোম্ন-তোম্নী কৌবা মী লক্রুবগী **তোম্বা তোম্বী নাতোম্বী,** মক কোকপা মী লক্রুবগী **লুকোক লুকোক চাং চপ,** বামোন লক্রুবগী **বামোন বামোন চক্র বামোন,** শগোল তোংবা মী লক্রুবগী **শগোল তোংবা থীনেৎপা,** হাথু হাথু চেনচৎ চংবা অহল লক্রুবগী **লাকখোং সম্ভি,** মযাম পুন্নিঙৈদা মতৈমা লাকপা উবদা লক্রুবগী

লৌবী চৎপী ফিঙাং ইনবী
তাদগী মতূ ইতৈমা

---

[২] ঈশৈ অসি খোমজিনবা : অথোকপম খোলচন্দ্র সিংহ, এম. ফিল ছাত্র, মণিপুরী বিভাগ মণিপুর য়ুনিভর্সিটি, এপ্রিল ১৯৮৭. তাকপিবকপা : নিংথৌজম লালসিং, কৈথেং মমাঙ লৈকাই, লৌমী. চহী ৬৭ /

ইতৈমনা উতি খোংবদা
তাদনা হাউতে হায়বদা
ইতৈমা মপাম য়ৌখরে
ঙাইখো ঙাইখো ইতৈমা
তাদগী মৱা লৌরুনু ।[৮]

হায়বনচিংবা পনবা য়াই । উচেক-ৱায়া য়েংলগা লক্লবগী ঈশৈশিংগী মনুংদা **ময়াং শেকপী লৌয়ানবী, হা উরিৎ নাপগুবী, পূরগা থোক থোক শিংদোকউ, নোঙ্গৌবী নোঙ্গৌবী** নচিংবা ঈশৈশিং পনবা য়াই । তীন-কাঙ য়েংলগা লক্লবগী ঈশৈশিংদা **লৈবাকলোৎপী তিলোত্তমা, উদা কাবা ককচেংও, লাংদ্রুবী লাংদ্রুবী, থরাইকোকপী তেংবী** নচিংবা পনবা য়াই । লৈ-শুনচিংবা পাম্নী-শীংবী য়েংদুনা লক্লবগী ঈশৈশিংগী মনুংদা **মোদোল্লে মোদোল্লে** নচিংবা পনবা য়াই ।

থৌরম নাইদবা মওঙদা অঙাংনা নোংজু-নুংশিৎ-নুংশাগা মরী লৈননা শকচ-ঙীজবা ঈশৈশিংগী মনুংদা **নুংশা-ও থোরক্লো, নোং-ও চুরো, নুংশিৎপুদি পাংখোক্লানা** ঙম্মে হায়বনচিংবা পনবা য়াই । খুদম ওইনা,

নুংশা-ও থোরক্লো
উরুম লৈমা চঙখরো
হাওরৈবীগী ইংখোলদা
লশিং পোলাং ফৌবনি
তূইনা য়েন্না শোক্কনি
কোনরাবা তিঙ তিঙ ।[৯]

অহলশিংগী থবক-থৌরম শৌগতুনা মখোয়গী মতৌ তমদুনা অঙাংশিংনা থৌরম নাইদনা শকচবা ঈশৈশিংগী মনুংদা মোরানবী শান্নবগী **তিং তিং চাউরো, থা থা থাবুংতোন, খিন্তা ঘিন্তা ঘিন্তেংতা,** নচিংবা, ফৌগুবী শান্নবগী

*[৮]মংশাতাবম চনু নলিনি, অঙাংগী মশান্না থব' (ইম্ফাল : মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী ফোঙথ্রিবা এম.ফিল দিসার্টেসন, ১৯৮৫), লাঃ ৫৪ ।*

*[৯]মথক্কীসিদা, লা : ৩৬ ।*

**হা ইমা ইমা**-ও নচিংবা, জগোই শাবী শান্নবগী **থেক্ক-থেক নৌগ-নৌ, হৈরাঙ্গোইনিদা, নিংথৌরেলগী শগোলদি, লৈমাপোকপা কৈরুংবা,** নচিংবা, থাবল চোংবী শান্নবগী **শাবীগী খূত্তা শানৌনা পায়** নচিংবা কাং চিংবী শান্নবগী **জয় জগন্নাথ** নচিংবা অমদি অহলশিংনা লীবিবা **ফুঙ্গা** ব্রারীগী ঈশৈ ব্রারোল মতৌ তম্বা **হা কবুই কৈওইবা, পান চাদুনা শিখিবা** নচিংবা ঈশৈশিং পনবা য়াই ।

অহলশিংনা শকপা ঈশৈগী মতৌ তমদুনা অঙাংশিংনসু করেম্নবগী ঈশৈশিং থব্রায় তানা শক্রে । **ইতাখোয় খোয়নৌখোয়, ইনম্মা শগোলশেম্বী হেঙো হেঙো** নচিংবা ঈশৈশিং মখল অসিগী মনুং চল্লি । খূদম ওইনা, কোযনা চৎপী মথোঙ চাদবী নুপীবু করেম্নবা ঈশৈ অমা য়েংলবদা ঃ

লৌরী চৎপী ফিঙাং শেৎপী
তাদগী মতু ইনম্মা
শম্বান্দোং তাহৌরে হায়দুনা
শম্বান্দোং খুনগে চৎপদি
ক্বাক্লবু চেনশ্রেদো
ক্বাকপু ফাগে চৎপদি
লমথাংবুদি শেগাইরে ।[৫]

থৌরম নাইদবা অঙাংশিংনা পংশেম-শেমদুনা শকচবা অর্থ থোক্তবা নত্তগা অর্থ থোইনা লৈতবা ঈশৈ (ননসেন্স সোং) শিংগী মনুংদা **ভুং ভুং চক্রভুং, দোন দোন দোলাইয়ি,** অসিনচিংবা পনবা য়াই ।

থৌরম নাইদবা মওঙদা অহলশিংনা অঙাংশিংগীদমক শকপিবা ঈশৈশিংগী মনুংদা **মৈভানচাবী আও-রে** নচিংবা অঙাং লক্লবগী ঈশৈশিং অমদি **হিদাকফু মচা তুম্বু তুম্বু, নিংথেমগী কীর্ত্তন্দা** নচিংবা অঙাং লৌবা মতমদা নুংঙাইনা মতম লেনবা ওইনা শকপা ঈশৈশিং পনবা য়াই । ঈশৈ মখল অসিগী খুদম ওইনা, মপা-মপু ওইবশিংনা মচা-মশূ অপিখকশিংবু ফৈবম্নমা পম্লগা হাইদুনা শান্নবদা শকপা ঈশৈ অমা য়েংলবদা ঃ

---

*[৫] হঞ্জবম গৌরচন্দ্র শর্ম্মা, মৈতৈ খুন্নক ঈশৈ, লা ঃ ৩৩-৩৪ ।*

হাও মচা তুনাল বোই
থুম্বোন নাম্মগা শিন্নসে ।[৬]

মতৌ অসুন্না, মতম অমদা মীতৈ খুন্নাই-কাঙলুপ মনুংদা অঙাংশিংনা অমদি মখোয়গা লোয়ননা অহলশিংনা পূক্নীং হরাও-নুংঙাইনা শান্নমিন্নবা অমদি মতম লেনমিন্নবদা মতেং ওইবা মখল-মথেল কয়ামরুমগী খুন্নুং ঈশৈ মশীং ৱাত্তনা লৈরম্মী । ঙসি হিংবগী লাছেং লুশিল্লক্লুনা থবক চিন্নরক্লুবা অমদি লাইরিক-লাইশু তম্বগী ঈনোৎ কনখৎলক্লবা মতম অসিদ্দি অঙাংশিংগী হান্না লৈজরম্বা মশান্নশিং অমসুং শাগোন্নবা ঈশৈশিংগী মশক্তা অচৌবা অহোংবা লাক্লে । অঙাংগী শান্নফম লৈশিল্লক্তবা অমদি শান্নবগী মতম ফংনরক্তবদা নত্তনা শান্নবগী কাঙলোন, মশক-মওঙ অমদি ঈশৈ মরোল কয়া কাউনরক্লে খঙনরক্লে। অমরোমদা, ঙসিদগী চহী ১০ রোমগী মমাঙৱাইদগী ইংলিস স্কুলগী অঙ্গ্রেজী শিক্ষাদা থোইদোক্লা থৱায় য়াওনরকপনা মরম ওইদুনা অঙ্গ্রেজী লোলনা মপূং ওইবা অনৌবা মশান্ন (খূদম ওইনা, এল ও এন দি লন্দন, দোংকি মংকি স্বা নচিংবা) খরা মীতৈ খুল্লক্তা শান্নবা চৎনরক্লে । অঙ্গ্রেজী লোলগী ঈশৈ য়াওবা অনৌবা মশান্ন কয়া অমসু ইংলিস স্কুলশিংগী ক্লাসরুম অমদি প্লেগ্রাউণ্ডদা ছাত্র নুপামচা-নুপীমচাশিংনা থৱায় য়াওনা শান্নরক্লে । অঙ্গ্রেজী লোলনা মপূং ওইবা শান্নবগী ঈশৈশিং অসি মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না স্কুল কেম্পসকী ৱাংমদা মীতৈ খুল্লক্তা চঙলক্লোই হায়নীংঙাই লৈতে । মসি ঐখোয় য়েংখিবা তাই ।

হৌজিক-হৌজিকমক অঙ্গ্রেজী স্কুলশিংদা মীতৈ অঙাংশিংনা পাম্না শান্নরিবা অঙ্গ্রেজী লোলনা মপূং ওইবা মশান্নগী ঈশৈশিংগী খূদম অনী-অহুমদং লৌখত্তুনা য়েংলবদা ঃ

১। (ময়াম পূন্না শর্কমিন্নদুনা)
জিং জিং ওল দি বে বি গো
কেট ট কেরি ৱেল্ট এ ফিশ
নেম সম এনিথিং এজ য় লাইক

[৬]রাজকুমারী শ্রীমতি তম্ফাসনা দেবী, মণিপুরী লোক সাহিত্য (ইম্ফাল : অইবী মশা, ১৯৭৪) লা : ১৭ ।

ফোব এন একজামপল

(লম মমিং হায়নবীদা অঙাং অমনা)

দিল্লি (ময়াম তাল মান্ননা খূবাক ২বক খুরগা মথংগী অঙাংনা)

বোম্বে ( ,, ,, ,, ,, ,, ,, ,, ,, )

ইম্ফাল ( ,, ,, ,, ,, ,, ,, ,, ,,)

..... । (তাল শোয়না লম মমিং হায়রকপা অঙাংদু শিহনবা)

২। (অঙাং অনী নত্ত্রগা ময়াম খূৎ-খূৎ পাযনবগা থাবল চোংবগা মওঙগুম্না অখন্নবা খোঙথাংশিংদা চোংল-চোংলগা পূন্না ঈশৈ শকমিন্নদুনা)

চারলি চেপ্লিন ব্রেন্ট টু টাউন

টু সি এ গর্ল আফ এলোমেলো টাউন

অবান অটু অথ্রী অফোব অফাইভ

অসিক্স অসেভেন অইট অনাইন অটেন

স্টোপ ।

৩। (খূবাক লানগী মওঙদা খূবাক শোক্লরগা অঙাং অনী শকমিন্নদুনা)

মাই ফাডর ইজ এ ডোক্টর, ডোক ডোক ডোক

মাই মাডর ইজ এ টিচর, টিচ টিচ টিচ

মাই সিষ্টর ইজ এ সিঙ্গর, সিং সিং সিং

মাই ব্রাডব ইজ এ বোক্সর, বোক্স বোক্স বোক্স ।

(লাম্বা ওইরিবা অঙাংদুগী মবুক্তা খূত্তুম্না খিনবা হানবা তান্নবা)।

অ[illegible]বাইবদা হায়জনীংবদি, খুন্নাই-কাঙলুপ মনুংদা হিংলিবা ফোকলে[illegible] খোঙচত্তা অনৌবা যাওল কয়া মতমগী মতুংইন্না লাকপা হায়বসি হৌনশানি, [illegible] থিংবা ওইখো[illegible] । মরু ওইরিবদি যাওল অদু মফম মতমগী ময়ুং-ম[illegible] । খুন্নাই-কাঙলুপ মনুংদা কদায ফাওবা শীন-থুংদুনা ফোক (খুন্নুং) ওইবন[illegible] হায়বা যেংশিনবসিনি ।

[৭] মথক্কী ঈশৈ অহুমসি খোমজিনবী : ওইনাম জোসিতা দেবী চহী ১০, ক্লাস ফাইভ, নিবমলাবাস স্কুল, ইম্ফাল, সেপ্টেম্বর ১৯৯২; ফংফম মখোযগী স্কুল ।

**মতেং লৌখিবা মপুং ওইবা লাইরিকশিং ঃ**

দেবী, রাজকুমারী শ্রীমতি ভস্ফাসনা । **মণিপুরী লোক সাহিত্য** । ইম্ফালয় ঃ অইবী মশা, ১৯৭৪ । নলিনি, মংশাতাবম চনু । **অঙাংগী মশাম্না খরা** । ইম্ফাল ঃ মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী ফোঙদ্রিবা এম ফিল দিসার্টেসন, ১৯৮০ ।

শর্ম্মা, হঞ্জবম গৌবচন্দ্র । **মৈতৈ খুন্নক ঈশৈ** । ইম্ফাল ঃ ঙাঙোম ইবোবা সিংহ ।

Brunvand, Jan Harold. **The Study of American Folklore : An Introduction :** 1968; 2nd ed. New York : W.W. Norton & Co. Ind., 1978.

Emrich, Duncan. **Folklore on the American Land.** Boston : Little, Brown & Co., 1972.

Dorson, Richard M., ed. **Handbook of American Folklore.** Bloomington : Indiana Univ. Press, 1983.

# ইংরাজিদগী হন্দোকপা মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্য

লোংজম জয়চন্দ্র

১৮ শুবা চহী-চাদা মমিং লৈখিবা ইংরাজি কবি টোমাস গ্রেগী মমিং লৈরবা শৈরেং 'ইলিজি' বু মৈতৈলোন্দা হন্দোকখিবা খ্বাইরাকপম চাউবনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইহান হানবা ইংরাজি লোন্দগী মণিপুরীদা হন্দোকপা মীশক ওইরে। গ্রেগী 'ইলিজি' অসি পুন্না পরেং ১২৮ না শাবনি । অদুবু কবিনা হন্দোকলিবদি চাউরাক্লা পরেং ৬০ মুকনি । আমেরিকান কবি ডবলিউ, সি ব্রিএন্ট অমদি আইচ, ডবলিউ লোংফেল্লো; ইংরাজি কবি রোবর্ত হেবিক অমদি পি,বি শেল্লিগী শৈরেংবু পামজখিবা খ্বাইরাকপম চাউবনা মণিপুরী সহিত্যদা বাংলা সাহিত্যগা ঈরোয়ননা ইংরাজি কবিতাগী মহাও শীননবা হোৎনখি । মহাক্কী মতুংদা নোংচুপলোমগী সাহিত্যগী প্রভাব অসি মণিপুরী সাহিত্যদা তপ্না তপ্না চঙলকপা হৌরবসু য়াম্না শাংনা কান্নখি । বাংলা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃত সাহিত্যনা ঐখোয়গী শকয়েং মিংশেল ওইরম্বা তোক্কুনা মতমগী মতৈ-মশিং ফংলবা মণিপুরী অইবশিংনা নোংচুপলোমগী সাহিত্যদা থৱায় তানা য়েংবা হৌরকই । মদুগী মরক্তা ইথা থাজদনা থোইদোক্লা মশক খঙনখিদবা অইবা ইরেং বীজয়না ১৯৭০ দা অমর খয়ামগী 'রুবয়ট' পু ইংরাজিদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোরকখি মমিং লৈরবা পর্সিয়াগী কবি অমর খয়ামগী রুবায়ট পু ইংরাজি লোন্দা অসুক্কী মতিক নীংথিনা হন্দোকপগীদমক ১৯শুবা চহী চাদ পোকখিবা নোংচুপকী অইবা এদৱার্দ ফিটজর‍্যাল্ডবু ঙসি ফাওবা নীংশিংনরি । পরেং মরিনা শাবা ষ্টেনজা ১০০ থরা হেন্না য়াওবা শৈরেংগী লাইরিক অসিন মৈতৈলোন্দা হন্দোরকপদা মণিপুরী অপাবশিংনা হরাওনা ওক্লখি । মসিগা ঈরোয়ননা নোংচুপলোমগী অইবশিংগী শৈরেং অমদি লীলা কয়া মৈতৈলোন্দা পুথোকপা হৌরকখি । মাইকৈ অসিদা মশক পনবা য়াবদি চোংথাম সমরেন্দ্রনা হন্দোকপা মশক নাইরবা ইংরাজি লীলা ইবা উইলিয়ম সেকসপিয়রগী ওথেল্লো নি। মসিগী মতুংদা হেন্না মপূং ফানা ফম্বাক-লীলা ওইনা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্কুনা শান্নরকখিবদি আইরিস লীলা-ইবা সামুয়েল বেক্কেগী ৱেটিং ফোর গোদো,

অসিনচিংবনি । নোংচুপকী লীলাশিংবু মণিপুরী ভাবোক্তা য়ৌহন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা মীশক অমদি নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামাদা মহৈ তমলুরবা সনখ্যা ইবোতোম্বীনি । হৈজিক ফাওবগী চাংচৎতা নোংচুপলোমগী সাহিত্যগী ঈচেলসি মণিপুরী সাহিত্যদা কন্না চংলকলিবসি ড্রামাগী মাইকৈদনি হায়বা য়াই । অতম্মনা হন্দোরকপা নত্রবসু শ্রীবীবেনগী অতেনবা লীলাশিংদা এবসর্দ থিয়েটরগী অচৌবা মমি তাখি । নোংচুপলোমদগী চংলকখিবা অনুবাদ সাহিত্যগী মশক অসি য়াম্না পাক-চাওই, অদুবু মপুংদি ইংরাজি লোলদগী হন্দোরকপা ঙক্তনি । ডা. আই. আর. বাবুনা গ্রীক্কী মশক খঙনরবা সোফোক্লিসকী লীলা আন্তিগোনে বু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা ফোঙখি, লোয়ননা মথং মথং সোফোক্লিসকী 'ইদিপস' হায়বা লীলা অসি থিয়েটরগী সংস্থান কয়ানা মায় পাক্লা মৈতৈলোন্দা শান্নখি । মতম অসিদা ড্রামাগী জগৎতা তোমথিন ওইনা থোরকখিবা মীশক অমদি জিঃ সিঃ তোংব্রানি । লীলা হন্দোকপা মীশক অমা ওইনসু তোংব্রাগী দান য়াম্না চাওই । সোফোক্লিস, সেক্সপিয়ার, ইবসেন, জি. বি. শো, ডঙকান, পিরান্দেলো, মারলো, বেক্কনচিংবগী ড্রামা কয়া মণিপুরী লোলদা হন্দোক্লুনা ফোঙখি। মতম অসিদা থোরকখিবা নহা ওইরিবা অইবা অমনা এল. বীরেন্দ্রকুমার শর্ম্মনি। মহাক্না ১৯৮২ দা মমিং লৈরবা, সেক্সপিয়ারগী লোংগা ওইনা মমিং চৎখিবা খৃষ্টোফর মারলোগী ড্রামা **ডাক্তর ফোষ্টস** বু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা ফোঙখি । মহাক্না ১৯৯২ দা উইলিয়ম সেক্সপিয়রগী সোন্নেটশিংবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা অমুকসু পুথোকরকখি । লাইরিক অনী অসিনা বীরেন্দ্রকুমার শর্ম্মবু অনুবাদক অমা ওইনা মশক খঙনখি। ইংরাজি লোলদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোরকখিবা তোপ-তোপ্পা খুদোল অমনা মমিং লৈরবা কবি অশাংবম মীনকেতন সিংহনা হন্দোকপা সেক্সপিয়ারগী **দি রেপ ওফ লুক্রেসি** নি । মহাক্না মসিবু **লুক্রেসি ফমলানবা** হায়না মমিং থোন্দুনা অনৌবা মৈতৈলোনগী লোলগী মশক অমা হাপচিন্দুনা মণিপুরী সাহিত্যগী নীংথিরবা খুদোল ওইনা পুথোরকখি । হৌজিক ফাওবদা ইংরাজি লোলদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোরক্লিবা অসি শৈরেংনা মশীং য়াম্বগুম তৌরি । মসিগী মনুংদা ১৯৮৭ তা ফোঙখিবা মশক খঙনরবা কবি মোইরাংথেম বীরমঙ্গল সিংহনা হন্দোকপা রুসিয়ান কবি মায়াকোভসকীগী 'অঙকপা খোঙচৎ' হায়না মিংথোনবা শৈরেংগী লাইরিক অসি পনবা য়াই । লাইরিকশিং অসিগা লোয়ননা মথং মথং মশক

নাইরবা মতমগী কবি টি,এস ইলিয়টকী 'দি ৱেষ্ট ল্যান্দ' বু ঈশামক্না মৈতৈলোন্দা 'খৌগংলবা লমলেম' হায়না মিংথোন্দুনা ১৯৯০ দা অমদি লাটিন আমেরিকাগী শক্লাইরবা কবি ওক্তাভিও পাজগী খনগৎলবা শৈরেংশিবু মৈতৈলোন্দা 'কায়রবা ঈশিং পুন' হায়না মিংথোন্দুনা ১৯৯৫ দা রাজকুমাব মনি সিংহনা ফোঙখি । মখোয়শিং অসি ইংরাজিদগী হন্দোরকপা মণিপুরী সাহিত্যদা অঙম্বা দান তৌরক্লিবা খুদোল ওাক্তনি । মসিগী মথক্তা মরক মবক্তা মৈতৈলোনগী চেফোঙ কয়াদা ইংরাজি লোলদগী হন্দোরকপা শৈরেং অমদি ৱারীমচা কয়া তোঙান তোঙানবা অইবা কয়ানা লেপ্তুনা পুথোরক্লি । পুম্নমক অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী লনগৈদা অনৌবা মচল কয়া হাপচিল্লকপা ঙমলক্লি।

শৈরেং অমদি দ্রামাগী লাইরিকশিং অসিগা ঈরোয়ননা, য়াম্না মবাং কায়না নত্তবসু, উপন্যাসকী লাইরিক কয়াসু ইংরাজি লোলদগী মৈতৈলোন্দো হন্দোনরকখি । মসিগী মনুংদা ঈশামক্না হন্দোকখিবা নবেল প্রাইজ ফংখ্রবা নট হামসনগী 'পান' রাজকুমার মনি সিংহনা হন্দোকপা মমিং লৈরবা আর্মেবিকান কবি হেমিংৱেগী 'দি ওল্ড মেন এন্দ দি সি' গী মণিপুরী অনুবাদ, অইবা অসিমক্কী রাজকুমার মধুবীরনা হন্দোকপা 'এ ফিয়ারৱেল টু আর্মস' গী অনুবাদ, পনবা য়াই । ইংরাজি লোন্দগী হন্দোকপা মণিপুরী অনুবাদকশিংগী মরক্তা রাজকুমার মনি সিংহগী থোইদোকপা দান লৈ । মমিং চৎলবা গ্রীককী মহাকাব্য 'ইলিয়াদ'কী মণিপুরী অনুবাদসু হৌজিক হৌজিকমক অইবা অসিনা ফোঙগদবগী থৌরাং তৌদুনা লৈরি । মশীং য়ামদনা হন্দোরক্লিবা উপন্যাস খরা অসিগী মনুংদা আর্মেরিকান অইবা জানি গ্রেগী 'দি বোর্দর লিজন'গী মৈতৈলোন্দা মাইবম ইবোচৌবা সিংহনা 'ঙমখৈ লাম্মী তেঙ্গোলগী বন্দীনি' হায়না মিংথোনবা ১৯৯৮ দা ফোঙখিবা উপন্যাস অসিসু মমিং পনবা য়াই ।

হৌজিক ফাওবদা পঞ্জরিরা খরা অসি ইংরাজিদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোরকপা নোংচুপলোমগী সাহিত্যগী মশক খরা । মসিগী মথক্তা ইংরাজিদা ইবা ভারতকী তোঙান তোঙানবা লোলগী সাহিত্যদগী হন্দোকপা লাইরিকশিংসু চে অসিদা পনবা চুমই হায়না খল্লি । মাইকৈ অসিদা সাহিত্য অকাদমীগী অচৌবা দান নীংশিংবা য়াই । ১৯৯৭ তা রাজকুমার মনি সিংহনা ইংরাজিদগী হন্দোকপা মরাঠি সাহিত্যদা মমিং চৎলবা ইরাবতী কার্বেগী লাইরিক 'যুগান্ত' অচৌবা

খুদোল অমনি। অইবা অসিনা অমুকসু মৈতৈলোন্দা বারবারা ষ্টোলর মিল্লরগী ইংরাজিদা হন্দোকপা জয়দেব কবিগী 'গীতগোবিন্দ' বু ১৯৯৭ তা পুথোক্লুনা মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যদা হাপচিল্লকপা ওমখি। লাইরিকশিং অসিগা ঈরোয়ননা কে, তোম্বী সিংহনা ১৯৯৮ দা রবিন্দ্রনাথকী 'গীতাঞ্জলি' অমদি ২০০২ দা 'দি গাদের্নর' (মালি) বু ইংরাজিদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা ফোঙখি। মাইবম ইবোচৌবা সিংহনা শ্রীমতি ইন্দিরা অনন্থকৃষন্না তামিল লোন্দগী ইংরাজিদা হন্দোকপা লকসমীগী উপন্যাস 'রিপলস ইনদি বিভর' বু ১৯৯২ দা মৈতৈলোন্দা 'তুরেলদুগী ইথক-ইপোমশিং' হায়না মিংথোন্দুনা অমদি শ্রীমতি ভিনা পেনতেলগী ইংরাজি লাইরিক 'লিংক ইন দি ব্রোকন চেন্‌বু মৈতৈলোন্দা 'তৎলবা য়োৎহিলংলক্তা শমজিন্নবা' হায়না মিংথোন্দুনা ১৯৯৭ তা পুথোরকখি। ১৯৮৬ তা মরাঠি লীলা ইবা বিজয় তেন্দুলকারগী 'সখারাম বাইন্দর' বু লৈমপোকপম দামোদব সিংহ ইংরাজিদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোকখি, লোয়ননা ক্ষেটি মুনাল সিংহনা মমিং লৈরবা কনাডা লীলা ইবা গিনিশ কর্নাদকী 'তুঘলখ'পু ইংবাজিদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোকখি। পুম্নমক অসিনা ইংরাজিদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোরকপা অনুবাদ সাহিত্যগী লনগৈদা খুদোল কয়া হাপচিল্লকপা ওমহনখি। হৌজিক হৌজিকমক মমিং লৈববা কবি য়ূমলেম্বম ইবোমচা সিংহনা মৈতৈলোন্দা হান্দোকপা মশক নাইরবা কনাডা অইবা ইউ.আর আন্থমুর্তিগী 'সংস্কার', ভানুমতি দেবীনা হন্দোকপা নিসিম ইজোকেলগী "দি ফাইট ওফ পিজনস', এল.বিরেন্দ্রকুমার শর্ম্মনা হন্দোকপা কুসৱান্ত সিংহগী ট্রেন টু পকিস্তান' ফোঙগদবগী থৌরাং লৈরে।

মতাং অসিদা ইংরাজিদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোকলিবা লাইবিকশিং অসিগী চাউরাকপা মোৎ অমদি পীবা চুমই হায়না নিংই। মণিপুরীদা হন্দোকলিবা অনুবাদকশিং অসি শরূক অহুম থোক্লা য়েংবা য়াই। অহানবদা, ক্রেতিভ রাইতরদগী অনুবাদতা খূৎ থারকপা অমা; অনীশুবদা, সমালোচকনা অনুবাদক ওইরকপা অমা; অহুমশুবদা, মপালগী লাইরিক পারুবদগী মখোয়না পারুবা লাইরিকশিংগী মহাও মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা মণিপুরী অপাবশিংদা পীবা পাম্বা কাঙলুপ অমা। কাঙলুপ অহুমমক অসিগী মগুণ অমসুং দোষ অনীমক লৈতবা নত্তে। ক্রেতিভ রাইতরনা অনুবাদক ওইরকপা মতমদা মহাক্লা ওরিজিনেল রাইতরগী মহাও খরদি পীবা ঙমই, মতাং অসিদা অনীমক ক্রেতিভ রাইতর

ওইমিন্নবগী খুদোংচাবা খরদি লৈ । অদুবু খুদোং চাদ্রিবদি ফিকসন্দা হৈনবা ক্রেতিভ রাইতর অদুনা শৈরেংগী অনুবাদ তৌরকপা মতমদা মহক্কী অৱাংপা অদু তশেং তশেংনা লোৎপা ঙমদনা চোংথোরকই । মসিদা শীনফম ওন্নবগী মমি হেক হেক তাহনবসু য়াওই । মসিনা অহানবা কঙলুপকী অনুবাদকশিংগী মশকনি। অনীশুবা অনুবাদকশিংগী খুদোং চাবা অমনা মশামক সমালোচক ওইবনিনা মৈতৈলোনগী কাচিন-কোয়াদা মীনা ৱা ঙাঙবা ঙমদনবা চেকশিনবগী থৌরাং খরদি উই । অদুবু কাঙলুপ অসিগী অশোনবা অমনা মশামক ক্রেতিভ রাইতর নত্তবনিনা থম্মোয় কনবগী মমি মরক মরক্তা ফোঙদোরকই অর্মদি ওরিজিনেল রাইতরবু ক্রিতিকেল ওইনা য়েংদুনা ৱাহৈ-ৱাতাদা থৱায় হাপ্পা ঙমদবসু য়াওরকই । অহুমশুবা মখলগী অনুবাদকশিং অসিগী খুদোংচার্বদি ক্রেতিভ রাইতরসু নত্তবা সমালেচকসু নত্তবগী মনিংতম্বা অর্মদি ফংই । মশাগী নুংঙাইনবগী পান্দমদা পারুবা লাইরিকশিংবু মশাগী পেন্ননবা মীয়াম মমাংদা অমুকসু ফোঙদোকপনা কাঙলুপ অসিগী মীওইশিংগী মরুওইবা পান্দমনি । মীওইশিং অসিনা মখোয়না হন্দোকলিবা লাইরিকশিং অসিদা চিলহাও থোইনা থীদে । তাঞ্জা অমদা থেংনরুবদা ফাওরকপা ইথিল অদুনা মখোয়গী মরুওইবা লমজিং ওইরকই । মতাং অসিদা হংবিবা য়াই, অদু ওইরবদি অফবা অনুবাদক হায়বসি কনানা ওইবা য়াই ? ঐগী মোৎতা, মথক্তা পাঞ্জখ্রবা কাঙলুপ অহুমমক অসিগী গুণশিং অসি অফবা অনুবাদক অমদা দরকার ওই । মঙোন্দা ক্রেতিভ রাইতর অমগী গুণ, লোয়ননা মপানগী লাইরিক ময়াম পাবগী থৱায় য়াওবা গুণ, য়াম্না দরকার ওই । মসিগী মথক্তা মহাক অফবা লোল হৈবা মীশক অমা ওইবা তাই । অনুবাদ তৌবা হায়বদি মপান্দদি লোল অমদগী লোল অমদা হন্দোকপবু খঙনৈ । অদুবু অখন্নবা লোল অমগী সাহিত্যগী পোৎথোক অমা অতোপ্পা সাহিত্যগী মরল অমা ওইননবা হন্দোরকপা হায়বসিদা কৃপশিন্না য়েংলকপা তারর্বদি চুম্নগী লোল অমদগী লোল অমদা ওন্থোকপা অদু খক্তনা য়ারক্তে ।'হন্দোকলিবা পোৎথোক অদুদা থৱায় হাপ্পা হায়বসি য়াম্না তঙায় ফদবা অমনি । দিকসনারি অমা মাঙদা থম্লগা হেক্তা মেকানিকেল ওইনা অনুবাদ তৌবসু লানগনি । অতোপ্পা লোলগী সাহিত্যগী অইবা অমা হন্দোক্লবগীদমক্তা মহাক্কী সমাজগী ফিভম, লোল অদুদা অইবা অদুনা কল্লিবা ফিদা, মহাক্কী অকুপ্পা সাহিত্যগী পুন্সি, অইবা অদুনা পোল্লিবা কাঙলুপ অদুগী চৎনবি, কলচর খরমখৈদি

খণ্ডবগী মথৌ তাই । নত্রবদি ব্রাহৈগী অর্থ লান্না লান্না হন্দোরকপগী অকিবসু লৈতবা নত্তে । অতোপ্পা অমনা লোল অমগী সাহিত্যগী পোৎথোক অমা হন্দোরকপদা অনুবাদকশিংনা চিলহাও খরদি থিবা চঙই । অনুবকদ তৌবিরকপা লাইরিক খুদিংমক অপাবশিংনা হেক্তা পামনা খনবা ঙমদে । মসিনা ফৈ নত্ত্রগা ফত্তে হায়বসি অপাবশিংনা লায়না খন্দোকপা ঙমই । মরম অসিনা অনুবাদকশিংনা অতোপ্পা লোলগী সাহিত্যদগী হন্দোবকপা মতমদা হন্দোকলিবা লোল অদুগী সাহিত্যদা কান্নগদবা.লোল অদুদা দরকার ওইবিবা অৱাংপশিং অদুসু কুপ্না থিবা চঙই । অদুবু মতাং অসিদা চেকশিনগদবা অমদি অচৌ অচৌবা জাতি অমগী মরুওইবা সাহিত্যগী পোৎথোক অমা ইমারোন্দা পুথোরকপা মতমদা ওরিজিনেল ৱক অদুগী মহাও পীবা ঙমহৌদ্রবদি মদুনা শেরান্ননা লমজিংখিবা য়াবগী অকিবসু লৈ । মতাং অসিদা অদুবাদকশিংনা অখন্নবা চেকশিনবগী তঙায় ফদে। ট্রনসক্রেসন হায়বসি ব্রাহৈদদি য়াম্না ফজৈ, অদুবু মসিনা অনুবাদকশিংদা হেন্না মনিংতম্বা পীদুনা ওরিজিনেল ব্রার্কতা অপাবশিংনা উনিংলিবা মহাও অদু মাঙ্খিবসু য়াই । অনুবাদ তৌবদা মনিংতম্বদি দরকার লৈ, অদুবু মদুনা ওবিজিনেল বাইতর অদুগী ব্রাখল, লাইরিক অদুদা মহাক্না থমনিংলিবা পান্দম অদুগী ঙমখৈ ব্রাংমা লান্না চংখিবা তারবদি, পোফম খঙদবা পোৎকুম, ওরিজিনেল অমদি তারগেত লেঙ্গোইজ অনীমক্তা কান্নবা ফংহনবা ঙমদে ।

ঐগী মোৎতা, ইংরাজি লোলদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোকলিবা লাইরিকশিং অসি মপুং ফাদ্রি । মশীংদা অমদি মগুণদা খরগা হেন্না মপুং ফাহন্নিংই । অতোপ্পা লোলগী সাহিত্যগী পাউ অসি অনুবাদকী খূৎথাং নত্তনা ফংবা ঙমদে । মসিদা অনুবাদকশিংগী অচৌবা দান লৈ । ইংরাজিদা ফোঙবা অতোপ অতোপ্পা সাহিত্যগী ফজরবা পোৎথোক কয়া ইমালোন্দা হন্দোক্লনা মণিপুরী অপাবশিংবু অতোপ্পা সাহিত্যগী মহাও তংহনবগা লোয়ননা মৈতৈলোনগী ফজবা মহাওসু পীগদবনি । মসিনা অফবা অনুবাদ সাহিত্যগী মরুওইবা পান্দমনি । মণিপুরী সাহিত্যদা হৱাইবম নবদ্বিপচন্দ্রগুম্বা, মীনেকেতনগুম্বা, শ্যামসুন্দরগুম্বা, গৌরকিশোরগুম্বা, শুরচান্দ শর্ম্মা অমদি ব্রজবিহারি শর্ম্মগুম্বা অনুবাদক দরকার ওইরি । ইংরাজি লোলদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা অফবা অনুবাদক শোযদনা লাকখিগনি ।

# মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যগী খোঙচৎ

*পোলেম নবচন্দ্র*

থম্বাল মশানা ফজরবা লৈনি । লৈশক লৈচু লৈনমদা করিসু ৱাত্তে । ফজবগী পুজারীশিং-খুৎহৈবা অমসুং চিত্রকারশিংনা থম্বালবু শাদোকই, য়েকথোকই অদুবু মখোয়না নৌনা শারিবা-য়েক্লিবশিং অদু হান্নগীগা মশক মচুদা খেন্নদ্রবস্ লৈনমদি খক চেন্দে । 'অদুনা লাইরিক্কী মফজা, নীংথিবা লাইরিক্কী মনীংথি অনুবাদতা ফাওদে, ফাও হায়বা খক য়াদে । মসি অনুবাদকী শাগোন্নরবা দোষ'নি হায়রিবা ৱাফম অসি লোন অমদগী লোন অমদা হন্দোকপা সাহিত্যগী মরমদা মশামক অনুবাদক অমা ওইখিবা লমদমসিগী অহৈবা অশাংবম মীনকেতনগী মতনি । অয়াম্বা অখঙ অহৈশিংনা অনুবাদকী মপূংফাদবগী মরমদা ফনমক হায়দুনসু মসিনা লোন অমসুং সংস্কৃতিগী পংখৈ লাম্বোক্লুনা জাতি অমগা অমগা ৱাখল মীৎয়েং ফাওননবগী মরুওইবা থোং ওইদুনা লাক্লি ।

মতমগী মতুংইন্না মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যদা থম্নরম্বা মীৎয়েং নত্রগা মসিবু লৌনরম্বা ৱাখল-মওংসু অহোংবা লাকই । মণিপুরী সাহিত্যগী ময়ায়চনবা মতমদা হোংলক্লিবা সমাজগী মরুওইনা লাইনীংগী হোংলক্লিবা য়াওনগা লোয়ননা অনুবদ সাহিত্যগী ঈচেলসু লেপ্তুনা চেনশিনবা হৌরকখি । মতম অদুদা হন্দোক্কদৌরবা সংস্কৃত, বাঙ্গলানচিংবগী লোন অদু মণিপুরী লোনগী চৎনবী, হৌন- লোনচৎকা চাননা মনীংতম্না শেমদোক শাদোকপদা থোইনা অকায়বনি লৌনরমদে । মতম অদুগী সাহিত্যদা খুৎশেমশিংদা অয়াম্বাদা পূন্না মপূওইমিন্নবগী চৎনবী লৈরম্বনা মীরোলদগী মরোলদা শৈওল্লকপদা অমুক্কা হেন্না মনীংতম্বা লৌনবগী মরম অমসু ওইরম্মী হায়বা য়াই । মণিপুরী সাহিত্যদা নত্তনা ভারতকী ময়ায়চনবা যুগতা অনুবাদ হায়রগা হান্নগী লাইরিক্কী খুৎশেম কায়হন্দনা ইনবগী অচেৎপা মীৎয়েং লৈরমদে । মশক্লাইবা ভারতকী অতৈ লোনশিংদা সংস্কৃতগী মহাকাব্য অমদি পুরাণগী ৱারীশিং অসি লম লমগী ওইবা লোনশিংদা মশাগী তোপ তোপ্পা মশক উত্তুনা হান্নগী ৱারী লাইরিক্তা য়াওরমদবা থৌদোকশিং হাপচিন্দুনা নত্তগা শেমদোক শাদোক্তুনা ইনরকপা থেংনখি । তুলসীদাসকী 'রামচরিতমানস', কৃত্তিবাসকী 'রামায়ণ' বাল্মীকিকী 'রামায়ণ'দগী খেন্নবা অনৌবা

খুৎশেমনি । মতৌ অসুন্না তরানিপালশুবা চহীচাদা ইখিবা মণিপুরী রামায়ণগী মশা তরেৎ, মহাভারতকী অখন্নবা মতাংশিং, মৈদিংঙু মধুচন্দ্রগী (১৮০০-১৮০৩) মতমদা ইখিবা 'লাঙ্গোই শগোল থাবা' অমসুং চৌরজিৎ মহারাজগী মতম (১৮০৩-১৮১৩) দা ইখিবা 'শ্রীমদ্ভগবত গীতা' লমদম অসিগী ওইনা অনৌবা খুৎশেম ঙাক্তনি হায়বা য়াই ।

মতম অদুগী অশৈবশিং নত্ত্রগা শৈওল্লোয়শিংনা হান্নগী বাঙ্গলা লাইরিক্তগী নত্ত্রগা সেনগী মীরোলদগী পোইরে মৈতেরোলদা শৈওনবনি হায়না মখোয়না ইরম্বশিংদা শেংনা পল্লম্লবসু লমদম অসিগী চৎনবী অমসুং ঈশিং নুংশিৎকা চান্নমা শেমদোক শেমজিন তৌরম্মী হায়বসি পূম্নমক্না খঙনববা ঙাক্তনি । অদুম ওইনমক মীরোলদগী মৈতৈলোন্দা ইথোক্লিবা অইবশিংনা মশাগী ওইবা মওংদা শেমদোক শেমজিন তৌরবসু হান্নগী লাইরিক্কী মরুওইবা মীৎয়েং অমসুং ৱাখল অদুদি খক নাথেনবা তৌরমদে । মবম অদুনা মখোয়না ইথোক্লম্লিবা মহাকাব্য অমসুং পুরাণগী ৱারীশিং অসি লমদমসিগী মীযাম্না লুনা পাম্না অমসুং ইকায়খুম্নমা লৌনরম্মী । করিগুম্বা মতাংদদি হন্দোক্লিবশিংনা হান্নগী লাইরিক্কী ৱারোলশিং অদু চেকশিন্না শৈওন্নবা হোৎনরম্বা থেংনৈ । পণ্ডিত সুর্ব্বানন্দনা ইখিবা 'চরাইরোংবা খুনগুম', (১৭৪১) মপূংদা 'চানক্য শ্লোক'তগীনি । করিগুম্বা মতাংদা হান্নগী লাইরিক্কী শ্লোক্কী নীংথিরবা অনুবাদ থেংনৈ ।

[পণ্ডিত মকোই পাউনীংশিংবগা রাজা নিংথৌরেনগা লৈরাং মশুং মান্নদে। সনা মরৈবাক্লা রাজা নিংথৌরেনবু ঈড়াৎনয়ে । লৈবাক পূম্নমদদি পণ্ডিত মকোই পাউনীংশিংববু ঈড়াৎনয়ে ।] (লাঃ ২৫)

বিদ্যত্বঞ্চ নৃপত্বঞ্চ নৈব তুল্যাং কদাচন
স্বদেশে পূজ্যতে রাজা বিদ্বান সর্ব্বত্র পূজ্যতে ॥ (লাঃ ৩৪)

অতোপ্পা লোন্দগী মৈতৈলোন্দা ইথোক্লকপবু, ময়ায়চনবা মতমগী লমদমসিগী ইরম্বশিংদা 'শৈওনবা' নত্ত্রগা 'শৈওংবা' হায়না অনুবাদকী মওংদা শীজিন্নবা থেংনৈ । 'সনামনিক' লেংলম্বগী মতাংদা 'ময়ূম নুংবাল ৱাহেংবা মাধবরাম লৌশিং মতম্লকপনা, ৱারী মীলোল ওইবদগী শৈওললকএ' (লাঃ ২) অসুম্না ইরম্মী । 'অরোং নন্দকুমার লাইবু নীংবা' বুনা 'ৱারী নুংঙাইবা অসিবু শেনবী পাৱারী অচেৎপা মহাকনে, পোইরৈ মৈতেরোন্দা লৈতরিয়ে । ৱাংঙম

তেংথা ওইনা শৈরিংও হাইবা থৌজাল লনকুবীরবদা ... শৈওংলকএ' (লাঃ ৪-৫) হায়না ইবম্মী ।

ছাপাখানা লীংখৎলকপনা অনৌবা মতমগী শিক্ষা শন্দোকপদা, তেক্সবুক, চেফোঙশিং অমসুং সাহিত্যগী লাইরিকশিং পুথোকপদা অচৌবা মতেং পাংখি । ভারতকী তোঙান তোঙানবা লোলশিংদা অনুবাদকী লমদা খৃৎমাবশিংগী মনুংদা তংঙাইফদনা পনদবা য়াদ্রবা অমদি উইলিয়ম কেরীনি । মহাক্না ভারত্তা ১৭৯৩ দা থুংলরবা মতুং ইকুই কুইদনা মাগী মরূপ অনীগা লোয়ননা লোন ৪৫ হেল্লা অনুবাদ তৌখি । মপুম নত্তুগা মচেৎ ওইনা কেরীনা মশামক্না অনুবাদ তৌখিবশিংগী মনুংদা মণিপুরী লোনসু অমনি । মহাক্না ১৮২৭ তা সেরামপুব প্রেসতা মণিপুবী লোনগী 'নিউ টেস্তামেন্ট' দেবনাগরী ময়েক্তা ছাপা তৌদুনা ফোঙখি । '... মসি চারবদি সিরোইতনে । নোংথকতগী হিংননবা তল অদু লাকলিবনে । মসি ঐনেয়ে ... মসি নুমিৎ খৃদিং চারবদি হিংকদনে' (লাঃ ২৯৮) হায়রিবা রাহৈ পরেং খরসি কেরীগী অনুবাদকী মতেক খরনি । মহাক্কী মৈতৈরোল অসি চৎনবা য়াবা ওইদ্রবসু মতম অদুদা মহাক্না অনুবাদকী লমদা তৌবল্লিবা থবক অসিগীদমক্তদি শীংথানদবা ঙমদে । মণিপুরদা মহৈ মশীং তম্বগী লম্বীদা খূমাঙ চাওশিন্নবা হোৎরকপদা লোন অসিগী টেক্স বুককী অৱাৎপদু মীরোলদগী অনুবাদ তৌদুনা মহৈরোয়শিংদা তমহনখি । মতম অমদা টেক্স বুক ওইরম্বা 'লৌশিং থোকপা' বাঙ্গলাগী 'বোধোদয়'গী অনুবাদনি । মসিদসু নত্তনা অন্দর গ্রেজুয়েট অমসুং পোষ্ট গ্রেজুয়েট কোর্সশিংদা মরুওইনা কালিদাস, রবীন্দ্রনাথ, বঙ্কিম অমসুং শরৎচন্দ্রনচিংবগী অনুবাদশিং অসি অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লাকখি ।

অনৌবা, মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবশিংগী মরক্তা অমা ওইবিবা খ্বাইরকপম চাওবগী 'থাইনগী লৈরাং'দা পুন্না শৈরেং কুন য়াওই । মসিগী মনুংদা অনুবাদকী শৈরেং অহুম - 'অৱাবা ঈশৈ', 'একলব্য', অমসুং 'শক্তি শেল্লা পান্দুনা লক্ষ্মণ তুরবদা শীরামনা তেংথাবা' য়াওরি । অহানবগী শৈবেং অসিনা থোমাস গ্রে (১৭১৬-১৭৭১) গী 'ইলেজি রিটন ইন এ কন্ত্রি চর্চয়ার্দ' কী অনুবাদ অনীশুবনা কাশীরামদাসকী 'মহাভারত' কী অকোনবগীনা কৃত্তিবাসগী 'রামায়ণ' গী অনুবাদনি হায়রি । গ্রেগী শৈরেং অসি পরেং ১২৮ গীনি, অদুগা চাউবগী 'অৱাবা ঈশৈ'না শুপ্পগী পরেং ৩৫ খক্তগীনি । মতৌ অসুম্না অকোনবগী রাম্না তেংথাবগী শৈরেং অসিসু কৃত্তবাসকী শরুক অমগী অনুবাদনি ।

অনুবাদক অমা ওইনা চাউবনা হান্নগী লাইরিক অদুগী মখাপোন্না খক লৈতে । লমদমসিগী নাকয়েংকা চূনবা মওংদা ব্লাখলগী শক্তমশিং শাগত্তুনা হান্নগী কবিশিং অদুগী ব্লাখল অমসুং পূক্লীং ঈহুনশিংগী মচং ওইবা হুন্দোকফদ্রা শরূক অদুবু মহাক্না হন্দোক্লিবা মণিপুরী শৈরেংশিং অসিদা নীংথিনা হাপ্লম্মী। খুদম খরদং লৌখৎলবদা ঃ

*লাইজ ঈপাক নুংদুদা লোৎত্তুনা লৈবা মণিগুম*
*শোঙলবা নারক মনুংদা লোন্না শাৎপা লৈরাংগুম*
*উবিনবা য়াওদনা খঙবিনবা লৈতনা অরেম্বদা মাঙখরে*
*মতম ঈপাক্তা তিন্দুনা (লাঃ ১১)*

*Full many a gem of purest ray serene*
*The dark unfathom'd caves of ocean bear;*
*Full many a flower is born to blush unseen,*
*And waste its sweetness on the desert air.*

মতৌ অসুম্না মহাক্কী অকোনবা শৈরেং অসিদসু কৃত্তিবাসকীগা খেন্নরিবদু চাংদম্নদুনা য়েংবদা খঙবা ঙমগনি । অদুগা অমরোমদা নিংঙোম্বম ইবোবীগীনা কৃত্তিবাসকীগা হেন্না নকশিন্নবগুম উই ।

*কি কুক্ষণে ছাড়িলাম অযোধ্যানগরী*
*মৈল পিতা দশরথ রাজা অধিকারী*
*জনক নন্দিনী সীতা প্রানের সুন্দরী*
*দিনে দুই প্রহরে রাবণ কৈল চুরি ॥*
*হারানু প্রাণের ভাই অনুজ লক্ষ্মণ*
*কি করিবে রাজাভোগে, পুণঃ যাই বন ॥ (লাঃ ৪৪৪)*

*করম্বা ফত্ত্র' পুংদা বন্দা লাক্লবনোনে ।*
*পাবুংসু থুপহৌবা করিনোদা খঙদ্রেনে ॥*
*জনক্কীদি মচা নিংথিবী চান্নবী ঐগী ।*
*রাবণনা মতূখি পঞ্চবটী বনদগী ॥*
*থব্লাইদৈ হৈনবা ইনাওদি মাঙখ্রদো ।*
*করি কান্ননি নিংথৌখুবম পামদ্রেদো ॥ (ইবোবী, লাঃ ৫৩)*

*করম্না ফত্রবা খেনফমদা অযোধ্যাদগী লাক্লবা*
*পাবুং মহারাজসু ফংখরে জানকীসু মাঙখরে*
*থরাইদগী হেন্না নুংশিবা লক্ষ্মণসু শিখরে (চাউবা, লাঃ ৫৩)*

খুদমশিং অসিদগী অনুবাদকশিং অসিনা হান্নগী লাইরিক্কী মপূংওইবা ভাব কায়হন্দনা থম্লগা খরমখৈ থৈদোক থৈজিন তৌরিবা মওংশিং উবা ফংই।

মথংদা থোইদোক্লা পনবা য়াবদি সংস্কৃত সাহিত্যগী মশক নাইরবা কবিশিংগী মণিপুরী অনুবাদ পুথোরক্লুনা লোন অসিদা অনৌবা ঈনোৎ হাপ্লকখিবা অসিনি। অভিজ্ঞান শকুন্তলম'বু অহানবা ওইনা ১৯৪৮ দা ফুরাইলাৎপম বাসুদেব শর্ম্মানা অদুগা ১৯৫৬ তা অরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মানা (১৯২০-১৯৮৫) হন্দোকখি। ব্রজবিহারীনা কালিদাসকী 'কুমার সম্ভব', 'মালবিকাগ্নিমিত্র', 'মেঘদুত', 'রঘুবংশ', ভবভুতিগী 'উত্তর রামচরিতম', সূদ্রক্কী 'মৃচছ্ কটিকম' হন্দোকখি। সংস্কৃত সাহিত্যগী মণিপুরী অনুবাদশিংগী মনুংদা মহাক্কী অনুবাদশিং অসি মমিং চৎলি। লৌরেম্বম ইবোয়াইমনা (১৯০১ ১৯৮৩) ভাসকী 'স্বপ্নবাসবদত্তম', 'প্রতিমা নাটকম' 'প্রতিজ্ঞাযৌগন্ধরায়নম' অনুবাদ তৌরম্মী। গোকুল শাস্ত্রীনা হর্ষগী 'রাত্নাবলী 'ভবভূতিগী, 'উত্তর রামচরিতম' নচিংবা হন্দোক্লম্মী। 'মেঘনুত' কী অনুবাদক অমনা খুমন্থেম গৌরকিশোরনি। মহাক্কী সৃর্জনাত্মক ওইবা অনুবাদ অসিবু মীয়াম্না য়াম্না পাম্নখি। গৌরকিশোরগী 'মেঘদূত' অহানবদা 'লৈচিন-দুতী' কৌরম্মী ব্রজবিহারীগীগা মহাক্কীগা শ্লোক মশীং খেন্নে। ব্রজবিহারীগীনা ১১৭ মহাক্কীনা ১১৯ নি। ব্যাসকী মহাভারতপু অনুবাদ তৌদুনা ভোল্যুম কুন্থ্রামাথোই হেন্না ফোঙগ্রবা চীঙ্গাংবম কালাচান্দ শাস্ত্রীনা মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যদা তৌরম্বা মমল দাইদ্রবা খুদোল মতম চুপ্লদা নীংশিংদুনা লৈরগনি।

বৈষ্ণব সাহিত্যগা মরী লৈনবা লাইরিকশিংগী মনুংদা ভগীরথনা অনুবাদ তৌবা শ্রীরুপগোস্বামীগী ভক্তিরসামৃত সিন্ধ হাওবম কুলবিধুগী নরোওমদাসকী প্রার্থনা, রাজকুমার শীতলজিৎকী লালসা শ্রীমদ্ভগবত গীতা 'বৈষ্ণব' পদাবলী শায়োন শৈখন' নচিংবা পনবদা মতীক চায়। তরামপলগুবা চহীচা হৌরকপদা শ্রীমদ্ভগবত গীতাদি মণিপুরীদা ইথোক্লুনা খুৎথাবা হৌপ্লবনি। অতোম্বাপু শর্ম্মানসু মৈতৈরোলগী গীতা (১৯৫৩) ইথোক্লুনা ফোঙখি। পণ্ডিতসিনা জয়দেবগী

'গীত গোবিন্দম' সু অনুবাদ তৌরম্মী । খুমন্থেম মধুমঙ্গল সিংহনা গীতগোবিন্দগী খঙ্গৎপা শৈরেং খরা অনুবাদ তৌদুনা ১৯৬৩ দা ফোঙলম্মী । অদুগা রাজকুমার মণিগীনা বি.এস. মিলরগী ঈংরাজীগী অনুবাদনি । লোন অমদগী অমদা অনুবাদ তৌবদা হান্নগী লোন্দুগা শাগোন্নরিবা ফজ-নুংঙাইবগী মশক অদু মাঙখি হায়বগী মতাংদা অখণ্ড-অহৈশিংনা গীতগোবিন্দদগী লৌখৎতুনা তত্ত্বনা খুদম পীনবা থেংনৈ ।

> ললিত লবঙ্গলতা পরিশীলন কোমল মলয় সমীরে
> মধুব নিকর করংবিত কোকিল কূজিত কুঞ্জ কুটীরে ॥
> শিৎলি মলয়া নামিবা নুংশিৎ চুপ্ল কোল্লদুনা লবঙ্গলতা
> খোইম্নুগা লোয়ননা কোকিলগী খোঞ্জেন্না নিল্লে নিকুঞ্জ শঙ্গাইদা
> (মধুমঙ্গোলঃ লা: ১)

> তনিক তনিকচরিবী লবঙ্গলতা, হায়রী উরীশিংসে
> নামিবা মলয়া নুংশিৎনা হাইনা হুমনা কোনশিনখরে ।
> খোইমুশিংগী খোঞ্জেন্নে কোকিলশিংগী সুবনে
> পুমনিন নিনখরে কুঞ্জবনগী কাচিন কোয়াসে । (মণিঃ লা: ৪১)

মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা মতমগী খুৎমাবা কবিশিংগী মবক্তা অনুবাদ সাহিত্যদা তোমথিল ওইনা ঙাল্লিবা অইবা অমদি মাইকেল মধুসূদন গী 'মেঘনাদ বধ কাব্য' (মেঘনাদ তুবা কাব্য) হন্দোক্লম্বা হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্রনি হায়বা য়াই । মহাক্কী অনুবাদসিবু কৃপ্পা নৈনরদুনা ডা. বাসিনা অসুম্না হায়বম্মীঃ নবদ্বীপচন্দ্রগী মিং অসিবু মণিপুবী সাহিত্যদা য়াম্না তোয়না নীংশিংহল্লিবদি য়াম্না চেৎনা মবী লৈনহল্লিবদি মহাক্কী পুন্সিগী ময়ায় ওইবা শরুক্তা পুথোক্লম্বা মাইকেল মধুসূদনদত্তগী মেঘনাদ বধ কাব্য'গী অতোপ্পা শক্তম 'মেঘনাদ তুবা কাব্য' অসিননি (বাসি, ১৯৭৭:৩৭) ।

মণিপুরী সাহিত্যদা খ্বাইদগী মরাং কায়বিবদি বাঙ্গলাগী অনুবাদনি । রবীন্দ্রনাথ, মাইকেল, বঙ্কিম অমসুং শরৎচন্দ্রগী মশক্লাইবা অযাম্বা লাইরিকশিংগী মণিপুরী অনুবাদ লৈরে । বঙ্কিমগী 'কপালকুণ্ডলা' (১৯৪৮) মুতুম কোইরেংনা অনুবাদ তৌদুনা পুথোরকখি । অযেকপম শ্যামদুন্দরনা 'দুর্গেশনন্দিণী' (১৯৫৮) অনুবাদ তৌদুনা ফোঙবা হৌবকখিবগা লোয়ননা 'বিষবৃক্ষ', 'কৃষ্ণকান্তগী উইল'

নচিংবা মথং মথং পুথোরকখি । মহাক্সা শরৎচন্দ্রগী 'দেবদাস' রবীন্দ্রনাথকী 'চিত্রাঙ্গদা' 'রাজর্ষি' নচিংবা অনুবাদ তৌরম্মী । শরৎচন্দ্রগী লাইরিকশিংবু অনুবাদ তৌরিবশিংগী মনুংদা রঘুমণি শর্ম্মাগী মিং শোইদনা পনফম থোকই। মসিদসু নত্তনা ৱাহেংবম বীরমণি, সরচান্দ শর্ম্মা, থোইবী দেবী, আই.আব. বাবু, এম. কে. বীনোদিণী, নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন নচিংবগী মিং পনবা য়াই। 'গীতাঞ্জলি' গী অনুবাদতি সিনাম কৃষ্ণমোহনগী মখূত্তগী থোরকখি । মথংদা অশাংবম মীনকেতন অমসুং কে. তোম্বীগী অনুবাদসু থোরকখি । নিংঙোম্বম ইবোবীনা কৃত্তিবাসকী 'রামায়ণ' (১৯৬৩), কাশীরাম দাসকী মহাভাবত (ভোল্যুম অনী) হন্দোক্কুনা অনুবাদ সাহিত্যদা শীংথানিংঙাই ওইরবা খুদোল তৌরম্মী ।

সাহিত্য অকাদেমীনা অনুবাদকী লমদা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকই । অনুবাদপু অমসুং অনুবাদকশিংবু শৌগত্তুনা অমসুং য়োকখৎতুনা ভারতকী অতৈ অতোপ্পা লোনগী সাহিত্যগী মচলশিংবু খঙ্গত্তুনা অনুবাদ তৌদুনা মণিপুরী অপাবশিংগা শকখঙনহল্লি । সাহিত্য অকাদেমীনা ফোঙবা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহননা অনুবদ তৌবা রবীন্দ্রনাথকী 'গোরা' রাজকুমার মণিনা হন্দোকপা 'যুগান্ত' কুমারী থোইবীগী অনুবাদ 'শাম্ব' নীলবীর শাস্ত্রীনা হন্দোকপা বিভূতিভূষণ বন্দ্যোপাধ্যায়গী থাগী-চীং (চান্দের পহার) আই.এস. কাঙজমনা অনুবাদ তৌবা ভিষম সাহনীগী 'তমস' অরিবম কৃষ্ণমোহননা হন্দোকপা 'প্রেমচন্দগী খঙ্গৎলবা অঙাংগী ৱারী' অসিনচিংবা শীংথানবা য়াবা ঙাক্তনি ।

মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যদা হিন্দী সাহিত্যগীসু অচৌবা খুদোল লৈতবা নত্তে । মুন্সী প্রেমচান্দগী 'গোদান' 'গবন, 'সেবাসদন'নচিংবা অমসুং ভগবতী চরন বর্মাগী চিত্রলেখা' হন্দোকপা চিঙ্গাংবম নিশান, জৈনেন্দ্রকুমারগী 'ত্যাগপত্র', (থাদোকচে) ধর্ম্মবীর ভারতীগী 'অন্ধাযুগ' মোহন রাকেশগী আষাঢ়কা একদিন' (ঈঙাদা নোংমা) অনুবাদ তৌদুনা পুথোকখ্রবা এলাংবম দীণমণিগী মিং পনবা য়াই । শিবাণীগী 'কিশনুলী' অমসুং রাজেন্দ্রসিংহ বেদীগী 'ত্রক চাদর মৈলীসী' (ফিমন খুনবা), হন্দোকখ্রবা অরিবম কৃষ্ণমোহন, 'হিন্দী ৱারীমচা' অমসুং ধর্ম্মবীর ভারতীগী 'সূরজকা সাতবাঁ ঘোড়া' (নুমিৎকী তরেৎশুবা শগোল) অনুবাদ তৌখ্রবা অরিবম কুমার শর্ম্মাগী মিং পনবদা মতীক চায় । দীণমণিনা

গিরীশ কারনাডকী 'হয়ব্রদন (কোকশগোল), অমসুং 'নাগমগুল' (তাগুজ কুম্নে) হন্দোক্লুনা অনুবাদকী লমদা খুদোল তমখ্রে। হিন্দীদগী মণিপুরীদা অনুবাদ তৌবিবা মীওইশিংগী মনুংদা বৃন্দবনলাল বর্মাগী 'মৃগননী' হন্দোকপা কে. য়াইমা শর্মা, হরিবংশ রায় বচ্চনগী 'মধুশালা' অনুবাদ তৌবা ক্ষেত্রি বাজেশ্বর, শঙ্কর শেষকী 'ত্রক ঔর দ্রোণাচার্য্য (অতোপ্পা দ্রোনাচার্য্য অমা) হন্দোকপা হৈরাংখোংজম মেঘচন্দ্রগী মিং পনফম থোকই।

অনুবাদ সাহিত্যদা অচৌবা মফম কন্দুনা লৈখ্রবা এদৱার্দ ফিটজজেরলদগী 'অমর খায়মগী রুবাইয়ট' (১৯৭৩) ইরেংবম বিজয় সিংহনা অনুবাদ তৌদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা ঈনোৎ পীনবা হোৎনখি। মমিং চৎলবা লাইরিক অসিগী পরেং মরিগী রুবাঈ অমবু মণিপুরীদা অসুম্না অনুবাদ তৌরি ঃ

*Dreaming when Dawn's left hand was in the sky*
*I heard a voice within the tavern cry,*
*"Awake, my little ones and fill the cup*
*Before Life's Liquor in its cup be dry* - ফিটজজেরলদ
শিন্নরমদাই তাইবঙবু, অমম্বা অহীংনা অঙানবা অয়ুক্তা
তাখীবদায় লাউরকপা খোঞ্জেল' মনা য়াকাশঙদগী
"পূজাগী থৌরাং লোইরফাও মন্দির নুংদা-
করিগী লেপলী মপান্দা, নিদ্রানা শুঙ্কাৎলবা লাইনীংবশা ॥—বিজয়

ঈংরাজী লোন্দগী মণিপুরীদা অনুবাদ তৌবা মীওইশিংগী মনুংদা 'জুলিয়স সীজার', 'মেকবেথ', 'এ দোলস হাউস' (লাইফদিবী অমৈ য়ুম), নচিংবা অনুবাদ তৌরম্বা জি.সি. তোংব্রা থোইদোক্লা শীংথানিংঙাইনি। জুলিয়স সীজার' অমসুং সোফোক্লেসকী 'অন্তিগোনে' মণিপুরীদা হন্দোক্লবা ডাঃ আই.আর.বাবু, সেক্সপ্যারগী 'দ রেপ ওফ লুক্রেসী, (লুক্রেগী ফম্লানবা) অনুবাদ তৌরম্বা মীনকেতন, টি.এস এলিয়টকী' দ ৱেস্ত লেণ্ড' (যৌগংলবা লমলেম) বু অনুবাদ তৌদুনা পুথোকপিখ্রবা লোংজম জয়চন্দ্র, খৃষ্টোফর মারলোগী 'ডক্তর ফোষ্টস'বু হন্দোক্লবা এল. বীরেন্দ্রকুমার শৰ্ম্মা, সেক্সপ্যারগী 'ওথেল্লো'বু অনুবাদ তৌদুনা পুথোকখ্রবা চোংথাম সমরেন্দ্র, হেমিংৱেগী 'দি ওলদ মেন এন্দ সী' (হনুবা অমসুং সমুদ্র) বু অনুবাদ তৌখ্রবা রাজকুমার মণি থোইদোক্লা পনবদা মতীক চাই।

মথক্তা পঞ্জবিবশিং অসি নত্তবা মশক্লাইবা অনুবাদকশিংগী মনুংদা বিজয় তেন্দুকবগী ''সখাবাম বাইন্দব' হন্দোকপা এল. দামোদব, 'অমসুং ইন্দ্রজিৎ' হন্দোক্লবী এম.কে. বিনোদিনী, 'কংলৈপাক্তা শুনুগী পাফল' হন্দোকপা মণি মাইরেম্বম ভারত সাহিত্যগী খঙ্গৎলবা ব্বারীমচাশিংবু অনুবাদ তৌদুনা পুথোকখ্রবা সাপম তোম্বনচিংবা শীংথানবা যাই । মখোয়শিং অসি নত্তবা অনুবাদকী লমদা খূৎ থারিবা অতৈসু লৈতবা নত্তে ।

মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্য মতম্না পুরকপা শীংনবা কয়াবু মায়োক্লরদুনা চেম্থুরিবা মণিপুবী সাহিত্যগী ঈচেলসিগী শরুক অমনি । মতম অমদা অনুবাদকশিংনা সাহিত্যকরশিংগী মরক্তা মখোয়না ফংফম থোকপা মফম অমসুং ইকায়খুম্নবা ইফং ফংদবগুম তৌরম্মী । মরম অদুনা অনুবাদ সাহিত্যগী ঈচেল অসি কংশিল্লকপগুম উবকপা মতাংসু য়াওদবা নত্তে । কবিমুক হাযকনি সাহিত্য অকাদেমীনা অনুবাদকী মনা পীনবগী মতীকচাবা অনৌবা লাইরিক খঙ্গৎপদা অব্বাবা ওইখিবা চহী ইথেং থেংনখিদবা নত্তে । হৌজিক্তি হান্নগী ফিভমদু নত্ত্রে লমদমসিগী শক্লাইরবা অইবা কয়া অনুবাদকী লমদসু কন্না খূৎ থারক্লে । মবম অদুনা মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্যগী খোঙচৎ অসি নোংমা নোংমগী খূমাং চাওশিল্লকলি অমদি লেপ্পা লৈতনা মাঙদা চঙশিল্লকলি হায়বদা থোইনা চিংননিংঙাই লৈতে ।

**মতেং লৌখিবা লাইরিক খরা ঃ**


১। খুমন্থেম মধুমঙ্গল, ১৯৬৩, শ্রীশ্রীগীতগোবিন্দম

২। আর. কে. মণি, ১৯৯৭, গীতগোবিন্দ

৩। ইরেংঃ বীজয়, ১৯৭৩, অমর খায়মগী রুবাইয়ট

৪। অরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা, ১৯৬৭, মেঘদূত

৫। ডাঃ ভোলানাথ তিব্বারী, ১৯৮৮, অনুবাদ কলা

৬। অরিবম কুমার শর্ম্মা, ২০০২, সাহিত্যদরস অমসুং অতৈ নৈন-ব্বারেং খবা

৭। বাসি, ১৯৭৭, কৃষ্ণচূড়াগী অঙাংবা মপাল

৮। সিঐচ. মনিহার, ১৯৯৬, এ হিস্ট্রি ওফ মণিপুরী লিট্রেচর

৯। নিংঙোম্বম ইবোবী সিংহ, ১৯৬৩, মৈতৈরোলগী রামায়ণ শৈরেং

# ভারতকী লোনশিংদগী হন্দোকপা
# মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্য

*এন. কুঞ্জমোহন সিংহ*

পৃথিবীদা লৈরবসি লোন মখল-মখা কয়ানি । ভারত মক্তুদসু ঙাঙনরিবা লোনসি ফনা য়ামই । ইতিহাসকী নোংলৈ নুংশিংত্তা লোন কয়া মাঙখ্রে, লোন কয়ানা পূনশিনখ্রে । মীওইবনা মাগী মাগী লোন্দা অমগা অমগা পাউ ফাওদোক্লবতা নত্তনা চহীচা কয়াদগী সাহিত্যসু শেমগৎলকই । মী মশীং য়াম্না ঙাঙনবা  লোনশিংদি মাইকৈ অসোমদা মরাইবক ফৈ হায়বা তাই । মী লিশিং খরতংনা ঙাঙনবা লোনদি সাহিত্য শেমগৎপা ঙ্গানা থোকই, চীনুংগী সাহিত্য নত্তনা লোনশিং অসিদা সাহিত্যগী পোখোক লৈতে হায়বা য়াই ।

তাইবংমী হায়বসি মপান নাইদবা শক্তিগী মপূনি হায়নৈ । অদুবু ঙসি ফাওবদা মীওইবা অমত্তনা পৃথিবীগী লোন পূম্নমক হৈবা হায়বসিদি ওইথোক্লি, অদুনা চাওখৎলবা লোন কয়ানা লৈরিবা সাহিত্যশিং অসি পাবা নত্রগা খঙবা হায়বসিসু ওইথোক্লি । অদুবু অনুবাদনা মাইকৈ অসোমদা মীওইববু মতেং পাংলি । ময়াম্না খঙনরিবদুনি, বেদদগী হৌরদুনা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লাইরিকশিং-বৌদ্ধগী খঙদে, খৃষ্টানগী খঙদে, ইস্লামগী খঙদে- অহানবদা লোন অমখক্তদনি ইরম্লিবসি । লাইরিকশিং অসি তোঙান-তোঙানবা লোন্দা হন্দোক্লরকপদগীনি ময়াম্না মখোয়শিং অসি ফজবা খঙনবা হোৎনরিবা, নৈনরিবা । লাইরিকশিং অসি করিগুম্বা অহানবগী লোন অদু খক্তদা লৈরম্লবদি ধর্মগ্রন্থশিং অসিদা লৈরিবা জ্ঞানশিং অসি মীয়ামদা ঙ্গাৎনা য়ৌরমগনি ।

শম্না হায়রবদা, অনুবাদকী মতেং নৎলমদ্রবদি ধর্মগ্রন্থশিং অসিতা নত্তে, পৃথিবীগী চাওখৎলবা অতোপ্পা লোন কয়াদা লৈরিবা ক্লাসিক ওইরবা সাহিত্যগী লৈচনশিংগী লৈশক-লৈনম খঙবা ঙম্লম্লোই । বৃটিশ কোলোনি ওইরম্বা ভারতকুম্বা লৈবাক্তা লৈরিবা ঐখোয়দি, ইংরাজি তক্লকপনিনা অদুগা হৌজিকসু তম্লিবনিনা, ইংরাজি সাহিত্যগী মহাও তংবদা ঙ্গানা থোক্তে । অদুনা ফ্রেঞ্চ, রাশিয়ান, জর্মন স্পেনিস, জাপানিজ-অসিনচিংবা লোনশিংদা লৈরিবা সাহিত্যশিংসে ইংলিশ

নত্তুগা ঐখোয়না খঙবা লোন্দা হন্দেক্লমদ্রবদি সমুদ্র ঈরোন্নুংদা লৈবা মণি-মুক্তাদৌনা ঐখোয়গী ইফমদা লৈরমগনি । অনুবাদকী মতেং নংলমদ্রবদি হোমার, ভিক্তরহ্যুগো, তোলস্তোয়, রোমাঁ রোলাঁ, চেকোভ, গোয়েটে, গোর্কি, সোলোকোভ, পাবলো নেরুদা কাৱাসাকিময়াম অসিগী সাহিত্য ঐখোয়দা মঙ ওইনা থোক্লমগদি ।

অনুবাদ সাহিত্যনা ঐখোয়বু খঙদবা লোন অমগী সাহিত্যগা শকখঙনহনবতা নত্তনা লোন অদু ঙাঙনরিবা মীওইবা কাঙলুপ অদুগী সমাজ, সভ্যতা, ইতিহাস, কলা সংস্কৃতি অসিনচিংবগসু শকখঙনহল্লি । শম্মা হায়ববদা শকখঙনবদগী লাপ্পা লৈবদৌনা তৌরম্বা সমাজ অদো শক খঙনবদগীদি নকশিল্লকপদৌনা তৌরকই। অদুগীসু মথক্তা অনুবাদ সাহিত্যনা অতোপ্পা লোন অমগী সাহিত্য শেমগৎপদা ঈৱায়-ঈনিল পী, লম্বী তাকই, মতেং পাংই । ভারতকী তোঙন তোঙনবা লোনশিংদা হৌজিক্কী সাহিত্যনা খোঙচৎ হৌরকপদা ইংবাজি সাহিত্যগী প্রভাব কন্না লৈখি হায়বসি ময়াম্মা খঙনবা ৱাফম্নি । হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎপদসু অনুবাদ সাহিত্যনা চাউরবা থৌদাং লৌখি হায়বসিসু ককপা য়াদ্রবা ৱাফম্নি ।

মণিপুরী লোন্দা অতোপ্পা লোন্দগী হন্দোকপা, মরু ওইনা ভারতকী লোনশিংদগী হন্দোকপা অনুবাদ সাহিত্য শীংথানীংঙাই ওইনা লৈরে হায়বা য়ারে । তৌবগীদি, মরু ওইনা হন্দোক্লিবসি সংস্কৃত অমসুং বাংলালোন্দাগীনি। সংস্কৃত লোন্দগী হন্দোক্লিবসিদা অয়াম্বদি ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লাইরিকশিংনি । সংস্কৃত সাহিত্যগী ইনাকখুল্লবা পূর্ক্কেদগী মণিপুরীদা অনুবাদ তৌদুনা সাধারণ মণিপুরীশিংদা সংস্কৃত সাহিত্যগী মশক-মগুণ খঙহনখিবশিংগী মনুংদা মমিং পন্দবা য়াদবা থরদি — পাণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা (কৌটিল্যগী অর্থশাস্ত্র, শ্রীমদভাগবত গীতা, রাস পঞ্চধ্যায়...), কালাচান্দ শাস্ত্রী (বেদব্যাসকী মহাভারত টিকাগা লোয়ননা), অরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা (কলিদাসকী অভিজ্ঞান শকুন্তলম, কুমারসম্ভব, মালবিকাগ্নি...), লৌরেম্বম ইবোয়াইমা সিংহ (কালিদাসকী রঘুবংশ, ভাষকী স্বপ্নবাসবদত্তা...), গোকুল শাস্ত্রী (ভবভুতিগী উত্তর রামচরিত, হর্ষগী রত্নাবলী...) রাজকুমার শীতলজিৎ সিংহ (শ্রীমদভাগবত গীতা,নরোত্তম দাসকী লালসা...), সুরচান্দ শর্ম্মা (বাণভট্টগী কাদম্বরী, জীব গোস্বামীগী উজ্জল - নীলমণি...) অসিনচিংনি । তৌবগীদি অনুবাদক পুম্নমক্কা সংস্কৃত লোন্দগী

হকথেংননা হন্দোকপদি নত্তে, বাংলাগী খুখাংদা হন্দোকপা কয়াসু য়াওবি । সুরচান্দ শর্ম্মনা হন্দোকপা অয়াম্বদি বাংলা লোনগী খুখাংদনি ।

হৌজিক্কী সাহিত্যগী লৈচনশিং, মরূ ওইনাকাব্য, উপন্যাস, ৱারীমচানচিংবা মণিপুরীদা হন্দোক্লিবসি বাংলাদগীনি । মসিগী মরূ ওইবা মরমদি, বাংলা লোন অমদি বাংগালী সংস্কৃতিগা মণিপুরীশিংগা য়াম্না নক্লরুবা অসিনি । লোন অসিদগী মশীং য়াম্না হন্দোক্লিবসিনা উপন্যাসনি । বাংলাদগী অনুবাদ তৌবা শীংথানীংঙাই ওইবা মীওই খরদি-মুতুম কোইরেং সিংহ (বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী কপালকুণ্ডলা), অয়েকপম শ্যামসুন্দব সিংহ (বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় অমদি শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী উপন্যাস অয়াম্বা), সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ (রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী গীতাঞ্জলি) হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ (মাইকেল মধুসূদনগী মেঘনাদবধ কব্য), সুবচান্দ শর্ম্মা, (প্রবোধ সান্যালগী প্রিয়বান্ধবী, শরৎচন্দ্রগী উনন্যাস খরা, থোইবী দেবী (চন্দ্রশেখর মুখোপাধ্যায়গী উদভ্রন্ত প্রেম, যাযাবরগী দৃষ্টিপাত...), রঘুমণি শর্ম্মা (শরৎচন্দ্রগী উপন্যাসশিং, তসলিমা নাসারিনগী লজ্জা, ফেরা...) খৈরউদ্দিন চৌধুরী (মতমগী বাংলা কবিতা)- অসিনচিংবনি। অনুবাদক কয়াগী মিং চিংথবা শোয়দনা য়াওরমগনি, অদুগীদমক ঙাকপিগনি । মতাং অসিদা পনবা য়াবা ৱাফম অমদি, সংস্কৃত অমসুং বাংলা লোন অনীসি খঙবা অমদি চর্চা তৌবা মীওইগী মশীং অসুম অসুম হল্লরকপনা লোন অনীসিদগী কন্না চেল্লবম্বা অনুবাদগী ঈচেল অদো তপথরকপা য়াবগী অকিবা অমদি হৌজিক লৈরক্লে । সাহিত্যগী জগৎতা লৈবিরিবশিংনা অসোমদা ৱাখল পূক্লিং চঙদুনা করি তৌসিগে খল্লহৌবা চুমত্রা খঞ্জে ।

সংস্কৃত অমদি বাংলাগী মথংদা লাইরিক মশীং যাম্না হন্দোক্লিবসি হিন্দীদগীনি । লোন অসিদগী তৌবা অনুবাদগী খোঙহৌ অসি খরা থীন্না হৌবকখি । অদুবু চহী খরা অসিদা খোঙজেলদি কন্না চেনখৎলক্লি । হিন্দীদগী অনুবাদ তৌবশিংগী মনুংদা পনবা য়াবা মিং খরদি — কৃষ্ণমোহন শর্ম্মা (রাজেন্দ্রসিং বেদীগী ফিমন খুনবা, শিবানীগী ৱারীমচাশিং), নিংশান সিংহ নীংতম (ভাগবতীচরন বর্মাগী চিত্রলেখা, প্রেমচন্দগী গোদান, গোবন, সেবাসদন), এলাংবম দীনমণি (জৈনেন্দ্রগী ত্যাগপত্র, ধরমবীরগী অন্ধাযুগ, মোহন রাকেশকী ইঙাগী নোং...) আই.এস. কাঙজম (ভীষম সাহানীগী তমস...), এ. কুমার

শর্ম্মা (হিন্দী ন্নারীমচা, ধরমবীর ভারতীগী নুমিৎকী তরেৎশুবা শগোল), ক্ষেত্রি রাজেশ্বর (হরিবংশ রায় বচ্চনগী মধুশালা), কে. য়াইমা শর্ম্মা (বৃন্দাবন বর্মাগী মৃগনয়নী)- অসিনচিংবনি ।

চহী খরা অসিদা মথক্তা পনখ্রিবা লোনশিং অসিগী মথক্তা ভারতকী লোন অতৈদগীসু মণিপুরীদা অনুবাদ কয়া তৌবা য়াওনরক্লে । মখোয়শিং অদু মশীং য়ামদ্রগসু পনবা য়াবা খরদি - রাজকুমার মণি (মারাঠী অইবী ইরাবতী কার্ভেগী যুগান্ত) এল. দামোদর (মারাঠী নাট্যকার তেণ্ডুলকরগী সখারাম বাইণ্ডর), রঘুমণি শর্ম্মা (অসামী অইবা বীরেন্দ্রকুমার ভট্টাচার্য্যগী য়ারুইঙ্গম)- অসিনচিংবনি। তৌবগীদি হায়রিবা অনুবদকশিং অসি হৌরকফম লোন (সোর্স লেংগুয়েজ) দগী হকথেংননা হন্দোকপদি নত্তে, ইংরাজি নত্ত্রগা বাংলাগী খুত্থংদা হন্দোকপনি ।

মথক্তা পনখ্রিবা অসিদগী ভারতকী লোনশিংদগী হন্দোক্লিবা লাইরিকশিং সে মখল অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই -(১) সংস্কৃত, বাংলা অমদি হিন্দীদগী হকথেংননা হন্দোকপা অমসুং (২) বাংলা, ইংরাজি অমদি হিন্দীগী খুত্থাংদা হন্দোকপা । মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমনা, লাইরিক খরদি তোঙান তোঙান অনুবাদক্লা মখল অনী-অহুম থোক্লা মানা মানা পামজবা খৃৎহন্দোক্তা হন্দোকপসু য়াওরে । মাইকেল মধুসূদন দত্তগী মেঘনাদ বধ কাব্য হায়রিবা লাইরিকশিংগী মনুংদা অমনি । বঙ্কিমচন্দ্র অমদি শরৎচন্দ্রগী উপন্যাস খরসু অদুবাদ মখল অনী -অহুম শুই । রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী গীতাঞ্জলি কৃষ্ণমোহন্না বাংলাদগী হন্দোকখি, মীনকেতন অমসুং কোঙ্খৌজম তোম্বীনা কবিগী ইংরাজি অনুবাদ অদুদগী মানা মানা পামজবা খৃৎহন্দোক্তা অমুক হন্দোক্কুনা লাঙ্খোরকখি ।

অনুবাদ হায়বসি অরায়বা থবক্তি নত্তে । অনুবাদ তৌরিবা মীশক অদুনা হন্দোক্লিবা লাইরিক অদুগী হৌরকফম লোন অমদি শায়োল্লরিবা লোন (টার্গেট লেংগুয়েজ) অনীমক ফজনা খঙবা তাবনি, অদুতা নত্তনা লোন অদুগা শাগোন্নারিবা সমাজ অদুগী সভ্যতা, সংস্কৃতি ইতিহাস অসিনচিংবসু খঙবা তাবনি । অদুগীসু মথক্তা অনুবাদ তৌরিবা মীশক অদুদা সাহিত্যগী রস চেনবগা লোয়ননা ক্রিয়েটিভিটিগী গুণসু চেনবা তাই । হায়রিবা গুণশিং, অসি য়াওদ্রবদি মানা তৌরিবা অনুবাদ অদো কায়াৎ শোয়বা, মরেক-মহাও য়াওদবা, লৈশক-লৈচু

থোক্তবা, রাশি চগংনবা ওইনা থোকই । অসিগুম্না অনুবাদনা হৌরকফম লোন্দা লৈরিবা সাহিত্যগী পোৎশক অদুগী মগুণ হুম্বহল্লি ।

মণিপুরী সাহিত্যদা অনুবাদকী শৈহৌ শকখিবদি কুনশুবা শতাব্দী হৌরকপগী শঙ্খধ্বনিগা লোয়ননা বাংলা নাটক অনীননি -- পাগলিনী (১৯০৫) অমদি পার্থপবাজয় (১৯১৫-১৬) । মসিগী মতুংদা কবি খ্বাইরকপম চাউবা অমদি তম্নবা লাইরিক ইর্বশিংনা শৈবেং অমদি ৱারেং কয়া হন্দোকখি । অদুবু অনুবাদকী একনবা ঈহৌ লার্কখিবদি অনীশুবা লাপ্পাও মতুংদনি । নবদ্বীপচন্দ্রনা মাইকেলগী মেঘনাদবধ কাব্যগী সর্গ মঙা লান মমাঙদা ১৯৩৪ দা হন্দোক্লবসু ছাপা নমদুনা নুমিৎ থা উবদি চহী কুম্ল্লাবোম মতুংদা ১৯৬৫ দনি । অদুনা ছাপা নমদুনা অনুবাদকী মহাও এমা মণিপুরী অপাবশিংদা অহানবা পীখিবদি মুতুম কোইরেংনা হন্দোকপা বঙ্কিমচন্দ্রগী উপন্যাস ''কপালকুণ্ডলা'' নি(১৯৪৮) । ইমুং অমদা অঙাং অমা ইহান হাপ্পা ফংজবদা ইমুং পুম্নমক হরাওবনা মথুম মরাঙ হৌবা অদুম হায়না কপালকুণ্ডলা ফোঙলকপদা মণিপুরী অপাবশিংসু মথুম-মবাং হৌখি, ফজবা ফজদবা থোইনা খল্লুদে । পণ্ডিত সমালোচক মীনকেতন্নদি কোইরেংগী অনুবাদ অসি ফজবা ৱাৎলি হায়না মহাক্কী মৈতৈ উপন্যাসতা(১৯৫০) কন্না সমালোচনা তৌখি । পনবা যাবদি, হাযরিবা মৈতৈ উপন্যাস অসি মণিপুরী সাহিত্যগীদি ইহান-হানবা মপূং ফাবা সমালোচনাগী লাইবিকনি । মণিপুরী সাহিত্যগী ইহান-হানবা হন্দোকপা উপন্যাস ওইবনা অসিগী খুৎহনদোক্কী নমুনা অমত্তং যেংবা নুংঙাইগনি, অদুঙৈ তাকিবা ঈশৈগুম লাইবিক অসিগী অহৌবা পরেং খরদং লৌখৎচরি হৌরকফম লোন বাংলাগা লোয়ননা । বাংলাদা অসুম হায়না হৌই —

''প্রায় দুই শত বৎসর পুর্ব্বে একদিন মাঘ মাসের রাত্রিশেষে একখানি যাত্রীর নৌকা গঙ্গাসাগর হইতে প্রত্যাগমন করিতেছিল । পর্ত্তুগিস ও অন্যান্য নাবিকদস্যুদিগের ভয়ে যাত্রীর নৌকা দলবদ্ধ হইয়া যাতায়াত করাই তৎকালেব প্রথা ছিল, কিণ্ড নৌকারোহীরা সঙ্গিহীন'' ।

মুতুম কোইরেংনা পবেং শর্বসি অসুম্না হন্দোকই --

''চহী চনি য়াংখৈরোমগী মমাঙদা নোংমগী নুমিত্তা অহিং মমৈ ওইবক্লবদা মী তোংদুনা চৎপা হি অমা গঙ্গাসমুদ্রদগী হল্লক্লমই । পর্ত্তুগিস অমসুং অতোন-

অতোপ্পা হিরোই ডাকুশিংবু কিবনা মী তোংদুনা চৎপা হিনা শঙ্খু ওইনা চৎথোক-চৎশিন তৌবসি মতম অদুগী চৎনবী পথাপ ওইনা তৌরমই; তৌইগুম্বসুং হি অসিদা চৎলিবা মীশিং অসি মরূপ-মপাং কায়নরম্লে ।"

মীনকেতন্না মতেক অসি মরূ ওইনা অসুম হায়না সমালোচনা তৌই । 'মাঘ মাসের'অনুবাদ য়াওদে । 'যাত্রীর নৌকা' হায়বসি মী তোংবা হি, নত্রগা মী পুবা হি হায়বনা মৈতৈবোল তাগনি । 'গঙ্গাসাগর' হায়বসি তীর্থ অমগী মমিংনি, মসিবু গঙ্গাসমুদ্র হাযনা হন্দোকপসি চুমদে, চম্মন্নহল্লি । 'নাবিকদস্যু' বু ঈশিংডাকু হায়হন্নীংই । 'মতম অদুগী চৎনবী পথাপ' হাযবসিদগী চৎনবী লৌথোকহন্নীংই । মরমদি পথাপ হাযবসিদা তৌদবা য়াদবগী অর্থ অমা চেল্লি, 'চৎনবী' হায়বসিনা অদুম য়াযে । মীনকেতনগী মোত অসি থোইনা কক্লিংঙাই লৈতে ।

তুংদা লাকপা অনুবাদক অয়েকপম শ্যামসুন্দরনা অসুম হায়না মতাং অসি হন্দোকই —

"চহী চনি য়াংখৈরোম মমাঙদা নোংমা ৱাকচিং থাগী খেঙলবা অহিঙদা যাত্রিকশিং তোংবা হি অমখক গঙ্গাসাগরদগী, হল্লকই । পর্তুগিজ অমসুং অতৈ অতোপ্পা ঈশিংগী ডাকুশিংবু কিবনা যাত্রীগী হিশিংদু খোঙবু খোঙবু ওইনা চখোক চৎশিন তৌনবসি মতম অদুগী চৎনবী ওইনা তৌই; অদুবু হিসিদা তোংলিবা কাঙবুসিগীদি খোঙলোয় অমত্তা য়াওরমদে ।"

মণিপুরগী মমিং লৈরবা অনুবাদক অসিগী খূৎহন্দেক্তসু হায়নীংঙাই অদুম লৈতবা নত্তে । রাত্রিশেষ হায়বসি 'খেঙলবা অহিঙদা' হায়বগী মহুৎতা কোইরেংনা 'অহিং মমৈদা' হায়বদুনা হেন্না চুমই । 'যাত্রীশিং তোংবা হি' হায়বসি যাত্রী তোংবা হি হায়বনা হেনা মহৌশা ওই, মথংগী পরেংদা 'যাত্রী তোংবা হি' হায়না তারকিলবসিনি । অরোইবা পরেংদা 'খোঙলোয়' হায়রিবসি খোঙবু হায়না থম্বনা হেন্না চুমগনি । খোঙলোয়গা খোঙবুগা অর্থ খেন্নদবা নত্তে ।

'কপালকুণ্ডলা' হায়বসি কাব্যগী মীৎয়েংলোমদগী য়েংবদা বঙ্কিমচন্দ্রগী খ্বাইদগী ফজবা উপন্যাসনি হায়নরিবনি । মসিবু হন্দোকপদা কাব্যগী ফজবদো

ময়েং তাখ্রবদি উপন্যাস অসি অনুবাদতা পাবশিংগী মফমদা মগুণ য়াম্না হন্থখিবা মশানা তাবনি । শ্যামসুন্দরগী অনুবাদতা চাউশোয় অমগা অহানবা পান্দুপকী অহানবা মতাংদা য়াওরি । বাংলাদা ব্রাহৈ পরেং অমা অসুম্না য়াওরি — 'বৃদ্ধের শ্রুতি কবিতার প্রতি ছিল না, নাবিকেরা পরস্পর যে কথোপকথন করিতেছিল তাহাই একতামনা হইয়াশু নিতেছিল ।' মসি অনুবাদক্লা অসুম্না হন্দোক্লি — অহনদু শ্রুতিগী কবিতা অদোমদদি থোইনা খোয়জংলুবা লৈতে, হি হোনবশিংনা মখোয় মশেল ব্রারী শান্নরিবা অদোমদা মপূক্লিং চঙনা তাদুনা লৈরে ।' তশেংবদি, 'অহনদুগী মনাকোংদা শৈরেংদো চঙলমদে হায়বনি । শ্রুতি হায়বা ব্রাহৈসি মফম অসিদা নাকোং নত্রগা তাবা হায়বনি । অদুবু অনুবাদক্লা শ্রুতিশাস্ত্র ওইনা লৌখ্রে ।

শরৎচন্দ্রগী 'শ্রীকান্ত' হন্দোরকপা মতমদদি শ্যামসুন্দর অনুবাদক অমা ওইনা য়াম্না চেকশিল্লে হায়বা তাই, অশোয়-অঙাম পংয়াও য়াওদ্রে, লোনসু ফজবা হেল্লে । অদুবু নুংঙাইতবা অমদি, মণিপুর ষ্টেট কলা অকাদেমিনা ফোঙবা শ্রীকান্ত (১৯৭৯) অসি নত্তবা মহাক্কী অতৈ লাইরিকশিংদা ফোঙবগী চহী থাদবসিনি । মসি নিয়মসু নত্তে, হৌনবীসু নত্তে । লাইরিক ফোঙবিরিবশিংনা মসি য়েংশির্নবিফম থোকই । পেন্দবা অমগনা, লাইরিক নম্বদা গেট-অপলোমদা ব্রাখল তৌবিদবা অমসুং মখুম হায়বসিদি অমা হেক্তা তৌশিল্লগা য়াই হায়বগী মতাদা অঙাংগী তেলঙ্গা পাইনবা চেগুস্বনা পানশিনবা অসিনি । অসিগুম্বসিনা মগুণ লৈরবা লাইরিকশিং অদুগী মমল হন্থহল্লি, ছাত্রগী বাজার নোট মালহল্লি।

অসিগুম্বা দোষ অসি অনুবাদক খরগী লাইরিক্তসু উবা ফংই । প্রিন্টিং টেক্নোলোজিনা অসুক চাওখৎলবা মতম অসিদা লাইরিক মশক ফজহনবা ঙমদবা হায়বসি পৃথিবীগী খোঙজেলদা য়াওবা ঙমদবগা অম্মানি । লাইরিক হায়বসি চেবাংদা মুক্লা হেক্তা পঙনমতা নমশিল্লগা পুথোকপা য়াই হায়না খল্লগদি য়াম্না লাইবক থীবা অমনি ।

মণিপুরীদা উপন্যাস মশীং শ্বাইদগী-য়াম্না হন্দোক্লিবসি রঘুমণি শর্মানি। থৌনা য়াম্না ফৈ হায়বা তাই, অকিবা লৈতনা হন্দোকই । হন্দোক্লিবশিংসি ফজবা ব্রাৎলি, মৈতৈরোল তাদবসু য়াওই হায়বসি মহাক্কী মনাকোংদা য়ৌদবা নত্তে । অদুবু রঘুমণিগীদি হন্দোকপা হায়বসি মিশন অমনি, নীংজবা পচ্ছুং অমা য়ৌনবা

নীংহন্নবা লৈতনা চৎপা খোঙচৎ অমনি । অদুনা শরৎচন্দ্রগী উপন্যাস পূম্নমক, শ্রীকান্তখক্তং নত্তনা, হন্দোকপা লোইদুনা অতোপ্পা অইবশিংগী লাইরিক পায়খৎলক্লবনি ।

রঘুমণিনা হন্দোকপা লাইরিকশিং লোইনা নৈনবদি তেল্লবা মতম অসিদা ওইথোক্লবনিনা মহাক্কী লাইরিক অমখক্তং লৌখৎলগা য়েংবা য়াই । মহাক্কী শরৎ-অনুবাদ খোঙচৎকী ময়ায় ওইরপ মতাংগী লাইরিক 'বিপ্রদার্স' তা য়েংসি, লাইরিক অসি ১৯৯৫ দা ফোঙবনি । লাইরিক অসিগী অহানবা তাংকক্কী অহানবা পেরাগ্রফতা য়াওরিবা 'আধুনিক কালের অসাম্যও অমৈত্রীর বিরুদ্ধে' হায়বসি রঘুমণিনা 'হৌজিক্কালগী মান্নদবা মিৎয়েং অমদি অচান-মিরায় নাইবগী মায়োক্তা' হায়না হন্দোক্লি । তশেংবা অর্থাদি 'হৌজিক্কালগী মীগা মীগা খেন্নবা অমদি চান্ন-চিন্নদবগী মায়োক্তা' হায়বনি । মথংগী পেরাগ্রফত্তা ৱাহৈ পরেং অমা অসুম্না য়াওরি-'অর্ধাকারে ক্রোশেক বিস্তৃত বিলের সৃষ্টি করিয়াছে ।' মসিবু রঘুমণিনা অসুম্না হন্দোক্লি-'থা মচেৎ শানা য়ুথক অমরোম পাকপা ঈথৎ শেমখি ।' ক্রোশ হায়বসি লম্বী শাংব-তেনবগী পাদম্নি, য়ুথক হায়বসিনা মতমগী পাদম্নি; অদুগা বিল হায়বসিনা পাৎ হায়বনি, ঈথৎ নত্তে । ৱাহৈশিং অসিগী অর্থ করম হায়না অসুক শাথীনা তৈনখিবনো, অনুবাদক্লা উহৌদ্রবরা? খঙদনা ভাবনা শাবা ওইরম্লগদি অচৌবা দোষ অমনি । ৱারী শান্নবদা ''বিপ্রদাস কনানো' নত্রগা ''বিপ্রদাস হায়ববু কনানো' হায়বগী মহুত্তা 'বিপ্রদাস কনা ?' হায়বসি মৈতৈরোল তাদে ।

রঘুমণিগী তুংদা লাকপা অনুবাদ খরদি ফরে, পাবা য়ারে । অদুবু করি করিগুম্বা মতাংদা অর্থ খঙদদুনা চনৈনদুনা থম্লম্বা অমদি চিংখহন্নীংদবা মতাংদা চিংখরম্বা য়াওবসি খরা কৃপ্না পাবা মীদদি নুংঙাইতে । ৱাথোক চাউবী অইবী তসলিমা নাসরিনগী উপন্যাস 'ফেরা' (হল্লকপা) গী ৩শুবা তাংকক হৌরকপগী অদুৱাইদা অসুম্না য়াওরি-'তোমাদের ঘটিদের কিপ্টেমি নিয়ে আমি আর পারছিনা গো !' কল্যানী রাগ করে 'বাঙালরা বুঝি খুব উদার ?' রঘুমণিনা মসি অসুম হায়না হন্দোকই-'নখোয়গী খুকুপ লাকুপতু ঐ অমুক খাঙবা ঙজদ্রে !' কল্যানী অরিবা শাউগৎলম্মী । 'বাঙালশিংদি খঙলে মীনুংশি য়াম্না চাউরিনিনে ?' মওং তানা হন্দোকপ-হন্দোক্তবগী ৱাদো থমগ্রগসু অনুবাদক্লা ঘটি-বাঙালগী ৱারী

খঙদবগুম তৌই, অদুনা ঘটি হায়বা য়াম্না মরূ ওইবা ৱাহৈ অসি চিখ্বরম্মী। অইবীনদি ঘটি অমসুং বাঙাল হায়বা ৱাহৈ অনীসি হাপকে হায়না হাপ্লিবনি। নোংপোক বাংলাগী মীশিংনা নোংচুপ-বাংলাগী মীশিংবু করেম্নবা ওইনা 'ঘটি' কৌই অদুগা নোংচুপ-বাংলাগী মীশিংনা নোংপোক বাংলাগী মীশিংবু 'বাঙাল' কৌই। অরোইবা ৱাহৈ পরেংদা 'বুঝি' হায়বা ৱাহৈসে লোনগী নাক-পু তাবদা শীজিন্নবা ৱাহৌনি। অনুবাদতা ৱার্ড ফোর ৱার্ড অর্থ হনগদবনি হায়বা লৈতে, লৌথোকপসু য়াই হাপচিনবসু য়াই। অদুবু য়াম্না মরূ ওইবা ৱাহৈ লৌথোকপা তারবদি অকায়বা লাকই।

থাজগীদি মায়হিং কারবসু মায়হিং অদোমদা থোইনা য়েংনদে, ফজবা অদুতা য়েংনৈ। অদুবু মীওইবগী মতাংদদি মায়হিং অদুতবু হেন্না য়েংনৈ। অনুবাদকী মতাংদসু অদুনি। অদুনা অনুবাদ তৌবা মতমদা চেকশিন্দবা য়াদে, য়ারিবমখৈ মায়হিং কাদনবা তৌবা তাবনি।

বাংলাগী হেক ঙমথংদা উপন্যাস মশীং য়াম্না হন্দোক্লিবসি হিন্দীদগীনি; অদুগা ঋাইদগী মশীং য়াম্না হন্দোক্লিবসিনা নিশান সিংহ নীংতমনি। অনুবাদক অসিগী অনুবাদকী খোঙচৎতা প্রেমচন্দগী 'সেবা-সদন' (১৯৮৯) য়ৌরকপা মতমদদি হান্নদগী হেন্না মওং তারে। অনুবাদ হায়বসি লোন অমদগী লোন অমদা অর্থ হন্দোকপা অদুতা নত্তে, হৌরকফম লোন্দা য়াওরিবা কলাগী ফজবদু শাইওনবা মতমদা মাঙহল্লোইদবনি। অদুনা অনুবাদ হায়বসি অমরোমদা টেক্নিকনি, অমরোমদনা আর্টনি, ক্রিয়েটিভ প্রোসেসনি। সেবা সদনগী অনুবাদতা লোনগী মশাগী ওইবা মহৌশাগী ফজবদো অনুবাদক্না তাননবা হোৎনৈ। অনুবাদ মান্দনবা লোনগী লৈশি-লৈথোন প্রমান-পাছে মণিপুরী চপ-চাবী তাননবা হোৎনৈ। খুদম ওইনা উপন্যাস অসিগী অহানবা তাংকক্তা শীজিন্নরিবা প্রমান-পাছে - 'শংশংবা চেঙ লুপাগী পুখমদা হাপ্তুনসু ফৌরেলদি ওইবা য়ারোই', 'মখোয়গীদমক্তা তেমথক্কী ফি পুরক্লমই'— হায়নবচিংবসিনা অনুবাদ মালহন্দে। অদুবু হেঞ্জিনবা মতাং য়াওরকপদদি মরিং-মরাং মাল্লকই। মরিশুবা লামায়দা 'কৈথেলদগী মচিন-মনাওগীদমক্তা মখল অমত্তগী ফনেক পুরক্লবদি সুমন মচীন উতুপমুক চাউনা পোমথোকই' হায়বা পরেং অসি থেংনরুবদা খন্দবা ঙমদে কদায়দগী ফনেকনো, উত্তর প্রদেশতা লৈবা দেশৱালী

নিঙোলসু ফনেক শেৎপা জাৎলা । ৱাহৈ-ৱাতা লান্না শীজিন্নবসু মরক মরক্তা য়াওরকই - 'সতী ওইবী নুপী' হায়গদবদা সতী চেনবী নুপী; 'মমাক' হায়গদবদা 'ময়া' 'খেন্নে' হায়দবদা 'খেৎনৈ' হায়বনচিংবা । মৈতৈরোলগী কোলোকুয়েল ওইদবা পাস্ট টেন্সকী ফোর্ম মরক মরক্তা থেংনবসিসু নুংঙাইতে — হৌখিরমই, হায়দোকখিরমই, চৎখিরমই অসিনচিংবা । অসিগুম্বাসি অনুবাদক খরগীদসু থেংনৈ — আই.এস. কাঙজম্না হন্দোকপা 'তমস'তসু । অদুগা 'মদুদি' হায়বা কংজাংসন অসি শীজিন্নবা থেংনবদসু নুংঙাইতে, মৈতৈরোল তাদবগুম থোকই। মসিগুম্বসি থোইবী দেবীগী অনুবাদতগী হেন্না য়াওবা থেংনরকই-'মহাক্কুম্বা অচুম্বা মীশক লৈরমগদ্রা, মদুদি মশাগী অরানবা খঙজরকপদা মশানা মশাবু নিন্দা তৌজবা ।' মসি অসুম্না হায়বদা হেন্না মৈতৈরোল তারোইদ্রা— মশাগী অরানবা খঙজরকপদা মশানা মশাবু নিন্দা তৌজবা মহাক্কুম্বা অচুম্বা মীশক লৈরমগদ্রা । অরিবক কুমার শর্ম্মানা হন্দোকপা 'নুমিৎকী তরেৎশুবা শগোল' দসু করিগুম্বদা থেংনবা য়াওই- ৱারীগী পরীংগী মতাংদা ফোঙদোক্লদুনা মহাক্লা হায়রম্মী মদুদি নুমিৎ তরেৎনি চৎথগদবা ৱারী পরীং অসি ধর্ম্মগী লাইরিক তাবা অদুগুম্বনি' (লাঃ ৮০) । তরামঙাশুবা চহী চাগী থৌদোক্তা য়ুম্ফম ওইরগা ইবা ঐতিহাসিক উপন্যাস, বৃন্দাবন বর্মাগী মৃগনয়ণী, হন্দোকপদা য়াইমা শর্ম্মানা চহী কয়ামুক মতুংদা ভারতকী লোনশিংদা চঙলকপা ৱাহৈ- স্কুল, কেম্প, সি আই ডি অসিনচিংবা শীজিন্নবসি মতম অদুগী শক্তম য়েকপদা অকায়বা পী ।

কাব্য অমদি কবিতারোমদদি কমদৌরি অমুক্তা য়েংসি । মথক্তসু পনখ্রে নবদ্বীপচন্দ্রনা লাঙ্গাও মমাঙদা মাইকেলগী মেঘনাদ বধ কাব্যগী সর্গ মাপনগী মনুংদা মঙাখক হন্দোক্লম্মী । চহী কয়ামুক মতুংদা অৱাৎপা সর্গ মরি অদু মীনকেতন্না হন্দোকখি । অদুবু মখোয় অনীগী খৃৎহন্দোক অসি য়াম্না খেন্নে- অমনা ইচম-চম্বা মৈতৈরোলদা ঈংন-তপ্পা চেনবা তুরেল-ঈচেলগী তাম্বানি, অদুগা অমনা অরিবা অমসুং মশাগী শেমজিনবা ৱাহৈ কয়াগা লোয়ননা চোংদুনা ফন্দুনা চেহ্নরকপা ঈচেলগী তাম্বানি । চহী কয়ামুক লৈরগা নিংঙোম্বম ইবোবীনা সর্গ মাপলমক মশাগী হৈনজবী খৃৎহন্দোক্তা অমুক হন্দোরকখি ।

নবদ্বীপচন্দ্র অমসুং ইবোবীগী খূৎহন্দোক অসি মিংথোলদগী অদুম খেন্নবা উবা ফংলে-অমনা 'মেঘনাদ তুবা কাব্য' হায়না হন্দোকই অদুগা অমনা 'মেঘনাদ বধ কাব্য' হায়না বাংলাদা লৈবদো অদুম থমই । অনুবাদক অনীসিগী খূৎহন্দোক অসি অহানবা সর্গগী পরেং খরা লৌখৎলগা য়েংবা য়াই । মাইকেলনা সংস্কৃত য়াম্না নকশিন্নবা বংলাদা অসুম হায়না হৌরি —

'সম্মুখ পমরে পড়ি, বীর চূড়ামণি
বীরবাহু, চলি যবে গেলা যমপুরে
অকালে, কহ, হে দেবি, অমৃত ভাষিণী,
কোন বীরবরে বরি সেনাপতি পদে,
পাঠাইলে পুন: রক্ষ: কুলনিধি
রাঘববারি ?'

পরেং খরসি নবদ্বীপচন্দ্রনা অসুম হায়না হন্দোক্লি -

"মায়োক্লবা লানফমদা, অকনবগী লুচিংবা
শিবা মতম চাদনা, বীরবাহু তুখ্রগা
হায়য়ু ইমা ভারতি, ঋাঙাং খোইহী তৈরবী
সেনাপতি হাপ্তুনা লান্দা কনা থাখিবা ?"

ইবোবীগী খূৎহন্দোক্লা অসিনি —

"'মাইয়োক্ল' লান্দা তুদুনা অকনবশিংগী কোক্লী য়াই
বীরবাহু, যমগী পুং, খোঙদোই মাগী হুনখ্রবা
মনুং মতম চাদনা, তাকপিসিনে হে দেবি,
খোনফম খোইহিনরিবী, অথৌ কল্ল' কনাদা
লাঞ্জিং পুরেন ফমগাহন, হুইয়েন লানফম থাখিবা,
হন্না রক্ষে লনওইবা রাঘবগী য়েক্লবা ?"

নবদ্বীপচন্দ্রগী খূৎহন্দোক্কী মতাংদা কবি-সমালোচক নীলকান্তনা কাব্য অসিগী ঋাহৌদোক্তা অসুম্না হায় --- 'মাইকেলনা অমিত্রাক্ষর ছন্দদা কাব্য অসি ইবনি । অদুবু নবদ্বীপচন্দ্রনা মাইকেলগী মতৌ অসি তমদে । মণিপুরী লোনগী হান্নগী লৈজরিবা পয়ার ছন্দগী মতৌ মাঙহন্নীংদে । মণিপুরীগী হান্নগী পূক্লিং শুক্কৎলবা ছন্দগী খোঙচত্তু য়ারিবমখে কায়হন্দনবা নবদ্বীপচন্দ্রনা হোৎনৈ ।

শম্মা হায়রবদা মাইকেলগী অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মতৌ নবদ্বীপচন্দ্রনা লোনগী নীংথিবা মশক মাঙথিগনি হায়না লৌশিন্দে ।' হায়বদি, নবদ্বীচন্দ্রনা হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা লোন্দাদা ৱাহৈগী অর্থরোমদা থোইনা চঙশিন্দনা ভাব ফোঙদোক্লগা লোইরে হায়বগী ৱাখলদা হন্দোকই, ইবোবীনা লোন্দা খরা নকশিন্না ৱাহৈগী অর্থসু চপ চানা হন্দোক্লবা হোৎনৈ । ৱাহৈ অমত্তং য়েংসি- বীর-চুড়ামণি হায়বসি নবদ্বীপচন্দ্রনা 'অকনবগী লুচিংবা' হায়না হন্দোকই অদুগা ইবোবীনা 'অকনবশিংগী কোক্কী য়াই' হায়না হন্দোকই । 'বীরবরে' হায়বা ৱাহৈসি ইবোবীনা 'অথৌ কল্ল কনাদা' হায়না হন্দোকই, নবদ্বীপচন্দ্রগীদনা ৱাহৈ অসি হন্দেকপদা য়াওদে । মসিদা অকায়বদি লৈতে ।অনুবাদ তৌবা মতমদা হৌরকফম লোন্দা লৈরিবা ৱাখল অদু ফোঙদোকপনি মরূ ওইরিবা, ৱাহৈ অমা লৌথোকপা নত্রগা হাপচিনবদা করিসু কায়দে । মসিদনি নবদ্বীপচ' দ্রগী অনুবাদনা ফজরিবা ।

অদুমকপু ইবোবীগী অনুবাদসু মতাং মতাংদা য়াম্মা ফজবা য়াওই । খূদম ওইনা মরিশুবা সগগী পরেং খরা য়েংসি ।

মাইকেলগী বাংলাদা লৈবা পরেংশিং —

'ছিনু মোরা, সুলোচনে, গোদাবরী তীরে,
কপোত-কপোতী যথা উচ্চ বৃক্ষচূড়ে
বাঁধি নীড়,থাকে সুখে, ছিনু ঘোরবনে,.......'

নবদ্বীপচন্দ্রগী অনুবাদ —

'লৈরমইদো ঐখোয়না, নীংথিজবী সরমা,
গোদাবরী মপান্দা, খুনু লাবা অমোম্মা
মহুম ৱাংনা শাদুনা উতোল্লোমনা লৈবগুম
নুংঙাই-খূয়া-তুশিংনা, .......'

ইবোবীগী অনুবাদ —

'লৈরম্মীদো ঐখোয়না মিস্নালক্তা নীংথিবী,
গোদাবরী খোঙনবান্দা, খুনু অমোম লাবনা
তলা পামেল অচৌবা পামেল মাগী মথক্তা
উতোন লোম্মা মহুম-শা লৈজবগুম নুংঙাইনা,......'

বাংলাদা 'সুলোচনে' হায়বা ব্রাহৈসিগী অর্থরোমদা চঙশিন্দনা নবদ্বীপচন্দ্রনা 'নিংথিজবী সরমা' হায় অদুগা ইবোবী ব্রাহৈগী অর্থরোমদা চঙশিন্দুনা 'মিম্নালকা নীংথিবী' হায়না হন্দোকই ।

অর্থ খঙলবসু নাক-পু তানা হন্দোকপা হায়বসি য়াম্না ব্রানা থোকই । মৈতৈরোলগী 'তাইবুঙো, নত্তগা 'শাবী ইনেম্মচা পাম্মুবী' হায়বসি ইংরেজিদা চপচাবী অর্থগা কোন্ননা হন্দোকপা লুনা থোক্কনি । হায়নবা লৈ অয়েকপম শ্যামসুন্দরনা 'কৃষ্ণকান্তগী উইল' হন্দোকপা মতমদা 'তুমি বসন্তের কোকিল' হায়বসি চপ-চানা মৈতৈরোল তানবা হোৎনবদা চয়োল অমদগী হেন্না চঙখি । এরিক মারিয়া রিমার্কেগী মমিং লৈরবা উপন্যাস 'ওল ক্বায়েই ইন দি ব্রেস্টর্ন ফ্রোন্ট' (All Quiet in the Western Front) হায়বসি জর্মান লোন্দগী ইংরাজিদা হন্দোকপদা লাইরিক্কী মিংথোল অসিদতা অনুবাদক এ. ডব্লিউ, হুইন হুমাং কাংখি, হন্না হন্না ড্রাফট তৌবা তাখি । ব্রার নোভেল অসিগী জর্মান মিংথোল' 'ইম ব্রেস্টর্ন নিখট নিউয়েজ' (Im Western Nickt Neues) অসি ইংরাজিদা ইচম চমনা 'নো নিউজ ইন দি ব্রেস্টর্ন' হায়না মহাক্না হন্দোকলুই । ওল ক্বায়েট ইন দি ব্রেস্টর্ন হায়না অমুক হন্দোক্নুনসু য়েংলুই । অদুবু অনুবাদক্না মদুদসু পেনবা ঙমখিদে । কায়নথংদা 'ওল ক্বায়েট ইনদি ব্রেস্টর্ন ফ্রোন্ট' হায়না হন্দোকখি । জর্মান ব্রাহৈ ব্রেস্টর্ন হায়বসিদা ব্রেস্টর্ন ফ্রোন্টকী অর্থসু চেল্লি, অদুনা ফ্রোন্ট হায়বসি য়াওদ্রগদি অর্থ মপূং ফানা পুবা ঙমদে ।

অনুবাদ হায়বসি হাথু হাথু হেক্তা তৌশিনবা য়াদে । মসিগী অশোয়বা কয়া মথক্তসু পনজগ্রে । মশক নাইরবা কবি খৈরউদ্দিন চৌধুরীনা 'মতমগী বাংলা কবিতা' হন্দোকপদা অসিগুম্বা অশোয়বসি য়াম্না য়াওবা থেংনৈ । জীবনানন্দ দাশকী বনলতা সেনগী পরেং অমা 'চুল তার কবেকার বিদিশার নিশা' হায়বসিদা য়াওরিবা বিদিশা হায়বা অসিগী অর্থ মাইকৈ শলাই খঙদ্রবা হায়না হন্দোকই । তশেংবদি বিদিশা হায়বসি লম অমগী মমিংনি, কালিদাসকী মেঘদূততা য়াওরিবা সুকর্ণ লৈবাক্কী কোনুংনি ।

অর্থ লান্না হন্দোকপগী খুদোং থীবসি খুত্থাংলোন্দগী হন্দোকপদনা হেল্লি। জীবনানন্দগী 'হায় চিল' হায়বা শৈরেং অমা হিজম গুনোন। ডা. সুকুমার সেনগী 'বাংলা সাহিত্য ইতিহাস' হন্দোকপদা য়াওরি । চিল

হায়বসি ইংরাজিদা কাইট (kite) নি, কাইট হায়বসি মণিপুরীদা (বাংলাদসুনি) উমায়বী ওইবা য়াই তেলঙ্গাসু ওইবা য়াই । অদুনা উমায়বী ওইগদবদো শেন্নহৌদবা মিংকুপ্তা তেলঙ্গা ওইখিবগী ৱাতনি । অদুবু অর্থদি কয়া য়াম্না খেন্নখ্রবা ।

অদুনা য়ারিমখৈদি হৌরকফম লোন্দগী হন্দোকপনা ফৈ । করিগুম্বা খুথাংলোন অমদগী হন্দোকপা তারগদি হৌরকফম লোন্দা করম হায়না তৌরিবগে হায়বদো তান্নহৌবা ফৈ । রাজকুমার মণিনা জয়দেবকী 'গীতগোবিন্দ' হন্দোক্লুনা ময়ামদা লাম্ছোকপিবে, নুংঙাইবা য়ানি । অদুবু মসি ইংরাজিদগী হন্দোকপনি, হৌরকফম লোন্দগী নত্তে । অদু ওইজরবা ফাওবদা য়াবগদি হৌরকফম লোন্দা লৈরিবদো কমদৌরিগে হায়বা তান্নবল্লগদি হেন্না ফজরমগদবনি । জয়দেবনা অভিসারগী মতাংদা অসুম্না ইরি —

'রতিসুখসারে গতমভিসারে মদনমনোহরবেশম্ ।
ন কুরু নিতম্বীনি গমনবিলম্বনমনুসর তং হৃদয়েশম্ ।
ধীরসমীরে যুমনাতীরে বসতি বনে বনমালী ।'

মসিগী ইচম-চম্বা মৈতৈরোল অসুম হায়না ওইবা য়াই - ইবেম্মা ! নঙগী থম্মোয়গী ইবুঙো মানা মদনবু শুম্মৎপা ফিজেৎনা লৈতেংদুনা রতি-ঈখৌ লাংনা অভিসারদা লেঙথোকখ্রে । হে তুংয়ান ফজবী ! তপথবা তৌরগনু, থীন্দনা লীরুরো মাগী খোঙ্গুল । নামিবা নুংশিৎনা লিরি লিরি থৌগল্লিবা যমুনা মপান্দা উমংগী লমদমদুদা নঙবু ঙাইদুনা লৈরম্লগনি নঙগী বনমালীনা ।

রাজকুমার মণিনা অসুম হায়না হন্দোক্লি -
'নুংশি ঈখৌ কোক্লবা হরাও-নুংশি পোক্লবা
ফিজোম্দুনা চৎলি হরি মানা
হে তুংয়ান ফজবী থীল্লগনু চৎলো থৱায় ওইবা
মাগী মনাক য়ৌনবা ।
মালং ইপোম লাংলিবা যমুনা তোর্বানগী কুঞ্জলক্তা
নঙবু ঙাইরি বনগী লৈরাং থোনবা কৃষ্ণনা ।'

জয়দেবগী মেঙলবা ৱাহৈ-ৱাতা সুর তাল ছন্দ অদু পদাবলীদা লৈরিবা অদুগা তান্নরম্লবদি অনুবাদ অসি শোয়দনা হেন্না ফজরমগনি খল্লি ।

ইংরাজিসু ভারতকী লোন অমনি । সাহিত্য অকাদেমিনা শকখঙলবা লোনশিংগী মনুংদা অমনি । ভারতমচা কয়াগীসু মমারোল লোন অসিনা ওইরি। অদুনা লোন অসিদগী হন্দোকপা সাহিত্যসু মতাং অসিদা খন্নফম থোকই । অদুবু মাইকৈ অসোমদা অনুবাদকশিংগী পূক্লিং থোইনা চঙবা ঙমদ্রি । মাইবম ইবোচৌবা সিংহনা বীনা পেন্টেলগী (অইবীগী মিং ভিনা হায়রিবসি লাল্লি) 'তৎলবা য়োম্লিংলক্তা শমজিনবা' (Link in the broken chain) মণিপুরীদা অনুবাদ তৌদুনা ফোঙবা উরে (১৯৯৭) । মহাক্কী খৃৎহন্দোক অসি য়াম্নমক ফজদ্রবসু পার্বদি অদুম য়াই । অদুবু হায়নীংবদি ইংরাজিদা ইবা মশক নাইবা ভারতমচা অইবা য়াম্না লৈবে । অদুনা হন্দোক্কে হায়রগদি মশক নাইবা অইবশিংগী মশক নাইবা সাহিত্যগী পোৎখোক হন্দোকপা ফৈ । হায়রিবসি লোল অতৈদগী হন্দোকপগী মতাংদসুনি । মণিপুরী লোন্দা দরকার ওইরিবসি, মণিপুরী অপাবশিংগীসুনি, অতোপ্পা লোন্দা লৈবা ফজবা সাহিত্যগী পোৎখোকশিং অদু শাইওন্নকপনি ।।

# অনুবাদকী সমস্যাশিং অমসুং কোক্লবা পাম্বৈশিং

আই. এস. কাঙজম

অনুবাদ লোন অমদা য়াওরিবা ৱাফম অদুমক অতোপ্পা লোন অমদা পুশিল্লক্লগা থম্বদুনি । মসিগী তঙাইফদবসি ঙসি-ঙরাংতদা ওইরকপা নত্তে; চহী লীশীং কয়াগী মমাঙদগী মসিগী মফম অমা মীওইবগী সমাজসিদা কন্দুনা লাক্লবনি । মীওইবগী লৌশিংনা অসুম হেনগৎলকপা অমদি লোন-জাৎ মান্নদবা মীওই মশেন হেন্না নকশিন্ননীংবগী ৱাখল অমা লাকপসিনা মসিগী তঙাইফদবসি অসুম হেল্লক্লি । লোয়ননা হৌজিক্কী মতমদদি জাতি অমনা অমবু মুন্না খঙনবগী, নুংশিননবগী, নকশিন্ননবগী, থম্মোইগী ইহুন ফাওননবগী খোঙথাংদা অনুবাদ অসিনা অচৌবা থৌদাং লৌরবনি । অদুনা হৌজিক্কী মতমদা অনুবাদপু পাম্লবা অসুম হেল্লক্লি, অনুবাদকী মগুণ হেন্না খঙনরক্লি, অনুবাদতা অকুপ্পা মিৎয়েং চঙনরক্লি ।

অনুবাদকী লমসি য়াম্না পাক-চাউই । হীরম খুদিংমক্তা মসিগী তঙাইফদবা লৈ । হীরম খেন্নবগী মতুংইন্না মসিগী সমস্যা খেন্নে । ৱারেংসিদা নৈনগদৌরিবসি সাহিত্যগী অনুবাদখক্তগীনি । সাহিত্যগী অনুবাদকী মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা সমস্যা খরা লৈ । মদুদনি ঐখোয়না মিৎয়েং থমগদৌরিবসি ।

অনুবাদকী মতাংদা হায়নবা লৈ — অনুবাদ বিজ্ঞান অমনি, মসিগীসু মথক্তা কৌশল (স্কিল) সুনি, লোয়ননা মসি মপুংফাবা কলা অমনি । ৱাফম অহুম্মক অসি চপ চানা সাহিত্যগী অনুবাদতা লৈ । অনুবাদ তৌবগী মশাগী প্রোসেস অমা লৈজে । হৌরকফম ওইরিবা লোন্দা লৈজবা ৱাফম অদু অহানবমক্তদা অনুবাদ তৌগদৌরিবা মীশক অদুনা ডেকোদিং তৌবা তাই । মদুগী মতুংদা ৱাফম অদুমক পান্দম ওইরিবা লোন্দুদা অমুক হন্না এনকোদিং তৌগনি । মসিনি অনুবাদকী প্রোসেস । প্রোসেস অসি কায়বা য়াদে। মসি বিজ্ঞান্নি । প্রোসেস অসি খঙলে, হৈরে হায়দুনসু হেক্তা অনুবাদ তৌবা য়াদে। তম্বা, হোৎনবা হায়বমা চঙঙি, ট্রেনিং দরকার ওই । থবক অসিদা হৈশিংবা হায়বদি স্কিল লৈবা তঙাইফদে । হৈ-শিংবা পোক্লবা অমদি খুৎলোয়নবা ট্রেনিং

তৌবা তাই, অভ্যাস য়াম্না তৌবা তাই । অদুনা মসি কৌশল অমসুনি। মসিগী মথক্তা সাহিত্যদদি ফজবা, ফজহনবা হায়বসি তঙাইফদনা চঙদবা য়াদ্রবা অমনি। হৌরকফম ওইরিবা লোন্দুগী সাহিত্যগী ওইবা ফজবা, কলাগী ওইবা খূৎশেম অদু মুন্না অনুবাদক্না খঙবা তাই, মদুবু মওং তানা পান্দম লোন্দা কলাগী ওইবা খূৎশেমগা লোয়ননা হন্দোক্নগা থম্না তঙাইফদে । মতাং অসিদা অনুবাদ তৌবা হায়বসি কলা অমনি হায়বসি কাউথোকপা য়াদে । কলাগী ওইবা মগুণ অদু য়াওদ্রবদি অপাবনা হন্দোক্লবা সাহিত্য অদুদা পেনবা ঙমদে। অপাবনবু পেন্দ্রবা, পামদ্রবা অনুবাদ মহৈ য়ান্দ্রবনি । মসিসু অনুবাদকী য়াম্না মরূওইবা অচৌবা সমস্যা অমনি । অদুনা অনুবাদক অমা ওইবা তাববদি মঙোন্দা অনুবাদকা মরী লৈনবা বিজ্ঞান অসি খঙবা ঙম্বগী শক্তি লৈত্রবা, হৈ-শিংদ্রবা অমদি মহাক্না কলাবু মশক খঙনা পুথোকপা ঙমদ্রবদি মশামক্না সমস্যা কয়া অমা মায়য়োক্লবা হায়বসি মশানা তাববনি ।

অনুবাদকী বৈজ্ঞানিক ওইবা তত্ত্ববু মুন্না খঙলবা, হৈ-শিংলবা অমদি কলাকার অমা ওইরবদি অনুবাদ তৌবদা সমস্যা সুকলে লৈররোই হায়বদি নত্তে। সমস্যাদি অদুম লৈগনি । হীরম খেন্নবগী মতুংইন্না সমস্যাসু খেন্নগনি। সাহিত্যগী অনুবাদতসু মচন (জেনর) খেন্নবগী মতুংইন্না সমস্যা খেন্নে । খ্বাইদগী হেন্না সমস্যা লৈবিবদি শৈরেংগী অনুবাদতনি । শৈরেংগী হেক মথংদা অনুবাদতা সমস্যা য়াম্না লৈবিবসি লীলা (নাটক) গীদনি । অতৈ মচনশিংগীসু সমস্যা অদুম মরৈ । অহানবমক্তা অনুবাদকী অপূনবা মশক্তা থেংনবা সমস্যাশিং খরা নৈনরি ।

অনুবাদ তৌবা তারবদি অনুবাদক অদু লোন অনীদি হৈবা তাবনি । হৌরকফম লোন অমদি পান্দম লোন অনীমক মমুৎ তানা, কাচিন-কোয়য়া য়ৌনা খঙবা তাবনি । মমুৎ তানা খঙবা ৱাৎপদগী লান্না হন্দোকপা য়াবগী অকিবা লৈ। তৌসু তৌরিবনি । অনুবাদতা অনুবাদক্না অহানবমক্তদা থেংনরিবা সমস্যাসি চানবা ৱাহৈ খনবা অসিনি । হৌরকফম লোনগী ৱাহৈ অমগী অর্থ মান্নবা ৱাহৈ কয়া পান্দম লোন্দা লৈবা য়াই । অদুবু ৱাহৈ অমা হেক্তা শীজিন্নদুনা হন্দোক্লবদা তাইওন্নবা থোকপা য়াই । অপৌবা মিৎয়েংদা অর্থ মান্ননা উরবসু অকুপ্পদা খরা-খরা খেন্নবা লৈতবা নৎতে । অদুনা হৌরকফম লোন্না ফোঙদোক্লিবা ৱাফমদু

চপ মান্ননা পান্দম লোন্দা ফোঙদোকপা ঙম্নবা চুনবা ৱাহৈ খনবা তারকই । মতাং অসিদা অনুবাদক্তা ডেকোদিং-এনকোদিংগী জ্ঞান অদু তঙাইফদনা শীজিন্নগদবনি, অদুগা চানবা ৱাহৈ থিরগা অনুবাদ তৌগদবনি । খুদম ওইনা হায়রবদা "নুংশিবা" হায়বা ৱাহৈ অসিগী মান্নবা অর্থ ফোঙদোকপা ৱাহৈ কয়া অমা হিন্দীদা লৈ — প্রেম, প্যার, স্নেহ, মমতা, মুহব্বত, ইশ্ব অসিনচিংবা । মৈতৈলোন্দদি "নুংশিবা" হায়বা ৱাহৈসি মফম খুদিংমক্তা শীজিন্নবা য়াই । মথক্কী হিন্দীগী ৱাহৈশিং অসিগী মৈতৈলোন্দা অর্থ হন্দোকপদা "নুংশিবা" হায়বা ৱাহৈ অসিখক্তনা অদুম য়াই । অদুবু মৈতৈলোনগী "নুংশিবা" হায়বসি হিন্দীদা হনবা তরবদি মথক্কী হিন্দীগী ৱাহৈশিং অসিদগী অমা হেক্তা হল্লুবা য়ারোই । হৌরকফম-লোন মৈতৈলোন্দা "নুংশিবা" হায়বা ৱাহৈ অসিনা শীজিন্নরিবা মতাং অমদি পান্দম লোন্দা হিন্দীগী ৱাহৈশিং অসিনা পীরিবা খেন্নবা অর্থদু খঙনা শীজিন্নবা তাই । মমানা মচাবু নুংশিবগী মতাংদা "মমতা"; মথক থোংবা অহল-লমন্না মখা থাবা মচা-মনাউবু, গুরুনা শিষ্যবু নুংশিবদা "স্নেহ"; শাবী শানৌগী নুংশিনবা মতাংদা "প্রেম", "প্যার" "মুহব্বত" "ইশ্ব"; চুম্না ইচম চম্না (সাধারন ওইনা) শীজিন্নবদসু "প্রেম"; "প্যার" "মুহব্বত", হিন্দুগী অরিবা লাই-ৱারীগা মরী লৈনবা মতাংদনা "প্রেম", – অসুম্না শীজিন্নফম তোঙাল্লি । মতাং অমদি অর্থগী খেন্নবা খঙনা শীজিন্নদ্রবদি ফজবা অমদি অচুম্বা অনুবাদ ওইদে ।

ৱাহৈ খনবগী মতাংদা থেংনবা অতোপ্পা সমস্যা অমনা খেন্নবা অর্থ লৈবা ৱাহৈশিংগী মতাংদনি । ৱাহৈ অমগী খেন্নবা অর্থ কয়া লৈবা য়াওই । অনুবাদ তৌবদা অখঙবা অর্থ অমগী ৱাহৈ হেক্তা শীজিন্নবা অচুম্বা ওইরোই । চানরমদ্রবদি তাইওন্নবা অর্থ থোক্কনি, নত্ত্রগা অর্থ থোক্তবসু য়াই । খুদম ওইনা, হিন্দীদা "হার" হায়বসিগী অর্থ অনী লৈ, অমনা মায়থীবা হায়বনি, অতোপ্পনা লৈ নত্ত্রগা লিক পরেংগী অর্থদনি । হিন্দীদা "ম্নহ উসকী হার হৈ" হায়বসি শীজিন্নফম খঙদ্রবদি মীতৈলোন্দা অর্থ হন্দোকপা হেক্তা লুগনি । "মসি মহাক্কী মায়থীবনি" হায়গদৌরিবরা নত্ত্রগা ""মসি মহাক্কী লিক পরেংনি" হায়গদৌরিব্রা ? অসুম্না মৈতৈলোনগী "নাপী" হায়বা ৱাহৈসি হিন্দীদা "ঘাস" হায়না হনগদ্রা নৎত্রগা "সাঁপ" হায়না হনগদ্রা ? অসুম্না ৱাহৈদি অমতা ওইরগা তোঙান-

তোঙানবা অর্থ পীবা ৱাহৈ কয়া অমা লোন খুদিংমক্তা লৈ । মসিগুম্বা ৱাহৈশিংসি অনুবাদ তৌবা মতমদা মুন্না খন্থৌদনা অমা হেক্তা হনজিল্লুবনা সমস্যা ওইহল্লি । মসি থোকহল্লোই হায়রবসি শীজিন্নফম মতাং মুন্না খঙবা তাবনি, অদুগা চানবা অর্থ অদুগী মতুং ইন্না হন্দোকপা তাবনি ।

অনুবাদ তৌবদা য়াম্না তোয়না থেংনবা সমস্যা অমনা লোন-লোনগী সংস্কৃতিগী ওইবা ৱাহৈশিং অসিনি । লোনবু লোল্লিবা মীওইবশিংগী চৎন-লোনচৎ, ফিজেৎ-চাকচা, য়ূমলৈ-কৈরৈ মান্নদবনা লোন-লোনগী ওইবা তোপ-তোপ্পা নাৎকী ওইবা ৱাহৈ কয়া লৈ । মদু অতোপ্পা লোন অমদা হেক্তা হন্দোকপা য়াদে । মরী-মতা, কুমহৈ-ফিয়োং, ফিজেৎ-চাকচা, চান-থক্লবা পোৎনচিংবা খঙহনবা ৱাহৈশিংগী অনুবাদ তৌবা লুই । চপচাবা করি ওইগদগে খন্থদবা য়াদে। মৈতৈলোন্দা "মাম্মা" অহুম লৈ । হিন্দীদদি অমখক্তমক লৈ। হিন্দীগী "মামা" দু মৈতৈলোন্দা হনবা মতমদা মৈতৈলোন্দা করম্বা মাম্মনো খঙদনা হল্লুবা য়াবা নত্তে । মৈতৈলোনগী 'মাম্মা' দু হিন্দীদা "মামা" হায়না হল্লুবসু য়ারোই । "মামা" হায়না হনগদ্রা, 'ফুফা' হায়না হনগদ্রা নৎত্রগা "পিতাজী" হায়না হনগদ্রা ? অরুবা সমস্যানি । করম্বা মাম্মনো খঙলগদি সমস্যা অসি লৈরোই । মৈতৈলোন্দা "ইপুবোক" হায়বসি হিন্দীদা করি হায়না হনগনি ? মসিদসু সমস্যা অদুম থোকই । করম্বা ইপুবোক্নো, ইপা পোকপরা, ইমা পোকপরা খঙবা তাই । খঙদনা হেক্তা অর্থ হল্লুবা য়ারোই । ইপা পোকপা ওইরগনা "দাদা", ইমা পোকপা ওইরগনা "নানা" হায়না হনবা তাবনি । মসিগুম্বসি কয়া অমনি । ইরাউ-কুমহৈ, চৎন-লোনচৎকা মরী লৈনবা ৱাহৈ কয়া অমসু লৈরি । মৈতৈলোনগী "য়াউশঙ" বু হিন্দীদা "হোলী" হায়না হনবা য়ারোই, হিন্দীগী "হোলী" বু মৈতৈলোন্দা "য়াউশঙ" হায়রুবসু চুমলোই । হিন্দীগী "করৱা চৌথ" মৈতৈলোন্দা হনবা লুগনি, হনবা শুকয়া য়ারোই । অদুনা নাৎকী ওইবা ৱাহৈশিং অসিনা ফোঙদোক্লিবা অদু অনুবাদক্না মুন্না খঙবা তাই, মান্নবা থিবা তাই, ফংদ্রগা শন্দোক্না তাক্লম্বা তাই । হাইরপ মান্নে হায়দুনা হেক্তা হনজিল্লুবা অঙাংনা মৈ পায়দুনা শান্নবা থোক্কনি ।

নাৎকী ওইবা ৱাহৈগী মতাংদা থোকপা অতোপ্পা সমস্যা অমনা লোম্ভোপ-ৱাহৈ (লোন-ৱার্ড) গী মতাংদনি । হিন্দীদা শীজিন্নবা সংস্কৃতকী ৱাহৈ কয়া অমা

মৈতৈলোন্দসু শীজিন্নরি । অদুবু হিন্দীদা শীজিন্নবগা মৈতৈলোন্দা শীজিন্নবদা অর্থদা খেন্নবা, খরা তৈননা থোকপা য়াওই । ‘‘উৎসব’’, ‘‘সংস্কার’’, ‘‘ব্যবহার’’ হায়বনচিংবা সংস্কৃতকী ৱাহৈশিং অসি হিন্দী অমদি মৈতৈলোন্দা শীজিন্নে, অদুবু অর্থদি খরা খেন্নরপ তৌই । মৈতৈলোনগী ‘‘উৎসব’’ তি ধর্ম্মগা মরী লৈনবা চাক য়াওবা থৌরম্নি । হিন্দীদা শীজিন্নরিবা ‘‘উৎসব’’ না হরাউ-কুমহৈগী অর্থদনি । অদুনা মৈতৈলোনগী ‘‘উৎসব’’ পু ৱাহৈ মান্নে হায়দুনা হিন্দীদা উৎসব হায়না হল্লুবা য়ারোই । হিন্দীগী ‘‘উৎসব’’ পুসু মৈতৈলোন্দা ‘‘উৎসব’’ হায়না হন্দোকপা য়ারোই । ‘‘সংস্কার’’ সু অদু মঙায়। হিন্দীদা পাক-চাউনা অর্থ কোল্লিবা ‘‘সংস্কার’’ গী অর্থ মৈতৈলোন্দদি সুপ্নগী হিন্দুগী সংস্কার মখল তরাতরক্কী মনুংদা ইকোন কোনবা সংস্কার অমা ওইরিবা দাহ-সংস্কার হায়বদি অশিবা হকচাং মৈ থাদুনা পোলোইবা অসিতমক খঙনৈ । অদুনা মনুংগী অকুপ্পা অর্থগী খেন্নবা অসি খঙদনা হিন্দীদা শীজিন্নবা ‘‘সংস্কার’’ বু মৈতৈলোন্দা ‘‘পোৎলোইবা’’ হায়না অর্থ হল্লুবা য়ারোই, অদুগা মৈতৈলোনগী ‘‘পোৎলোইবা’’ বু হিন্দীদা ‘‘সংস্কার’’ হায়না হন্দোক্লুবদা অর্থ লান্না চৎখিনি। অদুনা ৱাহৈগী মশক মান্নরবসু, ৱাহৈগী হৌরকফম তিন্নরবসু লোন-লোন্দুদা শীজিন্নরিবা অর্থদু মুন্না খঙদ্রবদি অনুবাদ তৌবদা খুদোংচাদবা থোকই ।

লোন-লোনগী ওইবা পাছ্রে-পাউরৌশিংগী মতাংদসু অনুবাদ তৌবা মতমদা সমস্যা থোক্তবা নত্তে । পাছ্রে-পাউরৌ হায়বসিমক্তবু হায়বনা অমা হায়রগা অর্থনা অমা পীবনি । অনুবাদ তৌবা মতমদা পাছ্রে নত্ত্রগা পাউরৌবু হেক্তা ৱাহৈশিংদুগী অর্থ হন্দোক্লগা থল্লুবা য়ারোই । পাছ্রে নত্ত্রগা পাউরৌদুনা ফোঙদোক্লিবা অর্থদু হন্দোক্লিবা অর্থদুনা পীবা ঙম্লোই । অর্থ শেরান্ননা চৎখিনি। অদুনা হৌফম লোনগী পাছ্রে নত্ত্রগা পাউরৌদুনা পীরিবা অর্থদুগা চপ মান্নবা অর্থ পীবা পাছ্রে-নত্ত্রগা পাউরৌ পান্দম লোন্দা লৈবরা হায়বসি থিবা তাবনি, থিগদবনি । থিবদা ফংদ্রবা অমদি লৈত্রগনা পাছ্রে নত্ত্রগা পাউরৌদুনা পীরিবা মনুংগী অর্থদু লোনগী ফজবদু ৱাংলবসু ৱাংনা হনগদবনি । খুদম খরদং লৌখৎলি — মৈতৈলোন্দা ‘‘ঈ কাবা’’ হায়বসি শাউবগী অর্থদা শীজিন্নবনি । মসিবু হিন্দীদা হন্দোকপদা ‘‘খূন চঢ়না’’ হায়না ইরুম্বদা শাউবগী অর্থসি

থোক্তে। হিন্দীগী অপাবশিংদা করি হায়রিবনো হায়না চমম্নবা থোক্কনি । শাউবগী অর্থ পীবা হিন্দীগী পাছ্থে করি লৈবগে থিবা তাবনি । "আগ ববূলা হোনা" নত্তুগা "খূন খৌলনা" হায়না শীজিন্নবা তাবনি । মসিতদা চপচাবা অর্থ থোক্কনি । হিন্দীগী পাছ্থে "পানী পানী হোনা" বু মৈতৈলোন্দা "ঈশিংগী ঈশিং ঙাক্তা ঙায়বা" হায়না হনবা য়ারোই । মান্নবা অর্থ পীবা মৈতৈলোনগী পাছ্থে থিবা তাবনি । "মীমাঙ ফম্বা" হায়না হল্লগা চানবা অনুবাদ ওইগনি । মসিগুম্না পাউরৌদসু হিন্দীগী "দূর কা তোল সুহাৱনা" সি মৈতৈলোন্দা হনবদা "লমগী শন মচী শাংঙি" হায়না অনুবাদ তৌবা তাবনি, "অথাপ্পদা য়েবা ঢোল মখোন নুংশি" হায়না হল্লুরবদি অর্থ তায়োন্নখিনি । মৈতৈলোনগী "লাইরবদা লাই চঙবা" বু "গরীবী মেঁ দেবতা কা ঘুস আনা" হায়না হল্লুবদা অঙাওবা তাগনি । চানবা পাউরৌ থিরগা "কঙ্গালী মেঁ আটা গীলা" হায়না হনবনা চানবা অনুবাদ ওইগনি । মসিগুন্নদনা হায়ন-ৱা (সেয়িং) দসু চানবা অর্থ থিরগা অনুবাদ তৌবা তাই; ৱাহৈদুগী মশানা তাজবা অর্থদু হেক্তা হনজিল্লুবা অচুম্বা ওইরোই । হিন্দীগী "রোটী, কপড়া ঔর মকান" বু করম্না "তন, ফি অমসুং য়ুম" হায়না হনগদৌবিবনো ? ৱাহৈশিং অসিনা ফোঙদোক্লিবা ৱাফমদু মৈতৈলোন্দা শেংনা ফোঙদোকপা ঙম্নবা "শেংন-চানবা অমদি লৈফম, হায়না হল্লগনা খরা চাননা থোক্কনি । অদুনা পাছ্থে-পাউরৌ অমদি হায়ন-ৱাশিং অনুবাদ তৌবদা চেকশিনহৌদ্রবা অমদি মুন্না খন্থহৌদ্রবদি সমস্যা কয়া থোক্কল্লি।

হৌফম লোনগী ৱাহৈ কয়া অমা পান্দম লোন্দা মান্নবা লৈতবা, অর্থ হনবা য়াদবা অনুবাদ তৌবা মতমদা থেংনৈ । মতাং অসিদা অনুবাদক্কীদি অচৌবা সমস্যা অমনি । সাধারণ ৱাহৈ ওইরগদি খরা কোইথোক্লা হায়বরা, শেন্নগা মান্নরপ তৌবা অর্থ থোকহনবরা করিনো অমদি তৌবা তাই । মসি অরায়বা থবক্তি নত্তে । লুই হায়দুনা তোকপসু য়াবা নত্তে । ঙম্নবা হনবা তাবনি । চপ চাবা নত্তুবসু হৌফম লোন্দা ফোঙদোক্লিবা ৱাফম অদু হাইফেৎ ফোঙদোকপা ঙম্নবা মতাং-মতাংগী ওইনা পান্দম লোন্দসু হোৎনবা তাই । করিগুম্বা নাৎকী ওইবা ৱাহৈ ওইরগদি হৌফম লোনগী ৱাহৈ অদুমক পান্দম লোন্দা শীজন্নরগা ফুৎ-নোত্তা ৱাহৈ অদুনা পীরিবা অদু শন্দেক্লা তাকপা তাই।

খুদম ওইনা — 'রক্ষা-বন্ধন' নত্ত্রগা 'করৱা চৌথ' মৈতৈলোন্দা অর্থ হনবা য়ারোই । ৱাহৈশিং অসিমক শীজিন্নরগা করম্বা মখনগী কুমহৈনো, করম্বা তৌবনো, করম্বা মতমদা তৌবনো হায়বনচিংবা ময়েক শেংনা ফুৎ-নোত্তা পীবা তাবনি ।

অনুবাদকী অতোপ্পা সমস্যা অমনা হৌফম লোনগী ব্যাকরণগী ওইবা মশাজিন (গ্রামার্তিকেল ষ্ট্রকচর) অদুগা মান্নবা হৌফম মশক পান্দম লোন্দা লৈতবা, অদুগা অদুগুম্বা মশাজিন অদুনা লোনগী অইবা অদুগী থোইদোকপা মফোঙদোক (ষ্টাইল) তাকপা, মদু ফজনা হন্দোকপা ঙমদ্রগনা অইবদুগী অশেংবা মশক তাকপা ঙমদবা মতাংদদি অনুবাদক্তা শাথীনা অৱাবা ওই । পান্দম লোনগী ওইবা মশাজিন্দা হনবা তাবনি, হনসু হনগনি; অদুদা অইবা অদুগী থোইদোকপা ষ্টাইল অদুদি পান্দম লোন্দা পুরকপা য়ারগনি । মতাং অসিদা হায়নীংবনা, হনবা য়াদ্রে, লুরে হায়না তোকথোকপগী মহুত্তা খবা হেন্না নকশিন্নবা মওং থিদুনা অইবগী ষ্টাইল অদু মাঙহন্দনবা য়ারিবমখৈ হোৎনগনি । অনুবাদক্কু ফনা শাথীনদি অৱাবা ময়য়োক্লগনি । অদুবু খঙ্গুরবা অমদি হোৎনরবদি খবা মখৈদি মায় পাকপা ঙমগনি । শুকয়ামক য়াদ্রবদি উপায় লৈতে ।

মথংদা কাব্যানুবাদ হায়বদি শৈরেং অনুবাদ তৌবদা অনুবাদক্লা হকথেংনবা সমস্যা খরদা মিৎয়েং চিংশিল্লি । শৈরেংগী অনুবাদ হেক্তা অর্থ হন্দোকপদু নত্তে । অখণ্ড অহৈশিংনা শৈরেংগী অনুবাদপু "অমুক হন্না শেম্বা" হায়বদি "পুন: সর্জন" নি হায় । হৌফম লোনগী শৈরেংগী ওইবা ফজবা, মরেক-মহাউশিং অদু পান্দম লোন্দসু য়ারিবমখৈ য়াওহন্নবা শেম-শাবা অমা শৈরেংগী অনুবাদতা চঙঙি । অদুনা অফাওবা কবি এজরা পাউণ্ডনা অনুবাদকী প্রোসেস অসিবু "লিটরেরী রিসুর্রেক্সন" হায়না হায়রিবনি । শৈরেংগী অনুবাদতা শৈরেংদুনা ফোঙদোক্লিবা ৱাফমদু ঙাক্তা নত্তনা, ছন্দ, অলঙ্কার, রসনচিংবগী লমদসু মিৎয়েং চঙদবা য়াদে । মতাং অসিদা সমস্যা কয়া মায়য়োক্লে । শৈরেংদা অহানবা থেংনবা সমস্যাদি চানবা ৱাহৈ খনবনি । শৈরেংদদি ৱাহৈগী মশানা তাজবা অর্থদুনা য়াদে । লক্ষণা অমদি ব্যঞ্জনানা পীরিবা অর্থদু খঙবা তাবনি। লক্ষ্যার্থ অমদি ব্যঙ্গ্যার্থ নীংথিনা ফোঙদোকপা ঙম্বা ৱাহৈ পান্দম লোন্দসু থিবা তাবনি । মসি অরয়বা থবক নত্তে । খজিক্তং চেকশিনহৌদবদা হৌফম

লোন্দা ফোঙদোক্লিবা ৱাফমদু পান্দম লোন্দা ফোঙদোকপদা ময়েক শেংলোইদৌরিবনি, নত্তগনা ৱাফমদু লান্না চৎখিগদৌরিবনি । ৱাফম অমনা শৈরেংদদি ৱাহৈ অমনা অর্থ অনী-অহুম ফোঙদোকপা লৈ । মদুনা শৈরেংগী মগুণ হাপ্লি, ফজবদু হেনগৎহল্লি । শৈরেংগী মসিগুম্বা মতাংসি পান্দম লোন্দা হন্দোকপদা অচৌবা সমস্যা ওই । হৌফম লোন্দা ৱাহৈদুনা পীবা ঙল্লিবা অর্থশিংদু পীবা ঙম্বা ৱাহৈ পান্দম লোন্দা লৈবরা থিবা তাবনি । লৈত্রগনা করম্বা অর্থনা হেন্না নকশিন্নবগে অমদি চূশিন্নবগে হায়বদু য়েংলগা মদুগা চানবা ৱাহৈদু খনবা তাবনি । হিন্দীদগী কবীরদাসকী দোহা অমতং লৌখৎলগা য়েংসি-
"কনক কনক তেং সৌগুনী, মাদকতা অধিকায় । ৱা খাত্র বৌরায় হৈ, য়া পাত্র বৌরায ।।" হায়বসিদা "কনক" হায়বা ৱাহৈসিগী অর্থ অনী লৈ-" শগোইহীদাক" হায়বা অমা, "সনা" গী অর্থ অমা । ৱাহৈ অমসি অনীরক হন্না হাযবগা খেন্নবা অর্থ অদু থোকহল্লিবনি অমসুং শৈরেংগী মশক্তা ফজবা থোকহল্লিবনি । মৈতৈলোন্দদি অর্থ অনীমকসি ফোঙদোকপা ঙম্বা ৱাহৈ অমখক ফংবা ঙমদে । অদুনা তোঙান-তোঙানবা ৱাহৈ শীজিন্নবা তাবনি, তৌবতবু ৱাহৈ অমখক্না হনজিন-হনজিন শীজিন্নবগা তোঙানবা অর্থ থোকহনবগী ফজবা য়মক অলঙ্কার অদুদি য়াওরবোই । অতোপ্প খুদম অমমুক য়েংবা য়াই—
"বহিমন পানী বাখিএ, বিন পানী সব সুন । পানী গএ ন উববৈ, মোতী মানুষ, চূন ।।" মসিদা "পানী" হায়বা ৱাহৈ অমখক অহুম্লক হন্না শীজিন্নরি । মফম অহুম্মক অসিদা "পানী" হায়না ৱাহৈসিনা অর্থ অহুম-অহুম পীরি । অর্থ অহুম অদু অমনা "মোতী গা মরী লৈনৈ, অমনা "মানুষ" কা মরী লৈনৈ, অমনা "চুন" গা মরী লৈনৈ । "মোতী" গা মরী লৈনবদনা "পানী" গী অর্থ মশেক-মঙান হায়বনি, "মানুষ" হায়বদি মীওইবগা মরী লৈনবদা ইশাগী ওইবগী চাউথোকচবা হায়বদি স্বাভিমান নত্তগা ইজ্জৎকী অর্থনি, চূন হায়বদি শুনুগা মরী লৈনবদনা ঈশিংগী অর্থনি । অদুবু মথাক্কী শৈরেং অসি মৈতৈলোন্দা হন্দোকপদি লুগনি, হন্দোকপা য়ারোই । অদুনা মৈতৈলোন্দা শ্লেষ অলঙ্কার য়াওবা শৈরেং হন্দোকপা লুনা থোকই । হেক হন্দোকপদা শ্লেষ অলঙ্কার অদু ওইয়ু য়াদে, অদুনা শৈবেংগী ফজবা মগুণ অদু মাঙগি । অদুবু হৌফম লোন্দা শৈরেংগী ফজবা মশক্তা অলঙ্কারগী মফম চাউনা লৈরিবনি । মনুংগী ৱাখনগী ঈচেল অদুদা নত্তনা অলঙ্কারগী ফজবদুসু পান্দম লোন্দা

পুরক্কবা হোৎনগদবনি । ৱাখল খরা থিংজিল্লবদি অর্থালঙ্কারগুম্বদি অনুবাদতা খরা লুনা খোক্কবসু মহে য়ালহনবা ঙমগনি । অদুনা মতাং অসিদা হায়নীংবদি শৈরেংগী অনুবাদ তৌগদবা মীশক্তি কবি ওইবা মী নত্তুগা শৈরেংগী রস ফজনা চুপ্পা ঙম্বা, শৈরেংদা পুক্নীং লুপচবা ওইগদবনি । অসিগুম্বা মীশক্তনা শৈরেংবু মওং তানা অনুবাদ তৌবা ঙমগনি । শৈরেংগী মনুংগী ৱা মুন্না খঙনা, শৈরেংগী ফজবা মশক, রস, লৈতেং অমদি শাদোং ওইরিবা ছন্দবু নীংথিনা শীজিন্নরগা অনুবাদ তৌবা ঙমগনি ।

নাটকতসু অনুবাদ তৌবগী সমস্যা অদুম লৈ । নাটক্কী অনুবাদতা লোনগী মতাং অসি য়াম্না মরু ওই । নাটক্কী মথৱায় ওইরিবা ৱারী-ৱাতাইগী শরুক অসি অনুবাদ তৌবা মতমদা য়াম্না চেকশিন্দবা য়াদে । হৌফমলোনগী ৱারী-ৱাতাই অদু পান্দম লোন্দা হন্দোক্কুনা থম্লগা হেক্তা য়াদে । ঙাঙথোকপদা মওং তাবরা, অওক-অথোং ফজনা য়াবরা য়েংবা তাবনি । অদুনা লোন হৈরগা হেক্তা নাটক্কী অনুবাদ তৌবা মহে য়াল্লোই । অনুবাদক মশামক নাটক্কী মরমদা খঙবা তাবনি। অতোপ্পা ৱাফম অমনা কেরেক্তরশিংগী মতুংইন্না লোন শেম্বা অসিসু নাটক্কী সমস্যা অমনি । ঐতিহাসিক নাটক, পৌরানিক নাটক, সামাজিক নাটক -- মখলশিং অসি মশক মুন্না খঙনা অমদি মখলশিং অসিগা মরী লৈননা তোঙান তোঙানবা কেরেক্তরশিং অদু মশক খঙলগা হৌফম লোন্দা কেরেক্তরশিং অদুগীদমক করম্বা লোন্দা শীজিন্নবগে হায়বদু খঙনা পান্দম লোন্দসু লোনগী খেন্নবা মশক থমদুনা অনুবাদ তৌবা তাই । মসি অরাযবা থবক নত্তে । অনুবাদক্কী মাঙদা অচৌবা সমস্যা অমা ওইরিবনি । অদুবু অনুবাদক্না সমস্যা অসি খঙনা, হৈ-শিংনা লোন খল্লগা অনুবাদ তৌবা তাবনি । ঐতিহাসিক নাটক ওইরবদি করম্বা তাঙ্কী ইতিহাসনো হায়বদু খঙলগা মতমদুগী চানবা লোন্দা মানবা লোন শীজিন্নবা তাবনি । পৌরানিক ওইরগনা পৌরানিক্কী ওইবা লোন্দা শীজিন্নবা তাবনি । সমাজিক্তসু, লাইরিক হৈবা, হৈতবা, শহরগী, খুঙ্গংগী, মপুনি, মীনাইনি হায়বদু খঙনা কেরেক্তর-কেরেক্তরদুগা চানবা লোন্দা শীজিন্নবা তাবনি। অনুবাদক্কী মশাগী লোন্না নাটক্কী অনুবাদ তৌবা য়ারোই। নাটক্কী অনুবাদতি ৱারেংগী অতৈ মচনশিংগীগুম্না তৌবা য়ারোই । শৈরেংগী অনুবাদ কবি নত্তুগা শৈরেং পামজবা, শৈরেংগী অকুপ্পা ভাব-রস

খঙবা মীশক্তনা তৌরগা ফবগুম নাটকী অনুবাদসু নাটক অমদি ষ্টেজগী অকুপ্পা মরম মুন্না খঙবা মীশক্লা তৌরগনা হেন্না ফৈ ।

অরোইবদা হায়নীংবদি অনুবাদ তৌবা হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে । নমফু-হাফুদা তৌবা য়াবা থবক নত্তে । থবক অসি তৌবদা সমস্যা কয়া অমা মায়য়োক্লরিবনি । সমস্যাশিং অদু খঙনা অমদি য়াম্না হৈনা তৌগদবা থবক্নি । ফজনা, মওং তানা তৌরগনা ওরিজিনেল ব্ৰার্ক অদু ফজদুনা ফজরিবনি মহায়বা, ফজদ্রগনা অনুবাদক্লা হৈতবা অমদি চেকশিনবা ব্লাৎপনি ‘হায়বিবা থবক্নি । তৌবগীবুদি অনুবাদক্লা হৈ-শিংবা ব্লাৎপা অমদি কলাগী মগুণ খঙবা ব্লাৎলবদি অফবা পোৎসু লৈখা তাহনবদা মতম চঙবা নত্তে । ওরিজিনেল রাইটর অদুনা পান্দম লোন খঙলম্লবদি মসিবু ঐগী পোৎতুরনে হায়দুনা মপি শীল্লগদবা অনুবাদকী পোখোকসু লৈতবা নত্তে । অদুনা পাম্মি, তৌনীংঙি হায়দুনসু অনুবাদক ওইবা য়ারোইদবা মীনা অনুবাদক ওইবা ফত্তে । মতোমতা সমস্যা কয়া মায়যোক্লবদা নত্তনা অপাবশিংদসু সমস্যা থোকহনগনি । অনুবাদকী মতাংদা মুন্না খঙগদবদি অনুবাদ হায়বসি বিজ্ঞান অমনি, স্কিল অমসুনি, অদুগা মপুংফাবা কলা অমসুনি। অহুম অসি খঙনা অনুবাদক ওইরবা অমদি অনুবাদ তৌরবদি অনুবাদকী সমস্যাগী চাং য়াম্না হহুহনবা ঙমগনি ॥

# লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী শৈরেংগী হীরম

*কে. হেমচন্দ্র*

মৈতৈলোনগী সাহিত্যদা মোদর্নিজমগী মশক অসি ইহান হান্না শৈরেংগী লৈচলদা উংলকখি। কুমজা ১৯৪৯ গী ওক্তোবরগী মমাঙ, মণিপুরনা ভারততা তিনগদবা থা খরা ব্রাংলিঙৈদা কবি এলাংবম নীলকান্তগী *মণিপুর* কৌবা শৈরেং অমা *ঙসি* পাউ-চেদা ফোঙখি হায়নরিবা অসিনা অরাবা প্রমাণনি। অতৈ মরমশিং থোইনা পল্লুদ্রবা ফাওবদা, মসিখক্তনা মহাকপু ইরায় লায়না অনৌবা (মোদর্ন) মণিপুরী শৈরেং হৌদোকপনি হায়বা য়াহল্লি। মসিগা লোয়ননা মায়কৈ অসিগী লৈচলদা অনৌবা মশক লৌরদুনা ইরকখিবা লাইশ্রম সমরেন্দ্রসু অতোপ্পা লময়ানবা কবি অমা ওইনা মফম চাউনা কল্লি। মহাক্কী অহানবা লাইরিক ওইবদা নত্তনা মৈতৈলোনগী অনৌবা শৈরেংগীসু অহানবা লাইরিক ওইখিবা *ব্রা অমত্তা হায়গে তেলঙ্গা* (১৯৬২) না তশেংনমক ঐখোয়গী অনৌবা শৈরেংগী ঈচেল অমা পুরকখি।

মালেমগী অনীশুবা লাঞ্জাউগী শাফূনা থুগায়রকখিবা মণিপুরগী সমাজ, লৈঙাকলোন অমসুং শেন-থুমগী মওং তাদ্রবা ফিভমশিংনা চৈথেং পীবদগী মথক্তা পনপ্তিবা কবি অনীসিনা লময়ানবশিং ওইদুনা অনৌবা মণিপুরী শৈরেং ইরকখি হায়বদা করিসু চিংননীংঙাই লৈতে। লাঞ্জাউ অসিগী মতুংদগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী ইতিহাস হৌরকই। মতাং অসিদা *ইমাগী পূজা* (১৯৮৭) গী অইবা হিজম ইরাবতপু কনাগুম্বা খরনা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী অপোকপনি হায়দুনা কুইদ্রিবা চহী খরসিগী মনুংদা কন্না দাবী তৌরক্লিবা ব্রাফম অসিগা নীলকান্ত অমসুং সমরেন্দ্রনা লূচিংদুনা চংথরকখিবা অনৌবা শৈরেংগী ঈচেল অসিগা য়েংশিন্নহনবা চুমদে। মখোয়গী ফিদাগী পরিংদা ইরাবতকী ফম্ফম মথক কাখৎনা থাফম থোকপরা হায়বসি অতোপ্পা মতাং অমদা তোখায়বা হীরম অমা ওইনা নৈনবনা নুংঙাইগনি।

অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খুৎমাবা অনীগী মনুংদা অমা ওইরিবা কবি সমরেন্দ্র অসি রোমান্তিক শৈরেংগী খোঙহৌদগী হৌরকই। মহাক্কী ঙুল্লিঙৈগী

শৈরেংশিং *লৈ লাংবা, মৈরা পরেং* নচিংবদা চাউবা অমসুং কমলগী মতৌগুম্না মমারোলগী সাহিত্য নুংশিজবা উৎপা, চাউখৎনবা হোৎনসি হায়রকপা, য়াকায়রোল শক্লকপা অসিনচিংবা শোয়দনা থেংনগনি । তৌবগীদি কবিশিং অসিগুম্না সমরেন্দ্রদসু মৈতৈ সাহিত্য নুংশিজবগী মরমচৎ য়াওই হায়বদনি; শাগৎলিবা শৈরেংগী ইমেজরী অমসুং ৱাহৈগী মফোঙদোক্তি হান্নগী কাওবু অসিদগী খেন্নবা, মশাগীদা ওইজবা অনৌবা মশক অমা লৌবা ঙম্মি । মায়থোঙ লোঙবা কবি অসিদগী রোমান্তিক ওইবগী সুর অমা হৌজিকসু মরক মরক্তা তাবা ফংলি । বাংলাদেশকী সাহিত্য শুবা মৈতৈশিংনা মাযকৈ অমদা রোমান্তিক ওইবগী শক্লোন পুবা, নুংশি শৈবেংসু ইবা নীলকান্তবু *নুংশিবগী কবি* কৌবগুম্না *ঐহাক্লসু* শৈরেং খবদা ফজবগী পূজারী ওইদুনা রোমান্তিছিজমগী মচৎ অমা উৎলিবা সমরেন্দ্রবু *ফজবগী কবি* কৌনীংঙি । মসি হায়দুনসু মপূংদা মহাক্তি অনীশুবা লাঞ্জাউ মতুংগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী ট্রেন্দ অমা পুরকখিবা মোদর্নিস্ত অমনি ।

কন্সিস্তেন্সি লৈনা চৎথরক্লিবা সমরেন্দ্রগী শৈরেংগী খোঙচৎ অসি চাউরাক্লা চহী য়াঙ্খ্রেমুক ফারক্লে । হৌজিক ফাওবদা মহাক্লা শৈরেংগী লাইরিক মঙা ফোঙখ্রে । লাইরিকশিং অদুদি— (১) *ৱা অমত্তা হায়গে তেলঙ্গা* (১৯৬২), (২) *মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে* (১৯৭৪), (৩) *খুন অমগী ৱারী* (১৯৮৫), (৪) *সনা কৈথেলগী লাইফদিবী বাই তোনু দেবী* (১৯৯৯), (৫) *ৱাকচীঙগী কবিতা* (১৯৯৯) নি ।

সমবেন্দ্রগী শৈরেংশিংদা মতমগী অহোংবনা পুরক্লিবা মীওইবা অমসুং সমাজগী অমোৎপা, তৌশিন্নবা, ফত্তবা শাজৎ কয়া লক্লদুনা অমেঙবা সেটায়ারদা হেক-হেক ফোঙদোকই । মহাক্লা মণিপুরগী রাজনীতি, সমাজ, শেন-থুম অমদি সংস্কৃতিগী লৈখা তানা কায়থরক্লিবা ফিভমশিংনা পীরকখিবা চৈথেংদগী ইরকখিবা লক্লবগী শৈরেংশিংদা শাফূ লৈরবা ফাগি উৎলি । কবি অসিনা অয়াম্বা মতমদা মণিপুর অমসুং মসিগী প্রজাশিংগী অফ-নুংঙাই, চাউখৎপগী মায়কৈ থোইনা উবা ফংদ্রিবা অসিগী মতাংদা নুঙাইতবা, শাউনীংবা, নীংবা কায়বা তোয়না পোক্লুরবসু, চৈনা কয়া ফংলুরবসু, অসিগুম্বা পেন্দবগী হৌরকখিবা ঈহুনশিং অসি নোক্লীংবগী পূক্লীংমতা অমদা ওহ্লোক্লুনা মহাক্লী শৈরেংগী কলা শাগৎলকই।

অপণ্ডবা, অশোনবা অমোৎপা, নমথাক তৌবা, অশিংবা অসিনচিংবা মীওই কয়া কয়াগী শাজৎনা কুমৈ য়েংবা হৈবা সমরেন্দ্রগী পূক্নীংবু মকা লামনা নোকহল্লি । নোকপনা মহাক্কী শৈরেংগী থৱায়নি। মহাক্কী মরমদমগী মীওইশিং অমসুং সমাজগী অরান অহুইশিং কয়া থেংনরুরগা নোকপা নত্তনা করিদি তৌরুগনি হায়দুনা মসিগী মরমদা লক্লদুনা ইবনা কবি অসিগী শৈরেংগী মপূংওইবা থীম ওইরদুনা লাক্লি ।

মথংদা, ফজবগী মহৌশাদা থৱায় লুপ্তুনা, খূৎশেম চণ্ডৱবা শেংনা ফজবা পোৎশক খরদা ঙাওজবা উৎপা সমরেন্দ্রগী শৈরেংগী অতোপ্পা শক্লোন অমসু উবা ফংঙি । কলাগী মীৎয়েংদগী ফজবগী মচি লৌখৎতুনা, ফজবগী ছন্দদা কবি অসিগী থম্মোয়না ৱাহোংগী মশা পানশিন্দুনা জগোয় শাজে । মায়কৈ অমরোমদা মহাকসি তশেংনা ফজবগী কবিনি । সমরেন্দ্রগী শৈরেংশিংদা হেন্না ফবা মীওইবগী সমাজ অমবু ঈখৌ লাংজবা, শা-লানগী অকিবা মৈরী মুথৎখিবা পামজবা, নুপীগী মুক্তি থিরকপা, ফজবগী মশাইকোন্দা থম্মোয়গী কায়দোংফম থিরিবা, অনৌবা ভেল্যুজ খরা শাগৎনবা হোৎনরকপা অসিনচিংবা মখল মথেলগী ৱাফম কয়ামুক য়াওরবসু, মথক্তা পনখিবা লক্লবগী অমসুং ফজবগী থীম অনীসিগী মনুংদা মহাক্কী শৈরেং অয়াম্বা পৌরপ্পা কোনশিনবা য়াই । মসি হায়দুনসু, মহাক্না জাপান লান লাক্লমদাই মতমগী অমসুং লান্নুং অদুৱাইগী মৈতৈবু তেনতক্না শক্তাকপা, অঙাংগী সাহিত্যগী য়েংদুনা ইখিবা শৈরেংগী লাইরিক মচা অমগী হীরমদি ময়াম অসিদগী খরা তোপ্পা তাই ।

মৈতৈলোনগী অনৌবা শৈরেংদা সেটায়ারগী মফোঙদোক শীজিন্নদুনা ইবসি সমরেন্দ্রনা অহানবা ওইদুনা হৌদোরকই । মপূংদা সেটায়ার শৈরেং ইবা ওইরবসু, ৱিট, হ্যমর, আইরনীনচিংবা মচাকশিং অসিসু তোখায়না নৎত্রগা য়ানশিন্ননা মহাক্কী ফাগি পুবা শৈরেংশিং শাগৎলকপদা শীজিন্নবা থেংনৈ । অসিগুম্বা ফাগিগী মচাকশিং শীজিন্নরকপা অসি ঐখোয়গী দ্রামাগী মায়কৈদনা জি.সি. তোংৱানা লময়ানবা ওইখি । ঐখোয়গী সমাজ অমসুং মীওই লমচৎকী অপণ্ডবা, অশোনবা, ওইজবা থিবা, অমোৎপা, তুক্কচবা হেক হেক থেংনরুরগা সমরেন্দ্রগী পূক্নীংদা শাউনীংবগী ঈহুন করিমত্তা পোক্তে; মতমচুপ্পদা নোক্কুনতা লৈবা ঙম্মি হায়না ঐখোয়না লৌরগদরা ? মহাক মশানদি অশাউবগী শৈরেং

খক ইদে হায়জরবসু ফাগিগী সুর চণ্ডদবা, শাউনীংবগী খোঞ্জেল পুবা শৈরেং খরা মশীং লীক্লবসু মণ্ডোন্দগী থোরকখিবা উরুবদগী মথক্কী ৱাহং অসি হংনীংঙাই ওইহল্লকই । তশেংনা হায়রবদা, মহাক্কী লক্লবগী শৈরেং খরদা অশাউবগী মৈরী ওমখৎতুনা, লোৎতুনা লৈবা থেংনগনি ।

সমাজগী মীওইশিংগী মরক্তা য়াওরিবা মহিক্কী মশক ওইরবা, অখণ্ড অহৈ শাজনীংবা, মীওইশিংবু সমরেন্দ্রনা মেঙনা লক্রে । মখোয়গী সংসারবু ফাগি তৌদুনা শীদোকই । খুদম ওইনা, *ওইনাম মোহন* হায়বা শৈরেং অমদা সীকোফেন্ট, ম্রোবরী অমা ওইরিবা ওইনাম মোহনগী তাৎ-পাৎ, চিরোল, মনুং মপান নাইবগী শাজৎ অদু চিংথোরক্তুনা উৎলকই । ওইনাম মোহন অসি মৈতৈ সমাজদা লাঞ্জাউ মতুংদা থোরক্লিবা, খদ্রক হৈরবা, বাবু শারগা ৱাচৎ ৱানোম তৌরিবা, শেন হাৎতুনা চারিবা মীওইশিংগী মীহুৎ অমা ওইনা পুথোরকপনি । শৈরেং অসিদা শেন হাৎলুবগী মোহনদা ধমকা তৌরিবসি য়েংসি — "লুহোংবগী হল্লকপদা য়ুমগী থোঙ্গানমক্তদা/খুদাং পায় পাখং অমনা/হাঙ্গৈয়ু তাদ মোহন লুপা চহুম হনগেরা ?/ মখ্বাং মেত্তুনা পাখং অমনা লেপ্তুনা লৈ থাপ্লপ্লা"/ *(ওইনাম মোহন) ঈঙাগী নোং*দা শেন্দোংগী লাইনীংদা ঙাওবা, শেন নত্তনা করিমত্তা খনবা লৈখিদ্রবা বিজিনেস কম্যুনিতিগী মিহৌচাউবা শাজৎ অদু ধনঞ্জয় কৌবা চরিত্র অমদা হাপচিন্দুনা শেমগৎলক্লগা করেম্লবগী শৈলীদা পুথোরকই । নোং চুরগা, ঈশিং চাউরগা শেন্দোং হেন্না ফংগনি আশা তৌরুরিবা মহাজন ধনঞ্জয়গী গোদাউন, দুকান ঈশিংনা থুমজিনখিবগী আইরনী অমা শৈরেং অসিগী অরোইবদা উৎলকই ।

মণিপুরগী ৱাংমদগী লাকপা অচৌবা কারবারৱালাশিংনা ঐখোয়গী ইকোনোমী খুদুম চনশিনখিবা অমদি আর্বানাইজেসনগী শাফূদা নুপীগী মোরেলিতি কায়থরকপগী মশক *ইম্ফাল কাবা*দা ৱিট অমসুং সর্কাজম শীজিন্নদুনা উৎলকপা থেংনৈ । তেল্লবা শৈরেং *মাংগোলগী জিঙঘা*দা হৌজিক্কী মণিপুরদা সরকারগী থবক অমা তৌনবা হোৎনবদা চৎনরিবা থবক লৈবগী কলচর অমসুং লায়রবগী চং ফংলবা অৱাবগী মতৌ ফোঙদোরকই । শেঞ্জাউ পায়বশিং অমসুং রাজনীতিগী শক্তি পায়বশিংনা অপণ্ডবা, দাবী তৌবা হৈতবা, হক তানগনি খণ্ডদবা প্রজাশিংবু শুদংতুনা থল্লিবা, শেন্না লৈবা য়াবা পোৎশক ওইনা উরিবা, উশিংতনা য়েংলিবা,

অশোনবদা খুদোংচাবা লৌরিবা পূম্নমক অসি কবি অসিনা লোয়না খণ্ডি অমসুং উই । মহাক্না রাজনীতিগী মীশিংনা কৈথেনগী য়েন্নাং নাপী মথা মথাগুম্না প্রজাবু লৈবা য়াবা অহোংবা পোৎশক ওইনা উরিবা মীৎয়েংদু লক্নরকই — “মথোন মরিগী দলান কারখনা অঙাঙবা কার/লায়রবগী ইখোল খুলগী লমহাং লমজাও/ উমাইবীগী মমিৎ অনি লুব্বাংজাওগী মমিৎ অনি/ ঙা মথা মথা চেঙ মোরোক আলু হব্বাই প্রজা ।” *(ভোৎ)* অসিগুম্বা থীম অসিগী পরিংদা *ঐখোয়গী মণিপুর অমসুং মখোয়গী মণিপুর, অশিবদা* হায়বা শৈরেং অনীসি থম্বা য়াই।

*ঐবু ঙাইরম্নগনু গোপাল, ব্বাকচীঙগী কবিতা* কৌবা শৈরেং অনীখক্তসু ঈ চুপ্পগী রাজনীতি তৌদুনা মন্ত্রীগী ফম পায়রিঙৈদা শেঞ্জাবা ওইখিবা রাজনীতিব্বালাবু সেটায়ারগী মফোঙদোক্তা কম্লক পেন্না চৈরকপা থেংনৈ । অকোনবগী শৈরেং অসিদা কবিতাগী ঈফূৎ থোরক্নম্নগা শেনহাৎপা হাৎলো হাৎলো হায়দুনা মীয়াম্না লাউনরকপগী খোঞ্জেন্না কম্লনাগী তাইবঙ কায়হনখিবগী মশক অমা মপূং ওইনা উৎলবসু মচেক্না য়ৈদুনা হেন্না খঙহন্নীংলিবা, ফোঙদোকপা পাম্লির্বদি মন্ত্রী ওইরিঙৈগী করপসননি । অতৈ শৈরেং খরদসু অসিগুম্বা হীবম অসি মচেৎ-মকায় ওইনা চঙশিম্লক্তুনা উৎলকপা থেংনৈ ।

সমবেন্দ্রনা লাইরিক-লাইশু তম্নীংদবা, কোয়-লংবদা থব্বায় য়াওবা, ঙাওশিন্নবা নহারোলগী শাজৎপু কবেম্নদুনা *ইদুবাণীগী বার্ত্তন* দা পুথোবকই । *খোংগ্রাও অমুবা* দা বাজারদা চাদুনা, ফুন-চৈনদুনা লোম্লিবা মাঙলবা পাখঙগী শাজৎ সতলতি লৈনা ফোঙদোকই । ঈথক ইবাংদা তাউরিবা মণিপুরী সমাজ অমসুং ফৎত্রবা ভেল্যু সিষ্টেম কয়ানা লাকশিন্দুনা লৈখ্রবা মৈতৈশিংগী পুন্সিগী অমকপা কয়া কবিনা সমালোচনা তৌদুনা *মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাংলে* অমসুং *চীং কাসি ঙসিদি* হায়বা শৈরেং অনীদা শাথীনা লক্নরকই । অহানবগী শৈরেং অসিদা খুন্নুং ঈশৈগী রিফ্রেন অমা শীজিন্নদুনা মহাক্না ওইহন্নীংলিবা, ফংবদি লৈত্রিবা ফিদম্নীংঙাই ওইরবা মণ্ডলানগী মণিপুর অমা শাগৎলি । অনীশুবগী অসিদনা লীংজেন মান্নদ্রবা, চাউখৎপগী থাক্তা কাখৎপা ঙমদ্রবা মৈতৈশিংগী পুন্সিদা অফবা অহোংবগী খোঙচৎ অমা চৈরাউবা নুমিৎতগী চৎপা হৌনবা অমসুং মদুগী তাঞ্জা অমা লৌহৌনবগী পাউজেল পীরি। অকোনবগী শৈরেং অনী অসিগী কাঙলুপ্তা *অব্বাবা ঈশৈ মুক্তাপুরগী* হায়বসি থম্না য়াই । শৈরেং

অসিদা মীনম শোরিবনা থল্লবা মণিপুরগী প্রজাশিং, সরকারগী থবক তৌরিবশিং অমসুং লৈঙাক পায়রিবা মীওইশিংগী মশাগী দায়িত্ব মশক খঙনদ্রিবা, করপসনগী শাজৎ চৎনরিবা অদু উরুবগা তেংথারুবগী মহৎতা লক্লবগী শৈরোলদা পুথোরক্লি ।

সমরেন্দ্রনা পব্বার পোলিটিক্সতা ঙাওরিবা মালেমগী সুপর পব্বার লৈবাকশিংনা এসিয়া অমসুং আফ্রিকাগী লমদম কয়াদা লান তাশিন্দুনা পোষ্ট কলোনিয়েলিজম শব্দোক্লবা হোৎনখিবা লানগী ইতিহাস অসি মণিপুরগী কনতেক্সতা পুশিল্লক্লুনা নমথবগী শাসন তৌরিবা লৈঙাক মপুবু শীংনরকপগী মীৎয়েং অমখক *আফ্রিকাগী ব্বাখলদগী* হায়বা শৈরেং অসিদা ইচং থৌনা ফুদোরকই। হিটলরগী মীওৎ মীনৈ অমদি লানগী তমথীরবা খূৎলায়না মীওইবগী নীংতম্বগী ব্বাখলবু হাৎপা ঙমদে; মানবতানা নীংতম্বগী ব্বাখল অমদি থৌনাবু মতমচুপ্পদা য়োকপীরি অমসুং মসিবু মায়থীবা পীবা ওইথোক্তে হায়বগী পাউজেল অমসু শৈরেং অসিদা শাগোন্নরি । কবি অসিনা লান পামজদে অদুবু লানদি থোক্তবা য়ারোই হায়বসি মুম্না খঙঙি । মহাক্কী *মী অমসুং লান* দা মীওইবনা লাই অমসুং ধর্মগী মিংদা জাতি অমগা অমগা য়েংথিনরি; লাইনীংনা লান থোরক্লবগী মরু হুল্লি; অশিংবা মীনা লাই অমুক ওইরক্লুনা লানগী খোঙচৎ লোইবা নাইহনদ্রি হায়বদু উৎথোরকই ।

কবি অসিনা রাজনীতিগী ব্বাফমদা অপান্ননা শৈরেং ইদ্রবসু লৈবাক অসিগী সরকারগী অশোয়বশিং সমালোচনা তৌদবা ঙমদে অমসুং হেক্তা লক্লনীংবা পোক্লকই — "অঙাংগী লৈবাক্কী উনা শাবা তোটি/ঈশিং তাদে/ অঙাংগী লৈবাক্কী উনা শাবা ইলেক্ট্রিক মৈ ঙান্দে/মকোক্তা গুলেন্না পাল্লি অহল অমখক/অঙাংনা তৌবা নোকলুবদা/অঙাংগা মান্নরুবদা/অঙাংদা অশেংবা হায়রুবদা।" *(বেইবিলেঙ)* মহাক্না অমুক্কসু *সুপ্লাক* তা মঁয়েক শেংনা, সুপ্লাক থীবগী মওং পানশিন্দুনা ওইদবদা ঙাঙবা চীষ্টীবশিংগী য়াকাবূঙদগী থোরকপা কাঙবুনা লৈঙাক্কী লূচিংবা ওইবা চৎনৈ হায়দুনা রাজনীতিগী মীওইশিংবু করেম্নরি -- "লৈরক অমদা নৎত্রগা লৈকাই অমদা/মচীন থীবা অমা/মচীন থীবা ৪না ডিলর অমা/ডিলর ৪ নসু মচীন থীবা ১৬ নসু লিডর অমা/লিডর ৪না মেম্বর অমা/মেম্বর ৬না মন্ত্রী অমা ।"

লৈবাক্কী মপী মপানি লৌনরিবা শাসনগী চূপ্পী পায়রিবশিংনা সহর ফজনবা শেমগৎপগী ঋাখল থোইনা লৈতবা, অমরোমদা রাজনীতিগী শক্তিবু কারবারগী খূৎলায় ওইনা শীজিন্নবগী মীৎয়েং চেল্লিবা অদু মহাক্কী *সহরগী মপু* দা লক্লে — ‘‘কালেন ছুটি কাবা নুমিত্তা/থা অমখক্তগী মনুংদা সহরগী পার্ক ফুল্লগ্লে/দুকান শাগৎলগ্লে !/এম.এল.এ. গী মচাগী/মনেপ্সোক্কী মচাগী/এম.এল.এ. গী খূড়াগী মচাগী ।’’ কবিনা গনতন্ত্রিক শাসননা শাথীনা খেন্নবা থমদুনা লৈঙাক মপু নৎত্রগা ব্যুরোক্রেটিক অফিসারশিংবু লাই ওইহল্লিবা, মশক মমিং লৈজদ্রবা মীচমশিংবুনা তীন কাঙগুম্না সমাজদা মফম লৈহল্লক্ত্রিবা, পীকশিনহল্লক্লিবা উৎপগা লোয়ননা থম্মোয় য়াওদ্রবা সহরগী সভ্যতা অসিবুসু নিংদা তৌরি — ‘‘সহরগী লম্বীনা পাকথোক পাকথোক্লকপা খুদিংগী/গবর্ণরগী গাড়ীনা চাউথোক চাউথোক্লকপা খুদিংগী/নোংমা/নোংমগী পীকশিল্লকই ঐহাক্তি ।’’ *(পীকশিল্লকই ঐহাক্তি)* শৈরেং অসিগী লোইশিল্লকপদা উৎলিবা, রেসন কার্ড পায়দুনা ক্যুগী মমৈদা লেপ্লিবা পোয়েট পার্সোনাবু মানগাড়ী অমনা তক্লমগে তৌরম্বদগী শম্লাদা লীৎহৌরগা লম্বীগী হূই অমদা শমদৎতুনা থৌপ্রিবদু মীচম অমসুং হূইগী তোল্লবা ফিভমগী পেরেলেল মীনিং অমা পীনবা হোৎনৈ — *‘‘ম্যুনিসিপালিটিগী গাড়ী লাক্লগা/ খুন্দুনা পুখি হূই অদু/ঙাইহাক্তংগী মনুংদা ।’’* মীচমশিংনা ফংলিবা হিউমিলিয়েসন অসি মায়কৈ কয়ামুক্তনি । সবকারগী থবক্তগী পোথারবা পেন্সনরশিংনা বেঙ্কতা পেন্সন লৌবগী ক্যুদা লেপ্পগী থেংনরিবা অৱাবগী লাহ্বেং অমা কবিগী *চৎলিদকো পেন্সনর চৎলিদকো* হায়বা শৈরেং অমদসু য়েক্লি ।

সমরেন্দ্রনা মণিপুরগী থায়নগী ফজবা, মসিগী ট্রেদিসন অমসুং সংস্কৃতি অসিবু য়াম্না মমল লৈনা লৌজে। লুনা খঙ্গরিবা পোৎশকশিং অসিনা মাঙশিল্লক্লবদা মথৱায় শোকই । ঐখোয়গী ট্রেদিসন কায়থরক্লিবা, মসিগী অথোরিটি লৈরক্তবগী চৈনা অমখক *কোনুং কাং তুবা* দা ফোঙদোক্লি । শৈরেং অসিদা ফাগিগী ঈহুন থোইনা য়াওহন্দনা, গোবিন্দগী সিংহাসনদা থাঙনা য়ানবদা কনানসু খঙডি উই হায়নদবগী মূর্তি অমা শাগৎতুনা তেংথানীংবা উৎলকই । কবিগী কুইনা শাগৎলক্লবা মৈতৈগী সমাজনা কায়থরকপগী চৈনা ফোঙদোক্লিবা শৈরেং অসিনা মতুংগী কবিশিং— এন. শ্রীবীরেন অমসুং থাংজম ইবোপিশক্কনা ইরকখিবা শৈরেং অমা অনীদা প্রভাব খরদং ওইরবসু শীখিবগুম তৌবা থেংনৈ (শ্রীবীরেনগী

শৈরেং অমদা ফম্মাইবা অমনা থম্বালগী লৈকাদা থাঙপাক্লা থুম্মা থিংজিনবা উৎপগী ইমেজরী, ইবোপিশক্কী *নীংখায়রবা মূর্ত্তি* কৌবা শৈরেং মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াই) ।

হৌজিক্কী মতমদা ধর্মগী মিংদা ভক্তি, প্রেম অমসুং শ্রদ্ধা ইয়াও য়াওদনা ইরাংগী মশক লৌদুনা শোন্নরিবা শোরাংকী চৎনবীনা লায়রবা মীওইশিংগী শ্রাদ্ধ শোনবদা য়ুম ইস্থোল মুৎহন্নবগী সমস্যা অমা থোকহল্লক্লিবা অসি কবিগী *শোরাংকী ঈরাং* কৌবা শৈরেং অমদা লক্লদুনা পুথোরকই । লাইনীংগী মমিংদা তৌশিন্নবা শাজৎ চৎনরিবা, বৈষ্ণব সমাজগী মনুংদা মথ্বায় হামচৎনরক্লিবা মশক অসি হ্যমরনা মপূং ওইদুনা শাগৎলকখিবা *ওস্তোকপা মণ্ডলি রাধারানীগী* হায়বা শৈরেংদা ফোঙদোক্লি । মহাক্লা ধর্মগী মিংদা থবক তৌরিবা গোবিন্দগী ভক্তশিং ফাওবনা মন্দির কূপ্লিবা সনা মপাকশিং হূদুনা লাইনীংফম ফাওবদা হূরানবগী মকোন ওইরক্লে হায়দুনা লক্লরকই । তৌবগীদি হৌজিক্কী সমাজ অসিদি হূরানবনা খূৎ লীংদুনা শক্তি লৈনা পাল্লির্বনি; হূরান্দবা মী ইরৈবু লৈশিল্লক্তরে হায়বসি পরেং মণ্ডাগী শৈরেং অমদা সমরেন্দ্রনা মাঙজৌননা হায়খ্রবনি — "হূরানবা মচা অমখক/হূরানবা তরুক্লা ফারকই/হূরানবা য়াঙ্খে তরুক্লা নেৎলগা/হূরানবা হূম্ফূতরুক্লা শেৎপদা/হূরানবা মচা অদু মথ্বাই থায় ।" *(হূবানবা মচা)*

মণিপুরদা ১৯৮০ দগী হেন্না কনখৎলকখিবা লালহৌবগী ইরাং অমসুং মসিগী চৈথেংদগী শাগৎলকখিবা *ঈখেং শীঙ্বা মায়থোঙগী সাহিত্য* দগী অহল ওইরবসু কবি সমরেন্দ্র থৈদুনা হেক্তেমক চৎখিবদি ঙমখিদে । মখল অসিগী সাহিত্যদা মশীং লীক্লবসু শৈরেং অমা অনী ফাওবদি ইখি । মণিপুরগী চীংগী লমদমশিংদা লালহৌবগী রাজনীতিগী ঈচেলনা পুরকখিবা নাগা কুকি হাৎনখিবগী এথনিক ক্লাসকী অকিবনা ভিক্তিমশিংগী মপূক্লীংদা ভূতনা তম্নবগুম্মা মিপায়বা অমসুং লৈতাদবা পোকহনখিবা, চৎথোক-খোৎতোরকপদা ৱারী শান্নবগী মতম লৈতনা লম্বীদা হোবে হোবে চৎপগী মশক অমখক মহাক্কী *মতম লৈতে* দা য়েক্লি — "নোংমৈ কাপনখিবা তাবরা/কপন লাওনবা তাখিবরা/মী অশিবা গাড়ীদা পুখিবরা/মতম লৈতে ঐ চৎলে/মতম লৈতে ।" হন্দক্তা *সাহিত্যগী পাউ* গী ইসু অমদা ফোঙখিবা, সমরেন্দ্রগী *কৈ* কৌবা শৈরেং অমদসু, তিংখং য়ুরবদি তিংখংনা হল্লু হায়নবগুম্মা লালহৌবগী হিংসা প্রজাদা ওনশিল্লক্লবদি হিংসানা

মায়োক্লবা তারকই অমসুং মদুতনা কমপ্রোমাইজগী লম্বী ওইগনি হায়বা মরৌ লৈনা ফোঙদোরকই।

হৌজিক্কী মৈতৈলোনগী সাহিত্যদা ফেমিনিজমগী ৱাফম অমা কন্না পুশিল্লক্লুনা মথুম মরাং হৌনরি । সমরেন্দ্রগী অঙনবা মতমগী শৈরেংদা চল্লিবা *সীতা* দা সতীগী মল্লবা, মতমগা চুনদ্রবা ফিদম থুগায়দুনা মৈতৈ নুপীবু মুক্তি ফংহন্নীংবগী পাউজেল অমা চেনখিবা কুইরবনি । কপচেৎপী ওইবা নত্তনা প্রতিবাদ তৌবা কয়া হৈতবগুম্না ফাজিন পুনশিন্না হিংলিবা মৈতৈ চনুশিংবু কবিনা নীংতম্বগী পুন্সি অমা শাগৎলো পাউমেল্লি --- "অনৌবা মঙাল অনৌবা পুন্সি/চেল্লো বন্দীদগী চেনখরো/কান্নদ্রবা নহুম চিকথৎলো/অঙাঙবা অশংবা অরাংবা/ফজদরা ফজবী কুরাক ওইনা পাইরো ।" মহাক্না নুপীদা য়াওরিবা ফজবা, মখোয়গা ফজবগা অমত্তা ওইবগী মতৌ, মখোয়গী অঙকপা শক্তি অমসুং মতীং পুন্নমক অসি মমল ৱাংনা লৌই । মখোয়বু সমাজনা নমথদুনা থল্লিবা অসিদা কন্না য়ানীংদবা পোকই ।

মহাক্কী *মূর্তি* কৌবা শৈরেংদা নুপীগী মশাদা চেল্লিবা --- লৈশেম্বগী শক্তি, থোৎপা নৌবা, ফজবগী মগুণ, তমথীবগী শাজৎ কয়া অসিনা প্রেরণা পীবদগী কলাকার অমসুং কবি কয়াগী য়াকায়রবা কল্পনাগী মিতম (মূর্তি) শাগৎখিবা, কম্পনী কয়ানা মখোয়গী হকচাং অমসুং মায়থোঙগী শুমহৎয়াইবু অপিল তৌবা ওম্বা সেক্সকী ওবজেক্ট অমা ওইনা এদভর্টাইজমেন্ট তৌবদা শীজিন্নদুনা এক্সপ্লোইটেসন তৌরিবা পুন্নমক অসি অঙকপগী মশক ওইনা থারকই । অতোপ্পা শৈরেং, *ঈশিং* হায়বা অমদনা লৈবাক্কী থৌদোকশিংগী অরুম্বা ৱা, অরোন-অথূপ খঙবা ওম্বা, কনাগুম্বা ব্যুরোক্রেট, অফিসারশিংগী মরুমদা ইথিল পীবা ওম্বা, শক্তিগী খুৎ ওইনা লৈরিবা নুপীগী শোৱী ওইবা শাজৎ অমখক থেংনরুবগী নুংঙাইরবা থৌদোক অমখক ইরি ।

লাইশ্রম সমরেন্দ্রনা অতোপ্পা ফজবগী শক্লোন পুবা কবি অমসু ওইরুবনা *ঐগী সুর, বারুণীগী অহিং, শজিবু, করিগীনো, নর্ত্তকী, খিৎতা খেনতা খিৎ-তেনতা* হায়বনচিংবা শৈরেংশিং অসি ইখিবা ওম্বনি হায়নীংঙি । অহানবগী শৈরেং অসিদা অৱাংবা কল্পনাগী শক্তিনা বারুণীগী নুংদাংদা চীং কারিবা যাত্রীকশিংবু অমম্বগী মায়োক্তা ফজবগী লান হৌরিবা, বসন্ত ঋতুগী নিংথৌ

শেন্না ওইনা থারি — "ঐখোয়দি বিদ্রোহীনি/বসন্তগী সগোল তোংবা লাম্মীনি/থিংবা ঙমদ্রবা মাইগৈনি/অহিংদা লান হৌবনি/বসন্তগী নিংথৌ শেন্বনি/স্বর্গলোক্তা য়েংনসনু/ত্রয়োদশীগী অমম্বা অহিং/মশীং লাকঙমদ্রবা মৈরা পরেং/শঙ্করগী মক্রুবা প্রেম/কিরবনি অতিয়া চেল্লবনি/লোৎলবনি থা থব্রানমিচাক ... ।" *(বারুণীগী অহিং)* শৈরেং অসিগী চঙখোল্লবা মেতাফর অসি য়েংলুরগা কনানা সমরেন্দ্রবু ফজবগী কবি কৌনীংলোইদগে ? অমুকসু শজিবুগী মচু মচুনা মালহৌনরকপদা মণিপুরগী মহৌশাগী দৃশ্য অমসুং থায়নগী সংস্কৃতিগী নীক নীক লাওনা ফজবা থেংনরুরগা ফজবশিং অদুনা পীরক্লিবা শুমহৎয়াই অদু ব্রাহৈনা করম্না সুর চানা শৈথাবা ঙম্নুগদগে হায়রকই — "ইমা নহাক্কী সুর অসে/চীংনুংগী সনা লোক্তগীনি/চেক্লা লমখুনুগী খোঞ্জেন্নি/পাৎকী ঙানু থংগোংগী/কায়ন মৈশা লাংবগী তেংথাখোননি/অসিবু করম্না ঈশৈনি শক্কনি/অদুগা অসিবু করম্না মীচম্না শক্কনি ।" *(শজিবু)*

সমরেন্দ্রগী *অহনগী মতুং ইল্লুবা, ধন্ তাং তাং ধন্ তাং তাং* হায়বা শৈরেং অনী অসিদা মৈতৈ জাতিগী থাযনগী সাহিত্যকলা অমসুং সংস্কৃতিদা থেংনরিবা ফজবগী মচি অদু কবিসিগী থব্রায়না পেঞ্জনা রস চুপ্পগী মতাং অমা উৎলকই। অহানবগী শৈরেং অসিদা থারিবা মোইবাং থোইবীগী ফজবা, মহাক্না লফু বনগী মনুংদা জগোয় শাথেক কৎলকপগী মূর্তি অসি চোংথোক্নুনা তাবি । মথংগী শৈরেং অসিদসু ঐখোয়গী হৌখ্রবা খুঙ্গংগী পুন্সিগী ঈংনা চীক্লা ফজবগী মশক অমথক নুংশিনা থারি । হৌখ্রবা মতমগী কাউনরক্লবা পুন্সিগী ফজবা মশক খরনা মহাক্কী নীংশিংবগী ঈমাযথক্তা তত্তনা ফাওগৎলক্লি । অপাবশিংনা মীৎয়েং অসোমদগী য়েংদুনা মহাক্কী অঙাংগী শৈরেং-লাইরিক অমা ওইনা পুথোরকখিবা *সনাকৈথেলগী লাইফদিবী বাই তোনু দেবী* হায়বসি পারবদি হেন্না নুংঙাইবা ঙমগনি থাজে । লাইরিক অসিদা নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মণিপুর অমসুং মৈতৈগী তোপ-তোপ্পবা লু-তোংদা চঙখ্রবা কলাগী মচল, লাইফদিবী তূবা, য়োনবা, জাপান লান নংবা, অঙাংগী শান্নবগী সংসার অসিনচিংবা পূম্নমক য়াওরবা নুংঙাইরবা ব্রারী অমা লীরি ।

মেঙনা লক্লবগী শৈরেংনা মপূং ওইবা, কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী শৈরেংশিং অসি শাগৎলকপদা করি করি মচাকশিং অমসুং করম্বা পূক্নীংগী

ফিভম মরুওইনা চঙবগে হায়বসিগী ইঙ্গিৎ অমখক মহাক্কী শৈরেং অমদা ফজনা ফোঙদোক্লি — "ঐসু নোকই/মীনা থল্লবা মালং য়েংদুনা/অমোংপা য়েংদুনা অরানবা য়েংদুনা/অপঙবা য়েংদুনা/ইনাকখুনবগী চাউথোকপা য়েংদুনা/নোক্লিংবা য়েংদুনা/মরাল লৈত্রিবা ঐগী ইচাগা লোয়ননা/নোকই ঐসু অয়ুক্কী নুংশা মঙান্দা/মচু মচুগী মরাং মরাংবা কুরাক্কী মশা য়েংদুনা ।" *(কুরাক্তা)* ব্বাফম অমনা মহাক্কী লক্লবগী শৈরেং খরদি দিকনষ্ট্রক্সন তৌদুনা, টেক্স থুগায়দুনা য়েংলকপদা মপানগী অথগী ওন্ন-তৈনবদা, অনৌবা অর্থ কয়ামুক চোঙথোরকপা থেংনগনি ।

সমরেন্দ্রনা রবীন্দ্রনাথকী লাইবিক খবা, রুসোগী *এমিল*, হক্সলিগী *ব্রেভ নিয়ু ৱালর্ড*, নজরুল ইসলামগী কবিতা খবা পাখিবা লৈরবসু মহাক্কী খুৎইদা য়ারিবমখৈ মখোয়গী ঈথিল অপান্ননা চঙহন্দনবা হোৎনৈ হায়না মতাং অমদা ফোঙদোকখিবা থেংনৈ । অচুম্বমকসু, মহাক্তি অতে লোনগী কবিশিংগী ঈথিল পঙচঙ চঙদে । সমরেন্দ্রদি লমদম অসিগী লৈহাউ অমসুং ঈশিং নুংশিত্তগী ফংবা অভিজ্ঞাতা শকপান্দুনা শৈরেং ইবদা খোঙ্গুল তাববা সেটারিষ্ট কবিনি । মণিপুরী সমাজগী ঈচেলদা মীৎয়েং থমদুনা ওল্লক্লিবা যুগকী ইরাং অমসুং তৌশিন্নবা মীওই লমচৎ য়েক্লবা হোৎনবনা কবি অসিগী শৈবেংগী মপুংওইবা হীবম অমা ওইরি হায়বসি মথক্তা পনখ্রিবা শৈরেং খরসিনা ময়েক লানা তাক্লি । অদুবু অসিগুম্বা হীরম অসিনা মপূং ওইজরবসু র্মসিদগী লাপথোরকখিবা খেন্নখ্রবা মীৎয়েং অমদা, ফজবদা মথম্মোয়না লূপচবগী শৈবেংশিংসু মরক মরক্তা ইরদুনা লাক্লি । অনীশুবা লাঞ্জাউ মতুংগী শৈরেংগী তাইবঙদতা নত্তনা, হৌজিক্কী মতমদসু ঐখোয়গী সাহিত্যগী মীওইশিং অয়াম্বনা থোইদোক্না খোইদাজবা মৈতৈ কবি অমদি লাইশ্রম সমরেন্দ্রনি হায়বদা থোইনা চিংননীংঙাই লৈতে ।

# ৱারেং ইবা অমা ওইনা লাইশ্রম সমরেন্দ্র

*নহাকপম অরুনা*

অনৌবা মণিপুরী ৱারেং কুনশুবা চহীচাগী অঙনবদা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎলকপদা য়াওরকখিবা মচল অমনি। খ্বাইরাকপম চাউবনা (১৮৯৬-১৯৫০) অনৌবা মণিপুরী ৱারেংগী অচেৎপা য়ুম্ফম অমা থোল্লল্লবা মতুংদগী হৌজিক ফাওবদা ৱারেং ইবা কয়াগী তোঙান-তোঙানবা ৱারেংগী খূৎই, শক্লোন কয়া থোরক্লি। কবি অমা ওইনা হেন্না শকখঙনবা শ্রীলাইশ্রম সমরেন্দ্র (১৯২৫ - ) ৱারেংগী লমদসু খূৎ থারিবা মশাগী ওইবা মই অমা শেল্লিবা অইবনি। সমরেন্দ্রনা ৱারেং ইখিবসি শৈরেংদগীদি খরা থেংথনা তম্ফাসনা স্কুলদা ওঝা ওইবা মতমদগী হৌরকই। ৱারেং অনী ইখি। ১৯৫৩-৫৪ গী তম্ফাসনা স্কুলগী মেগাজিন্দা ফোঙবা ''স্কুলদা'' হায়বা ৱারেং অসিমতা ঙাইহৌরে। অতোপ্পা অমদুদি থিবা খঙখিদ্রে।[১] মতম-মতমগী চেফোঙ নত্ত্রগা পাউজেল চে খরদসু অমরেন্দ্র নত্ত্রগা অমর হায়বা পেন নেম শীজিন্নদুনা ৱারেং ই। অদুবু নৈনজরিবা ৱারেং অসিদদি মতম অমদা চেফোঙদা চাইদুনা লৈরম্লগসু খোমজিন্দুনা লাইরিক ওইনা পুথোক্লবা ''স্বর্গদা অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা'' (১৯৯৯) হায়বা অহানবা ৱারেং লাইরিক অসি লৌখৎচরি।

লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী ৱারেংগী মই অসি পর্সনেল এসেগী মওংদা ইবনি। এলাংবম নীলকান্তনা (১৯২৭-২০০০) মহাক্কী ''অচাইবা লৈ'' (১৯৫৭) দা পর্সনেল এসেগী মই অসি এসে খরদা ইবা হৌরকখি। অদুবু মই অসিদা মনীংতৌনা ইরিবদি লাইশ্রম সমরেন্দ্রনি। মণিপুরী ৱারেং সাহিত্যদা মখল অসিগী মইদা অইবগী তোপ-তোপ্পা মশক অমা উবা ফংঙি। ৱারেংগী থীমদি হীরম অয়াম্বা ইশোক শোকই - কলাদা - জগোই, ঈশৈ, লীলা, লাইয়েকপা, সাহিত্য নচিংবা; সমাজ অমসুং পুন্সিদা চীংগী পুন্সিগী মশক, লৈবাক্কী সমস্যা, মহে-মশীং তম্বীবগী চৎন-পথাপ অসিনচিংবা। খূফোঙদোক্তি অইবগী থীম অমসুং মুদকী মতুংইন্না তোঙান-তোঙানবা মওংদা ফোঙদোকই।

অইবগী ৱারেংদা চীংগী পুন্সিগা তৎন-থানবা য়াদ্রবা লীপূন অমা য়াওরি। চীংগী অচম্বা, অশেংবা পুন্সিনা মহাকপু শুস্কৎখি। অইবগী থোইদোকপা মশক অমনা চীংগী পুন্সিবু শকখঙবতা নত্তনা মখোয়গী পুন্সি অমসুং কলাদা লূপশিন্দুনা য়াম্না নুংশিনা য়েংবা থেংনৈ। অইবনা মহাক্কী শিনফমগী থৌদাংগা মরী লৈননা উখ্রুল, মাওনচিংবা মণিপুরগী চীংগী লমশিংগা নকশিন্নবগী খুদোংচাবা ফংখি। অইবগী ৱারেং মরক্তা উখ্রুলগী মফম চাউনা লৈ। অইবনা উখ্রুলবু খূফোঙদোক অনীনা য়েক্লি — ১) লমকোয় ৱারী ওইনা অমসুং ২) ডাইরিগী মওংদা। ১৯৬০ গী অদুৱাইদা উখ্রুলগা অহানবা শকখঙনবদা অইবগী থম্মোয়দা ফাওখিবা, পানখিবা তাংখুলশিংগী পুন্সি মরেল অমসুং পুন্সি মহিংগী মশক অদু "চীংদা মান্দা" হায়বা লমকোয় ৱারীগী মওংদা ইবা ৱাবেং অসিদা ফোঙদোকই। অইবদা ফাওখি - অহানবা থেংনবা তগৎ-তগৎ তেকপা চীংগী মেলৈ চরোংগুম। তাংখুলশিংগী মীয়োক-মীচান ফবা, অচম্বা, অশেংবা পূকচেল অইবনা ঙক্লা নুংশিনা য়েংই; য়েংবত্তা নত্তে অইবগী থম্মোয়দগা অমত্তা ওইশিনখি। মহৌশাগী ফীবম্না চীংনা কোয়শিন্দুনা লৈরবা দ্বীপ অমগুম্নবা মণিপুরগী মনুংদা অমুকসু মহৌশাগী খূৎনা খাজিন্দুনা থমখ্রবা দ্বীপ অমা ওইনা উখ্রুলবু অইবনা খল্লুই অদুবু মীওইবগী মহৌশা মনাওদি খেন্নবা লৈরমদে 'খরা শিংবনা খরা পঙববু চাদবা লৈতে' হায়বসি ঙায়োনবী অমদগী অইবনা পারা তম্লকই। চহী মঙাগী মতুংদা অমুক হন্না অইবা উখ্রুলদা চৎলি। অনীরকশুবা খোঙচত্তা কাউঙমদ্রবা উখ্রুলগীদমক ডাইরি ইখি। ১৯৬৬ কী নভেম্বরগী তাং ২দগী '৬৭ কী জানুৱারী গী তাং ১৪ ফাওবগী ডাইরিনি। ইংনা চিক্লা, মায়থোং মকা লাম্লম্বা উখ্রুলগী শকফমদা অহোংবা খরা থেংনৈ - নাগা লালহৌবগী ইরাং রাইফলস, এল.এম.জি.গী মখোল, খৃষ্টমাষ্টকী ঈশৈ, উমংদা খোংলিবা হূইগী খোনজেল, লেঙস্লিপ তাগদ্রা হায়বগী নুংনাংবা পূম্নমক ইয়ান য়ানশিন্নখি অইবগী পূক্লীংদা। অইবগী অহানবা মীৎয়েংদা মহাকসু পূমশুম শুস্কৎখিবা পাপ চঙদ্রিবা অঙাংগী মায়থোংগুম্না উখিবা উখ্রুলগী শকফম অদু নত্তে। অনীশুবা খোঙচৎ অসিদদি তাংখুলগী পুন্সিদা পূম্নুপ লূপশিনবা ঙমদ্রে। নোংম-নোংমগী মুদ ফোঙদোক্লিবা ডাইরিগী পরেংলক্তা য়াওরি —- অকিবা, নুংশিৱা, নুংঙাইবা, অৱাবগী মিকুপ কয়া। মরকসিদা তাংখুলশিংগী মীনোক্তা তিনশিনবা ঙমদ্রবা অইবনা নাইতোম

তানা মহাক্কী 'রহমত' কুম থা য়েংদুনা লেনখিবা মতাংসু থেংনৈ । অইবগী থম্মোয় ৱাখলদগী থক্তোরক্লিবা মীৎয়েংসু শৈরেংনি; মীৎয়েং ফোঙদোক্লিবা ৱাহৈশিং অসিসু শৈরেংনি । মাওগী এক্সপিরিয়েন্সতগী "লাইগী মচাশিংগা" হায়বসি লমকোয় ৱারীগী মওংদা ইরকই । চীংগী অশেংবা, অচম্বা পুন্সি থেংনবদা অমুকসু হন্না অইবা ঙাওজে। হৌজিক-হৌজিক্কী পুন্সিবুনা হেন্না মরু ওইনা লৌবা, হিংবগী মহাও খঙনা নুংঙাইথোক্লা হিংলিবা লমদম অসিগী চীংমীশিংবু লাইগী মচাশিংগুম্না অইবনা লৌই । চহী হৌবা নুমিত্তা অহাওবা চারগা ফজবা ফিরোল শেত্তুনা অৱাংবা চীং কাবা চীংদোন্দগী অমুকসু ৱাংনা ৱাংনা চোংখত্তুনা অমদি নুমিৎ মঙানি শিল হেন্দুনা নুংঙাইবা ফোঙদোকপা অইবনা থেংনরুই । নুংঙাইবগী ঈচেল মরক্তা হিংবগী লানফমদা মবুকফবা চমজরবা মাওগী অহল অমা হোতেল ফম্বা বাঙ্গালী রিফ্যুজি অমগী মখুত্তা মালিক ওইরম্বদগী তঙাইফদবদগী লৌশিল্লুবা পৈশানা মীনাই ওহ্নোকখিবা য়াবগী নুংশা মপী অমা অইবনা হোন্দবা ঙম্লক্তে । চীংগী পুন্সি সমরেন্দ্রগী থম্মোয়দা খ্বাইদগী নুংশিরবা ঈশৈনি । মদুদগী থক্তোরকপা খোষ্থকশিং অদুনি মহাক্কী ৱারেংশিংদা থোৎনা, মেংনা, নুংশিনা তাররিবা । সমরেন্দ্রগুম্বা চীংগী পুন্সিদা লূপশিনবা ঙম্বা অইবদি অতাঙবনি । চীংগী পুন্সিগী ফজবা, অচম্বা উবতা নত্তনা অশোয়বসু উই । নুংঙাইরিবদি অইবগী গুণদি অনীমকপু নুংশিবা ঙম্মী ।

সমরেন্দ্রগী ৱারেং লাইরিক অসিগী অয়াম্বা শরূক্তি কলাগা মরী লৈনবা হীরমশিংনি । ঈশৈ, জগোই, লীলা, সাহিত্য, লাইয়েকপা, ফিলম অসিনচিংবা হীরমশিং অইবগী ৱারেংনা কোনশিল্লি । হায়রিবা লমশিং অসিদা অইবনা য়াম্না খঙলবসু হীরমশিং অসিগা মরী লৈনবা ৱারেংশিং অসি অখণ্ড-অহৈ, পণ্ডিতকী মওং উত্তুনা ইবা মই নত্তে । অয়াম্বদা চম্না, লায়না অইবগী মুদনা য়ৈরবা শরূক্তু পুথোকই । ঈশৈনা অচৌবা মফম অমা কনশিদুনা লৈরিবা অইবনা ঈশৈগী কলাকার খরা থম্বাল অঙৌবী, ৱারথিংলা, ঙাংবম নিমাই, গৌরহরি মহাক্কী ৱারেংদা লৌখৎলকই । অদুবু অইবনা লৌখৎলিবসি মখোয়গী পুন্সিৱারী নত্তে; মখোয়গী ঈশৈনা অইবগী পূক্লীংদা পালহল্লকপা, মদুদগী ঈহৌরকপা মুদ অমা ঙাহ্নোকহল্লকপনি । অদুনা মই অসিগী ৱারেংশিংদি তেল্লি । ক্লাসিকেল গজল থুমরিদগী হৌরদুনা আধুনিক — মতমগী ঈশৈ, মৈতৈগী নট সংকীর্ত্তন,

পেনা, খুল্লং ঈশৈদা নত্তনা চীংমীশিংগী তাংখুল মাও,মার, পাইতে, কবুইনচিংবগী ঈশৈগী রস নীংথিনা চূপ্পা ওস্মী । চুম্না তাবদা নত্তে; মশামক য়াওশিন্দুনা শকপনি; শৈশক অদুগী মতুংইন্না অসুম-অসুম লূপশিনখিবনি । অদুনা অইবনা খল্লকই — মণিপুরী মতমগী ঈশৈগী ইতিহাস হঙ্গৎনা য়েংখৎলুবদা ঈশৈনা খনজিনখিদুনা লময়ানবা সুর পানবা গৌরহরিবু কাউথোকফম থোক্তে; মহাকসু চুম্না নীংশিংবত্তা নত্তনা ঈশৈগী পরেং কৎনীংলুই ("গৌরহরিদা গীতাঞ্জলি")। গৌরহরিগী সুরগী থৱায় হাপখিবা ঙাংবম নিমাইগী শৈশক্লা অইবগী থম্মোয়দা নিন্দুনা লৈ ("ঙাংবম নিমাই")। অনীশুবা লাঞ্জাও মনুংগী ৱারবা মৈশালক্তা 'চাক্লবা নুংথিলগী মৈশা ৱানা খণ্ডলুরগা খাঙহৌদনা ঈংলবা অহীংগী থাবল অমুক লাকপগুম মৈতৈগী কায়রবা থম্মোয়বু থেমজিনবা' ওমখিবা নিমাইগী ঈশৈগী মতীকসু অইবনা শীংথারি । অইবগী থম্মোয়দা বেগম অখতরগী মফম লৈবগুম্না তাংখুলগী শৈশকপী ৱারথিংলা, রেমনুগী ঈশৈগী মমলসু লৈ । মখোয়শিং অসিনা অইবগী থম্মোয়দা চঙলকপা মিকুপ-মিকুপশিং অদু অইবনা য়েকপনি । অইবনা লৌখৎলক্লিবা কলাকারশিংগী মরমদা ইরকপদা থেংনরিবা মুদকা "থম্বাল" (থম্বাল অঙৌবী) দা য়াওরিবসিগা খেন্নবা থেংনৈ । অতৈদদি কলাকারশিং অদুগী কলাগী ফজবা নুংশিবা খুদোলশিং অদু অইবনা থম্মোয় পেন্না শীংথজবনি । "থম্বাল" গা ৱারেং অতৈগা খেন্নরকক্লিবদি অইবগী থম্মোয়গী অশাউবা, নুঙাইতবগী খোঙ্খাং ৱারেং অসিদা য়াওরি ।

অইবনা ঈশৈবু মায়কৈ কয়ামুক্তগী য়েংঙি — ফজবা নুংশিবা শীংথাবত্তা নত্তনা ঈশৈনা থেংনরিবা সমস্যা কয়া পুথোকরকই । "আধুনিক" তা আধুনিক ঈশৈগী হৌরকফম অমসুং করম্না শাংনা হিংহগদগে হায়বসিদা অইবগী মীৎয়েং থমদুনা কূপ্পা নৈনরকপনা ৱারেং অসি শাংতক তৌই । আধুনিক ঈশৈদা ঙাওজবত্তা নত্তনা অরিবা মৈতৈগী শৈশক্কীসু অইবদা চপ চাবা মফম লৈ । "পেনা অমসুং ঢোলক" তা যন্ত্র অনী অসিগী তোঙান-তোঙানবা মফম লৈরিবদু পুথোকপগা লোয়ননা হৌজিক্কী মতমদা পেনা তম্বদা পূক্লীং চঙশিন্নরক্লুনা অমদি তম্বদা লুবা যন্ত্র অমা ওইবনা মুৎথ্রগদ্রা হায়বগী নুংনাংবা ফোঙদোকই । "খূল্লংঈশৈ" দা লৌরাং শুবগী অৱাবা, অকনবা শিনফমগা শৈশক অসিগা পূনশিন্নরগা থোরকপা খৌনা, লিংজেন খোমজিল্লকপা ওম্বা, শক্তি লৈরবা

ঙক্লা ফজরবা শৈশক অমা ওইরকপদু অইবগী ৱাহৈনা য়াম্না পোইতিক ওইনা য়েক্লি । থবক্কী চৈথেং মৈশা ফাওরকপদা নৌরবা খোঞ্জেলশিংনা পূল্লপ পূনশিনখিদুনা ওইরকপা তাহ্বা অদু অইবনা অসুম্না থারি ঃ

*"থিংবা ঙমদবা নমথবা য়াদবা অকনবা তাহ্নানি । অঙকপা লিংজেন্নি, অঙকপা থৌনানি, অঙকপা শক্তি অমনি । কিদবা য়াদবা শক্তিনি । উচেক-ৱায়াগী চম্লবা খোঞ্জেন্নি । অদুবু অদুক মান্নখ্রবদা, অদুক পূনখ্রবদা, কনানা ঙকলোই কনানা কিরোই ! ... ফৌ চরোংগী মতৌগুম্না পূন্নি, লিংজেন মান্নে ফজে । পীক্লা-পীক্লবা ফৌ মরূ অমমমতনা অঙকপা ফংনা পূনশিন্দূনা অঙকপা অকনবা অকিবা খোঞ্জেল থোকহল্লি ।"*

*(লাঃ ৬৯)*

খূল্লং ঈশৈতমক শৈশক অমা তাবদগীদি অকনবা শিহ্বাগা পূনশিন্নরবা মতমদা ফুদোরক্লিবা ঈশৈগী মতীং অসি ফোঙদোকপা য়াম্না লিরিকেল ওইনা ইবা অতেনবা ৱাবেংনি ।

অতেনবা ৱারেংগী খোঙচৎ অসি "মাব লাইশোন ঈশৈ" অমসুং "গানঙাই" দসু থেংনরি । অইবনা তাংখুলগী মতম ঈশৈদা ঙাওবা ঙস্বগুম মার অমসুং কবুইগী ঈশৈদসু লূপশিনবা ঙস্মী । অচম্বা, য়াম্না ইংনা পানজবা জাতি অমগী খোঞ্জেলদা ঈশ্বরবু 'লাকপা' হায়না শৈথাজবদা মপা অমনা মচাদা কৌবগুম ঈশ্বরমক্লা তারমগদবা মান্না নুংশিনা অইবগী থম্মোয়দা মারগী লাইশোন ঈশৈনা চঙলকই । ৱাকচীংদা অহীং লাইরেম্বীগী মশাইগোনগী অচিকপদা গানঙাইগী কুম্মৈদা কবুইশিংগী — নুপাগী অরূম্বা নুপা থোকপা খোহ্বোক্তা পুঙগী অরূম্বা তাহ্বানা থোইনা হেন্না লূমহল্লবা খোঞ্জেল, নুপা-নুপীগী অপূনবা খোলহেক, খোলহায়না 'থম্মোয়গী মিহুনগুম দং দং ফাওরকই' হয়না অইবনা কবুই ঈশৈগী কজববু শীংথারি । অতেনবা ৱারেংশিংসিদা মার নত্রগা কবুইগী ঈশৈনা কমদৌনা অইবদা পালহনবগে হায়বদু ফোঙদোকপতনি; শাংথনা নৈনবা মই নত্তে ।

অইবনা লীলাগী লমদা ইবা ৱারেংশিংদি "এক্টরগী লৈবাক্তা" হায়বা অতেনবা অমসুং "লীলা অহুমগী" হায়বা খরা শাংবা ৱারেং অনী অসিনি। "এক্টরগী লৈবাক্তা" হায়বা অতেনবা ৱারেংশিদা লীলাগী থীমদা অহোংবা

লৈতবা - মনেম্বোক ফওবী অমা, য়ু ঙাওবা নুপা অমা, লাইরবা মবুক ফবা নুপা অমা সুৱাইদগী ইহোং হোংদনা লৈথোক-লৈশিন খরা তৌরগা হনজিন-হনজিন লীলা শান্নবা, অনৌবা লীলা ইবীনবা লৈতবগী নুঙাইতবা ফোঙদোক্লি । লীলাগী মী (এক্টর) ৱাত্তবা লৈবাকসিদা এক্টরশিংনা অনৌবা লীলা পুথোক্লবা হোৎনরকই হায়বসি অইবগী মীৎয়েংনি । "লীলা অমসুং মী"দা অইবনা লীলাগী মী নত্রগা জগোই-ঈশৈগী কলাকারবু মীৎয়েং অনীদগী য়াম্না থৱায় তানা য়েংঙি: অহানবদা অফা-অপূন্নরবা অশেংবা তাইবঙদগী লীলাগী মীনা লীলাগী তাইবঙদা চঙলক্তুনা মতীং ফুদোক্লা মশাগী শক্লোন উৎপা ঙম্বদা, অনীশুবদনা পুক্সিগা কলাগা পূন্না অমতা ওইনা লৈমিন্নবদা । ওফিসতা কেরানী ওইনা মথকথোংবা ওফিসার কয়াগী মখাদা অমদি য়ুম্বানবগী অৱাৎ-অপাগী পোৎলুম কয়ানা শুদৎপীরবা মীনা লীলাগী মীওইনা শক্তম্লাংলকপদা অশেংবা তাইবঙগী মৈশা পূম্নমক কাউথোক্তুনা মতীং ফুদোরকপদা অইবনা ঙক্লা য়েংহ :

*"অফিসতা উবা নুপা অদুগা ষ্টেজদা উবা নুপা অদুগা খেন্নে । অৱাবা ৱাহং অমা হংজে ইথন্তা করম্বা নুপানা অশেংবনো ? ষ্টেজদা উবদুরা অফিসতা উবদুরা ? অচৌবা তাইবঙগী ফম্বাক অসিদা মঙগী মী কয়ানা মতীক চাদনা হৈতনা থবক তৌবা য়েংগদবগী শরূকপুদি খুদোংচাবা ফংদবদগী লৈবাক্কী অচৌবা থবক পায়বা ঙমদ্রবসু লীলাগী ষ্টেজদা ফজনা উৎপা ঙম্বা অদুনা হেন্না নুংঙাইজে, নুংশিজে, পামজে ।" (লা: ৫১)*

ৱারেং অসিদা অনীশুবা মীৎয়েং অইবনা পুথোক্লিবা পুক্সিগা কলাগা অমতা ওইবগী মশক অসি লমদম অসিগী ওইবা তোপ-তোপ্পা শক্লোন্নি হায়না মচা তানা নৈনরি । কলাকারনা কনানো পুক্সি শিনশংগী শিল্পীনা কনানো তোঙান-তোঙান্না খায়দোকপা য়াদে হায়বসি অইবনা পুথোক্লি । অয়ুক নুংথিল্দা য়ুমগী থবক ইনখাং নোমদুনা লৈরিবী নুপী অমনা নুমিদাংদা জগোইরাসকী অচৌবা কলাকার অমা ওইরকপদা পুক্সিগা কলাগা অমতা ওইখিবগী মতৌনি হায়না অইবনা লৌই । পুক্সিগী থৌগায় পুনা পুনা কলাদা লূপ্লিবা লমদম অসিগী পুক্সিগী মশকসু মশকসু নুং য়ৌনা খঙলুবদগী অইবগী থম্মোয় পানা চেহ্নরকপা থিংঙমদ্রবা শৈরেংগী ঈচেলগুম্নকই — মীৎয়েংদা অমসুং খূফোঙদোক্তা "স্বর্গগী

জগোইশাবী নত্তে মহাক মালংদা পাইবা চেক্লা নত্তে লৈকোনগী কুরাক নত্তে। পুন্সিগী ইমুংগী অৱা-অনা সমাজগী পোৎলুম পুরিবা মীনি । ... থবক্কী মতমদা থবকনি মহাক হিংচাবনি, হিংচাবীনি । শুমাঙ মাশুপতা ফিশেং শেত্তুনা মীয়াম মীরক্তা সভা ময়ায়দা চঙখ্রবদি মহাক পুজারীনি ধর্ম্মগী স্বর্গগী দূতনি হৌনখণ্ডবীনি লৈবাক মচা তাবীনি গোপীণী বৃশভানুগী মচানুপীনি । ভক্তি কৎলিবনি অহন-লমন্না মীয়াম্না সভানা । স্বর্গমক্কী লাইনি মহাক অদুগা মীনি । পুন্সি অসিমক্তদা মহাক মীনি অমসুং লাইনি ।'' (লা: ৫২)

নুপী পালা কাংবু অমনা বাসক শয্যা শকপদা মখোয়গী সুব অমদি খোলহেক্লা অইবগী থম্মোয জয় তৌদুনা ভক্তি প্রেম ঈহৌহল্লকখিবদু পাউদম্লকই: কৃষ্ণ কোনস্যাসনেস নত্তে, কৃষ্ণ কোনটেক্টনি ঐনা ফংজবা । '' (লা: ৫৩) লমদম অসিদা পুন্সিগা কলাগা পূন্না লৈমিন্নরিবা মশক অসি পুথোক্লবা অইবনা মহাক্কী থম্মোয হাংদোক্কুনা উৎলকপনি । কলাবু পামজবা লৈবাক অসিদা পুন্সিগা কলাগা পূন্না অমত্তা ওইনা লৈমিন্নবগী মতৌ অসি অইবনা কূপ্না নৈনদুনা পুথোরকপনা কলাগী লমদা ইবা ৱাবেংশিংদগী অশাংবা ৱাবেং ওইবতা নত্তনা ''লীনা অমসুং মী'' হায়বসি যাম্না চেকশিন্না ইবা ৱারেং অমনি ।

ওঝাগী শিনফমদা লৈরুবা অইবনা অঙাংশিংগী এডুকেসন সিষ্টেমগা মরী লৈনবদা মীৎয়েং থমদুনা ইবা ৱারেংশিংদি ''স্কুলদা'', ''ওঝা, লাইরিক অমসুং অঙাং'', ''মান্নদবা'' অমসুং ''লাল্লিবসি অঙাং নত্তে অহলনি'' হায়বা ৱারেংশিং অসিনি । সমরেন্দ্রগী ৱারেংগী মনুংদদি ৱারেংশিং অসি অশাংবা ৱাবেংনি । অইবগী মপূং ওইবা মীৎয়েংদি ওঝা নত্রুগা লাইরিক্লা অঙাংশিংবু হৈহন্নীংবদগী নমদুনা তাকশিনবা, হেনজিন্না খণ্ডহন্নবা হোৎনদুনা কা হেন্না খূপায় চেৎশিনবগী মহুত্তা অঙাংগী পূক্লীংনা মথন্তা মকা লাম্না শাত্তোকচবগী ফীবম শেম্নীরগা মশাগী অশেংবা মশক-মচু পুথোকপা ঙম্বা এডুকেসন সিষ্টেমগী অপাম্না ফোঙদোকই । হৌজিক্কী লাইবিক মতম্নীদা ওঝা, লাইরিক অমসুং অঙাং কমদৌনা লৈরিবগে হায়বদু অইবনা নীংথিনা পুথোরকই :

*''লাইরিক্লা তম্নীনিঙবদি অঙকপনি । অঙাংগী ৱাখনসু অঙকপনি । অঙাংগী ৱাখলগী সংসারদা ওঝানা অঙাংবু ফাগদবগী কোইতান তাল্লি । ফজরবা পাউতাক্কী নচোম পায়দুনা থি । ইউ উনবা*

*ফংনদে। লাইরিক্না লাইরিক অঙাংনা অঙাং ওঝানা ওঝা অদুম মরৈ।" (লা: ৩৮)*

অইবগী ৱারেংশিংগী মনুংদা অহানবা, অনীশুবা অমসুং ৱারোইশিন খায়দোকপা অমতা ঙাইবা ৱারেংদি "মান্নদবা" হায়বা ৱারেং অসিনি।

অইবগী ৱারেংশিংদা চীংলৈবাক অসিগী নুপীগী শক্তম হেক হেক ঙাছোরকপা উবা ফংঙি। মখোয়গী ফজবা, মচু তাবা, থৌনা শীংথাবতা নত্তনা মখোয়গী অৱাবা মিকুপশিং অইবগী মীৎলমদগী নাছোক্তে। "চীংদা মান্দা" হায়বা ৱারেংসিদা অইবদা কাউঙমদনা লৈহৌরিবসি তাংখুল নুপীনি। হিংবগী ঙম পূন্নমক মকোক্তা থোঙ্গৎচদুনা মবুং-মৌপ্পাশিংগীদমক লোইবী চীংজাওগুম্না খোঙফম চেৎনা লেপহৌবী তাংখুল নুপীবু অইবনা চীংলৈবাক্কী লাইবেম্বীগুম্না উখি। ১৯৬৫ গী দিসেম্বরগী তাং ১৯ দগী ১৯৬৬ কী এপ্রিলগী তাং ৯ ফাওবগী "জিরিগী ডাইরি" গী চেনাশিংদা অয়ুক-নুমিদাংগী পুন্সিগী মচুদা অফকপা, অৱাওবা কয়াগী মরক্তা অইবগী পূক্নীংবু হিঙ্গৎহনখিবা, তেকখৎহনখিবদি মচুতাবী পোৎয়োনবী মৈতৈ নুপী অমা উরুব্দগীনি। জিবিদা জাতি কয়াগী মবক্তা হিংননবগী থৌগায় থিবা থোরকপদা ফাওবা লুনা নান্না উরুম লাংবা লম্বীগী চিদাইদা লৈ মচুগী ফনেক শেত্তুনা অঙৌবা ইন্নফি ইন্দুনা মনা-মশীং যোল্লিবী মৈতৈ নুপীবু তোপ-তোপ্পা উখি। তোঙান্না লংনা চোংথোক্কুনা লৈরিবী মহাকপু অইবনা নুংশিনা হংজে, "কনাগী নিংথৌগী মচাইবেম্মনো ?" অইবনা উরিবা মৈতৈ নুপীগী অতোপ্পা শক্লোন অমনা শিম্মী অমসুং কলাকাব অনীমক পূন্না লৈমিন্নবগী মতৌ অসিনি। অয়ুক-নুংথিন্দা য়ুমগী মৌনি, ফিশাবীনি, অদুগুম্না নুপীশিং অদুনা নুমিদাংদা মাঙ্গপ ময়াইদা বাসক শয্যা শরুকপদদি অশেংবা গোপী ওইখি ("লীলা অমসুং মী")।

সমাজদা নুপীগী পুন্সিনা শান্নপোৎ ওইরকপদা অইবনা খাঙঙমদে, শাউনীংঙি। "থম্বাল" হায়বা ৱারেংসিদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী "উর্ব্বশ্রী" হায়বা শৈরেংগী পরেং খরনা মাংদা থম্লগা সমাজগী মনুংদা চৎনবীগী মীৎয়েংখাদা লৈরিবী কলাকার থম্বালঅঙৌবীগী পুন্সিবু য়েংবনি। মহাকবি অঙাংহলনা মহাক্কী পূক্নীংনা শাগৎখিবা ইবেম্মগী শক্তমদু থম্বালঅঙৌবীবু অহানবা উবমক্তদা অশেংবা ওইনা লৈরে খন্দুনা লীলাগী তাইবঙদা পুশিল্লকখি। অদুবু মহাক্তি সমাজদগী

তোখায়না লৈখ্রবী উৰ্ব্বশীমক্তি নত্তে; শকহেনবী ওইরবসু সমাজগী মনুংদনি; মহাক্না জগোই শাগদৌরিবসু চংনবীগী পুঙলোন্দনি। থম্বালঅঙৌবীনা মাইনুপেমচাগী শক্তমলাংদুনা মাইনু পেমচাবু অমুক হন্না হিঙ্গৎহনবা ঙমখি । মাইনুপেমচাগী ৱারী লৈবা সমাজ অসিদা শকহেনবী থম্বালঅঙৌবীগী লাইবক য়েংলগা নুপী অমসুং সমাজগা লৈনবা মরীদা অইবনা অকনবা ৱাফম খরা হায়দবা ঙম্লক্তে, শাউরকই; "সমাজদা ফজবগী য়েক্লবসু লৈ । নুপা ওইবশিংনা নুপীগী পুন্সিবু লায়না খল্লি, নুপীগী পুন্সিবু হেক হেক মাঙহল্লি — মতম পূম্নমক্তা, সমাজ পূমমক্তা, মৈতৈ সমাজদা ।" (লা: ৫৫)

সমরেন্দ্রগী ৱাবেংগী অথোৎপা, অমেংবা, নুংশিবনা যোম্বা তাইবঙ অমা মথক্তা থেংনবীখ্রে । মহাক্কী ৱাবেংগী অতোপ্পা মমায় অমগা লৈবি । মবৈবাক, মজাতি অমসু সমাজগী পেন্নীংঙাই ওইদ্রবা ফীবম্না অইবদা পীবকপা শাফুনি । লৈবাক্কী লুচিংবা রাজনীতি তৌবিবা মীওইদগীনা মীচম ফাওবদা লৈবাক্কী জাতিগী খন্দবা জাতিগী ফুবিৎখাও চপ্লগা মশাগী পুক্কে চোলহনবা, চীরোন-খারোন, খুনগী লৈকাইগী রাজনীতি তৌবা থবক্তা চিলহাও থিবা, কুম্মৈ ওন্থোকপা নুংঙাইথোকপা হৈবা জাতি অসিগী লীচৎ য়েংলুরগা অইববু শাওহল্লি । অসিগুম্বা জাতি অসি কয়া কুইনা হিংবা ঙমখিগদগে হায়বসিনা অইবগী অৱাবনি। সমরেন্দ্রগী তোপ-তোপ্পা মশক্তি মঙোন্দা ফাওরিবা ফীবমশিং কমদৌনা ফোঙদোকপগে হায়বসিদা উবা ফংঙি । অশাউবা, নুংঙাইতবা, অৱাবা অদু ফাগিগী অমেংবা কুয়োম অমনা য়োমশিন্দুনা নোকমী-নোকমী পুথোরকই । "পিতৃলোক য়ৌরকপদা" অমসুং "স্বৰ্গদা অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা" হায়বসি খুফোঙদোক অসিদা ইবা ৱারেংশিংনি । "পিতৃলোক য়ৌরকপদা" হায়বসিদা থৌ চিল্লবা থবক্না পুন্সি ওইবা দিল্লী সহর থেংনরুরগা হল্লকপদা মণিপুব য়ৌরকপগী শক্তম অমা অইবনা থারি; চাংদম্নদুনা য়েংলি :

*"পৃথিবী পূম্নমক পূমকাউ কাউই মণিপুর য়ৌরকপদা । পূমচীক চীকখরে ইতপ তপথখরে । খংঈং ঈংখ্রে । ঘড়ী ফাওবা য়েংউবা দবকার ওইদে । ঘড়ীগী অর্থ লৈতে মতমগী অর্থ লৈতে লৈবাক অসিদা ।" (লা : ২৩)*

থবক্কীদমক তপথবা ঙমদ্রবা দিল্লীগী শকফম য়েংলুরগা মতমগী মমলবু থোইদোক্লা চেকশিন্না লৌদবা, থৌৱা শাদবা লমদম অসিগী মতৌবু অইবনা করেম্নদবা ঙমদে। মীৎয়েং অসি আইরন্নি শীজন্নদুনা ফোঙদোকই। মৈতৈশিংনা পোকপা, লুহোংবা, শিবগী থৌরমশিংবু অচাউরম তান্নদুনা ময়ূম-মকৈ মুৎপমখৈ কুম্মৈ ওহ্লোকপদা নাচুংবা লৈত্তবা চৎনবী, অমরোমদনা হৌজিক্কী হিংলিবা পুন্সিদা থেংনরিবা সমস্যাশিংবুনা নাথৈদুনা খোঙগ্রাই নিক্তুনা লৈবদা অইবা শাউদবা ঙমদে; চারবসু চাদ্রবসু মীনা উবরা, তোতি ঈশিং তাদববু ইলেক্ট্রিক লাক্তববু ইথন্তগীরা, লৈবাক্কীনিনা লম্বী শোরোক চৎপা য়াদবদি থাইনদগীনিনা হৌজিক্তগীরা'' হায়বা মখোয়গী ৱাখল মতা অসিবু অইবনা লক্লরি। ''সুর্গদা অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা'' হাযবসিদা সুর্গদগীসু হেল্লি হায়নরিবা মমালৈবাক, মরমদমগীদমক্তা অইবদা ফাওরিবা অৱা-নুংঙাইনা য়েৎশিন্নদুনা লৈরিবা শক্তমশিং অদু অইবনা পুথোক্লি। লমদম অসিগী মীওইশিংদা কলাগী থোইদোকপা মগুণ চেনবনা অইবদা সুগগী ওইবা নুংঙাইবা পী; অৱাবগী শকক্লা কুম্মৈ শেম্বা হৈবা মওইশিং অসিনা থৌদোক খুদিংমক কুম্মৈ ওহ্লোক্তুনা শান্নরকপগী মতৌ অসিনি; ''কুম্মৈগী মিহুনদি ইহুন হুল্লি ঐখোয়গী থম্মোয়দা, থৱাইদা, হকচাংদা। শ্রাদ্ধসু কুম্মৈনি ফিরোয়সু কুম্মৈনি। লুহোংবা নাহূৎপা লুগুণ থাংবা চউম্বা খুদোংচাবা অমত্তা নাহ্লোকহন্দনা কুম্মৈ তৌনিঙই। ..... ঈশৈ হনবসু দুহারসু শাল থারকপদা অশেংবা শামতুনি মুগানি হায়বা খঙই, শেল থারকপদা অনী চৎপীরা মঙাচৎপীরা য়েংদবা ঙমদে — ঈশৈগী রসসু কায়হন্দনা থমই। ঈশৈসু ফাগীসু ভক্তিসু চিরোনসু তঙাই ফদনা ৱারী-ৱাথীসু ঠিকাগী ৱারোলসু ইংনা ফজনা চৎমিন্নৈ শোরাৎ মফমদা।'' (লা: ৮৯) কুম্মৈ শেম্বা হৈবশিংনা চৎনবী কুম্মৈ শেমদুনা অশিবগী থৌরম ফাওবা কুম্মৈ ওহ্লোকপদা অইবনা মচেক্লা য়ৈদুনা করেম্নরি। জগোই, ঈশৈগী কলাদা ভক্তি প্রেমনা হিংলিবা পুন্সিদা ''মী অমসুং লাই' অনীমক ওইবা ঙমখ্রবা মরৈচাশিং অসি হিংবগী থৌদাংদদি চিলহাও থিগল্লি; মতেক্তা নাপল তৌই। লীচৎশিং অসি পুথোক্তুনা অপাবশিংবু নোকহল্লি; 'অমী পুম্নমক মায়থোঙ মকা লামই। চাউথোক্লা লৈ ঐখোয় নিদুনা চাদে। নিদুনা চাগদবগী শরূক শিবনা ফৈ খল্লি। লাকপা য়াওই হূৱানবা য়ওই লুট-পাট ফাওবা তৌদবা নত্তে। নিবদি নিরোই। অচোপ্পা হুম্বা থবক

তৌরোই ।"  (লা ঃ ৯১) অইবনা আইরনিকেল ওইনা অশোয়বশিং অসি পুথোক্লি ।

সমরেন্দ্রগী মীৎয়েংদা ধর্ম্মগী খেন্নবা লৈতে । খৃষ্টান ধর্ম্মগা হিন্দু ধর্ম্মগা মান্নবা লীচৎ পুথোক্তুনা অমতনি হায়না লৌই ("ইম্ফালদা খৃষ্টমাসকী পাউজেল")। চীংদা কোয়দুনা চীংগী মী য়েংলুবদি মশাগী মশক মিংশেন্দা শেংনা উবগুম্লা অইবসু উবকই-চীংতম অমতনি । চীংগা তমগা থানবা য়াদ্রবা অপূনবা লীচিং অসি অইবনা মুন্না খণ্ডই । ("ঐখোয়") । পীকখ্রবা চীংদোন অসিগী মনুংদা খবা কুৎপনা তম্পাক খরা তোঙবনা চীং কৌদুনা ভাবনা শাবা ৱাখলগী চীং-তম থোকহনবা অইবনা পামদে । চীংগী জাতিশিংগী পুন্সিগী লীচৎ, মখোয়গী লোল, কলা, সংস্কৃতি য়ৌনা চঙলুরগা থিজিলুরগা মদুদা ফংলকপা লেঙদ্রবা অচুম্বগা লোয়ননা চেৎনা শাগৎখ্রবা থাজবগী ৱাখল পরীংনি । মসিদগী ফংলকপা অপুনবা লীচিং অদুনা চীং-তম অমতনি হায়বা ঙম্মী ।

**খূৎই অমসুং লোল ঃ**

লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী ৱারেংগী মইদি ৱারেংগী ফোর্মেলিতিজনা পূনশিনবা মই নত্তে । পর্সনেল এসেগী মনুংদা লৈরগসু মহাক্কীদা ওইবা মই অমদা মনীং তৌনা ইবা থেংনৈ । ৱাবেংগী অৰুবা ভাব ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা শীজিন্নবা ৱাহৈগী চীংলেম্বা শাজৎ, ৱাখল-লৌশিংগী ওইবা মরৈ শৌগত্তুনা । কুংলবা লাংলোনশিং ইবা ৱাহৈগী শাগৎলিবা মায়কৈদা চঙশিন্দে । অইবগীদি মহাক্কী পূক্লীংদা ফাওরকপা মুদ অদুগী পোইরৈ মতুংইন্না মহাক্কী ৱারেংগী খোঙথাংসু চৎখি; ৱাখলনা শম্লগা শাংনা পুথনবা হোৎনবা উদে । মুদ অদুনা ঙাম্বোবকপদা ৱাখলনা ঙাক্লৌদি পী অদুবু তোর্ব্বন ওইনা ঙক্কুনা শাংথ-লেংথনা সুবদি অইবগী হৈনবী নত্তে । অদুনা মহাক্কী ৱারেং অয়াম্বা তেল্লি । কলাগা মবী লৈনবা ৱারেংশিংনা খরগা হেন্না তেল্ল । সমরেন্দ্রগী ৱারেংগী কুয়োম মনুংদা য়াওবিবসি শৈবেংগী থৱায়নি । অইবগী 'মরুভুমি' হায়বা লামায় অমা ফাদবা অতেনবা ৱারেংসিদা থল্লিবসি য়াম্না পোইতিক ওইবা মুদ অমতনি । মরুভূমিগী লৈঙোইগী লমদম, উটকী পরেং-পরেং য়েংনীংবনা লাঙতক্লরবা অইবনা রাজস্থনবু খৌরাংখি; উদয়পুর য়ৌরুই; নীংথিরবা সহর অমা ওইরম্মী; মরুভূমিগী ৱাখল তুমখ্রে । মহাক্কী ইম্ফল য়ৌরকপদদি তুমখুন হুনখ্রবা মরুভূমিগী ৱাখল হৌগৎলক্লে;

"ইম্ফাল য়ৌরকপদদি অৱাবা হৌরে । ঈশিং তাদে, ইলেকত্রিক লাক্তে, লাইরিক ফংদে, লাইরিক হৈবা মীসু ইথেং থেংনদে, পোৎ-চৈসু নীংথিনা ফংদে । মরুভূমি হায়বদুদি অসিরা হায়বদু য়ৌই ।" (লাঃ ৩১) রাজস্থান পুশিং দুনা মরৈবাক্কী ফীবম অমুক শাংনা হায়রুদ্রবসু সিম্বোল ওইনা থমদুনা খংঙান ঙাম্বোকহল্লম্লে-অমুক ৱানা চৎলুদ্রবসু অশেংবা মরুভূমিদা লৈরম্লে । মতাং অসিদা তেনবা, শংবা লৈতে; মুদকী খোঙচৎ লোইখিবনা ৱারেংসু লোইরে । তশেংনমক অইবগী ৱারেংশিং অসি শৈরেংগা য়াম্না নক্লে । ৱারেংগা শৈরেংগসি অইবদদি ৱাহৈগী ফিজেত্তা খরা খেন্নবা নত্তনা মুদ কয়াদা মান্নবা থেংনৈ । করিগুম্বা অইদিয়া খরদদি শৈরেংদগী ৱারেংদা নত্রগা ৱারেংদগী শৈরেংদা ফাওদোক-ফাওজিন কোয়চৎচৎপা থেংনৈ । শোরাৎসু কুম্মৈ ওম্বোকপদা অইবগী য়ানীংদবা ৱাখল্লোন অসি "শোরাৎকী ইরাং" ("ৱাকচীংগী কবিতা"১৯৯৯) হায়বা শৈরেংদা, চীং-তম অমতনি হায়বা ফাঙদোকক্লিবা মীৎয়েং অসি "ঐখোয় অমতনি" ("ৱাকচিংগী কবিতা",১৯৯৯) হাযবা শৈরেং অসিদসু থেংনৈ । নুপীগী ফজববু অকাম্বা মীৎয়েংগী মীতানফম ওইনা উরকপা নত্রগা শেল তান্ননবা খুৎলাই, য়োন্ননবা পোৎ ওম্বোরকপদা খঙবা ঙমদবা অইবগী চৈনা অসি ("থম্বাল"দা থেংনখিবা) "মুত্তি" (ৱাকচিংগী কবিতা") হায়বা শৈরেং অদুদসু ফোঙদোকই', ।

> *"ইনাকখুনবা নুপাগী ড্রোইংরুমদা অরোনবা কাদা মহাক্কী খববগী মেগাজিনগী চেফোঙ কয়াগী চেনা চেনাদা ইকাইবা পী অরাবা পী ফৌদুনা থমই নহাকপু ফিগী কম্পনীনা চুরুপকী কম্পনীনা ফিল্মগী কম্পনীনা ডাইরেক্তরনা" (লা: ৩৫)*

মরমদমগী, মজাতিগী অৱাবা ৱাফম কয়ানা সমরেন্দ্রবু পোত্থহন্দে, শাউহল্লি, কপহল্লি । খুফোঙদোক্তি লায়না, চম্না, নোক্লা হায়দোকই । ফাগী চেল্লি, করেম্নৈ অদুবু অপাবশিংদদি শাউহন্দে । ফাগীগী অমেংবা কুয়োম অমনা য়োল্লদুনা থম্মোয়দা পালহল্লি; থম্মোয়দগী কোক য়ৌনা শন্দোকখি; ৱাখল খলহল্লি । কনাসু কনাসু থম্মোয় নাহন্দনা য়াম্না ইংনা, মেংনা য়ৈরবনি । সমরেন্দ্রগী ফাগিগী মরুওইবা মথৌদি আইরনিনা শাংথোকই । সমরেন্দ্রগী ফাগিগী মশক, করেম্নবগী মওং অসি জি.সি. তোংৱাদগী তোঙাল্লি । মহাক্কী

ফাগিদি তোংব্রাগী বুদ্ধি লৌশিংগী মরৈনা য়োন্নবা, ময়াক কনবা ফাগী মশক অদু নত্তে । তোংব্রাগী ফাগিনা নুংশা মগাল্লি, সমরেন্দ্রগী ফাগিনা থাবন মগাল্লি মহাক্কী পোইতিকমুদশিংনা নীংথিনা শান্নজবা মফম্নি । ইংরাজি সাহিত্যগী ৱারেং ইবা 'প্রিন্স ওফদি এসেয়িষ্ট' হায়না খঙনবা চার্লস লেম্বস্ু (১৭৭৫-১৮৩৪) অৱাবা পিরাং ফাগিনা খুমজিনদুনা মহাক্কী পুন্সিনা ৱারবসু অপাবশিংবু নোকহনখি । সমরেন্দ্রসু লমদম অসিগী লীচত্তা পেন্দবা কয়া লৈ অদুবু ফোঙদোকপদদি নোকই, নোকহল্লি ।

সমরেন্দ্রগী লোল চম্মী অদুবু মহাক্কী ৱাহৈ য়াম্না মতীক লৈ, ফোঙদোকপা ঙম্মী । খজিক্তং হায়রগা য়াম্না ফোঙদোকপা ঙম্বা শৈবেং ইবগী খূৎ অদু মহাক্কী বারেংদসু য়াওই । তেনতক-তেনত্তকপা ৱাহৈ পরেংদা ইবনা মহাক্কী হৈনবীনি । ৱারেংগী মশক লৌদবা ৱাহৈ পরেং কয়া য়াওই; মপূংফাবা ৱাহৈ পরেং ওইদবা, মতেক মতেক ওইবা অদুগা ৱাহম্বোক্তি অদুমক পীবা ঙম্বা ৱাহৈ পবেংগী মওং শীজিন্নরকপনা ৱারেংগী লোন্দগীদি শৈরেংগা নকশিন্নরকপনা হেল্লি ঃ

"অকনবা নুংশিৎ শীৎলি মপান্দা ঙংদুনা লাউদুনা শীৎলি । চীংশাং অমদগী চীংশাং অমদা, চীংশাং অমদগী চীংশাং অমদা । অঙীংবা অকনবা নুংশিৎ ! মনিঙ মখা তম্বা নুংশিৎ ! মনিঙ মখা তম্বা নুংশিৎ ! কনাগীসু মখাদা লৈনিঙদে উখ্রুলগী নুংশিৎ ! ... কর্রিগী খোঞ্জেলন্নো কনাগী খোঞ্জেন্নো ? খাঙবা ঙমদ্রবা শিখ্রবা চীংগী পাখঙশিংগী আত্মারা ? মিপাইরবা চীংলাইনা লাউদুনা ঙংদুনা চেল্লিবরা চীংশাং অমদগী চীংশাং অমদা, চীংশাং অমদগী চীংশাং অমদা ।" (লা: ১৫)

অইবগী ৱাহৈ খজিক্তং হায়রগা য়াম্না খঙহনবা ঙম্মী; ৱাহৈগী মরূ চঙই, হকই : "কয়াদা নুংঙাইখ্রে । অদুবু অমুক অমুক খল্লুদবসু ঙমদে । কয়া কুইনা হিংখিগদগে ঐখোয়বো, ঐখোয়গী লাওস ঐখোয়গী পেরেদাইজ ! ভোটকা ঠিকাগনদি মী পুম্নমক্তি করম্না থুংনগনি । ৱাদবা ঙমদে অমুক অমুক ঐখোয়গী পেরাদাইজ অসিগী । ঐখোয়গী স্বর্গ অসিগী । ঐখোয়গী কুম্মৈশিং অসিগী ।" (লা: ৯১)

লৈবাক্কী সমস্যা — মদুদা অইবনা ৱাজবা, হায়দবদি মাল্লগা ৱাহছোক্তি য়াম্না পীবা অইরনিগী খোছোক্তা ফোঙদোকপা ৱাহৈশিংনি অইবগী ৱাহৈশিং অসি কেদবা মালহল্লগা য়াম্না চেকশিন্না মশাগী মান্না কেবগুম্বনি; চেকশিন্না খনগৎলবা ৱাহৈশিংনি। করিগুম্বদা অইবগী ৱাহৈনা ঈশৈগী সুরগুম্না তাহনবা ঙম্মী অহীংগী অচীকপদা কবুই নুপা নত্রগা নুপীগী নাইতোম শকপা ঈশৈগী সুরগী অনেম-অৱাংবু ৱাহৈনা য়েক্লি; ঈশৈগী সুরনা ঃ-

"ৱাংনা থিংবা লৈতনা কাখৎলকই। লৈচিন্দা হায়ফেত্তং নেৎলম্লগা অমুক্কা হেন্না ৱাংনা কাখৎখি ঈশৈগী সুরা তপ্না কুমথরকই নেম্না পৃথিবীগী লৈমায় নক্লা থৱাই শোক্লা। থম্মোয়দা নৈরকই অমুক্কসু কাখি ৱাংনা কুমথবকই অমুক নেম্না নেম্না ঈংনা।" (লাঃ ৭২)

কবুই ঈশৈগী সুরগী খোঙচৎ অসি অইবগী ৱাহৈনা শৈশক ওইনা অপাবশিংদা তাহল্লি। মসিসু অইবগী ৱাহৈগী শক্তি অমনি।

সমরেন্দ্রগী ৱারেংদা য়াম্না পোইতিক ওইনা ইবা অমসুং ফাগিগী অপাবা মায়খুম্না কুপ্লবা সমস্যা কয়া নৈনবনা মপূংনি। হীরম অমসুং মুদকী মতুংইন্না খোলহায় খেন্নরকই। ৱাবেংগী ফোর্মেলিতিজ কয়ানা সমরেন্দ্রবু ফগে হোৎনরুরবদি নছোকখিগনি; সমরেন্দ্রগী ৱারেংদি সমরেন্দ্রনি।

**তান্নজখিবা লাইরিকশিং ঃ-**


১। ডা: নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ, "মণিপুরী সাহিত্যগী ৱারেং খরা', রাইটরস ফোরম ইম্ফাল, ১৯৯৪

২। এলাংবম নীলকান্ত সিংহ', অচাইবা লৈ', ইম্ফাল ১৯৫৭

৩। অইবগী ফোঙলবা শৈরেং লাইরিকশিং

৪। Hush Walker, The English Essay And Essayists, S.Chand & Co., 1966

৫। Marjorie Boulton, The Anatomy of Pose, Kalyani Pub. 1989

৬। রইটরস ফোরম, ইম্ফাল, সাহিত্যগী পাউ', ৩১শুবা মশীং, আগষ্ট,২০০০

# কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী শৈরেংদা লোন, ষ্টাইল অমসুং টেকনিক

*বি এস রাজকুমার*

ৱাহৈগী উমংদগী অরুবা ৱাহৈ খল্লুবদা/ ৱখলগী লায়না পকখি নুপা অমদি/ যূমদগী থোকখিদে।/ অরুবা ইরেন্দা লুপলুরগা নুপা অমদি/ ৱা ঙাঙবা ঙমখিদে/ তুমিন্না লৈখি/ ৱাহৈ ফংখিদে।

মথক্তা পীজরিবা পরেং চবুন অসি কবি সমরেন্দ্রগী 'ৱাকচীংগী কবিতা' (১৯৯৯) গী মনুংচন্না য়াওবা 'ৱাহৈ' (লা ঃ৫৪-৫৫) কৌবা শৈরেং অদুদগীনি। কবি অসিগী ৱাহৈ, লোনদা-পুদাগী মতাংদদি মশানা ফোঙদোকলিবা ৱাফম খরা অসিমক য়াম্না চাননা থোকই। মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচত্তা য়াম্না ঙল্লিঙৈদগী হৌনা শরুক য়ারকখ্রবা কবিনি। মহাক্না ইখিবা 'লৈ-লাংবা' কৌবা শৈরেং অদু কলিকতদা মণিপুরী ষ্টুদেন্টস য়ুনিয়ন্না পুথোকপা 'খোঞ্জেল' কৌবা মণিপুরী চেফোঙ অদুনা ১৯৪৬ তা হাপখ্রবনি। লাল মতুংদা মণিপুরী সাহিত্যদা লাকখিবা অধুনিক কবিতা খুৎই, মীৎয়েং, মফোঙদোক, ৱাহৈ-ৱাতাগী মতম অদুসু ঈরোয়ননা চঙশিনমিন্নরকখি। অদুগা লৌনীংবা অর্থদা লৌনরবসু, ১৯৭০ গী মতমগী আধুনিকতুং শৈরেংগী মশকসু মথকথোংবা কবি, শৈরাংবা অমা ওইনা য়েংদুনা, তাদুনা, শক্তুনা শৈথাদুনা লাকলি। মসি পূন্নমক অসিদা ওন্দ্রিবা অমত্তং হায়ববু কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্র, মহাক্কী শৈরেং অমসুং শৈরেংগী মফোঙদোক অসিনি। কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী চহীচা তঙ্খাই অমা হেল্লক্লবা শৈরেংগী খোঙচৎ অসিদা মশাগী শৈরেংগী শক্তম অমা ঙাক্তুনা লাকলি। মসিদা কাহেন্না কবিতাগী পেখরুবা নৌথরুবা য়াওদে; আধুনিক কবিতাগী অকনবা নোংলৈ অমসুং করিগুম্বদা অয়াকপা ৱাহৈগী লোনগী শক্তম্না মহুৎ শিঞ্জিল্লকপা লৈতে। আধুনিকতুং শৈরেংদা হোংলকলিবা শৈরেংগী মশক্তা অইবা মশাদা হেন্না যূম্ফম ওইদুনা

শৈরেং ইৰগী মহুত্তা মরৈবাক মরমদম অমদি অচম্বা লোন, ব্রাহৈ শীজিন্নবগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যগী পরমপরাগী পূক্কৈদগী ইশাগী লৈজরম্বা শৈরেংগী থায়নগী হৌনশা খরমখৈ হাপচীনবা য়াবা লৌশীন্দুনা ইনরক্লিবা অসিদসু থোইনা নাচুংলুবা লৈতে। মঙোন্দদি হায়রিবা হীরমশিং অসি খরগীমখৈদি হান্নদগী হৌনা অসুম শোক্তুনা লাক্লবনি, য়াওজরক্লবনি।

অদুনা কবি সমরেন্দ্রগী লোন চমই। ময়াম্না ঙাঙন-শক্লরিবা লোন, ব্রাহৈশিং অসিনা শাগৎপনি। অদুম ওইনমক মীৎয়েং অসিনা হেক্তা তেনশীনবসু য়াদ্রি। ব্রাহৈ হায়বসিনা শৈরেং অদুগী থব্রায় ওইরিবনি। থব্রায় ওইরিবা ব্রাহৈ অদুগীসু অমুক্কা থব্রায় লৈফম থোকই। থব্রায় য়াওদ্রবা ব্রাহৈ অদুদি অশিবা ব্রাহৈ ওইগনি; অশিবা ব্রাহৈনা ইবা শৈরেংদি অশিবা শৈরেং ওইফম থোকই। কবি সমরেন্দ্রগী শৈরেংদি অশিবা শৈরেং ওইদে। শৈরেং খুদিংমক ফন-ফন চোংথোক্তুনা অপাবদা মশক তাক্লি। কবিনা শীজিন্নরিবা শৈরেংগী লোন অসিদা য়াওরিবা ব্রাহৈশিংগী মখলদি - ১। খরা লিবা মৈতৈরোনগী ব্রাহৈ, ২। হৌজিক মতমগী মৈতৈরোনগী ব্রাহৈ (মসিনা হেন্না শীজিন্নে) ৩। সংস্কৃত ব্রাহৈ ৪। ইংরাজী ব্রাহৈ ৫। হিন্দী ব্রাহৈ অমদি ৬। দাইলেক্ত ব্রাহৈ (কাসি তোসো, হারু কিতা অসিনচিংবা- খরদি অর্থ খঙদবা য়াওই)-হায়রিবশিং অসিনি।

খরা হেন্না পূক্লিংগী ইহুন্না পুদুনা চৎলকপা মতাংদদি কবিনা খবা লিবা, রোমান্তিক পোইটিক দিকশন হায়না মণিপুরী শৈরেংদা লৌনবা য়াবা ব্রাহৈশিং শীজন্নে। 'লৈ-লাংবা' কৌবা শৈরেংদা, 'সীতা' কৌবা শৈরেংদা খুদম অমনীদং পল্লবদা অসিগুম্বা মওংগী লোন অসি থেংনৈ।

> কাঞ্চি লৈকোল ! আ ঃ কাঞ্চি লৈকোল য়েংশিলাও /লৈকোল অসি কুইদরি।/ খোন্নৌ নহা খোইনিং অমা/ খোঙজরমই মখৌ পোঙনা/ চেক্লা মদোম ঙায়জখি / নীংঙমখিদে মহাকথক কুইদরি ! (ব্রাকচীংগী কবিতা, লা ঃ ৪৫)

মসিগা মখাগী অসিগা চাংদম্নদুনা য়েংবা য়াই-

> কার অমত্তা তোংবসু নুংঙাই/কার অহুম তোংবনা লণ্ডনরমদ্রিফাওবদি.../জীপ তোংবনা থীনা তৌরমদ্রবদি/ঐগী সাইকল হরকুলিস/মা অমুক নুংঙাইবদি লৈতেকো।
> (মমাঙ লৈকায় থম্বাল শাৎলে, লা ঃ ২১)

মসিগী মথক্তা পঞ্জখিবা ৱাহৈগী মখলশিং অসিদি শুনবা খুদম পীদ্রবসু য়ারবনি খঞ্জে। মরমদি সমরেন্দ্রগী শৈরেং পাবিবশিংনা মখোয়শিং অসি থেংনদুনা লৈরবনি অমসুং থেংনগদবসু লৈরে।

অসিগুম্বা মখলগী লোন শীজিন্নদুনা শৈরেং ইরিবা কবি অসিগী শৈরেংগী ষ্টাইল অসি নৈনবা তারবদি অহানবমক্তদা কবি মশামকসু মীত্তা উবগুম্না নীংহল্লী। অইবা অমগী ষ্টাইল হায়বদি ইবগী মওং হায়বসি অইবা অদুগী মশাগী খূইনা পুজরকপা পোৎশক অমনি। মশাগী ষ্টাইল লৈতবা অইবা হায়রবদি অইবা অদুগী মফম অমমুক লৈত্রে হায়নরিবনি। মরমসিদগী ফ্রেঞ্চ অইবা বফোঁনা ষ্টাইল হায়বদি মী মশামক অদুবুনি হায়বমলিবনি। অসিগুম্বা ষ্টাইল অসিবু সাহিত্যগী পোত্থোকশিং নৈনবদা নুংঙাইনবগীদমক মওং অনী থোক্লা খায়দোকনৈ। অহানবা মওংনা ইবিবা অদুগী পাদম ফংননবা হীরমগা চানবা লোন, ৱাহৈ শীজিন্নদুনা ইবা। মসিগী মখল অসিবু প্লেটোনিক ষ্টাইল হায়না খঙনৈ। ঐখোয়না অনাবগী লায়ওং তাক্লবা মেদিকেল সাইন্সকী ৱারেং অমবু শৈরেংগী মতৌগুম প্রমাণ, লৈশী-লৈথোন ৱাহৈ কয়া হাপতুনা ইবা তৌনদে, মদুগী মহুত্তা মযেক য়াম্না শেংবা চানবা টর্মশিং শীজিন্নবা খুৎই অমা ওইহন্নবা হোৎনফম থোকই। মসি নত্তবা অনীশুবা মওংগী ষ্টাইল অসিদনা ইরিবা খুৎই অদুগী শাগৈ মশক তাকপা ওইনা তৌনৈ। হায়বদি অফ-ফত্ত, অচুম-অরান, ফজবা-অথীবা অসুম হায়না খল ওন্দুনা পুথোক্লবা হোৎনবগী মহুত্তা অসিগুম্বা খুৎইদা ইরগা হেন্না হীরম অদুগা চানগনি হায়না লেপথোক্তুনা, অথন্নবা খুৎই ওইনা লৌখৎপনি। মসিবুনা এরিষ্টোটলিয়ন ষ্টাইল হায়না খঙনরে। অসুম্না কনাগুম্বা অইবা অমনা নোক্লা-করেম্নবগী

মওংদা ইবা য়াই; ফাগী পুবা খূৎইদা ইবসু য়াই। অদুগা মণিপুরী অইবা অমা ওইরবসু বাংলা খূৎইগী মওংদা নত্রগা হিন্দী নত্রগা ইংরাজিগী মওং চঙনা ইবসু য়াই। জি.সি. তোংব্রাগী খূৎইদা ফাগী পুবা, লংথবগী মওংনা নম্লা চৎলি। অসুম্না শীতলজিৎকী খূৎইদনা অচম্বা মফোঙদোক অমদা পরীং চুম্না শাগৎলকপা থেংনরি। পাচাগী খূৎইদা ব্রাখল খলহনবা, হায়গদবসু খরা কোইথোক্লা পুথোক্কুনা হায়বা, অইবসু ব্রাখল নমদুনা খঙ্হনবা ষ্টাইল উবা ফংলি। অদুগা হিন্দী অমদি বাংলা সাহিত্যগী উপন্যাসনচিংবা অনুবাদ তৌবদা হৌফম লোন অদুগী অইবগী ষ্টাইল অদু য়ারিবমখৈ ঙাক্কুনা থম্বা অসি ঐখোয়না থেংনরি। কবি সমরেন্দ্রগী ষ্টাইল হায়বদি খূৎইগী মশক্তি লুহন্দনা ফোঙদোকপনি। লুহন্দবা হায়বসিনা শৈরেংগী নুংগী গুন, হায়নীংলিবা ব্রাফম পান্দম অদুদা খুরৌ চেলহনবদি তৌদে। মহাক্কী শৈরেংদি খূৎহৈবী ফিশাবীনা শীংকাপ য়াওদনা শাদুনা পুথোরকপা মুগাগী ইন্নফিগুম্বনি। য়েংবদা অউবনা চম্লা উবদুমক মদুবু পুথোরক্লবা হোৎনবদা ফিশাবী অদুগী পুন্সিগী তানশিঞ্জরকপা মহৈ চঙখিবা অদুনা মরম ওইদুনা শূৎ নান্বা ইচম-চম্লা উরবা ফি অদু ওইরকখবনি হায়বসিদি কাউথোকপা য়াদে।

অসিগুম্বা অচম্বা ব্রাহৈ-ব্রাতা, লোন্দা-পুদা, মফোঙদোক অসিনা শাগৎলক্লিবা কবিগী শৈরেংশিং অসিগী শাগৎলকক্লিবা মচাকশিং নৈনবা য়াই। অহানবা ওইনা থেংনবা কবিগী শৈরেং ইবগী টেকনিক অসি হায়বা মান্দনা হায়বা হায়বদুগী মওংনি। শৈরেং অগাম্বদা থাকলোন অনী য়াওই-মপান্থোংদা য়াওরিবা ব্রাফম অমসুং নুংগী ওইবা অতোপ্পা লৌবা য়াবা অর্থ। লক্ষনা, ব্যঞ্জনাগী শক্তি অসিগী মথক্তা বক্রোক্তিগী লীচিংনা মাঙ থাদুনা পুরিবা অসিনা শমরেন্দ্রগী শৈরেংগী থব্রাই ওইরি। ফোঙদোক্লিবা ব্রাফম অবিধা শক্তি অদুবু লক্ষনা শক্তিনা তেংবাংদ্রবদা শৈরেং অদু অদুক মপুং ফাবা ব্রানা থোকই। 'ব্রা অমত্তা হায়গে তেলঙ্গা' (১৯৬২)দা য়াওবা 'পাপকী লম্বীদা' (লা ঃ ৩২-৩৪) কৌবা শৈরেংগী লোইশিল্লকপা শরুক্তা কবিনা

ইরি- কল্লবা নুংশিত্তা তেকথরকপা উজাউগী উশা উরুবদা/য়েংবা ঙমদদুনা থোং লোনশিনখি,/য়ুমপানবী নুপী অমনা। (ল ঃ ৩৪)

অবিধা শক্তি (এক্সপ্রেসিব পাৱর। লিটরেল মিনিং) ওইনা লৌবা তারবদি উজাওগী উশা তেকথরকপা উবদা কিজদুনা থোং লোনশিনখিবা য়ুমগী মৌ অমগী ব্বাফম ওইনা লৌবা তরে। অদুবু শৈরেংনা পাল্লিবদি মদু নত্তে, হায়বদি আকাঙশাগী মতেংনা পুথরকপা শৈরেংগী ঈচেন্দা হোংলক্লিবা সমাজগী মশক, ওল্লক্লিবা অচুম্বা শক্তম, চায়থরক্লবা মাংথরক্লবা মখলগী পথাপ অমবু হায়বা মান্দনা হায়বনি। আকাঙশা অসিমক কবিতাদদি মরুওইবা থৌদাং অমা পাঙলি। অইবা ব্বারী লীবনা লীবা ব্বারী তারগা মথংদা করি লাক্কদৌরিবা হায়না লাংতক্লবা অদুগুম, শৈরেংদসু মসিনা মথৌ তৌরি হায়না লৌগনি। আকাঙশানা মরম ওইদুনা ব্বাহে অমগা ব্বাহে অমগা মরি শম্নহন্দুনা মপুং-ফাবা অপুনবা অর্থ অমা পুথোরক্লিবনি। অসিগুম্বা খুৎইগী মশক অসি কবি শমরেন্দ্রগী শৈরেংশিংদা য়াম্না মরাং কায়না য়াওই।

মহাক্কী শৈরেংদগী বক্রোক্তিগী মফম অসি লৌথোকপ্রবদি করিসু লৈহৌদবা য়াই হায়না লৌবা হেঞ্জিনবা থোকলোই। মসিগী মতেংনা হায়গদবদু থৈয়ায়ননা হায়বা ঙমহল্লি। পেরাদক্সকী মশক অসি পীবা ঙমহল্লি। পেরাদক্স অসিমক্না কক্লবা মানবা, মরি লৈনদবগুম খলহনবা ফীবম অমবু নুংদদি অচুম্বনি হায়বদু উৎলিবনি। মনুং খঞ্জিন্না থম্বা পেরাদক্স অমসুং খরা লায়না থম্বা মওং অনীমক উবা ফংই। ব্বাখল অমসুং খন্থবদা য়ুম্ফম ওইদুনা পুথোরকপা পেরাদক্সনা থল্লবা শৈরেং অমনি 'বুদ্ধনা' (ব্বাকচীংগী কবিতা,লামায় ৫৩) হায়বসি।

ওক ওন্দুনা লাকই ঐগী মরুপ/ ও: কপকদৌই ঐহাক মহাক্কী মতৌ উবদা/ অদুবু কপকদৌই মহাকসু ঐহাক্কী ইতৌ উবদা/ ঐনা তীন ওন্দুনা লৈরম্বদুদা...(বুদ্ধনা,লাঃ ৫৩) খুদম ওইনা অমত্তং পীজবনি।

সমরেন্দ্রনা য়াম্না তোয়না অমসুং পাম্না শীজিন্নবা খুৎইগী মশক অমনা খোঙ্হোক মান্নহনবী (এলিটরেশন) অসিনি। মসি কবি সমরেন্দ্রগী ট্রেদ

মার্কনি হায়বা য়ারে। মসিনা অতাবা রসিক অদুবু অব্রাংবা মক্ষম অমদা পুদুনা ঙাইহাক অব্রা-অনা কাউথোকহনবা ঙম্বা মতাং য়াওদবা নত্তে। খরা চম্বা খুদম অমত্তং য়েংবা য়াই -

লেপ্পা লৈতে মী লোইবা লৈতে মী/কপ্তুনা লাকই নোক্তুনা লাকই/ লাঙদুনা লাকই মী/অকনবা লানগী লাল্লাউ লাওদুনা লাকই/ লানঙম ফিরাল থেৎতুনা চৎখি। (ব্রাকচীংগী কবিতা, লা:৬২, চৎশ্রে হায়বা য়াদে)

করিগুম্বা এলিটরেশন শীজিন্নবা মতাংদা ব্রাহৈ তেন্না শীজিন্নরবসু নৎত্রগনা পাত্রা ৭/৮ গা খরা শাংবা ওইরবসু শৈরেংগী খোঙচৎ, খোঙথাং লুম্না চৎহল্লী। মসিনা ফোর্ম অমসুং কনতেন্ট অনীগী মরক্তা য়ানবা পুরকহন্দুনা শৈরেংগী হীরমদা হেন্না পুক্লিং চঙশিনহন্নবগী, সিরিয়স ওইহন্নবগী লম্বী অমা ওইরি। অদুগা তশেংবমকসু কবিনা মাত্রিক ছন্দগী অকক্লবা পথাপ থাদোক্তুনা অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ইরিবা অসিনা অপাম্বা মওংদা ফোঙদোকপদা হেন্না কান্নবা ফংহল্লী। তশেংবনি, গুণ লৈবা কবিগী খূত্তদি পুন্নমক সনা ওই হায়বদুনি, অদুগা মাত্রা পুনশিনবদা হৈশিংবা পুক্লিংগী ফিবম মতাগা চাননা অথুবা ব্রাহায়গী মওং শীজিন্নবা অসিবু কবিগী খূৎলোয়রবা হৈনবী অমনি। মতেক অমতং য়েংশি -

নোংমৈ কাপনখিবা তাবরা ৺৯/ কপ্প-লাওনবা তাখিবরা ৺৯ / মী অশিবা গাড়ীদা পুখিবরা ৺১১ মতম লৈতে ঐ চৎলে ৺৭/মতম লৈতে ৺৪(ব্রাকচীংগী কবিতা, লা: ৭৪ 'মতম লৈতে')

করিগুম্বদসু লৌথুপ লৌকোয় লৈতনা শদিঙদা ফোঙদোকপা তৌরকই। য়েংবিয়ু, কবিনা হায়রি -

অদুনা লাইগী ব্রাসি তোকখিসি/ নহাক্কী লৌদা তীন তাই হায়বদো মালাথিওন কাপ্পু,/

লাইগী ব্রাসি অমুক্তা তোকখিসি (ব্রাকচীংগী কবিতা,লা: ৭৩)

ইতিং-তিঙনা থম্মোয় তেংথোকপা অতৈ শৈরেং কয়াসু য়াওরিবনি। মসিগী মথক্তা কবিনা য়াম্না পাম্না শীজিন্নবা টেকনিক অমনা এল্যুজন কয়া শীজিন্নবা অসিনি । মসিদসু লমদম অসিগী ওইবা মফম, থৌদোক, মীওই কয়াগী এল্যুজন শীজিন্নবদা কবি সমরেন্দ্রমুক থৱায় তাজবা অতৈ মণিপুরী কবি থোয়না য়ামদ্রি । করিমুক হায়রুনি- থাঙ্গ মাঙ্গোনজাউদগী পাঙ্গ্তা মীতৈ,কংলাদগী অফ্রিকা পুমশু-শুরিবনি। অমুকসু মণিপুরী লোলগী মচরিত অমা ওইরিবা এপিথেট অমসুং এদজেক্তিবশিং শীজিন্নবগী থবক অসি কবি সমরেন্দ্রগী মফমদদি তঙায় ফদ্রবা অমা ওইরি। চানবা ৱাহৈ নৌনা শেমগত্তুনা (পেরক্লি, শুনা লৈ  অসিনচিংবা) হাপচিনবা য়াওরকই । অতোপ্পা য়াম্না নুংঙাইরিবা কবিগী খৃৎই মওং অমনা অতোপ্পা লোন্দগী লৌথোকপা মতাংদা মথক মখা ওন্থোকপা, পন তৌশিনবা অমসুং অখন্নবা মমি অমা পীবা ঙম্বা অসিনি । 'ইম্ফালদা পৃথিবীগী অরোইবা নুমিত্ত' (খুল অমগী ৱারী) কৌবা শৈরেংদা 'শান্তিরুপেন' অমসুং 'তৃপ্তিরুপেন' হায়বা ৱাহৈ অনী অসিবু 'প্রলয় রুপেন' অমসুং 'ভয়ঙ্কর রুপেন' হায়দুনা শৎ ওন্থোকই । মীকপ থোকপা (ৱাকচীংগী কবিতা,লা: ৮৬) তা 'ওঁ দরিদ্রদেব ভব:/ ওঁ মুর্খদেব ভব:' অদুগা 'চৎলিদকো পেন্সনর চৎলিদকো' (ৱাকচীংগী কবিতা, লা: ১২৯) দা 'হায় কৃষ্ণ ! হরিবোল ! হরিবোল !' হায়রম্বদগী লোইশিল্লকপদা 'হোরিবল ! হরিবল !' হায়দুনা তারকই । কবিনা 'বেইবিলেন্দ' নচিংবা শৈরেংদা এলিগোরিগী পাম্বৈ শীজিন্নরি । আইরনি অমসুং ৱিটকী মতেংনা ফোঙনা হায়রগা অর্থ মাঙখিগদবা কয়া নীংতম্না, হেন্না শাফু লৈনা অপাবদা ফাওহল্লী । তশেংবনি, ৱিট অমসুং আইরনি অসিমসু কবি সমরেন্দ্রগী অতোপ্পা মশক অমনি। মসিগী ক্লাসিক ওইরবা খুদম হায়ববু 'মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে' হায়বা শৈরেং অসিমক পুথোকপা য়ারে । কবি অসিগী ৱিটসিজমগী অতোপ্পা খুদম অমা ওইনা 'ওন্থোকপা মওনি রাধারাণী'গী (ৱাকচীংগী কবিতা, লা: ২) অসিদা য়াওরিবা পরেং খরসি য়েংবা য়াই -

ম্লাসু হূসনু মণিসু হূসনু/ ময়েং তাবা লৈবরনে নহাক্কী/ লাইরবগী লৌজবনি লৈতবগী হূজবনি/ ৱাংপা লৈতে নহাক্কীদি /ভক্তগী লনসু নহাক্কী লনসু/ নহাক্কী ঙাক্তা নত্তরা। (লা: ৪)

লোইশিল্লকপদা কবিনা স্পেসল ইফেক্ত পীনবা হোৎনবগী টেকনিক অমসু শীজিন্নবা থেংনৈ। মসিগী মনুংচন্না খেন্নবা মফম, ৱাফমশিং পুশিল্লক্তুনা থল্লগা হেন্না অর্থ ময়েক শেংহন্নবা হোৎনবা য়াওরি। 'ৱাকচীংগী কবিতা' শৈরেং শৈখোমদা য়াওরিবা 'করিগীনো' (লা: ৮৮) কৌবা শৈরেং অসিদা পীরিবা কন্ত্রাষ্টকী মওং অসি য়েংবা য়াই। কবিনা মণিপুরবু নুংশিজবা অসিগী মনুংচন্না ঐখোয়গী লূ-তোংদা য়াওথ্রবা শজিবু থাগী মওং মতৌ অসিনা অচৌবা থৌদাং অমা লৌরি। মণিপুরগী মতম্বাক্তা কোয়না নীংতম্না চত্তুনা শান্নরম্বদগী অমুক যথার্থগী ফিবমদা হঞ্জিল্লক্তুনা হেন্না চাউখৎথ্রবা, হেন্না লিরবা সভ্যতা অমসুং ইতিহাস লৈজবা 'তাইগ্রিস ইফ্রেটিসকী লৈঙোই লমদমদা' অদুগা 'হোৱাং হোগী তোর্বন্দা' চৎলুই য়েংলুই। পূক্লিংগী সংসারদা কোয়রুরবসু, য়েংলুরবসু লোক্তাক মপানগী সভ্যতাবু কাউবা ঙমদনা অমুক হল্লকই। অসুম্না লোক্তাক/টাইগ্রিস অনী পূন্না থম্মিন্নদুনা অখন্নবা মশক পীনবা হোৎনরি।

কবিগী আইরনি, ৱিট, মেটাফর, পেরাদক্স অসিনচিংবা শীজিন্নবা, ৱারী লীবা মখলগী শৈরেংশিং কয়া অসিগী মরমদা ৱাহৌদোক ওইনা খরদং পঞ্জবা অসিগী মথক্তা মতুংদা হেন্না থিজিনবগী থবকসু চত্থরকখিগনি হায়বগী আশা থমজরি।

**তানজখিবা লাইরিকশিং ঃ-**

১। কবিগী শৈরেং লাইরিকশিং

২। ইন্দিয়ান ইস্থটিক্সকা মরি লৈনবা খূৎই খরা,
মপূংদা কন্টেম্পররী কৃটিসিজম,
সম্পাদক: ভি.এস.সেটুরমন,
মেকমিলন, মদ্রাস, ১৯৮৯ গী নৈনবা মতাংশিং।

# পোইরৈতোন খুম্থোকপা মমল লেপ্পা

মোইরাংথেম নরেন্দ্র

পোইরৈতোন ৱাহৈ অসি য়াম্না ৱাহন্থোক য়াম্বা অমদি ৱাহন্থোক্ত য়াম্না খুরৌথাংবা (complex ওইবা) ৱাহৈনি। ৱাহৈ অসিদা অরিবা সূবা ওজাশিংগী মোত য়াম্না লৈ। ৱারী কয়াদগী মিংয়েং কয়াদগী ৱাহন্থোক কয়া-কয়া পীনৈ। অদুগা পোইরৈতোন খুনথোকপা হায়বা ৱাহৈ অসিদা মরু ওইনা খেন্নবা মোত লৈরিবা অসিনা (১) অঙাঙ পোকপা (২) কোন্না লাকপা মী হায়বা অসিদনি। য়াম্না নক্নবা ৱাফমদনি। পোইরৈতোন হায়বা ৱাহৈ অসিমক্তি অরিবা লাইরিক খুনুংলোন, খংঙোই য়াংঙোই অমসুং খংঙোই য়াংঙোই সেকনিং য়েংলবদি অঙাঙ পোকপনি। খুনুংলোল অসিমক্তদসু ৱাহৈ অসিগী ৱাহন্থোক অসি (১) নুপীনা অহানবা মমা অমা ওইবা য়াবগী অহোংবা মতম ওইরকপা (২) ইমা ওইবীশিংগী অরোইবা ফিসেং থা (৩) মিকপ থোকপা (৪) ৱাখল লাকপা (৫) অঙাং পোকপা (৬) কোন্না লাকপা মী অসুম্না মতাং মতাংগী ওইনা ৱাহন্থোক পী। ৱাহৈ অসিদা চয়েৎনবা লৈরবসু মী লাকপা অমসুং অঙাং পোকপা অসিদা মোত পীনৈ। পোইরৈতোন হায়বা মিং অসিদসু চিঙখোঙ পোইরৈতোন, পোইরৈতোন খোংফাং অতোনবা অমসুং কবো পোইরৈতোন হায়বসু লৈ। অদুনা ঐদি মায়কৈ অসিদা য়াম্না নৈনজররোই। শম্না, লাইতিনগী ৱাদনা অঙাং পোকপা, ইতিহাসকী ৱা ওইরগনা কোন্না লাকপা মী ওইনা থমজগে।

পোইরৈতোন খুম্থোক খঙবা অমদি মমল লেপ্পা হায়বা ৱাফম অসিমক্তি মরু চঙবা অমদি মতিঙ লৈবা ৱাফমনি। ৱাফম অসিনা লৈবাক অসিগী মমাংঙৈদা ওইরম্বা লৈঙাকলোলগী থাক অমদি মতম অদুগী মী কাঙলুপ অমদি ৱায়েন খৌদাগী থাক লেপ্পদা য়াম্না ময়েক লাগনি মরু ওইনা মৈতৈ লৈবাক্কী ইতিহাস অমসুং সাহিত্যদা লৈরিবা Unity in the diversity অদুদি মপুঙ ফানা খঙবা ঙন্নগদবা ৱাফমনি। অদুনা ৱাফম অসিদি অরিবা মতমগী ৱা খিগৎপদা মরুওইবা তাংকক অমনি হায়না থমজরি।

ঙসি খন্নগদৌরিবা ৱাফম পোইঁরেতোন খুম্বোকপগী মমল লেপ্পা হায়বা অসি চুপ্পা লৌবা য়াদে। মরমদি লৈবাক অসিগী অওনবা মশক তাকপা লাইরিক পোইঁরেতোন খুম্বোকপনা য়ুমফম ওইরি। পোইঁরেতোন খুম্বোকপা হায়বা লাইরিক অসিগী ৱাখল খুৎফোঙদোক writing style অসি য়াম্না খন্ননিংঙাই ওই। অরিবা লাইরিক্কী ৱাখল খুৎফোঙদোক্কী (Writing style) ৱাফম অসি হৌজিক্কী অরিবা সুবসিংনা ৱাখল ইতৌ-তৌনদে। অদুনা চয়েৎনবগী ৱাফম অসি হেক-হেক ওইরম্মী। অরিবা লাইরিক্তি মহৌসাগী (nature) ওইবা পোৎসক্তা মীওইবগা লৈনবা মরী নত্রগা লৈবাক্তা নিংথৌগা লৈনরিবা অফবা মরী অদু য়েকপনা-তাকপনা মপুঙ ওই। অদুনা অরিবা লাইরিক্কী writing style অসি ৱাফম পুন্নমক্তা (cultural belief নৎত্রগা Religious belief) অমগী মখাদা ইঁনে। মপুঙ ওইবা মী অমগীদা individual ওইনা ইনদে। সম্না হায়রবদা অইবা মনীং তমদে। অদুনা লাইদা নৎত্রগা নিংথৌদা হান্না চঙজে। মতাং অসিদা অইবগা অশাবগা ৱাখল ফাওদোক্নবা ৱাৎপগী মমি হেক-হেক তাই।

**লাইরিক মশক তাকপা**

পোইঁরেতোন খুম্বোকপা খঙ্গে হায়রবদি লাইরিক মসা অসিদা পারগা খঙবা য়ারোই। লাইরিক অসিদি ইতিহাসকী ওইবা মীসক অমবু লাই-তিনগী ওইবা মশক্তা মওঙদা পুসিন্দুনা ইবা লাইরিকনি। অদুনা ৱাহৈদা অমদি ওজাসিংগী মোৎতা খেন্নবা লৈবনি হায়বসিসু ৱাখলদা থম্বা তাই। তৌবসু পোইঁরেতোন খুম্বোকপা হায়বা লাইরিক অসি মথক্তা হায়রিবা চৎনবী অদু ঙাক্তবা হয়া নত্রগা হয়া-হে না হৌদবা লাইরিকনি। লাই অমদা খুরুম্বগী খুরুমলোল য়াওদবা, চঙজফম, হায়জফম থোকপা হায়দবা লাইরিক্নি। হয়ি নত্রগা হয়া হে হায়না হৌবগী মহুত্তা **"খানিংপা হোঙনতে, মিকোনপা হোঙনতে, খানিংমকোন অমা তৈপাতি য়িয়ুব্রা চিঙখোঙ পোইঁরেতোন মখুরোনপু কোনপনে"** হায়না হৌরি। হয়া হায়না হৌদবগী মরম খংঙোই য়াংঙোইদা পীরি। সেংনা হায়রবদা ৱাহৌদোক ওইরিবা ৱাহৈ অসিনা লাইরিক অসি লাইরমলেলগী ওইদবা লাইরিকনি হায়বা তাই। লাইরমলেনগী লাইরিক নত্তে।

অদুগা অমুকসু **"লহালনোং হন্নিঙয়তা তায়পঙ ৱোম্না পল্লমঙই, খুমনুং তেনন ৱোঙলমঙই"** হায়দুনা আ মমাংঙৈ সিবা-চঙবা নাইদবা মীগা লাইগা ৱা

ঙাঙনবা য়াবা ওইনা লৈবা মতমদা উৎলী। য়ারীগী থৌদোক্লা শৃ: গী অহানবা চহী চা ইতিহাস লৈরবা মতমদা থোকলি মসিদা নত্তনা মরু ওইবা মীসক char-acter খরবুসু শা-উচেক্তা মশক লাক্লা symbol ওইনা সীজিন্নদুনা লাইতিনগী য়া নত্রগা অসেম্বা য়ারী ওইনা উহল্লি। মসীবু অসিবগী লৈবাক্তা চত্তুনা অসিবগী নিংথৌ লৈনুঙ থোঙঙারেলগা য়া ঙাঙনহল্লি। পোইরৈতোন কৌথোকলুরি। অসিবা লৈবাক্তা লৈবা মীগা য়ারী শানরি। অসেম্বা য়ারী ওইনা থমলি। হৈরোঙলেল লোঙজুম্বা অমসুং পিয়াইনুনা পোকপা নিংথৌ হৈরোঙলোন থাঙাঙ লেলববু লৈনুঙ থোঙঙারেল অহনবা হায়না থমলী। অদুবু লাইরিক অসিদা উৎলিবা ইতিহাসগী মীসক পোইরৈতোনগী থবক অসিনদি অশেম্বা য়ারী ওইহন্দ্রি। Symbol অসিত্তনা অসেম্বা য়ারী ওইনা উহল্লি। মসিনা অয়িবা মনিং তমদবা অদুগা য়াম্না মরী লৈনহল্লী। মনুংদা অরোনবগী মমি অমা তাহল্লী।

মৈতৈগী অরিবা লাইরিকশিংদা symbol সীজিন্নবা খুৎই অসিদি লৈবাক্কী অওনবা লৈবাকান্দা ইবা ওইনা লৈ। খুদম ওইনা মোরিয়া ফম্বালচাবু "হঙোই" অঙোম্বু "চুম্মৈসাং কান্নবা" অসুম্না symbol খরা অসিত্তনা মমাংগী চহী চাদা অওনবা তাকখি। পোরৈতোন খুম্ভোকপসু symbol না অসেম্বা য়ারী ওইনা অওনবা মসক তাকপা লাইরিকনি। অসেংবসু খৃষ্টগী অহানবা চহী চাদা সবী অমদি নোংলুমদগী পোকপা মীনা রাজনৈতিক ইতিহাসকী মতমদা নিংথৌ ওইবা ওইথোক্তবা য়াফমনি, মীনা থাজরোইদবা য়ানি। অদুনা পোইরৈতোন খুম্ভোকপা হায়বা লাইরিক অসি লৈবাক্কী অওনবা তাকপা রাজনৈতিক ইতিহাসনি।

### Symbol শী য়া খরা

অরিবা লাইরিকশিংদা লৈবাক্কী অওনবা লৈবা মতমদা সীজিন্নবা সক্তম খরগী মতাংদা থিরেল অমগী য়াদু সম্না খরা থমজগে। মসি খঙ্গবদি পোইরৈতোন খুম্ভোক নৈনবদা খরা মতেঙ পাঙগনি। মসিনা লাইরিক অসিগী মরমদা চিংনবদু খরসু কোকনি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | য়াউরও সাতোকপা | — | নিংথেম ময়ূম |
| ২। | সবী য়াম্ম তোমবা | — | সরাং লৈসাংথেম |
| ৩। | য়াবা চেংঙাচা | — | অঙোম |
| ৪। | য়াংবা সিরাইকংচা | — | খুরাইজম |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৫। | ইপুরোই অমুদোন লেবাব | — | লায়রেনজম |
| ৬। | অনতৌরিবা | — | য়াংনু য়য়বমগী মপু |
| ৭। | থেংচা কোইচা | — | থোঙবম |
| ৮। | মরি লিসাব | — | লিসম |
| ৯। | মরাং লাংসাব | — | লাংতেম |
| ১০ | উরো লমপুরা | — | থাউদেম |
| ১১। | উথুম | — | পুঙগ্রাইজম |
| ১২। | থৌরই ব্রাখরেক | — | তোইবিজম |
| ১৩। | সোঙাইরাবা | — | চিঙঙাসঙবম |
| ১৪। | পুসুম লাংসুম | — | কনবীবা মপু, পিসুম |

মথক্তা পীরিবা symbol অসিগা পোইরৈতোন খুম্বোকপদা পীরিবা symbol অসিগা ব্রাফম অমা অনীদা ব্রাহম্বোক খরা থেম্নে। লাইরিক অসিগীদি সাজংকী মতুং ইন্না symbol পী। লোন্না থবক তৌবা খমতিং কোনবু সবী, মীগীদা তাংদুনা লৈবা পোংবুনা সাতোকপা, কোইচেন চেনবা অব্রাবা তারবা প্রজাবুনা ব্রাবা, কৌরুবা পোইরৈতোনবুনা য়াউরও সাতোকপ, লম্বীদা লৈবা অঙোমবুনা পানবা (লম্‌ফম্বা) অদুগা সুগুনু মখা ব্রাংব্রেন্না কোনবা লমবুনা খমনুং, কংলৈবুনা তাইবঙপান হায়না সীজিন্নরি। অদুগা খমনুং ঈব্রাইতাগী নিংথৌ হৈরোঙলেল থাঙাঙলেলববুনা লৈনুং থোঙঙারেল ওইরি।

**লাইরিক্কী ব্রা খরা**

পোইরৈতোন খুম্বোকপা হায়বা লাইরিক অসি লৈবাক অসিগী রাজনৈতিক ইতিহাস মসক তাকপা লাইরিকনি। মতমনা ঙানবা খমতিংকোন্না পানবা মতমনি। থৌদোক্কা মমাংঙৈ কংলৈগা খমনুং কংলৈগা (সুগুনু মখা ব্রাংব্রেন্না কোনবা লমগা) পুকচেল থোয়জেল তিন্ননা নুংশি চান্ননা, চারৌ মৌরৌননা পাল্লিঙৈদা অঙোমনা লৈবাক মুন্নবা হোংনবদগী লৈবাক পুবা ঙমদদুনা পোংগী (কবোগী) মতেঙ লৌদুনা লৈবাক ঙাকপা মতমনি। পোংগী কা হেনবা সাজংতা লৈবাক ব্রারদুনা ঙানবা খমতিং কোন্না খমনুং ঈব্রাইতাগী নিংথৌ লৈনুঙ থোঙঙারেল অহনবা হৈরোঙলেল থাঙাঙলেনবদা হায়জরুবগী, মতেং লৌরুবগী ব্রানি। লৈনুং থোঙঙারেল্দি মাগী লৈমা লাইখুরেম্বীনা য়াদদুনা মনাও পোইরৈতোনবু থারকপনি।

লাইরিক অসিদদি পোইরৈতোন্না লাকপা অসি লাল তানবা লাকপা মান্দে। খুন তাবা লাকপা ওইনা উৎলী। লালগী অমদি লৈবাক ঙাকলুনবগী ঋা পন্দে। সিদা-নাদবা মফম থিবা, লম মমিং থোনবা লম অসিগী মনাৎ চৎনবী খরা উৎপনা লাইরিক অসিগী মপুং ওই। মানা পুরকপা মীশিং অদুগী লৈফম তাক্লগা পোইরৈতোন মশানা মপা মপুগী লম লমদেংদা লৈব্রগা লোই। মানা লান্দা মায়থীবগী ঋা ইপন পন্দে। মাবু মায়থীবা পীরিবা পাখংবগী ঋাসু পন্দে। পাখংবা হায়বা মিংসিমকসু ময়েক সেংদনা থম্মী। মমৈদদি, লাইরিক অসি রাজনৈতিক ইতিহাস ওইনা উহন্দে। লম্মিংলোল ওইনা থম্মী।

অতোপ্পা খন্নগদবা ঋাফম অমনা লাইরিক অসিদা পোইরৈতোন্না খুন থিবা লাকপদা খৃ:২৬৪-৩৬৪ গী মীসক য়োইমোংবগা তুম্বীদা থেংনরে। মসি দোষলা গুণলা হায়বা ঙমদবা ঋাফমনি। মসিমদি মীয়ামদা লাইরিক্কী য়েংনা লানখোকচরে।

লাইরিক অসিবু রাজনৈতিক ইতিহাসনি হায়বা অসিদি করথোঙ লমলেন অমসুং পাখংবা নোংগারোন্দদি ময়েক সেংনা পী। মওংনা — (১) ঙানবা খমতিং কোন্না লৈবাক ঙাকপা ঙমদবদগী পোংগী মতেংনা লৈবাক ঙাকপা (২) পোংনা ওৎপা- নৈবদা প্রজা খাঙবা ঙমদনা ঋাবা (৩) অঋাবা অদু উদুনা অঙোম্মা লৈবাক মুন্নবা হোংনবা (৪) ঙানবা খমতিং কোন্না পোইরৈতোন কৌরুবা (৫) অঙোমনসু পাখংববু মতেঙ পাংনবা কৌরুবা (৬) পাখংবনা কু তৌবা ঋাফমশিং অসি ময়েক সেংনা পী। মতাং অসিগা মরী লৈননা পাখংবা নোংগারোন্দা পোইরোতোন অমসুং ঙানবা খমতিংকোন অনীনা ঙাঙনবা ঋাফম খরা মখাদা থমজরি :—

*"খুনুং য়োয়চাখা চাখা অরিবগী হয়না মতুং ইনথরকপা থৌদু নুঙথোঙ চিঙগী লমহওরকপ চিঙখোঙ পোইরৈতোন লয়নুঙ থোঙঙারেল অহনবগী তানলোই অখুবী লুমলেল অতোনবী অহিং তরা চাখোংপী নোংথিল সংলউ লোনলাংবী লয়ম লৈনাও তাবীগা তাইবঙ কোইচা পোং, খুংসু খুংলাই পুন্নমক হিংন মুলন চাব, তাপোং সাপোং য়াংসব, হাউফি সাব লয়নুং ইমাইপী লিরি লাফোংবী মাঙবায় তুংঋায়বী সজ্জি লাংকাপগী মমিঙ সুন নেমথোক্‌লকপবু তাইবঙ নিংথৌ অপানব তুবী য়োয়নোংতা নোংতা লাইরেল পাখংবন সমু খুংঙম থিন খোমখিরবগী*

*চিঙখোঙ পোইরৈতোন্ন য়াইবী মনুং হুউ, তিল্লাং মখোই সাউন নিঙখনখিয়ে। থৌদু নুঙপাক ফম্বা ঙানব খমচিং কোনদ লয়নুং পোইরৈতোন অতোনবদ নুংসি মপাও তম ব্রাহয় পরেং সীনন ব্রাহমজরুইয়ে — অব্রাং লাইনা পাংবরমদগী চকমোম্ খাম্বী মইরুপ তৈ, তাঙজ লুবু ব্রাংন নোংখোলবমগী সুমাঙদ ঙানফুং ঙালন ফমফম্ব অসিন তানলোই ইতু খোমখিরে, তাইয়ম ইনাই মুনখিরে হায়ন ব্রাহমলুববু ঙানব খমচিংকোন হাইহৈবন পাওখুমখিয়ে – চিঙঙু অরেম্ব নোংতারেলনে, নোং লিক্লাই অহেনব অসিবু খোইয়ুম লাইপুন্নমন তাল্লোই মীতু খোঙ তাইয়ম্ মীনাই মুল্লো নোংতম্লকয়ে হায়ন পাউখুম্ববু চিঙখোঙ্ পোইরৈতোন্ন মতোম নিঙখনখিয়ে। * * * * মাদি মনাদসুঙ চংনদে, মতোলদসু ব্রায়নদে। লাংসনা অহেনবীন অয়গি তাইবঙ কোইচা পোং, খুংসু খুলাই পুন্নমবু খোমখরে। অয়বু তাইবঙ খুননিংথৌ ব্রোইবো হায়ন পাওথেমলবসুঙ কদাইনো, তাঙজ ইখোঙ খুনসুঙ খঙদরে হায়ন পাওহংববু ঙানবা খমচিং কোন্ন পাওখুমঙম্মে। চিঙখোঙ পোইরৈতোনও তাইবঙ কোইচা পোংপু মুনখিববু কদৌব ব্রাওইবনো? খোইয়ম লেংন পুন্নমন মাবু পোইরৈ খুননিংথৌবু ওইসনো হায়বগি ব্রায়েন নোংদমলে।"*

মথক্কী ব্রাফম খরা অসিনা পোইরৈতোনবু নিংথৌ ওইরো হায়না কৌবনি হায়বসি পোইরৈতোন খুম্ব্রোকপদা ময়েক সেংদ্রবসু পাখংবা নোংগারোন্দদি নিংথৌ ওইরনবা কৌবনি হায়বসি ময়েক সেংনা হায়বি। অদুনা পোইরৈতোন খুম্ব্রোকপা রাজনৈতিক ইতিহাসনি হায়বসু মযেক সেংলি। লাইরিক অসিদা মতম অদুগী লৈবাক ব্রায়েন, চংনবী মনাং, লাইনিঙ লাইশোল, লম্মিং তুমিং সেল থুমগী ব্রা নত্তনা লৈবাক্কী ফিভম পুন্নমক মমি তাবা লাইরিকনি।

### পোইরৈতোনগী মসক লেপ্পা

পোইরৈতোনসি ব্রাহম্ব্রোক য়াম্বগী মতিক সাইওনসু য়াম্মী। মেরিং দিমেরিং লৈ। অদুবু মী অমা মসক খঙবসিদা লাইসিংনা চংনরম্ববসিদি সাগৈ সলাই পাবী পুরী, মতিক মথৌনা মপাঙ্গল মরৌশিং, চারৌ মরমচং মব্রাহৈ য়েংবা অসি চংনবম্মী। চংনবী অসিগী মতুং ইন্নদি পোইরৈতোনসি লুব্রাংলোল অমসুং লুব্রাংলোল খোঙগুনগী মতুং ইন্না লুব্রাংনি। মপা মপুনা সলাই খুনগুমগী মতুং ইন্না লৈরিবসি লৈফুরেল চন্নুন পোংথাং পোংহল চিনফুরোল লাইচিঙ ঙানবীনা নোংতমলেল অখুবা, লৈথম নিংথৌ চন্নূনা নোংতমলেল অহনবা চিংনু লৈমন

কুরুমলেল মৈনাইদবা পীসিনুনা নিংথৌ হৈরোঙলেল লোঙজুম্বা পিয়াইনুনা নিংথৌ হৈরোঙলেল থাঙাঙলেলবা মনাওদি পোইরৈতোন খোংফাং অতোনবা মমিংদি তাঙখোঙ কৌয়ে মসিতনা মাবু মৈতৈ লৈবাক্কী মী নত্তবদৌন উহল্লি। পোইরৈতোনবু লুব্রাং সলাইনি হায়বদা চিংনহল্লী। ব্রাংব্রেন খুনগুমদা ব্রাংহৃকলেন্না কৌব্রুদগী খমনুং ঈব্রাইতাদা লৈখিবগী ব্রাফম অদু ময়েক সেংহন্দে। পোইরৈতোনবু লৈবাক অসিগী চাদা নাওদা নত্তে হায়বসিদি লাইসিংনা য়ারমদে ব্রাংহৃকলেলনা পুকোকনি হায়। ব্রাফম অসিগী মতুং ইন্না পোইরৈতোন লৈবাক অসিগী মীনি। কৌব্রু চীংদা হান্না লৈরম্বা মীনি হায়বা ব্রাফম অসি থমজরি।

মরৌসিংগী মতাংদা করথোঙ লমলেলগী ব্রা মতুং ইন্না পোইরৈতোন্না পাখংবগী মতিক মঙন খুৎসু খুলাই অমসুং মীচঙ ফবা উবদগী মাগা লাম্বা পাবা ঙম্লরোই খল্লদুনা তোলোংদা সিসিন্নরে। লৈনাওতাবীসু পোইরৈতোন সিরে হায়দুনা কপসিন্নরে। মাগী মতৌ অদুদা ময়াম্বা থোঙঙারেন্না অপানবগা (পাখংবগ) ব্রা তান্নখি। থোঙঙারেন্না (পোইরৈতোনগী মতাং খঙলদুনা পোইরৈতোন হিংলকখিগনি হায়রমলগা মফম অদু থাদোক্কুনা চংখ্রে। পোইরৈতোন হিংলক্লে। পাখংবদা চঙজরে। চঙজরক্লবা মীনি হায়দুনা পাখংবনা কনবীরে।

পাখংবনে থোঙঙারেন্নে পুরৈরোম্বনে লাইসারানে লৈনাওতাবীনে পুন্না ব্রা তানরে। লাইসারাবু লাইসনা কৌনা পাখংবদা থাজরে। পোইরৈতোনবু মাগী মরৌসিং অমসুং মসেল মবাই ওইবগী মরীদ অমদি সিরুরগা চঙজরকই হায়দুনা "সিম্নৌ নোংথোন ঈব্রানক্কী" হায়দুনা নোংথোনফম পীরে। নোংথোনফম ফংদুনা লৈবাক্কী ব্রায়েল থৌদাদা য়াওদুনা তানয়েসঙ, মাইবী লোয়সঙ, পেনা লোয়সঙ অমসুং অসৈব লোয়সঙ হায়দুনা য়োয়রেল সঙদগী লোয়সঙ লিংদুনা খাইখি। অদুদা নত্তনা ঈসৈ হনবা, হাঙসু হনবা, হিসা হনবা, থাঙসা হনবা, কোনসা হনবা হায়বা ফম হাপতুনা সঙ লিংখি। খুৎহৈবা সঙসু লিংখি। ফমশিং অসিবু ফমলোন্দা পোইরৈতোন ফমলুপ হায়না মসক নাইনা থমখি।

পোইরৈতোনবু লৈবাক্কী মফম অয়াম্বা চংলবা খঙলবা মীনি হায়দুনা মীগী চাকচা ফিসেং লাইনিঙ লীচং তম্বীনবা সিন্নখি। হান্না লৈজরম্বা কারাং মরাং, সারাং অদুদগী মী লাংপা তোকহনখি। মানা হান্না লৈরম্বা নুঙ, উ লাংপদা নুঙ

হোঙবা, উ হোঙবা তম্লীখি। নুপা লৈতবা নুপীবু "থংসিন্নৌ" হায়দুনা মানা পুরকপা চিঙমীদা মতৈমা লৌবগী চৎনবী লৈহনখি।

চরৌ মৌরৌ অমসুং মরমচৎকী মতাংদা পোইরৈতোন খুম্বোকপা হায়বা লাইরিক্কী অহানবা সৈহৌদা হয়া নত্রগা হৈয়া হে গী মহুত্তা সিল্লিবা ৱাতা অসিনবু মতাং অসিদি ফনা ময়েক সেংলে। ৱাহৈসিং অদুগী ৱাহম্বোক্তি লাইসোল হোংনরমদে মিংগৌ থাগৌ হোংনরমদে। লাইনিঙ লাইসোন মিংগৌ থাগৌ অমা হোংবদি ওন্না তৈনবদি ইপুবোক চিঙখোঙ পোইরৈতোন ময়াম্ববু নুংশিদবা অসিসু কোনবনে য়াওবনে, মানা হৌবনে হায়বনি। শৈরেং সৈহৌ অসিদা য়াওরিবা ৱাহৈ "মখুরোল" হায়বা অসিদি ৱাহম্বোক খরা মরৌ লৈ। ৱাহম্বোকসু খরা য়াম্মী। মখুরোল হায়বগী ৱাহম্বোকসি (১) মখা পাংনা চেনথবা, মখারোমদা চেনবা তুরেল (২) নুংশিননা কায়নবা (৩) তুরেলগী ঈচেল হংগৎনা চেন্দে হায়বা মচিন মনাওদা ময়াম্বনা হেন্না নুংশি হায়বগী ৱাহম্বোক খরা অসি য়েংলবদি পোইরৈতোনসি ময়াম্বা নুংশিদবা লাইনিঙ লাইশোল মান্নদবা মীনি।

সৈহৌ অসি হেক য়েংবদদি পোইরৈতোনবু লৈবাক অসিগী লাইনিঙ লাইশোল চত্তবা লৈবাক অসিগী চৎনবী মিংগৌ থাগৌদি চৎনদবা মিংগৌ কৌবা, চৎনদবা লমচৎ চৎপা মীনি হায়বা তাকই। মাগী মরমচৎকী ৱা অসি নুংবাল পোম্বী লুৱাওবা, করথোঙ লমলেল অমদি খুনুংসৈ য়েংলবদি মতৈমা লৈমা লৈনাওতাবী অসি ময়াম্বা লৈনুঙ থোঙঙারেল মসানা য়ানা পোইরৈতোন্দা পীরকপা মান্দে। করথোঙ লমলেন্দা ময়াম্বা লৈনুং থোঙঙারেন্না মাগা লাল য়ান্নরিবা পাখংবনা মপোৎ মচৈ, মতু মুননবা হায়রকপা ৱা অসিনা তাকই। নুংবাল পোম্বী লুৱাওবনা অমসুং করথোঙ লমলেলদা পীরিবা ৱা অমদি সিদ-নাদবা লম থিবা অসি য়েংলবদি পোইরৈতোন মরমচৎ ফজদে।

পোরৈতোন্না তৌরম্বা থবক অমসুং মাগী মরচৎতা অরিবা লাইরিকশিংদা ইরম্বা ৱা খরা থমজরি ঃ- পোরৈতোন্না লৈবাক অসিদা লাকপদগী হান্না চৎনরমদবা লৈরমদবা কয়া পুথোরখি। চৎনবী কয়ানা থুগাইখি। নুপানা পোৎকম ফম্বা, মতৈমা লৌনবগী চৎনবী চিঙদা থমখি। লাইসোন্দা পোংনিং লাইসোন লৈহনখি। সম্না হায়রবদা পোইরৈতোনসি লৈবাক অসিদা অহানবা অওনবা পীবা মীনি। কংলাগী তানয়ৈ সঙদা মকোক ওইখি। মাবুনা লম্মাবা, লৈনাও তাবীবুনা লাম্মাবী হায়দুনা তানয়ৈসঙগী লাই ওইখি।

লুব্বাং সলাইনা লৈবাক অসিগী সলাই মকোক ওইবগী ব্বাদা **মসিল** হায়বা লাইরিক্তা ফংবা ব্বা খরগা থমজরি — *পোইঁরৈতোন্ন ইঁরাং-থৌনি, অহোঙ-অচাও থোকয়ে। নুং-পাল অনীমক্ত ফাওন পাল্লে হায়বগী নুংবাল-লুব্বাং কৌয়ে। সলাই মাপলমবু তান পোকপ নুং-পাল অনীমক্ত পানব লুব্বাং সম্বুব হায়ন অতিয়া সিদবন থোনবিরে হায়।* অসিদা নত্তনা *"পোইঁরৈতোন কৌব মপাল থোকখিবা লাই অদুনা লৈবা খৈবিকপু ব্বাংপ লৈতনা সেম সারে। চাকচা ফমফম অসেং-অরোয় অথুম-অহাও, অসেম-অসা, অঙাং-অমু, অঙক-অরং সেম সারে। অহোঙ-অচাও ইঁরাং-থৌনি, মীরাং-ঈরাং হিয়াংগৈ কুম্মৈ, মিকোল থাকোল লমথোক হিদোং সুন তমলে। মমাঙদা লৈঙম্বা সাককপ, ব্বানকাব ককলা হেমচেং *** লয়ম তান্নু নিংথৌ কাংব, মোরিয়া ফম্বালচা অসি খৈবিক লৈঙম্ববু অহোঙ অচাও, ইঁরাং থৌনি লৈঙমদে। পোইঁরৈতোন্না অহোঙ অচাও ইঁরাং থৌনি থোকয়ে"* হায়না খংঙোই য়াংঙোই, খংঙোই য়াংঙোই সেকনিংদা হায়রি। মসিমক্তি মসিল হায়বা অরিবা লাইরিক অমসুং লোইসঙ মসিন্দা য়োয়রেলগী সঙনা পুরিবা থৌ অসি য়েংলগদি কয়া চানদে। উমংলোলগী ব্বা য়েংলবদি মথক্কী ইঁরাং থৌনি তম্বা হায়বসি য়াম্না চিংনৈ। পোইঁরৈতোন্দি মচা মমিং ফাওবা থোনবা হৈতে হায়গনি।

**মতেং ফংবা লাইরিকশিং ঃ-**

| | |
|---|---|
| ১। খংঙোই য়াংঙোই, | ২। খংঙোই য়াংঙৌই সেকনিঙ |
| ৩। নোংপোক হারম | ৪। করথোঙ লমলেল |
| ৫। পাখংবা নোংগারোল | ৬। লম্মিংলোল |
| ৭। খুনথোঙ নওরুম | ৮। ঈরাংলোল |
| ৯। উমংলোল | ১০। কৌব্রুলোল |
| ১১। ব্বাব্রেনলোল | ১২। ফমলোল |
| ১৩। ব্বায়েল (মিংগৌ ব্বায়েন) | ১৪। সলাই খুনগুম |
| ১৫। লুব্বাংলোল | ১৬। লুব্বাংলোল খোঙ্গুল |
| ১৭। খুনুংলোল | ১৮। থিরেল ॥ |

# পোইরৈতোন খুম্বোকতা তারিবা সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী মশক

ডা. পোলেম নবচন্দ্র

পোইরৈতোন খুম্বোক অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী য়াম্না শীংথানরিবা লাইরিকশিংগী মরক্তা অমনি। মণিপুরগী ইতিহাস অমদি সংস্কৃতিবু থরায় য়াওনা খোঙ্গুল লীনবা হোৎনরিবা কাওবুশিংগীসু মরু ওইবনি। অঙনবা মতমগী অশৈবশিংগী খুৎশেমদা হান্নগী লীশাঙশিংনা চেহুরক্লিবা ঈচেলশিংবু চেকশিন্না ঙাকপদা মরুওইবা মীৎয়েং থনম্মী। মশাগী নত্রগা অকোয়বদা লৈরিবা সমাজগী ব্লাখলদা থৌনা পূক্লিং চংদবগুম তৌরম্মী। শৈশেন্বগী মওং ব্লাহেংগী মচল শেন্বদা চিহ্বাং য়ৈনা লাক্লিবা হান্নগী চৎনবীশিংদু ঙাক্তুনা থম্লবা হোৎনরম্মী। লাইরিক অসি করম্বা মতমদা ইখিবগে হায়বগী মতাংদা অখণ্ড অহৈশিংগী খেন্নবা মত লৈরবসু মসিবু চহীচা তরানিপালগী মমাঙদা ইখিবা লাইরিকশিংগী মনুং চন্না থম্বদা য়ানদবা থোইনা লৈতে। অদুগীসু মথক্তা ঐখোয়গী পূক্লিং হেন্না চিংশিন্নিংঙাই ওইরিবদি মতম লেপ্লদা নত্তে লাইরিকসিদা তারিবা সমাজগী অমদি সংস্কৃতিগী মশেক মঙালশিং অদুনি।

অঙনবা মতমগী মৈতৈগী অশৈবশিংনা নুং অমসুং পানগী অর্থ চেনবা লাই-তিনগী ব্লারীগী মওংদা শৈশেন্বগী চৎনবী য়াম্না পাম্লবগুম তৌরম্মী। লাইরিক অসি অঙকপা মওংগী শা-উচেক্কী ব্লাবী ওইনা হৌরকই। অদুবু ব্লারী মপুংদি পোইরৈতোন অমদি মাগী খোঙলোয়শিংনা খুম্বোরকপা, তাইবঙদা করম্বা শিদ-নাদবা মফম লৈরিবনো হায়না কোয়না থিরকখিবা, অব্রা অনা কয়া থেংনখিবগী ব্লারীনি। মসিগা লোয়ননা কবো অমসুং মরুওইবা পোইরৈ মৈতৈগী তোঙান তোঙানবা লমশিংগী মমিং থোল্লম্বগী ব্লারোল লাইরিকসিংদা য়াওরি। অরিবা লাইরিকশিংদা লমদম অসিগী মমিং অঙনবা মতমদা নমথক শারোনপুং, মুব্রা পল্লিনচিংবা কৌরম্বা থেংনৈ পোইরৈতোন খুম্বোকপদগী পোইরৈ মৈতৈ কৌথি থাজনৈ। (খেলচন্দ্র : সাহিত্য ১৯৮৮, ৬৯-৭০)।

*সমাজগী শক্তম :* অণ্ডনবা মতমগী মীয়ামগী পুন্সিগী সমাজ অমসুং হিংবগী মরী লৈনবা শু নোম্বগী মওং লাইরিক অমতদগী খণ্ডনবা হোৎনবা অরায়বা থবক নত্তে। পোইরৈতোন খুন্থোক্কী অহানবা শরুকসি মপানগী সিম্বোল শীজিন্নদুনা শেন্দ্বা অর্থ অমদগী হেন্না পুবা য়াবা খুৎইনি। অদুবু ব্রারীগী মখা চৎথরকপদি অদুগী মওং নত্তে, অহৌবগী তাংকক অদুগী ওইবা ইপিসোদিক এলিগরীগী মওংনি হায়বা য়াই। পোইরৈতোন অসি অখণ্ড অহৈশিংগী মীৎয়েংদা খুষ্টগী অহানবা চহীচাগী নোংদা লাইরেন পাখণ্ডবগী মতমগীনি থাজনৈ। পোইরৈতোন খুন্থোক্কী অহৌবদা কাণ্ডলুপ মশেল অমনা অমবু খুদুম চন্নবা হোৎনরকপগী অকনবা লাল্লোং শিন্নরকপগী মশক উৎলকই। তোকপনা শবী অমদি ব্রাববু নমথনবা হোৎনরকপদগী মমৈথংদা ব্রাববু য়োৎশিনখিবা শবীনা তণ্ডাইফদনা ফিবমনা চেন্দুনা অতোপ্পগী (থোংঙারেনগী) মতেং লৌখিবগী থৌদোক য়াওরি। মতাণ্ড অসিদা ঐখোয়না তোকপা, শবী অমদি ব্রাবা কনানো করি ওইরম্বা য়াবগে হায়বদু মপা লাক্তুনা য়েংবা য়াই।

অণ্ডনবা মতমদা লমদমসিদা সোরারেন অরিবা অহুম পাল্লম্বগী ব্রাফম থেংনৈ (চেংলৈরোন)। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন অরিবা লয়কু লৈরাইনুংদা মরান হান্না য়িমতমণ্ডমপা অহুমমানা লাইরেন লাইপাখণ্ড অহেনপাদা, মসানৌ লাইসনা অহেনপীকা মালেম কংলৈ পুংময়োল নুংঙাইবতা পাল্লবদা খুরুমজবগী অমদি 'কংলৈ পুংময়োলদা, মরান হান্না য়িমতমণ্ডনবা খাপা লৈরেনখৈ কংলৈ লৈবাক মপানা নোংদা লাইরেন পাখণ্ডবনা খুনকুমলকপদা ময়াম চণ্ডদুনা ওকখিবগী থৌদোক 'পাখণ্ডবা নোঙ্গারোল'দা য়াওরি। মসিদসু নত্তনা মৈতৈগী অরিবা লাইরিক 'পান্থোইবী খোঙ্গুল' 'চকপা' খুন্দা খুন্থোকনচিংবদগী খাবা শালাইনা লমদমগী কোনুং কংলাদা পাল্লম্মী হায়বসি খণ্ডবা ঙমই।

'খুষ্ট অহানব হৌগৎলকপদা নোংদা লাইরেল পাখণ্ডবনা লম
অসিদা পাল্লম্না নিংথৌ অহুমবু মখা পোলহনখি।
হায়রিবা নিংথৌ অহুম অসিবু সোরারেন অরিবা অহুম
হায়না খণ্ডনৈ। হায়রিবা নিংথৌ অহুমসিগী মনুংদা অমদি থাঙ্গ
কম্বোংগী নিংথৌনি। থাঙ্গা কম্বোং অসি হৌজিক চেংলৈ হায়না
খণ্ডনরিবা কাণ্ডলুপ অসিনি (খেলচন্দ্র সাহিত্য ৮৮, ৬৯ ৭০)

চপ চানা হায়বা ঙমদ্রবসু নত্রগা য়েৎননিংঙাই ওইবা য়াওরবসু 'লৈহৌ নোংহৌগী' মতুংইন্নদি ৱাবা, শবী অমসুং তোকপবু চেংলৈ, ঙানবা অমদি লুৱাংনি হায়বগী খুদম পীরি । কোঞ্জিন তিংথোকপনা নিংথৌ ওইগে হায়দুনা পাখঙবা কৌনা নুমিৎকী পুংমাদা লৈরে । মহাক্তগী সোরারেন অহুম থোরক্লে। অমদি শাবিনা শারে । অমদি তোকপনা শারে । অদুগা ৱাবা নঙদি লৈকু লৈরায়দা ঈমশা তমলৌও । ফুশা ৱানসা তমঙাও । চেংলৈবম ওইনা ফুশা ৱানশা তমলৌও । সাবি নঙদি ঙানবা খমজিংকোন শাও । তোকপা নঙদি হাৎনবা লুৱাং শাও । (অমুবী, ১৯৮০)

পুন্নমক অসি য়েংলুরগা লৈবাক্কী মপু পান্দ্রবা অকনবনা অশোনববু তুহৎলবা লৈবাক ৱায়েল লৈত্রবা মতমদা অচুম্বা লৈঙাক পথাপ অমা পুরক্লনবগীদমক পোইরৈতোনবু কৌথোকলুবনি হায়বা তাই ।

পোইরৈতোন্না খুছোরকপদা খূৎশু-খূৎলাই য়োৎকী চৈশু, লিরুং তেন থাং শীংজঙ শনথিন তা, থোংদুনা চাবা য়াবা হিংনা চাবা য়াবা পোৎলম চাম্মা পুদুনা লাকই । মৈবু চেকশিন্না পুবা মনাই অমসু লোয়নরম্মী । মৈতৈশিংনা মৈবু শৈথারকপদা 'পোইরৈতোননা খুছোকঙে মৈতে লৈমা লৈনা ওতাবীনা তাইবঙ খুল্লিং মৈ' হায়রল্লিবসি মহাক্কী কাঙবুনা মৈবু লুনা তৌরম্বা অসিদগীসু ওইরম্বা য়াই । তৌইগুম্বসুং মহাক্না খুছোক্তিঙৈদা লমদমসিদা হান্ননা মৈ শীজিন্নরমদবগী ৱাফমদি নত্তে । চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিদবা হেমবা নাদববু লৈরিব্রা হায়না খুছিরকপদা লোইবী মরেমনা চীংখোঙ পোইরৈতোনবু চকমোম খাম্বী মৈবু লিংনা (লা: ৪৪) ঙাইরম্বা থেংনৈ । মহাক্না অমুকসু শিদ নাদবা মফম কদায়দা লৈরিবগে থিরকপদা মরেংবান্দা শীংজঙ থোংদুনা চৎপা চকপা পাখং অমদা মৈবী তাঙ্গোই পাইরিবা মৈখু নোংলোন কাবা অসিবু করি মৈনো চফু মৈইকপগী চরু ফুদিৎ থাবগী মৈরা হংখি । চকপা পাখঙবা চকপা ফাল্লৌ ঙমপী মপারী শাংফুরাইবা শিবগী পোৎলোইবগী মৈনি খুমখি (লা: ২৯) । পোইরৈতোননা খুছোরকপদা লৈবাক অসিগী লাইসোল তিনশোন মিকোন থাগোন ইরাৎ থৌনিনচিংবদা অহোংবা লাকখি হায়বসি অতোপ্পা মৈতৈগী লাইরিকশিংদসু থেংনৈ । অয়াম্বা অতে অরিবা লাইরিকশিংদগী তোপ তোপ্পা তারিবা পোইরৈতোন খুছোক্কী শৈহৌ 'খানিংবা হোংনদে মিকোনবা

হোংনদে, খানিং মিকোন অমা তৈবদি ইয়ুব্না চীংখোঙ পোইরৈতোন মখুরোনবু কোনবনে' হায়বসিগী মরমদা খূৎই লাইরিকশিংদা অসুম্না ইরম্বা থেংনৈ । ... পোইরৈতোন কৌবা ... লাই অদুনা লৈরিবা খৈবিক শেম শারে । চাকচা ফমফম, অথুম অহাও, অথেম আশা, অতাক অঙাং, অমু অরাং, অশং-অমান, অহোং-অচাও, ঈরাৎ থৌনি, সিরাৎ মথোল হিয়াঙ্গৈ কুমৈ মিকোন থাকোন লমথোক হিদোং সুনা পান্না তম্বীরে । মমাংদা লৈঙম্বা শা ককপা ব্নানককপা ককশু তোনলোংবা কক্লাই হেমচেং লমপি সনশেন পিতীংকোই লমপিচা নিংথৌ ককসু তোনলোংবা লৈমা উরুম খাওচোনবী লৈমা তানু নিংথৌ কাংবা, মোরিয়া ফমবালচা অসি খৈপিক লৈঙম্ববু অহোং অচাও ঈরাৎ থৌনী লৈঙমদে । পোইরৈতোন্না অহোং অচৌ, ঈরাৎ থৌনী থোকহল্লে হায়বগীদমক খানিংবা হোংনদে মিকোনবা হোংনদে, খানিং মিকোন অমা তৈবদি নয়ুব্না চীংখোং পোইরৈতোন মখুরোলবু কোনবনে (খাম্মোই য়াংমোই) হায়রিবনি ।

লমদমসিদা অমদি অনকপদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা কাঙলুপশিংগী লৈফম ফিজেৎ চাকচা হৌনবী শাজৎনচিংবগী মরমদসু পোইরৈতোন খুছোকতা উবা ফংই । 'থোংনাং ময়াং ওইগদবা নঙদি থাংশাং ওইরমহুন খ্বা য়াচু শায়না মোইবুং পোংতম শেম, লিকোল খাওজাও য়ান্না থোংনাং লৌমন লাংদা কোইনখিও । তখেল লানং ওইগদবা নঙতি পাশোৎ লোইতাং শেৎ থাংশাং ওইরম হুলনা কোনখিও (লা: ১৮-১৯) । মতৌ অসুম্না শেনবী কবো, তাংখুল, তরাউ, মরিং, খোইবু, খারম, চকপা, মোইরাং ওইগদবা মৈতৈ ওইগদবা পূম্নমক্কী মরমদা লাইরিকসিদা ইরম্বা উবা ফংই । অচৌবা ফুরূপ অমদগী মশানা মরোমদোম হিংজবা ঙম্বা অপিকপা কাঙলুপ মচাশিং থোরকপসিনা অমরোমদা মপাঙ্গল লৈবা অচৌবা লৈবাক অমা শেমগৎতুনা অনৌবা লৈঙাক ব্নায়েল পুরক্লবা হোৎনবদা খুদোংচাবা পী হায়বা য়াই ।

*পুল্সিমরেল* ঃ মফম মতম অমদি ইতিহাসকী ওইরিবা ফিভমনা অঙনবা মতমগী মশীংনা মহৌশাদা মপান তাংলম্মী মহৌশাদগী মশাবু ঙাকথোচনবসু হোৎনরম্মী । মখোয়বু অনা অয়েক অমসুং অশিবনা তওনা মিপাইবা পোকহল্লম্মী। শা চারম্মী য়ু থকল্লম্মী শীং চনবা, শা তানবা, মতমদুগী তঙাইফদবা থৌ ওইরম্মী । লীরুং তেন্নচিংবা খূৎশু খূৎলাইশিং শীজিন্নরম্মী ।

লাং থাক্কুনা শা ফানবা হোৎনরম্মী । চীংখোঙ পোরৈতোন্না কোয়না চৎপদা মাগী হুই অদু মীনা থাকপা শা ফানবা লাংদা থুবদগী মহাক্না অমুক হন্দুনা লৌরুবগী যৌদোক য়াওরি । হুই ওক য়েন্নচিংবা লোইদুনা খোং তৌদুনা পান-শিং থাদুনা খুল্লিংবগী মওং উবা ফংই । পোরৈতোন্না কোয়না চৎলকপদা মাগী হুই অমসুং ওকপু মচিঞ্জাক পীজরম্মী (লা: ৩০) কবোশিংনা মঙোনদা য়ু খরুং পীদুনা খুদোন তৌরম্মী (লা: ৩৩)। লিকোন মোইবুং শেনবুংনচিংবা মমল লৈনা লৌনরম্বা হাওফি কোয়ৎ ফৈজোম্নচিংবগী মরমদা পল্লম্বা থেংনৈ ।

অকোয়বদা লৈরিবা সমাজগী ফিবম, শুনোম্বগী অমদি য়েক্লবদগী ঙাকথোক্লবগীদমক মচা-মশু য়াম্বা পান্নরম্মী । নামা হাঙলবা মীওইশিং ফনা লৌনরমদে । শবীনা তোকপবু কিবদগী লৈনুংদা থোংঙারেনগী মনাক্তা লাক্কুনা মতেং নিরবদা থোংঙারেনদি তাইবং খুছোকসি য়াখিদে । মনাওনুপা পোইরৈতোনবু খুছোকউ হায়খি । মদুদা পোইরৈতোন্না মাগীদি নুপী লৈতে নুরা ঙাইখোং শিনশুলুক্কুম মপা হাঙঙে । খমনুংদসু পাম্রা ওই, হয়েং তাইবংপানদসু পাম্রা ওইঙেনে, তাইবং পাউনোক চাউয়ে হায়না য়াখিদে । থোংঙারেন্না খুনুং ঙানবা মপু নিংথৌগী মচানুপী লৈমা লৈনাওতাবীগা লোয়ননা খুছোকউ হায়বদি য়াখি ।

অঙনবা মতমগী লাইনীংদি ঈরাৎ থৌরম লাইশোল তীনশোন্দা হেন্না মীৎয়েং চিংশিল্লম্মি । খংঙমদবা অতোপ্পা তাইবংদগী হৌজিক্কী পুন্সি অমসুং তাইবংদনা হেন্না পুক্লিং চংলম্মি অমদি মদুবু শাফু কয়াদগী ঙাকশেন্দুনা থম্নবা হোৎনবনা মপুং ওইবা পাম্দম ওইরম্মী হায়না লৌবা য়াই । 'থিরেল লায়াৎ' তা চরাৎ, কোরাৎ, মোরাৎ, ইরাৎ অহুমগী মরমদা ইরম্মী ।

> চরাৎ কৌবদি মী পীগনি কোরাৎ কৌবদি শমুক, সন্দং ইরোই
> অঙৌবা হৌদোং হুইনাও অসিতনা লৈসেম নোংশেমনৈএ ।
> 'মোরাৎ' তি মাইকৈ মৈরমদা সরেং কাবাক খানবা পীও । মাইকৈ
> নোংপোকলোমদা ঙারেনবিচা খানবা পীও । অৱাং লাইচিরমদা য়েন অমুবী
> পীচৌও (ইবোচৌবা, ১৯৮১:৪০) ।

অহানবগী ঈরাৎ অসি নত্তনা অতৈদি পোইরৈতোন খুছোকতা য়াওই । অখঙবা মাইবনা মিকান থাগোনবগী থবক তৌরম্মি । অশিববু কিরম্মি । মচা

নুপী নুপা কয়া শিরক্লবদা পোইরৈতোন অমসুং লৈনাওতাবী শিরগদ্রা হায়বগী মিপাইবা পোকখি। শছোং তাইময়েল, অখোম শিঙুৎ য়েন নারুপসুঙ শিতায়েন শিরপসুঙ পুমদায়েনবু করিগী থৌকাওরম্বনো ? পারি খাইনয়াম ইমোম তোকনা হকলে য়িপীঙঙাসুঙ খাইনগব্রা খঙতে (লা: ২৪-২৫)। মসিদসু নত্তনা অশিবগী লাই অমা লৈ থাজরম্মি। পুং য়েদুনা ঈশে শক্লুনা অশিবগী মথৌ মঙম পাঙথোক্লম্মি। পোইরৈতোন্না মচানুপা চাখা খোংহনবা অমসুং মচানুপী হাওচেং লাংমৈনু হুইয়াই কোন্দিংনুনা শিরবদা য়েহিলং থাদুনা, হুয় হাৎতুনা অশিবগী মথৌ পাঙথোক্লবা থৌরাংখি (লা ২২-২৩)

মৈতৈগী অরিবা লাইহরিকশিংদা শিরগা খমনুংদা চৎপা নত্রগা কোরৌ নোংদা কাবগী ব্রাখল লৈরম্না থেংনৈ। অদুমওইনমক মদুমক্লা অফ-ফত্ত থবককী মহৈগা মরী লৈরম্বগী ব্রাফমদি নৎলমদে হায়বা য়াই। অতৈ লাইশিংগী ব্রারীশিংদা, তৌবগুম্না লাইরিক অসিদা পোইরৈতোনগী মচানুপা তবুং শীঙমিংলবনা শিরগা খমনুং লৈবাক্তা চৎলি। 'পাছোইবী খোঙ্গুলন'সু থোইদোক হেন্দোক্লা মতীক ময়াই চেনবী পাছোইবীনা খমনুং লৈবাক্তা চৎপগী ব্রারী থেংনৈ। শিরবা মতমদা নুরা পাখঙ চাম-চামনা খমনুং লৈবক্তা ফিবুন কোক্তা থোংলগা ফক্লোং নাকন্দা য়েঙনা চৎলী থাজনৈ। (লা:২৫) সন, ওক অমসুং য়েনবা অনী ঈরাৎলগা মনুং মতম চাদনা শিবা-নাবদগী নাছোকপা ঙম্মি, পুন্সি নুংশাংই থাজনরম্মি।

মালেম খুনফাও শল থৌদু নুঙথোঙ হাংনা শনবু মানবী লীকা থুনা তেৎনৌ লুমাইথাংনা তারংলৈমচা য়াংলৈ ঙম্ববু মরোং চৈকা তমহল্লে। কংলৈ শায়ী তানা চীঙখোঙ নমিং য়োক্লা লুব্রাং মশাল কন্নৌও হায়খৎলকয়ে। তেকপী ওকচাউ হাৎনা কায়রৈ য়েনফং য়ৈনা থোরকও (লা:৬৫)।

*মিংথোনবগী থাজনবী* ঃ মৈতৈশিংগী মরক্তা মিংথোনবগী থোইদোকপা থৌরম লৈত্রবসু মিংথোনববু য়াম্না মরুওইনা লৌরম্বগী খুদম পোইরৈতোন খুছোকতা উবা ফংই। শাচুং নিংথৌ শাচাং লাংমৈরেম্বনা পোইরৈতোনদা মচাগী অমদি মাইবগী মমিং হংখি। পোইরৈতোন্না মচাগী মমিং চাখা খোংহনবা মাইবগী মমিং থীকনম কোইনম্না কৌই খুমখি। মিংশিং অসিনা মরম ওইদুনা

পোইরৈতোনগী মচা মশুদা অনম অহা চুদুনা শিবনি শুকতা শোইদাদবনি হায়না শাচুং নিংথৌনা হায়খি । য়াংগেননা মৈবা ওইবা উপাননা শীং ওইবনা মচাদা অপনবা ওইদুনা কেমবনি হায়না মহাক্না অমুকসু মখা তাখি । শাচুং নিংথৌগী মাইবা খোংনাংকাইবয়াঙগা, পোইরৈতোনগী থিকনম কোইনমবগা শিন্নখি । মরম অদুনা মতমদুগী খুনাইদা অমাইবশিংগী থৌদাং চাউনা লৈ হায়বা মসিদগী খঙবা ঙম্মি । শাচুং নিংথৌ লাংমৈরেন্বগী পাউতাক মতুং ইন্না পোইরৈতোন্না য়েনবঙ ফাইবঙ পোকপা চীং অব্বাং কৌব্রু তান্না লাকখি । পুন্সিদা থেংনরকপা থৌদোক কয়ানা পোইরৈতোনবু অনৌবা লৌশিং মঙাল পীখি । তাইবংপান্দা শিদ-নাদবা মফম লৈরমগনি হায়বগী ব্বাখলদা চীংখোঙ চীংয়া কোয়না চত্তুনা থিবদা য়োংকী চৈশু ফাওবা তুমশিনলকখি । অদুবু তাইবংপান্দা শিদ-নাদবা মফম লৈতে হায়বা খঙলদুনা কোয়না চৎপা তোকতুনা খুন্দা লৈতানা পুন্সি লেনবা হৌখি । ঐদি পোইরৈ শিদববু খুঙ্খিররোইয়ে । য়েনবঙ ফাইবঙ পোকপা পুংফাই তোল্লোঙ য়ামপানবা চীংদুম ইন্দাল্লগে হায়না, লমদেংদা খুন্দাখি । মফমসিদা লৈরবদা পোইরৈতোন্না মাগী মাইবদা মচা নুপা পোককদ্রা হায়না মঙতমহনবদা নুপা পোক্কনি হায়রগা নুপী পোকখি । অদুবু মাইবনদি মাগী মঙদি শোয়দে মখোয়না লৈরুরিবা মফমনা মরম ওইদুনা শোয়বনি হায়রম্মি । মথংদদি মাইবনা নুপা পোক্কনি হায়বা মতুংইন্না নুপা পোকলে । করম্বা মিং থোনশিগে হায়না মাইবগা কুপ্না খন্নরে থোংনাং কাইবয়াংনা খেকলোয়গী মতাঙ খাকই শীঙনাংনা মতাং চাউই । য়েংবদা ফজবা শীঙঙুৎকী মিং লৌদুনা থোলসি হায়দুনা অঙাংগী মমিং শীঙঙুৎ শীঙদপুঙ তাবুংশীঙমিংনবা কৌখি ।

খেকলোয় মিংবু মিংথোনসে হায়পসুঙ খেকলোয় তাংনা খাকয়ে
শিঙনাং মিংবু মিংথোংসী হায়বসুঙ নেশ্বী তাংনা চাউয়ে ।
শীঙঙুৎ কুরোন য়াম্না মিংবু মিংথোনসি হায়না শীঙঙুৎশীঙতাপুং
তাপুং শীঙমিংনাপা তৌনা কৌয়ে (লা: ৬১) ।

অঙনবা মতমগী মিংথোনবদা ফজবা লৈপাল অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা পাম্বীশিংদগী লৌদুনা চেকশিন্না মিং থোল্লম্মি হায়বসি লৈশং খেকব্বায়বা, শীঙঙুৎ শীঙতাপুংনচিংবা মিংশিং অসিদগী খঙবা ঙম্মি হায়বা য়াই ।

সমাজ অমা লিংবদা নুপীগী থৌদং চাওনা লৈরবসু পোইরেতোন খুচ্ছোকতা উবা ফংলিবা নুপীগী শক্তম নুপাগুম্না য়াংনা লৈবদি নত্তে । ঈরাং থৌরমদা মিকোল থাগোনবদা নুপীগী মহুৎতা মাইবসিংনা মপুংওইবা থৌদাং লৌবা থেংনৈ । মৈতৈগী খুম্নাইদা নুপানা মপাগী মহুৎ শিনদুনা মমগী নত্রগা শাগৈগী মপু ওইবগী য়াবম লাইরিকসিদা য়াওরি । 'পস্তৌ মপানা উরোং কনাবু চায়া খিননা বমলেন কনাবু লুখুপ ওইনসিপনো হায়না পীরেম খকমা তানা মিকপলিগুলে । পারি নঙগীদি তাইবং মালংপালদা হনবাইখিও (লাঃ ৬২)' হায়না লৈনুং থোংঙারেল অহনপনা তবুং শীওমিংনবদা হায়খিবা অসিদগী নুপাগী মুমবমদা লিংবা খুনাইগী মশক শেংনা উংলি । নুপানা হায়বা খুদিং নুপীশিংনা ইনগনি হায়বা লৈত্রবসু সমজ অমদি চংনবীগী মীৎয়েংদা নুপীশিংগী কিভম হম্না লৈবগুম উংলি হায়বা তাকই । লৈনুং থোংঙারেল অহনবনা মাগী তালোয় লাইখুরেম্বীবু মনাওনুপাগা লোয়ননা খুচ্ছোকখিনবা হায়বদা লাইখুরেম্বীনা য়াখিদে । অদুমওইনমক মহাক্কী তালোয় অতোনবী লৈমা লৈনাওতাবীবু পোইরেতনদা লোয়ননা খুচ্ছোকমীন্নবা পীখি ময়াম্বগী অয়াবা ফংদুনা পোইরেতেন লৈনাওতবী পান্নদুনা মচা নুপী কয়া পোকলম্মি । অঙনবা মতমদা লৈরম্বা লৌনা লৈনবগী জেমহৈবা চংনবী পোলিয়ন্দ্রিগী মওং অমনি হায়বা য়াই ।

*য়ারোই ঃ* মথক্তা নৈনরিবা অসিদা নত্তনা পোইরেতোন খুচ্ছোকপু মীওইবনা তাইবংপানদা খোঙদাবকপা (পোক্রকপ)গা য়ান্নন লৌবগী মীৎয়েংসু অরিবা লাইরিক কয়াদা থেংনদবা নত্তে । অদুম ওইনমক সধারন ওইনা লৌনরিবা ঐতিহাসিক ওইবা মীৎয়েংদা পোইরেতোন্না খুচ্ছোকত্রিঙৈগী বুনাইদি কাওবু অমগা অমগা মুক্রবা (সোসিয়েল কম্প্লাদিকসন) গী শকওংনি হায়বা য়াই । অমরোমদা য়াম্রীগী অহৌবদা মরু ওইবা থৌদাং য়াবিবা শা উচেকক্কী শকতমশিং অসি য়াখল চাওবা মৈতৈগী অশৈবশিংনা মতৌ করম্না পাওখোংগী মওংদা শীজিনরমলিবনো হায়বসি মখা তানা থিজিনবদা অনৌবা মঙান পীবা ঙমগনি । হিংনবগী লম্বীদা থেংনরিবা মীওইবগী শু-নোম্বগী অমদি অনা অয়েক, পোকপা শিকনচিংবা কয়াদা মশক উদবা শাফুশিংনা অকনবা ঈথিল পী হায়না অঙনবা মতমগী মীশিংনা থাজনরম্না য়াই । মখোয়না মহৌশাগী অয়োনববু খঙনবা অমসুং খুদুম চনবা হোৎনবদা ঈবাৎ থৌরমশিংদা হেন্না পুক্রিং চংলম্মি । মিং

খোনববু য়াম্না লুনা লৌনরম্মি। শীরে খন্নরুবদগী হিংগৎলকলবা পোইরৈতোনগী মচা তাবুং শীগুমিংনববু মিং হোংদোক্লুনা নিঙোল শীহনবা কৌখিবগী ঋারী পোইরৈতোন খুম্বোকতা য়াওরি। চীংয়া তময়া কোয়না চত্তুনা শিদা নাদবা মফম থিরুবদগী মমৈদা তাইবংদা অসিগুম্বা মফম খক লৈতে হায়বা খঙলক্লুনা পোইরৈতোন্না মখা তানা থিবা লেপ্তুনা খুন্দা লৈতাবা পুন্সি অমা লিংখিবা অসিমক অনৌবা সমাজগী খোঙথাং অমদা খোঙ থাংজিল্লকপনি হায়না লৌবসু য়াই। শম্না হায়রবদা লাইরিক অসি মীৎয়েং কয়াদগী মখাতানা নৈনবদা লমদমসিগী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী অনৌবা মশক কয়া থোরকখিবা য়াই।

মতেং লৌবা মরুওইবা লাইরিকশিং :-

১। এম. চন্দ্রসিংহ (সম্পা:) ১৯৭৯ পোইরৈতোন খুম্বোক।

২। নোংথোনবমচা অঙৌ (সম্পা) ১৯৮৩ পাখঙবা নোংগারোল

৩। এন. ইবোচৌবা (সম্পা) ১৯৮১ থিরেল লায়াৎ

৪। নোংমাইথেম মনাওয়াইমা (সম্পা) ১৯৮৯ চেংলৈরোন

৫। ইরোম অমুবী (সম্পা) ১৯৮১ লৈহৌ নাওফমলোন

৬। এম. চুন্দ্রসিংহ (সম্পা) ১৯৮৭ পাম্বোইবী খোঞ্জুল

৭। কে.ঐচ. য়াইমা সিংহ (সম্পা), ১৯৭১ পোইরৈতোন খুম্বোকপা

৮। শাকোক লমলেন (খূৎই)

১০। ক্রাথোং লমলেন (খূৎই)

১১। খম্মোই য়াংমোই (খূৎই)

# পুব্বারী, লাইনীংলোল অমসুং ব্বাংউলোলগী মীৎয়েংদ পোইরৈতোন খুম্ভোকপ

*সাইরেম নীলবীর*

ব্বাহৌ ঃ চীংখোঙ্ পোইরৈতোন হায়বসী লমদম অসীগী নিংথৌরোলগী মরমদ খরদং ওইরবসু খঙব মীওই খুদীংমক্ক তানরব মিংনি ॥ মহাক অসী খৃস্তগী অহানব চহী-চা হৌগৎলকপ মতমদ হায়বদি নোংদা লাইরেল পাখঙবগী মতমদ লৈরম্ব মীসক্কি ॥ লমদম অসীগী পুব্বারী সূব অয়াম্বন মহাকপু মপাল লৈবাক্তগী লৈবাক অসী লোইচনব লাকপ মীশক অম ওইন উৎলি ॥ মসীগ ঈরোইনন মহাক অসী তোঙান তোঙানব মীৎয়েংদ ইরম্ব লাইরিক কয়া লৈরম্ব মরম্ম মহাক্কী অশেংব মশক খঙনব হোৎনবদ অপাবশিংদ ব্বাখল চনৈনহল্লি ॥ মরমশিং অসী লৈবন অয়িবন ওসি "পুব্বারী, লাইনীংলোল অমসুং ব্বাংউলোলগী মীৎয়েংদ পোইরৈতোন খুম্ভোকপ" কৌব নৈন-চে অসী পুথোক্কুন ইয়ুব্বা চীংখোঙ পোইরৈতোনবু মীৎয়েং অহুমদ শীংথানব হোৎনরি ॥

১) পোইরৈতোনগী পারী-পুরী অমসুং চাদা নাউদা ঃ- ফূব্রূপ অসীগী পন্নুংদ লৈরিব য়েক ৭কী মশক অসী নোংদা লাইরেল পাখঙবগী মমাঙগী মতমদদি হৌজিক লৈরিবা অসুম্মা য়াম্মা ময়েক শেংন লৈরম্বমক্তি নত্তে ॥ অদুবু য়েক ৭ অসীগী পুকোকশিংগী পারী পুরী অদুদি ফন য়াম্ম ঙনখৎন অরিব লাইরিকশিংদ অদুম পীরম্মী ।[1] মরম অসী লৈবন ঐখোয়ন খূমন অমসুং লুব্বাং য়েক্কী পুকোকশিংগী পারী পুরী অদু হঙ্গৎন য়েংখৎলগ চীংখোঙ পোইরৈতোনগী পারোল পুরোলসু ফন নীংথিজন খঙব ঙম্মী ॥ ঐখোয়গী ফূব্রূপ অসীগী শাগৈ শল্লাইরোলগী মরমদ ইব অরিব লাইরিকশিংগী মতুং ইন্ন[2] লৈন্নুং ঙানবীন পোংহন পোকই ॥ মহাক্ক পিশিন্নু পান্নদুন হৈরোংলেন লেঙজুম্ব পোকই ॥ মহাক্ক পিশিনখোম্বী পান্নদুন হৈরোংঙাং থঙাংলেন পোকই ॥ হৈরোংঙাং থঙাংলেন্ন পিয়াইনু পান্নদুন থব্বারেল/থোঙঙারেল/থব্বায়রেল, পোইরৈতোন অমসুং লাইসরা পোকই ॥ অদুদগী অমুক পোইরৈতোন্ন লৈনাওতাবী পান্নদুন শিংতাপুং

পোকই ॥ শিংতাপুংন শম্ভোংপুনেম চনু পান্নদুন পাংমিংগ অরোংগ পোকই ॥ পমিংদি লুৱাং ওইখি ॥ মহাক্ত হুইমু লৈম পান্নদুন লুৱাংখুম্বিব (নুংপান পোনশী লুৱাওপা) পোকই ॥ নুংপান পোনশী লুৱাউপন কৌব্রুগী নিংথৌ কৌব অঙাংঙা অমসুং ৱাংঙমলোন লৈম লাইরোকলেন্বী অনিগী মচা নুপী কৌবরোল নামোইনু[৩] পান্নদুন লুৱাং পুদাংকোয় খুৎকোনবগ হোঙনেম লুৱাং পুনসিবগ মচিন মনাও অনি পোকখি ॥[৪] অসুম্ন মথং মথং চৎথখি ॥ অমরোমদ অমুক, মথক্ত পনখিব অরোংন খুমন ওইখি ॥ মহাক্ত চিনফুরোল লৈতোংলেন চিনখুবী পান্নদুন তুমহাব পোকই ॥ তুমহাবন ঙানুরোল চনু পান্নদুন লুংবগ নুংথোংঙাই অতোনবগ অনি পোকখি ॥[৫] অসুম্ন মথং মথং চৎথখি ॥

মথক্কী পারোল পুরোলগী মরম অসী লৈবন চীংখোঙ পোইরৈতোনবু খুমন অমসুং লুৱাং য়েক অনিমক্কী পুকোক ওইন লৌনবগী ৱাফম লাকখিবনি ॥ মথক্কী পারোল পীরোল অসীদগী ঐখোয়ন খঙলে মদুদি — চীংখোঙ পোইরৈতোনগী ময়াম্বগী মমিং থৱারেল/থৱায়রেল/থোঙঙারেল কৌই, মচনগী মমিং লাইন্না/লাইসরা কৌই ॥ অদুগ মপা মমাগী মমিংদি মথংশিংন হেরোং ঙাং থঙাংলেন অমসুং পীয়াইনু কৌই ॥ মচা নুপাগী মমিংন শিংত্রপুং/নিংঙোল শিংহনব/নিংঙোল শরনব কৌই ॥[৬]

২) **পোইরৈতোন হায়ব মিংসীগী ৱাহন্দোক ঃ** পোইরৈতোনগী অতোম্না মিং অমদি তাংখো কৌই ॥[৭] মহাকপু চীংখোঙ পোইরৈতোন খুনবী পোংমহন খুনুং শোয় চাখা অরিব লৈনুং পোইনাওতা অতোনব হায়নসু কৌই ॥[৮] লমদম অসীগী পুৱারী ইব মী খবন পোইরৈতোন হায়ব মিং অসী সংস্কৃত ৱাহে 'পুরোহিত' নৎত্রগ 'পর্য্যটন' হায়বসীদগী থৈথবক্তুন ওইরকপনি হায় ॥[৯] অম্নিব খরদুন ৱাফম অসী পুশিল্লকপগী মরমদি — পোইরৈতোন হায়বসী হান্ন চাওখৎলমলব নোংচুপলোমগী মপাল্লম লৈবাক অমদগী লাকখিবনি হায়ব থাজনবী অসীদ য়ুম্ফম ওইদুন পোইরৈতোনগী ৱারী ইরুব মরম্ন হান্ন চাওখৎলম্নব নোংচুপকী মী হায়রবদি আর্য্য কাঙলুপনি ॥ মখোয়গী লোন্দি সংস্কৃত লোন ওইবনিন মহাক্কী মিং অসী সংস্কৃত ৱাহে ওইফম থোকই হায়ন খল্লুবদগী ওইগনি ॥ মমিং লৈরব লমদমসীগী পুৱারীসূব অমনসু পোইরৈতোন অসী নোংচুপলোমদগী লাকপনি হায়ন য়াম্ন থাজন হায় ॥[১০]

অদুবু চীংখোঙ পোইরৈতোন্দি মীরৈবাক্কী মী নতে ॥ ব্বাফম অসী মতাংচান অয়িবন মখাদ নৈনজরক্কনি ॥ পোইরৈতোন হায়ব ব্বাহৈসী মীতৈলোন পুমশেংনি ॥ 'পোইব' হায়বদি অরেপ্প ময়ুম থাদোক্কুন কোয়ন চৎপ হায়বনি॥ [অরায়ব খুদম — শনবোই = শঙ্গোল থাদোক্কুন কোয়চৎ চৎলব — শল; লপ্পোইব = ময়ুম থাদোক্কুন লমদ কোয়ন চৎলব নুপা] লৈ হায়বদি লৈবাক ॥ [অরায়ব খুদম — লৈশেম্ব = লৈবাক শেম্ব; লৈঙাকপা = লৈবাক ঙাকপা] 'তোন' হায়বদি অতোনব ॥ [অরায়ব খুদম — ইবোতোন = ইবুংঙো অতোনব] অদুন 'পোইরৈতোন' হায়বসীগী ব্বাহন্দোকতি লৈবাক কোয়ন চৎপ, মচিন মনাওশিংগী মনুংদ অতোনব ওইব নুপা হায়য়বনি ॥ মিং অসীমক্তি মাগী পুক্সী ব্বারীগ য়াম্ন চাশিন চুশিন্নব ব্বাহৈনি ॥ করিগুম্ব মতমদ পোইরৈতোনবু ইয়ুব্বা চীংখোঙ পোইরৈতোন কৌনৈ ॥ মসীগী ব্বাহন্দোক্তি ইয়ু = ইবুধৌ, ব্বা = মপুওইব, চীংখোঙ = নিংথৌমচা হায়বনি ॥ মপু ওইবীরিব ইবুধৌ নিংথৌমচা পোইরৈতোন হায়বনি ॥

৩) **পোইরৈতোন মপান লৈবাক্কী মীরা ঃ** পোইরৈতোন হায়বসী লৈবাক অসীদ পোকখিব লৈবাক অসীগী মীনি ॥ মপা মপু মচা মশুশিংগী মিংশিং মথক্ত পনজপ্রে ॥ মহাক লৈবাক অসীদগী চৎখিদুন মীরৈবাক্ত খুন্দারুবনি ॥ ব্বারী অদুদি অসুম তৌবনি ॥[১০] ঙসীদগী চহী ২০০০ (লীশিং অনি) রোমগী মমাঙদ খুন্নুংচক লোইশিল্লক্কব মতমদ লমদমসিদ য়াম্ন অকিবগী মশক ওইরব ঈশিং ঈচাউ অম থোকখি ॥ তম্পাকলম অসীদ লৈব মী পুম্নমক মাগী মাগী খুদোংচাব লৈফম থিনবগীদমক মফম অসী থাদোক্কুন কোয়চেন চেন্নখি ॥ খরন চীং-মান্দ শাইদাংদুন লৈনখি ॥ অদুগ অতোপ্প খর অমদি চীংলোন লান্ন চেনখিদুন মীরৈবাক্ত খুন্দাব ফাওব য়াওনখি ॥ অসুম তৌন লৈবাক অসী চহী কয়া খুন্তাক লৈতাক্কুন লৈরম্মী ॥ তুংলমচৎত মীতৈ পুব্বারীগী য়েক ৭ শল্লাই ৯ গী শাগৈ শল্লাই য়ুমলেপ তন্নগদব মীওই কাঙলুপ কয়া কোয়চেন চেন্নব মতম অদুদ ঐখোয়গী পোইরৈতোনসু ময়াম্ব থব্বারেল, মচন্নুপী লাইস্রা অমসুং মাগী খোঙলুপ পুদুন নোংপোক পাংন চীংলোন লান্ন চৎখিদুন[১১] ঈশিং ঈপাক অমগী মপান্দ য়ুম কৈ শাদুন খুনপান লৈপান্দুন লৈখি ॥ মখোয়ন তাংদুন লৈখিব মফমনি হায়দুন মফমদুবু তাংবো কৌখি ॥ [তাংবো কৌব খুল অম অব্বা লৈবাক্ত লৈ][১২] মফমদুদ থব্বারেন্ন য়ুম্বুরেল নিংথৌ ওইদুন পানখি ॥[১৩]

পোইরৈতোন্ন লৈবাক অসী থাদোক্লুন চৎখিব মতমদ মাগী নুপী লৈনাওতাবী, মচানুপা শীংতাপুং, মমৌ অমসুং মশুনুপা অনিসু মহাক্কী খোঙলুপ্ত য়াওখি হায়ব ৱাফম অসী[১৪] অয়িবন অচুম্ব ওইন লৌশিনব ঙমদে ॥ মরমদি - (ক) পোইরৈতোন্ন লৈনাওতাবীবু মহাক্কী লোয়নবী তাল্লোয় ওইন ফংজখিব অসী মখোয়ন লৈবাক অসীগী মপান্দ লৈরিঙৈদে ময়াম্ব থোঙঙারেন্ন পীখিবনি ॥ (খ) মহাক্কী মচা ৫ অদু মহাক অমসুং মহাক্কী নুপী লৈনাওতাবীন লৈবাক অসীগী করম্ব মফমদ শিরোই নারোইদৌব মফম লৈবগে হায়ন কোয়ন চৎখিব মতমদ পোকখিব ঙাক্তনি ॥ অরোইব ওইন লমদেংদ লৈরব মতমদ মচানুপা শীংতাপুং পোকখিবনি ॥[১৫]

৪) **পোইরৈতোনগী খোঙলুপ হল্লকপ ঃ** মথক্ত পনখিব ঈশিং ঈচাউ অদুন চহী কয়া খুছাক লৈতাকলুরব মতুংদ নোংদা লাইরেল পাখঙবন কংলৈপাক্ত য়েক ৭ অমসুং অতৈ কাঙলুপ কয়ানা নিংথৌ ওইদুন মৈদিংঙু হায়ব মিংথোল অসী ফংদুন লৈবাক মপু ওইন পানখি ॥[১৬] অদুবু মরক মরক্ত য়েক্লাল থোক্তবদি নত্তে ॥ অসুম্ন মহাক্ন লৈমাব ওইদুন পাল্লব মতমদ নহান নোং তম্পাক্নম অসী থাদোক্লুন চিংদা শৈদাংখিব অমসুং মীরৈবাক্ত লৈখ্রব কাঙলুপশিংদুবু অমুক হল্লকতুন হান্নগী মতৌগুম খুনবান লৈপান্নরনব হায়রম্মী ॥ পোইরৈতোন অমসুং ময়াম্ব থৱারেনগী খোঙলুপ্পুসু পুরৈ লোম্নুসুগী মচানুপা ঙানব খমচিংকোন থাদুন কৌহল্লম্মী ॥[১৭] মতাং অসীদ নোংদা লাইরেল পাখঙবন করিগীদমক খমচিংকোনবু থারিবনো হায়বসীগী ওইব য়াব ফজরব মরম অম লৈ মদুদি – ঙানব খমচিংকোন অসী থৱারেনগী লৈম অতোম্বী লৈনাওতাবীগী মপানি ॥ লৈম লৈনাওতাবীবু **'পুরৈ লেমনুসু লিনকোইকী খমচিংকোন হাইহৈব থোংঙাই ৱায়েল চুম্বন পোকপী'** হায়ন শীংথানৈ ॥[১৮] অদুন হায়রুবদ থাজগদব, কৌহল্লুবদ ইকাই খুম্নরক্লদব মীশক থাদুন লাকনিংনবগীদমক্ত হায়দুন থৱারেলগী মকুবোক খমচিংকোন থাদুন কৌহনব ওইগনি ॥ মসী মীওইবগী চৎনরোলনি॥

মকুবোক খমচিংকোন্ন ফন থেমদুনসু থৱারেলদি মখোয়ন খুন্দারিব মফম অদুদ অদুম লৈহৌরগে হায়দুন থোক্লসী হায়ব য়াদ্রে ॥ পোইরৈতোনদি য়াখি॥ অদুবু মদোম করম খুছোক্লগদগে হায়ব মপুক্লিং নুংশিব ৱাহৈ তাবদগী ময়াম্ব থৱারেলন লৈম অতোম্বী লৈনাওতবীবু পোইরৈতোনদ শিন্নখি ॥ [কনাগুম্ব

পুব্রারী সুবন পোইরৈতোন্দি মচা ৬ কায়নপ্রব পাখ্রানি হায়ন ইব য়াওই ।। অদুবু ব্রাফম অসী অয়িব অসীনদি য়াব ঙমদে ।। মরমদি মচা ৬ শিথ্রিব অদু লৈনাওতাবী অমসূং মহাক্কী মচানি ।। ৫ন মখোয় অনিন খুষ্টোকপা মতমদা শিখিবনি অদুগা মচা নুপী ১ন লমদেংদ খুন্দারব মতমদ পোকপগ ইকুই কুইদনা শিখিবনি ।।][১৯] পোইরৈতোন্ন মতৈম লৌরিব অসী য়াব্রা ? চৎনবীরা ? হায়ন কনাগুম্বশিংন হংব য়াই । মতাং অসীদ পাউখুম ওইন অয়িবন হায়নিংলিবদি অসীনি-মনাওনুপান মতৈম লৌবগী অসী মৈতে ফুরুপকী চৎনবীদি নত্তে অদুবু মসীগী চৎনবী অসী মখোয়ন তমপাকলম অসী থাদোক্কুন চৎপ্রব মতুংদ চীংমী কাংলুপশিংগী মরক্ত থেংনখিব ওইব য়াই ।। মহাক মশামক্ত পুন্ন লৈমিন্নগদৌবসু নত্রবনিন মহাক্কী লৈম অতোনবী লৈনাওতাবীবু মনাওনুপা পোইরৈতোন্দ চিংনব লৈতন শিন্নব ওইগনি ।। মরমদি চীংমী কাংলুপকী মরক্ত ময়াম্ব শিপ্রব মতুংদ মতৈম অদু মনাওনুপান লৌবগী চৎনবী অসী মখোয়গী অরিব খুন্নাইদ লৈব য়াওই ।।[২০] অতোপ মরম অমন মথক থোংব নিংথৌন মশাগী তল্লোয়বু মখা থাব অঙম অথৌশিংদ চানবীব ওইন পীবগী চৎনবীদি মোইরাং কংলৈরোন্দসু য়াওই ।। [খুদম ওইন মোইরাং নিংথৌন পুরেম্বদ ঙাংখারৈম পীব, লাইজিং নিংথৌন মাগী তালোয়বু কদেং থাংজহনবদ পীব] পোইরৈতোন্ন লৈম-লাইনাওতাবী অমসুং মাগী খোঙলুপশিংগ লোয়নন লৈবাক অসিদ অমুক হল্লক্লম্মী ।। মখোয় লাকপদ খুৎশু খুৎলাই শন, শন্দং, হামেং, চান-থক্লব পোৎলমশিং হিংন চাব পোৎলম কয়া, থোংলগ চাব য়াব পোৎলম কয়া পুরকলম্মী ।।[২১] [পোৎলম - হিংন চাব য়াব পোৎলম ১০০ থোংলগ চাব য়াব পোৎলম ১০০ নি, ১০৮ নত্তে ।।] মসীদসু নত্তন খুৎশা হৈব মীওই কয়া, তাবু শাব, লীককোন শেম শাব তাপোৎ শাব, হাওফি লাইফি শাব, লীফক শাব লোয়নরকলম্মী ।। মখোয়ন য়াম্ন ব্রান নুংবী নুংজাও কয়া ঈষ্টোক্কুনা চীং-মান উমং ব্রামং কয়া ফাওদুন লাকলম্মী ।। মহাক্লনোংদা লাইরেল পাখঙবগ থেংনদ্রিঙৈগী মমাঙদ মহাক্ক লোয়নরকপশিং অদুগী মরক্ত ময়াং, তখেল, কবো, তাংখুল, কবুই চকপা, মোইরাং, মীতৈ ওইনিংবশিং অদু মা-মাগী শাজৎ লমচৎ ফিজেৎ চাকশেৎ তাকপীদুনা চৎহনখি ।।[২২] অসুম্ন পোইরৈতোন্ন কংলৈলম পাংলকখি ।।

৫) **পুকফত্তব থব্রারেল হল্লকপ** ঃ মনাওনুপ চীংখোঙ পোইরৈতোন্ন

কংলৈলম তম্ন খোঙশানপ্রবগী তুংদ ময়াম্না থব্বারেলসু মপুক ফত্তব, মপুকচেল পীকপ অমসুং মনাওনুপাবু কল্লক মিহৌবন মরম ওইরদুন কংলৈপাক্ত থোক্লগে খল্লক্লে ॥ মনাওনুপাদগী মাঙ থাগত্তুন হান্ন কংলৈ ব্বায়েথুংনবগীদমক অহিং নুংথিল নাইদনা মোইরাংলোমদ লাকলগ খুন্নিংলোমদগী (অরোনব লশ্বীদ ফাওজিল্লক্তুনা) চঙলক্তুন মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখঙবগ উনররে ॥[২৩] কোন্ন লাকপ মীন হান্ন থুংলরে ॥ মচন লাইস্না/লাইস্রাবু কংলৈ নিংথৌ নোংদা লাইদ কৎশিল্লে ।।[২৪] লাইস্না মীতৈ লৈম ওইরে ॥[২৫] খুনমাং লোমদ (অফোংব লশ্বীদ) লাকহৌরিব পুকফব মনাওবু লান লাকহৌরে হায়দুন পুকফত্তব থব্বারেলন মৈদিংঙু নোংদা লাইদ ওইদব অওইশা পাউদমশিল্লে ॥[২৬] মপা ইবুংঙো পুকফত্তবন হায়বদু থাজরুবদগী মৈদিংঙুন পোইরৈতোনগী মথক্ত লান্দারে ॥ পোইরৈতোনবু লাওঙথেন্দ ফারে ॥ [২৭] পোইরৈতোন লানফা ওইরে ॥ মান পুরকপ খুৎসু খুলাই পুম্নমক মৈদিংঙুন মুল্লে; মানসু কৎলে ॥ [২৮] [কনাগুম্না পন্দিৎ অমনদি পোইরৈতোনগ নোংদা লাইরেলগ চায়ন খোংব্রেন হানব অদু লুব্বাং গুরু পুনশিবন য়েংই হায় ॥[২৯] অদুবু মদু অয়িবনা য়ানিংদে ॥ মরমদি লুব্বাং গুরু পুনশিবদি (লুব্বাং নিংথৌ পুনসিব) পোইরৈতোনগী মশু শুথাং অহুম শুবনি ॥ মতম অদুদদি পুনশিবগী মবুথৌ শীংতাপুং পোকত্রি] অদুবু মৈবু ফিন কুপ্তুনা কয়াম কুইন থম্ব য়াগদগে ? অচুম্বন মমৈদ মায় পাকই হায়ব মীতৈ পাউরৌ লৈরি ॥ খমচিংকোন্ন হায়বদগী পোইরৈতোনগী অচুম্বা ব্বারীদু খঙলকপদগীদি নোংদা লাইরেন পাখঙবসু শালরে ॥ মৈদিংঙুন থব্বারেলবু ময়াম্ব অহল ওইজরবসু নহা ব্বাখল চেনবগীদমক্ত নোংমাইজীং (নোংলেনজীং) চীংখোঙলোমগী মফম অমদা মহাকপু কৌদুন খুন্দাহনখি ॥[৩০] ময়াম্না ওইজরবসু থব্বারেলবু লুব্বাং খুমনগী পুকোক ওইন শীংথাবদ য়াওনদ্রিব অসী মহাক্কী লমচৎ অসীনা ওইগনি ॥ পুকফব পোইরৈতোনবুদি মশানা মনিংতম্না খুন্দাফম থিজরুনবা মৈদিংঙুন হায়বীখি ॥[৩১] অসুম্ন পোইরৈতোন্ন লৈম লৈনাওতাবীগা লোয়নন চীংমান খুন্দাবদা খুদোং চাগদৌব মফম থিরম্মী ॥ লৈবাক অসীগী নোংপোক-নোংচুপ, খা লাই, শেনবী কবো, লোইবী হেম্ব, পোইরৈ-ব্বাংঙমগী মফম অয়াম্বদ কোয়ন চৎলম্মী ॥[৩২] মহাক্লা চৎলম্ব অদুগা থৌদোক্ক মরী লৈনন মফম কয়াগী মমিং থোনখি ॥ মহাক্লা চৎলম য়ৌরম্ব মফমশিংগী মনুংদ মরুওইব খরদং মখাদ লৌখৎলি ॥ মহাক্ল শেনবী কবোরোমদ চৎপ মতমদ "কবো

মদাইমা মোরে কৌবদি কবোনা উগনি হায়দুন খোইমা নারোম্লুংদা লেকলম্মে মোরেও কৌএ ॥[৩৩] কবো খুঙ্গং অম য়ৌরে ॥ মদুগী মমিং তোমফাং কৌবদি ঙসাই লোৎলম্ব অদুন খঙহন উহন্দন নারক্ত লোৎলমবদগী "নোংঙাল্লক্লগা মাগী খোঙবুগা লোয়নন নারক্তগী খুঙ্গং তান্ন থোকলকই মরম অদুগী তোমফাং কৌএ ॥[৩৪] [পামহেৎব নিংথৌন শিখিব মফম অদু তোমফাং হিদেন কৌই ॥] "সেনবী মখুলমা তুম্মু-ও কৌবদি চীংখোঙ্ পোইরৈ তোন্ন চীংবুরোই লাংওল্লকপদা শেনবী মুতুম মুন তুমলমএ, তুম্মু-ও কৌএ ॥[৩৫] অদুদগী কৌব্রুরোমদসু মরামচীং য়ৌরম্মী —" লৈনাওতাবীন মশানৌ চীংখোঙ্ পোইরৈতোনগী চৈরৈ ফিজি তোনবু লাম্ন লাম্ন কাখিএ, মরাম-ও কৌএ ॥[৩৬] মহাক্ল তমপাকলমগী অব্বাংথংব পুখাউসু য়ৌরম্মী — "চীংখোঙ্ পোইরৈতোন্ন তরা চাকপুকলামএ, লাইজ ঈখৌ লাংএ হায়না শোল্লমএ ॥ অদু নোংগীবু পুখাউ লম্লুংশি-ও তৌন কৌএ ॥"[৩৭] মহাক্ল চীংখৈ চীংসু য়ৌরম্মী — "সল্লোই মদাইমাদি য়োৎপী চৈশুবু মালেম লৈদ থুংন খৈরমএ চীংখৈ-ও কৌএ ॥[৩৮] অদুদগী মহাক্ল মখা মায়কৈরোমদ অমুক চৎলি — "লৈমা লৈনাওতাবীনা অব্বা হুইশোন খৈনিক্লবগী হেস্বা মদাইমাদা লোংনা ফাইনা হিপ্লমএ, অদু নোংগীবু করাং-ও কৌএ ॥[৩৯] মহাক্ল অসুম্ন চৎপন সেরৌ য়ৌখি — "মতৈ লৈমন শানৌ চীংখোঙ্ পোইরৈতোন-ও ! নহান ইপিংঙানা লোইবী তোকথিনপুং শমুতাং ইখোঙ্গুনবু মরেম য়াংহনচিংদি অসিনে হায়ন শমু খুৎপু থিন্ন সে সে হায়ন তাকলম এ, অদু নোংগীবু সেরৌ হংবাইকোন কৌএ ॥[৪০] পোইরৈতোনগী খোঙচৎ অসী অহানবদ নোংপোকলম অদুদগী অব্বাং, মথংদ কৌব্রু, অদুদগী মখা মায়কৈ, অদুদগী নোংচুপ থংব চীংয়াদ লাকই হায়বসী লমগী মমিংন তাকই ॥ মমৈথংদ চীংখোঙ্ পোইরৈতোন্ন "ঐদি শিদব ব্বাংঙম নাদববু খুনথিররোই হায়ন য়েনবং ফাইবং হৌবা পুংফাই তোনয়াম পানবা চীংদা ব্বাইথুংলরে হায়দবরা ?"[৪১] মফম অদুদ মহাক্কী মচানুপী অমা পোকখি ॥ মহাক্কী অমাইবন মঙজঙবদদি নুপা পোক্কনি হায়বনি ॥ মহাক্কী অমাইবন হায়খি —"চীংখোঙ্ পোইরৈতোন-ও ঐদি খোমলেন মঙ্জঙ্ শোয়দে নরম লম্মাবা অসিনা থেংগাইনরিঙৈনে হায়ন পাউখুমখিএ ॥ অদু নোংগীবু খাবা লৌহামদেং লমদেং অহাম শোয়-ও কৌএ ॥"[৪২] মফম অসী হৌজিক লমদেং হায়ন খঙ্নরিব মফম অসীনি ॥ অসুম্ন অশি-অনা লৈরোইদৌব মফম

থিগদৌবমখে থিরুবগা অরোইবদ মখা তান অমুক থিররোই হায়দুন লমদেংদ লৈখিবনি ॥ মফম অসীদ লৈরব মতমদ মচানুপী অম পোকখিবদু অঙাং ওইন শিখি ॥ মতুংদ মচানুপা শীংতাপুং পোকখি ॥ মহাকসু শিরে হায়ন খন্নরুরবদগী হিংলকখিবনি ॥[৪৩] মখোয়ন লমদেংদ খুন্দাকম ফংলকপ মতম অসীফাওবদ চহী তরেৎলোম হৌগ্রে ॥ লমদেংদ খুন্দাফম ফংলে হায়বদু মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখঙ্বদ তমলরে — "কুমজা ৭ শুরক্কে ॥ পোইরেতোনদি খোঙফাংবা লৈম লৈনাওতাবীগা, মাগী ফুরূপ পুদুনা খুন্দাফম্বু থিরুবা, কংলৈ শিবা মফম্লাং খুন্দাফম্বু তাক্লরে ।"[৪৪] অসুম্ন তুংলমচত্ত খুমন অমসুং লুৱাংগী পুকোক ওইরগদৌব পোইরেতোন্ন লমদেংদ খুন নিংথৌ ওইদুন খুনবানখি ॥

পোইরেতোন্ন লমদেংদ লৌউ-শীংউগী থবক তৌদুন খুঙ্গাও লৈচাওন পানখি ॥ লৌরোক থা লাক্লবদ লোকলিব ফৌনৌন মচন মীতৈ লৈম লৈগ্রাবু চাক্লৌখি ॥ মচন্ন মযুমদ হনখিবদ কংলৈ নিংথৌ চানব মনম নুংশিব চেং চেংয়োম হাপপিখি ॥ চেং অদুন থোংব চাক হান্ন চারকপ চাক মহাউ মান্নদব চাক অদুগী মমিং মৈদিংঙুন মবাই পোইরেতোনগী মমিং লৌদুন চাকহাউ পোইরেতোন-ও হায়ন মিংথোনখি ॥[৪৬] কুম অমগী চনৌন মচন লাইগ্রাবু পোইরেতোন্ন চাক্লৌবদগী নিংঙোল চাক্লৌব হৌখিবনি হায়য়ন কনাগুম্বশিংন হায়নৈ ॥[৪৬(ক)] চীংখোঙ্ পোইরেতোনগী মতুংদ মচানুপা শীংতাপুংন পীবারেল ওইন লৈহৌখি ॥[৪৭]

হৌজিক ফাওবদ সনাকোনুংদ পোইরেতোন অমসুং লৈনাওতাবীবু শজিবু চৈরাউবা নুমিত্ত হে-লৈ কৎতুন মাইব লোয়শঙন খুরুম্নরি (নিংথৌ চহী) ॥

## লাইনিংলোনগী মিৎয়েংদ পোইরেতোন

মথক্ত পুৱারীগী মীৎয়েংদ পোইরেতোনগী পারী-পুরী, চাদা-নাউদা অমসুং খুন্থোক খুনবানবগী মতাংদ ৱাফম খর হায়জগ্রে ॥ হৌজিক্তি অয়িবন লাইনিংলোনগী মীৎয়েংদ পোইরেতোনগী ৱারী লৌখৎচরি ॥ মসী লাই ৱারীনি ॥ ৱারী অসী য়াওব মরুওইব অরিব লাইরিক্তি 'নুংপান পোনপী লুৱাওপা' কৌব লাইরিক অসীনি ॥[৪৮] লাইৱারী অদুদি অসুম তৌবনি - অশিবগী লৈপাক খমুং/খমখৈগী মপু থোঙঙারেল/থৱারেল/থৱায়রেল হায়বদু পোইরেতোনগী ময়াম্ব অহুম্নি ॥

থোঙভারেলগীদি মনাউ অদুগ পোইরৈতোনগীদি ময়াম্ব অম লৈ ॥ মমিং থোঙভাকলাকাবা কৌই ॥ মহাক্না মপা মপুগী ম্বাফম পন্দে ময়াম্ব থোঙভারেলন শলাই তরেংকী চংনবী শেমলুদব য়াদে হায়দুন মনাউনুপা পোইরৈতোনবু মীতম লৈনাউতাবীগ লোয়নন পোইরৈ খুম্বোকলুনব থারকই ॥ লমখাঙ্দ লম্ফাংনদুন পোইরৈতোনগ লৈনাউতাবীগ কায়নখি ॥ লমফাং চংনখি ॥ নীংব কায়রব পোইরৈতোন কান্নররোই খন্দুন খম্নুং লৈপাক্ত অমুক হনজিনখি ॥ চাদা নাউদা শন্দোক্লম্বগী ম্বাফম য়াওদে ॥ অমরোমদন, লৈনাউতাবীদু কৌব্রুন থেংনদুন - ঐদি ইমোম লৈজদে হায়দুন মমোম শক্ল নাউয়োক-নাউকোনখি ॥ অসুম্না লৈনাউতাবী অসী কৌব্রুগী মমোম কৌবরোল নামোইনু ওইখি ॥ নোংম লুম্বাং নিংথৌ পমিংনব অমসুং লৈম হুইমু লৈমগী মপারী নুংপান পোনপী লুম্বাওপনা (লুম্বাংখুনখিব) লমথোক্লকপদ কৌব্রুগ উনখি ॥ কৌব মপুন মহাকপু ময়ুমদ চাককৌখি ॥ থৌদোকসিদ অহানব ওইন নুবান পোনবীগ কৌবরোল নামোইনুগ শকখঙ্নখি ॥ নুরা মাবু পাখঙ্ মান তিল্লাং খোয়দাখি ॥ পায়ম নুংজংখি ॥ পলেম মমা হুইমু লৈমন মপারী পোনবী লুম্বাউবগীদমক্ত হৈজীং খরায় পুরক্লুন কৌবরোল নামোইনুবু মমৌ ওইন ফংজখি ॥ খম্নুং লৈপাক লোমদদি কমদৌরি? খম্নুং থোঙভারেলন য়েংলকপদ লৈম লৈনাউতাবীসী নুংবান মরাল য়াইদ তালোয় ওইন য়াজোইদুন লৈব উরে ॥ থোঙভারেল শাউরে ॥ খম্নুং লৌনম্ব শম্বা মীথেম্ব থাদুন কৌবরোল নামোইনু মান তুমখুনহন্ন তুমলিঙৈদ তালোয় তুকাও হৈ, থংলেন ম্বাকাও হৈ পীজরে ॥ নামোইনু শিরে ॥ মাঙলুরব তালোয়বু অমুক হন্ন ফংজবদ থোঙভারেল হরাওরে ॥ অদুবু সোমদদি মপুরোয়ব নুংবান্নদি নামোইনুবু থাদোকউ য়াদ্রে ॥ থোঙভারেলগী মফমদ খামচীংকোনবু পাউ থাদ্রে ॥ নামোইনুগী মথম্বায় হনবীরকউ, করিগুম্ব হনবীরকউ য়াদ্রবদি হুইয়েন লানথেংনগনি হায়দুন চুং-তা পায়দুন ভাইহৌরি হায়ন থোঙভারেন্দ পাউদমহল্লুরে ॥ থোঙভারেল শাউরে ॥ মনাউ পোইরৈতোন থারক্লে ॥ নুংবান পোনবীন ভমদুন কংলৈ মশূমাঙদ থৌদু নুঙপাক্ল নন্দুন থমলে ॥ মথং অমুক মনাও অহল থোঙভাক লাকাব থারক্লে ॥ মাবুসু নুংবান্ন ভমলে ॥ মচিন মনাও অনীমক মখুৎ তুংবুন্নরগ নুংবান মসূমাঙদ থৌদু নুঙপাক্ল নন্দুন থমলে ॥ নুংবানগী মখুৎ চল্লব খম্নুং মচিন মনাও অনীন খমচিংকোন থাদুন মখোয় অনীগী মথম্বায় কনবীরনব ময়াম্ব অহল থোঙভারেন্দ পাউদমহল্লে ॥ থোঙভারেল

শাউরে ॥ লাল হৌরক্লে ॥ নুংবান মসূমাঙদ থোঙঙারেল ॥ খম্নুং নিংথৌ মাবু উবদ খোইয়ুম মাগী মতিক ময়ায় খঙন মখোঙদ তুরে ॥ চীংঙু মাবু মশক খঙন মশাগী মরাল য়াজন চঙজরক্লব মনাইবু কুবিবদি লাইনিংথৌ মাগী মরমচৎ ওইবন থোঙঙারেল মান মনাই নুংবানবু চানবীরে ॥ কৌবরোল নামোইনুগী মথন্বায় মমি পীবীরে ॥ চহী ১০০ (চামা) পুনসীরো, লুন্বাং শলাই চাদা নাউদা শন্ন, হোঙন চাউন পানজরো হায়ন থৌজাল লনকুবীরল্লগ থোঙঙারেল মাদি মনাও অনী পুদুন খম্নুং লৈপাক পাংখি ॥ ন্বারী অসীগী ময়াংলেন্দি নুংপান পোনপী লুন্বাংপনি পোইরৈতোন নত্তে ॥ ন্বারী অসীদ য়াওরিব মরুইব মীশকশিং অসী কনা কনানো, করি করি লাইগী শায়োল/লাঙোম্নো হায়বদু য়েংশিন্নবগীদমক্ত ঐখোয়ন লৈশেমলোন লৌখত্তব য়ারক্লে ॥

১) ন্বারীগী য়ুমফম লৈশেমলোন ঃ- লৈশেমলোন হায়বসী মীতৈ কৌব ফূরূপ অসীগী পারম-পুরমচৎকী ওইব পাথাং-পুথাং লান্ন লাক্লব চাদা নাউদা শন্ন চৎথরক্লিব থাজনবীনি ॥ ফূরূপ অসীগী মহৌশাদগী লোয়নজরক্লব লাইনীং অসী মপূংওইন য়েংবদ লৈশেমলোন্দ য়ুম্ফম ওই ॥ অসীগুম্ব লৈশেমলোন ন্বারীগ মরী লৈনহল্লগ লাইনীংলোনগী ওইব চীংখোঙ্ পোইরৈতোনগী ন্বারী অসী মখাগী অসুম্ন শাগৎলকই ॥

নহাল নোং লাইজ ঈশিং মালং নুংশিৎন চিংব করিসু লৈতরিঙৈ ইহাঙ্ হাঙ্লিঙৈদ চীংঙু শিদব মপুন পায়ম মনুংশাদ ফমফমদুন কোরৌ করম লিংশিগে, মালেম করম শেমশিগে হায়ন নুংখল্লম্মী ॥ চীংঙু পায়ম উনগোয়নুংদ য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা শিদবীবু নীংশিংলে ॥ য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মাগ পায়ম নুংদ চেংলৌ মীৎচানরবদগী পায়ম উনগোইনুংদগী নাতোন য়েৎলম ওইরমদগী মপারী অনি শাফোঙহল্লে ॥ মপন পছৌ মানা য়াথং পাউহায়খোনবু নাতারবগী মপারী অহনব লাংলেন ন্বাপীহল অশীবন কোরৌ নোংলিংলে, মালেম লৈশেমলে ॥ অদুবু মপারী অতোনব উনৌ কোন্দে কোন্ন হুনব কোনজিন তিংথোকপন হুন্ন হুন্ন মালেম লৈথিনগাইরে ॥ খোইয়ুম অসীব শাউরে ॥ মপন পছৌদ ন্বাকৎলে ॥ খোইয়ুম চীংঙু শিদবন মপারী লৈরাং অতোনবগী মফমদ নোংথাং লৈম থারকলে ॥ নোংথাংলৈম মাগী চেংলৌ শকফম ফজবন উনৌ কোন্দে মাগী পায়ম পীবুক হুরিঙৈ লাংলেন ন্বাপীহল মান মালেম লৈশেমলে, পামেল উরিংলে, নমু পোংশেমলে ॥

অসীগী মতুং তাবদ, মপন পঙ্খৌ চীংঙু শিদব মান মপারী অনিদ — কোরৌ নোংখোঙ্ কোয়-ও হান্ন থুংঙম্ব মপারীবু মালেম লৈকোয়রেন্দ নমু পোংনিংঘৌ ওইহনগে হায়ন য়াথং পাউ হায়রে ॥ মপারী অহনবন কোরৌ নোংখোঙ, মালেম লৈখোঙ কোয়খ্রিঙৈ মপারী অতোনবন মপন পঙ্খৌগী চোইনৌ ফম্বাল ফানখোঙ্ কোয়, পাখঙব কৌন ফম্বাল ফমগারে ॥ খোইয়ুম অশীব মান য়ায়থুংলরবদ পায়ম খাম্বী মৈহৌরে ॥ মপারী অহনবগী পায়ম পীবুক শকখঙ্লবগী চীংঙু অচিব কৌব তাইবং মপু মান মপারী অশীবদ — তাইবং নোংশাপানবু নদোম ঙাকচৌ-ও হায়ন য়াথং পাউহায়রে ॥ মপারী অতোনবদি মপন পঙ্খৌ মাগ তেথোক তেশিন্নন লৈখি হায়বদগী কোনজিন তিংথোকপ-ও কৌখি ॥ মপারী অশীবন — পঙ্খৌ মপা, পলেম মমা শকউদন তাইবং নোংশাপানবু মদোম করম ঙাকঙমগদগে হায়জবদগী পলেম নমাগ মালেম লৈপুমিখ্রৌ-ও হায়ন য়াথং পুতাকপীরে ॥ মপন পঙ্খৌ মাদি মালেম লৈফুনুংদ য়াতাখি ॥ মপারী অতোনব কোনজিন তিংথোকপসু মপন পঙ্খৌ মাঙোন্দ তেথোক তেশিন লৈখি ॥

২) **খমচিংকোন অমসুং কৌব্রু করি-লাইনো ঃ** লাই য়ারীগী ওইব চীংখোঙ্ পোইরৈতোনগী য়ারীদ য়াওরিব খমচিংকোন হায়বসী মথক্কী লৈশেমলোল য়ারীদ য়াওখিব খোইয়ুম অশীবনি ॥ খোইয়ুম মান তাইবং নোংশাপান্দা ইতোম করম্না চীংপু-নোংপু য়েংনা খমলৌ কোল্লৌনা লৈশেমপনো হায়ন সোনচখিএ ॥ খোইয়ুম মমিং থোংপু খমচীংকোন-ও তোন কৌখিএ ॥ অব্রাং কৌব্রু হায়রিব অসীসু খোইয়ুম অশীবগী মমিং অমনি ॥ অশীবন মদোম মালেম লৈপুঙমলোইএ হায়ন মপন পঙ্খৌদ য়াকৎলুবদ শজিক্কুম নতিক লৈব, থবাগুম নয়াই লৈব পারী নঙ্কন নগন ঐবু পাউকৌরবগী কোল্লোয় নমিংথোংদুম অব্রাং কৌব্রু অসুপ্প লোইনাই খুন্তাব কৌসে হায়ন মিংথোনখিবনি ॥ মরম অসী লৈবন, পোইরৈতোনগী য়ারীদ খমুং থোঙঙারেলগী মকাইফমদ পাউচৎলিব খমচিংকোন অসী কৌব্রু ওইন চৎহল্লি ॥

৩) **খমুং থোঙঙারেল করি লাইনো ঃ** লাইনিংলোলগী মিংয়েংদ খমুং থোঙঙারেল হায়বসী তেংবান মপু য়াইবীরেল শিদবনি ॥ কোরৌ নোংখোঙ, মালেম লৈখোঙ্ কোয়বগী থৌদোক মতুংদ চীংঙু খোইয়ুম শিদব মান মালেম

লৈখানুংদ লৈখিবগী ৱাফম মথক্কী লৈশেমলোন ৱারীদ পনজখ্রে ।। পোইরৈতোনগী ৱারীগ মরী লৈনব করিগুম্ব লাইরিক্ত থোঙঙারেল/থৱারেলবু থৱায়রেল হায়ন ইব য়াওই ।। থৱায়রেল হায়বগী ৱাহন্দোক্তি য়াইবীরেল হায়বনি ।। [থৱায় = য়াইবী] মরম অসীন থোঙঙারেল হায়বসী চীংঙু খোইয়ুম শিদব মপুনি হায়বদ য়েৎননিংঙাই করিসু লৈতে ।। অদুবু লৈনুং থোঙঙারেল অসী খোইয়ুম অশীব (লাইনিংথৌ সনামহী) ওইনসু লৌনৈ ।। মসীমক্তি মপন পল্থৌ তেংবান মপুন মপারী অশীবদ "তাইবং লমজীং ওইহনগে নপা ঐনা শেম্বনি, ঐহাকসিসু নহাক্তি নহাকসিসু ঐহাক্তি ।।" হায়ন লৈশেমলোনগী ৱারী মতাং অমদ হায়খিব ৱাফমদু লৈবন ওইগনি ।।[৪৯]

৪) চীংখোঙ্ পোইরৈতোন করি লাইনো ঃ পোইরৈতোন খুম্ছোক্কী ৱারীদ মপুং ওইব থৌদাং লৌরিব চীংখোঙ পোইরৈতোন অসী লাইনিংলোলগী মীৎয়েংদ য়েংব তারবদি মথক্কী লৈশেমলোন্দ য়াওখিব উনৌ কোন্দে কোম্ন হুনব খোইয়ুম কোনজিন তিংথোকপনি ।। মদুগী খুদমদি — পোইরৈতোনবু খমুংদগী কৌথোকহল্লুনবগীদমক্ত লাই সরান খমচিংকোন (কৌব্রু) থাব মতমদ অসুম্ন হায়খি — "লৈনুং থোঙঙারেল অহনপাতা পাউমেল্লু-ও । খোইমোম নঙুন লৈনুং নখোঙ্‌চিনতা য়াংকোইপাপু কুমসীঙ্ সুচিল্লক্লে লহান নোংকী উনৌ-কোম্ভে কোম্ন হুনপা চীঙঙু নঙঙোন্তা তেচিনপা খোইমোম নঙঙোন্তা হুনচিনখিপাপু লৈপানে । মাপু হান্না খুম্ছোক হাল্লক-ও । খুনপী-ও সনলাই তরেৎ মাপু মানা হান্না তন্নসুনো হায়ন পাওমেল্লু-ও ।।"[৫০] মথক্কী কোৎথোক্লক্লিব ৱাফম অসীদগী ঐখোয়ন খঙলিবদি — নহান্নোং লৈশেমঙৈদ চীংঙু খোইয়ুম শিদব মাগ তেথোক-তেশিন্ন মালেম লৈফুনুংদ লৈখিব মপারী অতোনব কোনজিল তিংথোকপবু শল্লাই তরেৎ শেমলনব খুম্ছোকপীরকউ হায়ন কৌথোকহল্লি হায়বসীনি ।। মপারী কৌব্রুগী (অশীব) কোল্লোয় মপাউ তারবদ লৈনুং থোঙঙারেলন মপুক্লিংদ নহাননোং লৈশেমঙৈগী ৱাবু নিংশিংদুন মহাক্কী হকচাংদগী মপারী লৈরাং অতোনববু তাথোকখি ।। মপারীগী চেংলৌ মশক য়েংলগ মপারীবু তাইবং নোংশাপান্দ শল্লাই খুনবুম ৭ মকপু হান্ন খায়রুনব পলেম মমা শল্লাই খুনমাবীগী মশক তান্ন য়ৌখিনব হায়খি কোল্লোয় মমিংথোংতী লৈনুং খোনফাং অতোনপা-ও"[৫১] কৌখি ।। মথক্কী ৱাফম অসীদগী ঐখোয়ন য়াম্ন শেংনমক

খঙলে মদুদি চীংখোঙ্ পোইরৈতোন খোঙফাং অতোনব হায়বসী নহান নোং লৈশেমঙৈদ চীংঙু খোইয়ুম শিদব মাঙোন্দ তেথোক তেশিন্ন লৈখিব মপারী লৈরাং অতোনব কোনজিল তিংথোকপ অদুনি ॥

**৫) নুংবান পামিংনব অমসুং নুংবান পোনবী লুৱাওব কনা কনানো ঃ** নুংবান পামিংনব হায়বসী 'নুংবান পোনবী লুৱাওব' ৱারীগী য়াংলেন ওইরিব নুংবান পোনবী লুৱাওববু পোকপ মপানি ॥ লাইনিংলোলগী মীৎয়েংদ মপা মচা অনি অসী তাইবংপান্দ লৈহৌব পাইরৈতোনগী তাইবং হকচাং মশক্কি ॥ ৱারীদুদি অসুম তৌবনি ॥ পাইরৈতোন অমসুং লৈনাওতাবী অনিন খম্নুংদগী খুছোক্লক্লবদ পোইরৈতোন্দি পলেম মমা সল্লাই খুনমাবী লাইখুরেম্বীবু উনব চৎখি ॥ (মতম অসীদ লৈনাওতাবীদি লম্বী লম্মাংনহৌরে) পল্লেম মমান কোল্লোয় অমুরক মিংথোনবদি পারি পামিংনবা-ও হায়ন মিংথোনখি ॥ লৈম লৈনাওতাবী থিব খঙদ্রবদ পোইরৈতোন্দি খম্নুং মপুঙয়াইদ হলৱাইখি ॥ অদুবু নুংবান পামিংনবদি নমু পোং ওইন তাইবংপান্দ লৈহৌখি ॥ নুংবান পামিংনব মাবু নুংবান পোনবী লুৱাওব হায়ন অমুক মিংহোংখি ॥ মরম অসী লৈবন ৱাখল অমরোমদ য়েংলগদি — পোইরৈতোনগ লৈনাওতাবীগ অপাম নুংশি ৱায়থুংনদুন পুনব্দি নুংশাংন পানখি হায়ব য়াই ॥

**৬) লৈম লৈনাওতাবী অমসুং কৌবরোল নামোইনু কনা কনানো ঃ** লৈনুংখোঙফাং অতোনব চীংখোঙ্ পোইরৈতোন্ন মদোম করম খুছোক্কবনো হায়ন ৱাহংজরবদ লৈনুং থোঙঙারেলন ফৈরা মতমপাক্কগী তাথোক্কুন লৈম লৈনাওতাবী পুথোকখি ॥ পোইরৈতোনগ লৈম লৈনাওতাবীগ মালেম খুছোক্লক্লবদ পোইরৈতোন্ন পল্লেম মমা শল্লোই খুনমাবী উনব চৎখ্রিঙৈদ লৈনাওতাবীদি লম্বী লম্মাংনহৌরে ॥ লম্বী লম্মাংনবদগী অৱাং কৌব মপু নিংথৌদা ৱাইথুংলরে ॥ মপারী শাৎচদব, মমোম ফুইজদম খোইয়ুম কৌব্রুন লৈনাওতাবীবু মমোম শক্ল নাউকোনখ্রে ॥ নুমিৎ অদুদগী লৈনাওতাবীবু কৌবরোল নামোইনু হায়ন কোল্লোয় মিংগৌনখ্রে ॥ মরম অসীন লৈনাওতাবী অমসুং কৌবরোল নামোইনু হায়ব অনীসী মশা অমত্তনি ॥ মিং হোংতোকখিবগী ৱাতনি ॥

**৭) থাজনবী খর ঃ** লাইনিংলোলদ য়ুমফম ওইব চীংখোঙ্ পোইরৈতোনগী ৱারী অসী লৈনরুবগ ঐখোয়ন লাইনীংগী ওইব থাজনবী কয়ামুক ফংব ঙমই ॥

মখোয়শিং অদুগী মনুংদ খর মখাদ পীজরি —

(ক) খম্নুং কৌব শিন্নব মীগী থৱায়গী লৈফম লৈবাক অম লৈ ॥ মদুদ খম্নুং থোঙডারেল/থৱায়রেল/থৱারেলন লৈঙাক্তুন লৈ ॥

(খ) খম্নুং থোঙডারেন মাগী পাউখোল্লোয় থারক্তুন তাল্লোই তুকাও হৈ, থংলেন, ৱাকাওহৈ, পল্লেম পীকাওহৈ, পষ্টৌ পাকাওহৈ পীজদুন তাইবং মীগী থৱায়বু খম্নুং য়ৌন পুখি ॥ মদুবু শিব কৌই ॥

(গ) মালেম তাইবংপান্দ পুৱারীগী মরুওইব থৌদাং লৌরিব মীওইশিং অসীগী মরক্ত লাইগী মশক/শাইওন/লাংওন য়াওই ॥

(ঘ) তেংবানব মপু মঙোন্দ পুকচেল শেংন হায়জদুন চঙ্জরবদি মহাক্কী য়েক্লব ফাওব মহাক্ল থৌজানবী ॥

(ঙ) নুপা নুপীগী অশেংব অপাম-নুংশিগী লীপুন্দি অশিবগী লাই ফাওবন থদংপ ঙমদে ॥

(চ) মীতৈ ফুরুপকী লাইনীংগী য়ুমফমদি — লৈশেমলোন্ন ওইফম থোকই ॥

(ছ) হকচাংন তাইবংপান্দ মী ওইন লৈহৌরগ থৱায়না খম্নুং লাইরৈবাক্ত চংখিবগী থাজনবী অঙকপ অমসুং লৈরম্বগুম তৌই ॥

**পুৱারীগী পোইরৈতোনগ লাই-ৱারীগী পোইরৈতোনগ অনীগী খেন্নব ঃ**

i) পুৱারীগী পোইরৈতোন্দি লৈম লৈনাওতাবীগ লোয়নন চহী কয়া খুষ্টোকমিন্নখি ॥ মচা কয়া পোকখি ॥ অরোয়ব ওইন লমদেংদ খুন্দাখি ॥ অদুবু লাইৱারীগী পোইরৈতোন্দি লৈনাওতাবীগ খম্নুংদগী খুষ্টোক্লকপদ লমখাঙ্দ লম্মাংনখি ॥ কায়নখি ॥

ii) পুৱারীগী মিংলেংদ লৈনাওতাবী হায়বসী খমচিংকোনগী মচানুপীনি অদুগ কৌবরোল নামোইনু হায়বসীন কৌব অঙাংঙাগী মচা নুপীনি ॥ অদুবু লাইৱারীদদি মখোয় অনিমক মশা অমত্তনি ॥ লৈনাওতাবীবু কৌব্রুন য়োকখিবদগী কৌবরোল নামোইনু কৌখিবনি ॥

iii) পুৱারীদদি পোইরৈতোনগী ময়াম্ব থোঙডারেল কৌব অমখক্তং লৈ ॥

অদুবু লাইৱারীদদি খোঙগ্লক লাকাব কৌব ময়াম্ব অমসু লৈ ॥

iv) পুৱারীদদি পোইরৈতোনগী মচন লাইস্লা/লৈস্রাবু নোংদা লাইরেল পাখণ্ডবদ থাজবি ॥ অদুবু লাই ৱারীদদি অসী পন্দে ॥ নুরান শাকবীগী শাইওল ওইরিবী লাইসরানা খমচিংকোনবু খল্লুংদ পাউ চংহল্লি ॥

v) পুৱারীদদি খোঙগারেল অমসুং পোইরৈতোন মচিন মনাও অনিমক লৈপাক অসীদ খুন্বান লৈপান্দুন লৈহৌই অদুবু লাইৱারীদদি মখোয় অনিমক খোঙগ্লক লাকাবগ লোয়নন খল্লুংদ অমুক হনখি ॥

vi) পুৱারীদদি পোইরৈতোনগী অনিশুব সৃথাঙ্ নুংপান পোনবী লুৱাওবন কৌবরোল নামোইনু লৌই ॥ অদুবু লাইৱারীদদি পোইরৈতোন কৌবরোল নামোইনু কংনবগীদমক্ত নুংবান পোনবীগ লানথেংনৈ ॥ পুৱারীগী মীৎয়েংদ হায়ব অরবদি মসী মসূগ মবুথৌগ লানথেংনবনি ॥

vii) পুৱারীগী পোইরৈতোন্দি লম কয়া কোয়রম্মী ॥ লম মমিং থোল্লম্মী ॥ অদুবু লাইৱারীগী পোইরৈতোন্দি মথক্কী ৱাকম অসী সুকয়াও য়াওদে ॥

## ৩ ঃ ৱাংউলোলগী মীৎয়েংদ চীংখোঙ্ পোইরৈতোন

হৌজিক্তি লমদমসীগী ৱাংউবশিংন পোইরৈতোনগী লৈবাক ৱারীবু ৱাংউলোলগী মীৎয়েংদ পীরম্ব ৱাখল্লোন অদু খরদং শীংথানব হোৎনরি ॥ পোইরৈতোনগী পুম্নীগ ঈরোয়নব থৌদোক ৱারীবু ৱাংউলোলদ ৱাহন্দোক পীরমলিব অসী ঐখোয়ন নৈনগে হায়াবদি খম্মোই য়ম্মোই, শীংদ পুং, পুদিন, পেনবী লাং, মীরমলেনগী, হকচাংগী অমসুং মিহুন কাঙলোনগী মরমদ ইব লাইরিকশিংগ মরী লৈনরকই ॥ লাইরিকশিং অদুদ য়াওব মচাকশিং শীজিন্নদুন অয়িবন পোইরৈতোনগী ৱারীবু তেনতক্ল ৱাংউলোলগী মীৎয়েংদ য়েংলি ॥[৫৪]

অঙাং নৌৱাগী থৱায়ন পলেম মমাগী পীবুক্লুংদ চঙদ্রিঙৈদ পস্থৌ মপাদ লোইদাম থাবুম ২ লৈরম্মী ॥ পোইরৈতোন খুছোক্ত 'ৱাবা' হায়রিব অসী অদুগুম্ব থৱায় অদুবুনি ॥ ৱাবা থৱায় অদুন পলেম পীবুক্লুংদ চংদ্রিঙৈগী মতমদুবু হয়ি চকঙে কৌই ॥ চক হায়বদি মতম্নুনি ॥ তোকপা হায়বদি নুংশিৎপুনি অদুগ শবি হায়বন নুংশা হোনবদ তোংলিব নহা মথোং কারকপগী ঈরাৎ অদুবুনি ॥

থৌৱায়ন শবিগ তিন্নরগ পোকই; তোকপগ তিন্নরগ শি ॥ পলেম মমাগী হান্ন লৈজরম্ব থৌৱায় অদুবু থৱায়রেল/থৱারেল/থোঙগারেল কৌই ॥ পলেম পীবুক্লুংবু লৈনুং কৌই ॥ পম্বৌ মপাদগী কোন্ন চঙলকপ ফম্বী লীক্লা অদুবু কোন্ন চঙলকপ ওইবগী পোইরৈতোন খোঙফাং অতোনব কৌই ॥ পল্লেম মমাগী অনৌব পোকলকপ থাগী লৈবু কোন্ন লাকপনি হায়বগী লৈনাওতাবী কৌই ॥ হান্ন লৈরম্ব ঈবুন লাইখুরেম্বী কৌই ॥ পম্বৌ মপাগী ফম্বী লীক্লা অদু পলেম মমাগী থাগী লৈরাং লৈরিক অদুগ পুন্দনদি তাইবং হকচাং ওইব য়াদে ॥ মরম অদুন, পোইরৈতোন্ন লৈনাওতাবী য়াওদ্রবদি মালেম তাইবংদ খুম্বোকপ ঙমদবনি ॥ খুম্বোকপ হায়বদি পলেম পীবুক্লুংদগী মালেম তাইবংদ খোঙদারকপবুনি ॥ পলেম পীবুক্লুংদ থাবুম ১০ লৈরুরগ অঙাং নৌৱান তাইবংদ খোঙদারকই ॥ শন্ন নুঙথোঙ হাংব হায়বদি অঙাং নাউৱান পল্লেম পীবুক্লুংদগী খোঙদারকপগী শাফুবুনি ॥ পাম্ব কৈরেল অথৌব হায়বদি তাইবং মীওইবগী পুনসী লাংফম্বুনি ॥ খমচিংকোন হায়বদি থৌৱায়গী হৌরকফম হঞ্জিনফম অদুবুনি ॥ অদুন মহাকসী চীংঙু য়াইবীরেল শিদব ওইরে ॥ মহাক্র অঙাং নৌৱাবু থেমদুন তাইবং মালেমদ পুথোকলকই ॥ পল্লেম মমাগী অরিব থৌৱায় থৱায়রেল অদুদি থোক্লকফম থোক্তবন অদুম লেঙদন লৈহৌবনি ॥ অঙাং নাউৱাগী অনৌব থৌৱায় অদুন অরিব মমাগী থৌৱায় অদুবু থনমদুন খোঙফাং অতোনব কৌন মালেমদ খুম্বোকলকপনি ॥ লম পোইরকপনি ॥

লমু, তুবু, লাইফম, নেমদা, সোইদা, উই, কোনখাং, লাই, মৈকক, লাই মৈশাং, নিংথৌ কাংব, মোরিয়া ফম্বালচা, ওকলেন, লাইরেল, লৈম তানু তাইবংদা পাল্লি হায়বদি নুপা নুপী মীওইবগী হকচাংদ শিংলি ১০ লৈ অদুগ নুপা খঙ্নব শিংলি লাইমৈশাং, লাইরেল অমসুং নুপী খঙ্নব লাই মৈকক, ওকলেন মরি অসী থরগ শিংলি পুন্ন ১৪ মীওইবগী হকচাংদা লৈ হায়বনি ॥ তাইবংদ মখোই মরিপানব শা ১০ হায়বদি ইশা, লমশা, তোকপা, কামব, শাউলৈরাং, নুওক, তাইবং, খুবিং, য়োংমু, য়োংশেন লৈ হায়বগী ৱাংঙুরোন্দি মীওইবগী হকচাং অসী নুংশিৎ তরান পুই হায়বনি ॥ তাইবংদ নুমিৎ থা থোকই হায়বগী ৱাখল্লোন্দি মীওইবগী হকচাংদসু নুমিৎ থা কৌব মিহুন অনিখক লৈ খোয়দৌগী য়েৎ থংবদ নুমিৎ কৌব মিহুন লৈ অদুগা ওইদন থা

কৌব মিহুন লৈ হায়বনি ॥ পোইরৈতোন্ন খুন্থোকলকপদ ১) তাবু শাব, ২) তাবোৎ শাব, ৩) হাওফি শাব, ৪।) লাইফি শাব, ৫) পথৌব, ৬) ঙাক শেনব, ৭) লীককোন শাব, ৮) অমোৎ অকায় শেংদোকপ, লুব-নাব, ৯) লীফক শাব, ১০) লাং শাব লোয়নরকই হায়বদি মীওইবগী হিংবগী লানফমদ ৱাখল তরা চঙই হায়বনি ॥ অঙাং নৌব অদুন চাউরক্লগ য়াইফ নুংঙাই ফংনবগীদমক্ত পুন্সি লানফমদ অৱা অনা কয়া থেংনব অদুবু পোইরৈতোন্ন শিরোই নারোইদৌব মফম থিব কৌই ॥ শিরোই নরোইদৌব মফম ফংলক্রবদ লমদেংদ লৈখি হায়বগী ৱাখল্লোন্দি অসি-অনা লৈতব লোমনাইদ্রব নুংঙাইব হায়বদুদি মাপোক তাইবংসীদ হিংলিঙৈদদি ফংঙমলোই তাকপনি ॥

**ৱাৱোই** ঃ অয়িবদ পোইরৈতোন কনানো হায়বগী মরমদ মীৎয়েং অহুমদ হায়বদি ১) পুৱারিগী ২) লাইনিংলোলগী অমসুং ৩) ৱাংউলোলগী মীৎয়েংদ অফংব লাইরিক খরদ য়ুমফম ওইদুনা ৱারোল খরা ইজখ্রে ॥ হৌজিক লোইশিল্লকপদ অয়িবন হায়জনিংলিবসী ৱাফম অনীনি ১) লাইৱারী ওইব পোইরৈতোনগী ৱারী অসী পুৱারীগী মতাং খনগৎলগ লমদমসীগী লাইনীং মায়চৌশিংন লৈশেমলোনগী ৱারীগ মরী লৈনহল্লগ ইরম্ব ওইফম থোকই; ২) অসীগুম্ব অমুক, লমদমসীগী পুৱারীদ থোকখ্রব ৱারীবু ৱাংউলোলগী ৱাহন্দোক পীরমলীব অসীসু লমদমসীগী ৱাংউবশিংন পোইরৈতোনগী পুনসীগ ঈরোইনব থৌদোক ৱারীদগী চানগদব মতাং খনগৎলগ ৱাহন্দোক পীরম্বা ওইফম থোকই ॥

**মরী লৈনব লাইরিকশিং ঃ-**

(* খুদম অসীন লাইরিক অদুবু ইদিত তৌরিব মশিক অদু খঙনগনি)

১। লৈথক লৈখরোল (১৯৬৭) ঃ য়েং: ভাগৎ
শাগৈ শালাইরোল (১৯৯৪) : * অমুবী, খেলচন্দ্র, ইবোচৌবা, ভোগশ্বর

২। লৈথক লৈখরোল (মথক্কী)
কৈরোই, লাংথবানলোন, শঙ্গাই ফম্মাঙ (শাগৈ শালাইবোল—মথক্কী)

৩। খুমন কংলৈরোল (১৯৮০): * খেলচন্দ্র

৪। খাগেম্ব য়ুম্বী (শাগৈ শালাইরোল — মথক্কী)

৫। খুমন কংলৈরোন (মথক্কী)

৬। পোইরৈতোন খুন্থোক (১৯৭১) * খু: য়াইমা

৭। কৈরোই, শঙ্গাই ফম্মাং (শাগে শলাইরোল মথক্কী)

৮। খুমন কংলৈরোল (মথক্কী)

৯। History of Manipur (1973) : J. Roy.
An Early History of Manipur (1966) : W. Yumjao
মণিপুর ইতিহাস (২শুব খন্দ): অতোম্বাপু শর্ম্ম
মণিপুর ইতিহাস (১৯৪৭): মুতুম ঝুলোন

৯।(ক) A Short History of Manipur (1965): R.K. Jhalajit Singh.

১০,১১। কংলৈ শগুলেন পুবা পুয়া (শম্প্রেন্বী চৈত্রা ১৯৭৮: এন.মনিজাও)

১২। History of Manipur (1991): Prof. Gangmumei Kabui

১৩। কংলৈ শগুলেন পুবা পুয়া (মথক্কী)
নিংথৌরোল শৈরেং (১৯৬৭): ও. ভোগেশ্বর

১৪। কংলৈ শগুলেন পুবা পুয়া (মথক্কী)

১৫। পোইরৈতোন খুন্থোক (মথক্কী)

১৬। কংলৈ শগুলেন পুবা পুয়া (মথক্কী)
নিংথৌরোল শৈরেং (১৯৬৭): ও. ভোগেশ্বর

১৭। কংলৈ শগুলেন পুবা পুয়া (মথক্কী)
নিংথৌরোল শৈরেং (মথক্কী)
পোইরৈতোন খুন্থোক (মথক্কী)

১৮। পোইরৈতোন খুন্থোক (মথক্কী)

১৯। পোইরৈতোন খুন্থোক (মথক্কী)

২০। তাংখুলশিংগী মরক্ত চংনবী অসী য়াম্ন পাকশন্ন নত্রবসু লৈবগী রাফম
প্রো: গুাইসী মুইভান অয়িব মশাদ হায়রম্ব।

২১। পোইরৈতোন খুন্থোক (মথক্কী)

২২। কংলৈ শগুলেল পুবা পুয়া, নিংথৌরেল শৈরেং, পোইরৈতোন খুন্থোক
(অহুম্মক মথক্কী)

২৩,২৪। কংলৈ শগুলেন পুবা পুয়া, নিংথৌরেল শৈরেং চেকখোং, শঙ্গাই ফম্মাং
(মথক্কী)

২৫। চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৮৯): * ইবুঙোহল, খেলচন্দ্র

২৬,২৭। কংলৈ শগুলেন পুবা পুয়া, নিংথৌরোল শৈরেং (অনীমক মথক্কী)
পাখণ্ডবা নোঙ্গারোল (১৯৮৩): * নোং, অঙৌ

নৈন-য়ারেং খোমজিনবা






২৮। চেকখোং, শজাইফম্মাং (মথক্কী)

২৯। ঙাজোই পরেং (১৯৪৯): অ.মিনকেতন

৩০। কংলৈ শঙলেন পুবা পুয়া, নিংথৌরোল শৈরেং (মথক্কী)

৩১। কংলৈ শঙলেন পুবা পুয়া, নিংথৌরোল শৈরেং (অনিমক মথক্কী)

৩২। পোইরৈতোন খুন্থোক, চীংগেইবোল (১৯৮২): খেলচন্দ্র, পোইরৈতোন খুন্থোক (মথক্কী), নিংথৌরোল লম্বুবা (২৯৬৭): * ও. ভোগেশ্বর, মোইরাং নিংথৌবোল লম্বুবা ১/২ শুব শরুক (১৯৮২/৮৮) : * ও. ভোগেশ্বর ।

৩৩,৩৪,৩৫,৩৬। পোইরৈতোন খুন্থোক (মথক্কী)

৩৭। চীংজোরোল (মথক্কী)

৩৮-৪৩। পোইরৈতোন খুন্থোক (মথক্কী)

৪৪,৪৫,৪৬। কংলৈ শঙলেন পুবা পুয়া, নিংথৌবোল শৈরেং (মথক্কী)

৪৬ (ক)। মীতৈগী হয়াউ কুম্মৈ খব (মতমগী খোঙথাং ২৯শুব মশীং): দা: এম, কীর্ত্তি

৪৭। শাগৈ শলাইরোল (মথক্কী)

৪৮। নুংপান পোনশী লুরাওপা (১৯৮০): * খেলচন্দ্র । কৌবরোল নমোইনু অমসুং লংমাই পেতংঙা শীকলু লৌথিবী (১৯৬৮) : * কুমারী নুংশীতোম্বী (পন্দিৎ দিনচন্দ্রগী মচানুপী) মৈহৌবোল সন্নাই খাইবা (১৯৮৪) : * চনম হেমচন্দ্র খাবা

৪৯। নিংথৌরোল শৈরেং (মথক্কী)

৫০,৫১। নুংপান পোনশী লুরাওপা (১৯৮০): * খেলচন্দ্র

৫২। পোইরৈতোনগী য়াবীবু লাইনিংলোলগী ওইবা মীৎয়েংদ য়েংব মতমদ শীবিব য়ারী য়াখোঙশিং অসী নুংপান পোনশী লুরাওপা' কৌব অবিব লাইরিক অদুদ য়ুমফম ওইবনি ॥

৫৩। পোইরৈতেন খুন্থোক (মথক্কী) লাইবিক অসীগী লানীংদ পন্দিৎ খুমল্লম্ম য়াইমান শীবিব পোইবৈতোনগী য়াংঙবোল । লৈমবোল শেক্লিং অমসুং খম্মোই য়াম্মোই (১৯৭৫): * গৌবচন্দ্র, ইবোবী ॥ খমওই যাংওই (১৯৮৮): * মালেম য়াইফশঙ ॥ পোনবী লাং (১৯৭২): * মনিজাও ॥ লাইবিকশিং অসী পারগা অয়িবন পরীং শেম্ন ॥

